# কংলৈরোল

(An account of different places of Manipur with important historical events)



চনম হেমচন্দ্র

# কংলৈরোল

( An account of different places of Manipur
with important historical events)

হন্দোকপা অমসুং পুথোকপা :

চনম হেমচন্দ্র

*Published with the financial assistance from*

**NATIONAL ARCHIVES OF INDIA**

GOVERNMENT OF INDIA, Janpath, New Delhi-1

Letter No F31-1(62)/95 Grants dated 22 Nov 1995




# KANGLEIROL

( An account of different places of Manipur with important historical events)

*Edited & Published by* : **Chanam Hemchandra**
Uripok Naoremthong,
Takhellambam Leikai, Imphal.

*Year of Publication* : 1996

*Number of Copies* : 2000

*Price* : Rs. 95/-





*Type setting* ... : **Eigya Computer Printing Centre**
Naoremthong Bazar, Imphal.

*Printed at* : **Ching-Tam Press**
Uripok Naoremthong
Takhellambam Leikai, Imphal

*Cover* : **N.K. Archive Library**
Uripok Ningthoukhongjam Leikai
Imphal,

# ৱাহয় খরা

কংলৈরোল পুয়া লাইরিকসি পারে। লাইরিকসিদা মরু ওইনা নৈনরিবদি নোংদা লাইরেল পাখংবা মহাকথক্তগীনা জয়শ্রী গরিবনিৱাজ মহারাজ ফাওবগী মনুংদা পানখিবা নিংথৌশিংনা পাংথোক্লম্বা থবকশিংগী মনুংদা মরুওইনা য়ূম শাখিবা, কৈথেল লিংখৎখিবা, লৈপুং থোলখিবা, খোং তৌখিবা, থোং শাখিবনচিংবগী মরমদা ইবনি। য়ূম শাবগী মরমদা নিংথৌদুগী মতমদা শারিবা য়ূমদু করম্বা মওংনো হায়বনচিংবা শৈথাদুনা তাকলি। কৈথেল লিংখৎপা শাবা মতমদসু করম্না কৈথেল লিংখৎখি করম্না শাখি হায়বা উৎলি অসিগুম্না লৈপুং খোং থোংনচিংবগী মরমদসু করম্বা নিংথৌগী মতমদা করম তৌনা শেম-শাখিবা মমিং করি থোল্লম্মী হায়বনচিংবা শৈথাদুনা তাকলি। নিংথৌশিংগীদা নত্তনা মহাবাণী লৈমশিংনা পাংথোক্লম্বা থবকশিংসু শৈথাদুনা ইবা লাইরিকনি।

কংলৈরোল হায়বা পুয়া মমিংসিমক্তি অনীসুনা থেংনরে। কংলৈরোল অমনা— নিংথৌশিংনা পাংথোকলম্না থবক্কী মরমদা শৈথাদুনা ইবনি অদুগা অতোপ্পা কংলৈরোল অমনা— য়ূমদাবগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। য়ূমদাবগী মরমদা ইবা কংলৈরোল পুয়াগী মরমদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না পল্লি— *"হাওপুজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ মেরা থা ইরাইনা হনএ ১৮নি নিংথৌকাবা নুমিত্তা শ্রীযুৎ স্না হাকথক্তা মোইরাং পণ্ডিৎনা ইবা কংলৈরোলবু স্না মিৎয়েং তাবদা পুকনিং থুংদদুনা খুমুজমচা পণ্ডিৎ শরাংথেমচা পণ্ডিৎ নিংথৌখোংজমচা পণ্ডিৎ ৩ মাবু শ্রীযুৎ স্না নাক্তা কৌশিন্দুনা স্নায়াথং হায়দোকএ ইপু মোইরাং পণ্ডিৎনা তৌবা কংলৈরোল অসিবু নুংঙাইতে ঐ য়াওনা ফমদুনা ইশে হায়দুনা ইবা লাইরিক লোম্লদুনা ২১ নি শগোলসেন্দা লাইরিক মমিংসু শঙ্গাই ফম্মাং কৌএ। কংলৈরোল চামএ হায়দুনা কৈথেন্দা শামু তোংদুনা পাউ চেল্লে।"*

হায়রিবা কংলৈরোল পুয়াসিদি য়ুমদাবা পুয়ানি হায়না তাকচরে। য়ুমদাবা ইবা কংলৈরোলগী অহৌবদা অসুম্না হৌরি— "শ্রীশ্রী রামচন্দ্র থৱাই ওইনবিবা মণিপুরেশ্বর শ্রীপঞ্চযুক্ত গরিবনৱাজ মবুধৌ ইবুংঙো মহারাজনা লিংখৎলম্বা বংশাবলী..." অসিনচিংবা। হায়রিবা লাইরিকসি চামএ হায়বসি করিগী চামখিবনো হায়বসু নৈনদুনা য়েংবগী তঙাইফদবা লৈরি।

পুথোকলিবা কংলৈবোল কৌবা পুয়া লাইরিকসিদি মণিপুরগী ইতিহাস ১সুং সাহিত্যগী মচাক কয়া য়াওবা লাইরিকশিংগী মনুং-চনবা অমনি। লাইরিকসিগী অহৌবদা লাইরিকসিমক্কী মমিং পন্দুনা মথংশিংনা ইথবা হৌরি। চামএ হায়রিবা লাইরিক অদুমক্তি নৎত্রে হায়বসিমদি মশানা তাকচরি। পুথোকলিবা লাইরিকসিনা ইতিহাস নৈনরিবা মীওইশিংদা অচৌবা মতেং অমা ওইরগনি।

শ্রী [signature]

# ৱারোল খরদং

'তেংপানবা মপু', তোল্লবনা চঙজরি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, নোংথৌ, নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, অমম-অঙাল পূম্নমক্কী মফমদা তোল্লবনা চঙজরি। লাইরিকসি ইদুনা থম্বীরম্বা লাই-ওইখ্রবা ইবুধৌশিংগী মফমদা খুরুমজৈ। লীখুল মাঙদনবা তাবুনুংদা মতম শাংনা লীদুনা থম্বীরক্লিবা অহল লমনশিংগী মফমদা ইকোক নোনজরি। মখোয়না তাইবঙগীদমক থম্বীরম্বশিং থেংনজরুবদা হৌখ্রবশিংবু মাঙদা চোংথোরক্তুনা লেপ্পরবগুম, করিগুম্বদা মখোযগা লোযননা ৱারী শান্নবগুম ফাউহল্লি। মখোয়না পাঙথোকলম্বশিং উনিংবা খঙনিংবনসু লাঙতক্লহল্লি। মসিনি মতম চূপ্পগী ওইনা ঙসিগী মীরোলদা পীবিবা চৈনা, চৈনাদুনা খাঙবা ঙমদ্রবা তোল্লববুসু হোইদুনা পুবীরি।

কংলৈরোল লাইরিকসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবদগীনা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ হাকথক ফাওবগী মনুংদা পানখিবা নিংথৌ অমসুং লৈমশিংনা লৈপাক্কীদমক পাঙথোক্লম্বা অথোইবা থবকশিং— শঙ্গাই যূম শাখিবা, কই শাবা, কৈথেল লিংবা-শাবা, খোং তৌরম্বা, নুং য়ুংলম্বা, লৈপুঙ থোল্লম্বা, থোংনচিংবা শারম্বদা নৎতনা অৱাংবা থাক্কি পুন্সি মরেলদা মথোল নাইবা যূমদা শেল (শেঞ্জেং ) না যূম কূপতুনা য়ুমশা-কৈশা তমদুনা খোং অমদি ঙাযোক খোংনচিংবা তৌরম্বা, সনা-লুপা মরাং কায়নবা হোৎনরম্বা, কোবফু হৈরম্বা, সনা শাফম লিংদুনা লৈতেংগী পোৎনচিংবা শাদুনা চাকহোঙ ঙাহোঙনা মতীক ময়াই লৈনা অমদি নিংথৌগী লৈমশিংনা লৈবাক্কী চিরবা মতমদা লৈবাক ঙাক্লম্বা, লৈবাক্কী থবক পাঙথোক্লম্বশিং শৈথাবনি।

মতীক লৈবা নিংথৌশিংনা ৱায়েল থৌদা চৎন-লোনচৎ শেমদুনা যাম্লবা মীওইশিংগী লুচিংবা ওইদুনা তৌঙমদ্রবা কযা পাঙথোক্লম্বশিং, ঙসিদি

অঙকপা ওইনা য়েংনরি। কয়া'মনা ব্রারী লীখুন ওইনা ফংলি। ফংলিবা ব্রারীশিংদো অচুম চুমদা খঙদোক্লবা লংলা লংজিন পুথোক্লদুনা থিজিনবা লেপতরি। লাইরিকসি লমদমসিগী অরিবা ময়েক্লা ইদুনা থম্লমবা ব্রারী লীখুনশিংগী মনুংদা অমনি।

কংলৈরোল হায়বা পুয়াসি মখল অনী থেংনৈ। অমনা নিংথৌ অমসুং লৈমশিংনা পাঙথোক্লম্বশিং শৈথাদুনা ইবনি অদুগা অতোপ্পা অমনা য়ুমদাবা ওইনা ইথবা পুয়ানি।

কংলৈরোল লাইরিকসি **ব্রাহেংবম বাবু,** ফুমলৌ; **ব্রাংখেম বিধু সিংহ,** ময়াং লাংজিং; **পাওনম ইবোহল সিংহ,** অব্রাং বি.ও.সি.; **লৈচোনবম চন্দ্রসিং,** শিংজমৈ ওঝাশিংদগী হেনদোক-হেনজিন লৈবা খেন্নবা পুয়া মরি ফংজখি। মতুংদা ঐবু তাকপী-তম্বীবা গুরু **শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ,** পদ্মশ্রীনা তাকপীরকপদগী কংলৈরোল কৌবা য়ুমদাবগী মরমদা ইবা পুয়া অমগা পাজবা ফংহনবীদুনা পুয়া মঙা চাশিন্নজদুনা পুথোকপা ঙমজখিবনি ওঝা গুরুশিংগী মফমদা পাঙদ্রবনা খুরুমজৈ।

লাইরিকসি পুথোকপদা ঐগী ইয়াম্বা **ক্ষেত্রিময়ুম শ্যামকহ্নাই সিংহ,** তেরা লৌক্রাকপম লৈকাইদা লৈবনা লংলা-লংজিন কয়া পীবিরকখিবগীদমক মতম চূপ্পগী ওইনা ইকোক নোঞ্জরি। মপাল নাইদ্রবা মতেং কয়া ফংজরিবা ঐগী ওঝা ইবুংঙো থোকচোম থোইবা সিংহ, উরিপোক শমুশংদা লৈবগী মফমদা ইকায়খুম্নবা উৎচরি।

লাইবিকসি পুথোকপদা অচৌবা শেলগী মতেং ফংহনবীনবা হোৎনবীখিবা মণিপুর স্টেট আর্কাইভকী ডিপুটি ডাইরেক্টর ওইবীরিবী **শ্রীমতি কে.এইচ. সরোজিনি দেবী** অমসুং শেলগী তেংবাং পীবিরকখিবা নেসনেল আর্কাইভস, গোর্ভমেন্ট ওফ ইন্দিয়া, নিউ দিল্লিবু ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা থাগৎচরি। লাইরিকসিবু পাবিরিবশিংনা অশোই অঙাম থেংনবীদুনা তাকপীরক্লবদি হরাওনা লৌশিনজরগা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

*চেম হেমচন্দ্র*
উরিপোক, নাওরেমথোং।

# কংলৈ পুঙ্‌ময়োন

কংলৈ লিকলাই পুঙময়োন
ময়াই সনা সুপতোংপাল
চোইনৌ সনা তাওবালম
লুপা তকুপ মলমখৈ
ইয়ু তুপী পাখংবা
চকথাং থাংলেন শুবনা
মৈবী মৈরা ওইবনা
খুলদা নৈতা হৌদ্রিঙৈ
অরিবা সরারেল অহ্লমনা
নৈতা খুলদারম লমনুংশি।
পীয়াইনুচা পোইরৈতোলনা খোঙদাবাই
লৈনাওতাবী লৈমনা খোইজংবা
কাওরেলনা নুঙখঙবা মদাইমা
সনা কংলৈ সুপতোংপাল
পুঙলেল য়াইফ থোইবদা
কেকে মোইরাং পুঙ
নোংয়াই খুমল পুঙ
থাঙঙা কমপোং পুঙ
থাংয়ি চেংলৈ পুঙ
হৈরেম খুলচাল পুঙ
থাঙঙা য়ৌথান পুঙ
হাওরোক কোন্থৌ পুঙ
শেনলোই লংমাই পুঙ

নোংপাল অঙোম পুঙ
নুংপাল লুৱাং পুঙ
মালতিং মরা পুঙ
উরোক উশাই পুঙ
খুলফম ঙাংচেং পুঙ
লোকখা হাওখা পুঙ
হাওকপ চীংশাং পুঙ
খুলপী লোলাং পুঙ
লংশুংগুম তাশিল পুঙ।
চোইনৌ চোংলেন খলনঙৈ
সনা ইনগ্রি শিংনঙৈ
লুপা চিতাই খোমনঙৈ
মথোন তৈনা শানঙৈ
শেলনা ঈতাই ওইনঙৈ
থৌদু চেঙচা খিলনঙৈ
অহোং কৈথেল লিংনঙৈ
চেকপল লৈনা খানঙৈ
ঈরম খোংলম মশেমঙৈ
ঙায়োক খোং মতৌঙৈ
হুয়েল লানশিং তোইনঙৈ
তরেৎ শেঞ্জা লোকলকঙৈ
খম সনা মতাওঙৈ
সনা উশোংলৈ মশাঙৈ
লৈবাক নিংথৌ লিতিননা
তরেৎ শেলখিং নিলবদো
তাইবঙ কন্নানা মকাওনি।

চনম হেমচন্দ্র

# কংলৈরোল

**লাংকোই শরোক পুঙ**

ৰ্গ কংলইরোল্‌তী ।। হায়া হে কংলই পুঙ্‌মায়োন।।
য়াইফাপা।। মায়াই সুপ্‌তোংপাল।। লাংকোই সারোক পুঙ্‌
চোয়নৌ সনা চংলইরেম।। লুপা থেলমায় লাংপা পুঙ্‌পু ।।
হায়ারাওনা তেংথারক্‌কে।। নায়ু তুপী য়োইনোংতা নোংতা
লাইরেল পাখংপা[১] ।। অব্রাং কোরৌ নোংলাংপালকি।।
চক্‌থাঙ্‌[২] য়ৌরোঙফান মইপুন হাইচাওথাল ।। হলচীঙ্‌
চীঙ্‌মইয়িল্‌না খুলতা পুঙ্‌।। নোংথৌ সরারেল অরিপা[৩] ।।

---

**লাংকোই শরোক পুঙ**

কংলৈরোলদি। হয়া হে কংলৈ পুঙ্‌ময়োন। য়াইফবা
ময়াই শুপতোংপাল মিংকৌনবা। লাংগোই শারোক পুঙ্‌
হায়নসু মিংথোলবা, ফুদোকলবা সনাগুম্না মশেকনাই
য়ৈথোকলবা লুপাগুম্না মঙাল নাইনা লংবা পুঙ্‌বু। হয়া লাওনা
তেংথারককে। নপুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংবনা অব্রাং
কোরৌ নোংলাংপালদা চকথাঙ্‌ থাংলেন মখুৎশু খুৎতা পায়না
নুমিৎকুম মশোংচাও থাবাগুম মঙাল নাইনা হলচীঙ্‌ চীঙ্‌মৈ
ইলনা খুলতারমবা মফমনি। নোংথৌ সরারেল অরিবশিংনা

---

১। **নোংতা লাইরেন পাখংবা:-** অতিয়ানা য়াপীরোক পান্নদুনা পাখংবা পোকএ। পাখংবনা নিংথৌ ওইখিয়ে।। লাইস্নানা লৈমা ওইয়ে।। *-কুরু: চীংথাঙ*

২। চকথাঙ:- পাখংবনা পাইরম্বা থাঙগী মমিং অমা। পাখংবগী খুৎশুদি- উতুপ থেঙকু য়োংখোক তেঙখোক থাঙ সুক য়োংহিং ফোংলাং।
*-পাখংবা লমলেন লমায় ৫/২ ।।*

৩। **নোংথৌ শরারেল অরিপা:-** সবীনে, তোকপনে অমদি ব্রাবনে। অদুগা ব্রাপা নঙতী লৈকু লৈলাইতা।। য়ুম সাঙমআো।। চেংলইফম ওইনা ফুসা ব্রালসা তমলৌরে। সাবী নঙতী।। ঙালপা খমচীংকোন সাআো।। তোকপা নঙতী লুব্রাং সাআো।।
*-পাখংবা লমলেন লমায় ৮ দগী ৯ ।।*

লাংকোই শরোক পুঙ

লইকুনুংতা।। মারাল হালনা য়ুমতমপা।। তমানা।। চাইপীপুঙ চাইপী খুলতা পুঙ্। চীঙখোঙ্ পোইরইতোল[১] মামা লইনুং পীয়াইনুচা খোংফাং অতোলপানা পুঙ্লিংব্রাই।। লইমা লইনাওতাপীনা[২] পুঙ্খঙ ব্রাই।। মালপী হয়রোম কাও।। চীঙথং সললাই মালপা।। কাসোম।। সলচী পংবনা।। থৌতু নুঙ্ঙাচা।। চেঙ্চা নুঙ্লাই খোমসাফাপানা চীনপাল লইতোল খৎচা হইতাবানা।। য়ারেল খোংচি মাতাই কাঙ্চা হইতাপানা নুঙ্খঙপা পুঙ্।। কংলই সুপতোংপাল্।। পুঙ্লেল্ য়াইফাবা।। লাংকোই সারোক পুঙ্ কংলই মায়াইরেলপু হায়ারাওনা তেংথারককে।।

লাংকোই শরোক পুঙ

লৈকুনুংতা লৈদুনা হাননা ময়ুম য়ুমশা তমখিবা লাই অহুমক্কীসু খুন্দারমবা পুঙ্নি । চাইবী পুঙ্ চাইবী খুলদা পুঙ্ হায়নসু মিংহুলম্বা। চীংখোঙ পোইরৈতোন মমা লৈনুং পীয়াইনুগী মচা, খোংফাং অতোলবনসু পুঙ্ লিংখৎলম্বা মফমনি। লৈমা লৈনাওতাবীনসু মফমসিবু কাওঙমদনা খঙবা পুঙ্নি। অথোইবা কাওরেলদি ওইরিবা মখাদা নাওরোল তাদ্রবা চীংথং সলাই মালবা কাওরেল কাসোম শলগী মচীদি পংবনা থৌদু নুঙকাই মরক্তা নাওপেংদুনা পোকচৈঁদগী হৌনা শাহৌফবনা, মচীন্না হানৌ-থৎনা চীনবাল লৈতোন খৎতুনা য়ারেল খোংচি মতাই কাঙনা চাবা হৈতরিঙৈদগী পুঙ্সিবু খঙলবা, কংলৈ সুপতোংপাল মিংহুনবা পুঙলেল য়াইফবা লাংকোই শারোক পুঙ্ হায়না মিংকৌবা কংলৈ ময়াইরেলবু হয়া লাওনা তেংথারক্কে।

---

১। **চীঙখোঙ পোইরৈতোন:-** থীঙলোংলেন লোঙচুমপানা পীয়াইনু পানদুনা থরালেল ১। পোইরৈতোল ২। পোকয়ে । পোইরৈতোল- খুমল ১সুং লুরাংগী নিংথৌ ওইখি। *লুরাং লৈখারোল লমায় ১ ।।*

২। **লৈমা লৈনাওতাবী:-** চীঙখোং পোইরৈতোলগী লোইনবী।

*-লুরাং লৈখারোল।*

**মৈদিংঙু তেলহৈবা খোমসা পুঙ**

কংলই মাতাইমাতী। মইতেংঙু তেলহইপা চৌইনৌ সনা খোমসা পুঙ্‌আে।। কৌবতি।। কাতৌনোংকিনো মইতেংঙু তেলহইপা[১] মরোইরিনা তেলহইপা মারোইকোকসারী।। চীল্‌পাবাখুল্‌লী। মেনাংতলবা সাপীমকি খানলওরী।। য়েঙতা হাইপা চেকচিল-লি।। তোল্‌তা হাইপা ফইতালি।। ব্রাইকোক্‌ সাতালি ।। ফুমংসানালীনা তেলহইবা।। হইরেম[২] নিলতুম নিলপা।। খুলচাল[৩] তানা তাপাপু হইরেম য়ুময়াই খাইকে খুল্‌চাল পলতোল লোমকে।। লওব্রাই পোলপী খোক চাইরেল থইচঙ পুঙতা।। হুয়েল লালতাকে হায়বাকিবু।।

---

**মৈতৈংঙু তেলহৈবা খোমসা পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অর্মদি, মৈদিংঙু তেলহৈবা চোইনৌ সনা খোমশা পুঙ্‌-ও হায়না কৌখিবদি করিদগী কৌখিবনো হায়রবদি। মৈদিংঙু তেলহৈবদি হৌমীন-কামিন্নরকপা মরূপ মপাংশিংলক্তগী থোইনা হেন্না তেন কাপ্পদা হৈশিংনা তেনবান চুমবা, মমান্নবশিংদগী থোইনা হেন্না তেনবান ঙম্বা, তেনগী লিরি পানবসু হৌমিন-কামীনরকপা মমান্নবশিংদগী হেনবা-লী। চীলবাখুল-লী। মেনাংতলবা হামেং শা মপী ১গী শাবু অমা ককনা শেম শাখিবা খানলৌ- লী। য়েঙদনা হাইবা চেকশিন-লী । তোলদা হাইবা ফৈতা -লী। ব্রাইকোক শাতা -লী। ফুমং সনা-লীবু পানবা তেনবু পায়না খুৎশু ওইখিবা তেলহৈবা কৌবা নিংথৌনা খুত্তা তেনবু পায়দুনা মতিক লৈরে খন্না পানবা হৈরেম অমসুং খুলচাল তানা তাববু, হৈরেম য়ুময়াই খাইগে খুলচাল পুম্ববু লাকশিনগে। লৌব্রাই পোলবী-খোক চাইরেল থৈচঙ্‌ পুঙ্‌দা। হুয়েল লালবু তারগে হায়বগীবু।

১। **মৈদিংঙু তেলহৈবা :-** মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা খম্বাফবী পান্নদুনা তেলহৈবগা তোনাগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু তেলহৈবনা সনারেম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই। -চেখোং

২। **হইরেম :-** কংলৈগী খা থংবদা লৈবা নিংথৌ পানবা লম অমগী মমিং।

৩। **খুলচাল :-** কংলৈগী খা থংবদা লৈবা নিংথৌ পানবা লম অমগী মমিং।

মৈদিংঙু তেলহৈবা খোমসা পুঙ

মইতেংঙুনা নোংপোক কোনলাংচাল।। খায়োইরোন তাপী। মারোই য়াংলইথেংবা কোননা।। চোয়নৌ খোমসাযে অদুনোংকিবু মইতেংঙু তেলহৈবা খোমসা পুঙ্অো তৌনা কৌয়ে। মইতেংঙু তেলহইবা।। চোয়নৌ সনা খোমসা পুঙ্নে।।

মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা নুমিৎ থেম্না পুঙ

কংলই মাতাইমতী।। মইতেংঙু পোইরই খুনচাওপা[১] থংতা খোয়নাই সেলহোঙ্পমসুনা।। য়োইমায়াই লাইরেল তাওতলপা তাওরোইনাই আঙালপা মাললেম লাংচাখই আখইপা।। সনা খোমাতোল্ আতোল্পাপু।।

---

মৈদিংঙু তেলহৈবা খোমসা পুঙ

মৈদিংঙু তেলহৈবনা নোংপোক কোনলাংচাল খায়োইবোনতাবী। মবোই মনাই মশেল মযামগা লোয়ননা যাঙ্লৈ থেংবা কোননা থোইনা হেন্না মতিক লৈবা চোইনৌ সনা খোমশাপুঙ্বু থোনখিয়ে। অদু নোংদগীবু মৈদিংঙু তেলহৈবা খোমশাপুঙ্-ও তৌনা কৌএ। মৈদিংঙ্ তেলহৈবনা থোল্লম্বা চোইনৌ সনা খোমশাপুঙ্নে।

মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা নুমিৎ থেম্না পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু পোইবৈ খুঞ্জাউবা মহাকথক্তা শেল শাদুনা শেলহোংনবা থবক পাংখিবা। যোইমযাই লাইরেল তাওদনবা, তাওরোইনাই অঙালবা, ম্যলেম লাংচাখৈ অখৈবা, সনা খোমদোল অতোনবা হায়না কৌনা শৈথানবা কোরৌথক্তা থোকনা তাইবং ঙাল্লিবা, অঙালবা নুমিৎপু লাৎনবা কোঙয়াং রানা খরা-শানা মৌবী রাগী ফকলোং শানা কোংয়াং রা মতাং অমদগী ককলগা

১। মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা :- খাগেম্বনা তাইপোংঙম্বী পান্নদুনা খুঞ্জাউবা পোকএ। খুঞ্জাউবনা পীথেৎ লৈমা তাংজখোম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই। খুঞ্জাউবগী অতোপ্পা মমিং অমদি মৈদিংঙু লোইবী মহৌঙম্বা লেংচোংফবা-ও তৌনা কৌয়ে।

*-শা: শলাই ১সুং নিং: ৩০৪*

কোঙ্য়াঙ্ খারা-সা।। মাওপী ফোইচলয়ই।। ব্লুনিং খাকোই য়ান।।তাওচীঙ হইরিচীন অচীনবানা নোংপোক তাওরিং লইমা চাপু।। থেমথা মাইখঙ পুঙ্নে।।

মৈদিংঙু উরা কোম্লৌবা তুরেল লাংমই পুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু ব্লুরা কোনথৌবা[১] মাতাইরেম আয়াঙপাংলুসু।। কংতাকৌতৌয়াঙ।। পেরুক সুমতোংয়াঙ হইতাও নীঙ্খামনাবা মোংখাঙ সমচিলনাপা নীঙনা কওবা মাঙনা চোনবা।। লুখম ব্রাঙপা লাইপাক তালবানা।। আয়াঙ লমথাংফম খঙতাপকি।। তুরেল লাংমই পুঙপু কালনা চোংনা য়াঙবারমনে।।

---

পোৎ হাপ্পা য়ানবা মখুম পানদুনা শেমলবা উনিং খাকোইবু য়াননা তাওজিং হৈদি মমুন ফানা নিংথীজনা মুল্লবশিংবু কৎনা কোরৌ থক্তা থোকপা নুমিৎ, নোংপোক তাওরিং লৈমগী মচাবু ইরাৎ থৌনিফম য়োইময়াই নুমিৎপু থেম্লফম পুঙ্নে।

মৈদিংঙু উরা কোম্লৌবা তুরেল লাংমই পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু উরা কোম্লৌবা মদাইরেম মনাই কনথৌবা কংদা কাওতৌয়াঙ হায়না মিংগৌনবনা পেরুক্কী মনা মওং মাননা তুং থংবা কোকয়েৎকী লুখমদা ফিগী ফিজিনা ফনদোক্কুনা শেম্লগা থেৎপা লুখম থংবা শরুকনা কৌনা উবা মাঙগী লুমাং থংবদনা খরাখিৎ চোলনা উবা কোককী কোকয়েৎনা লুখম ব্রাঙবা ওইনা উহন, লাইবকপু পাকনা উহনবা, মনাই অকনবগী মতিক মথৌনা য়েংনবা লমথা ফমদি খঙদরিঙৈদা মফমসি, লমথাঙৈদা অকনবদি মনাইনা তুরেল লাংমৈ পুঙবু কান্না চোংবা ঙমখিবা মনাই অকনবশিংবু চাংয়েংখিবা মফমনে।

---

১। **মৈদিংঙু উরাকোম্লৌবা :-** মৈদিংঙু শমৈরাংনা কম্বোং নিংথৌ চনু লাইরেম্মা পান্নদুনা উরাকোম্লৌবগা পুংমাইগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু উরাকোম্লৌবনা খাবারোল নোংজেংসু, নোংবাললোন হোইয়াম্বী ২মা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু উরাকোম্লৌবগী অতোপ্পা মমিং অমদি পনম নুমিৎ থোকপু চুমব-ও তৌনা কৌয়ে।
*-শা: শলাই:/নি: লম্বু:*

**মৈদিংঙু সেলপী মুংয়ামবা থোংনাং পুং**

মইতেংঙু সেলপী মুংয়াম্পা[১]। খোইয়ম। লাইমই চীঙ্কি সেলপী নিংথৌ ১০০ ফাপানা। আয়াঙ লম্থাং পুঙ্নে। হুয়েল লানীকীতী। থোংনাং মায়াং তেক্কানারল অথৌপাপু ফানা পুঙ্নে।

**মৈদিংঙু চীঙখোঙ লমকাইঙমপা লালঙম পুং**

কংলই মাতাইমাতী মইতেংঙু চীঙখোঙ লমকাইঙমপা[২]। নোংপোক সানা তাওবা চোইনৌ সানা খমপামবানা।। কোইরেং খুনঙম পুঙ্নে। হুয়েল লালনীকিতী কোইরেং নিংথৌ নোংলু অথৌপা মপারী লাইরুপা মমোম য়োংথাপী থাঙথাপীপু ফানা পুঙ্নে।

---

**মৈদিংঙু সেলপী মুংয়ামবা থোংনাং পুং**

মৈতেংঙু সেলবী মুংয়াম্বনা খোইযম লাইমৈ চীংগী শেলবী নিংথৌ ১০০ ফাবা ঙম্বগা মহাকথক্কী অযাঙ অকল অথৌশিংগী চাংযেংনবা থোনখিবা লমথাংপুগনে। হুযেল লালদদি থোংনাং মযাং তেক্কানাবল অথৌববু ফাখৈদা থোনবা পুঙ্নিদো।

**মৈদিংঙু চীঙখোঙ লমকাইঙমপা লালঙম পুং**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু চিংখোং লমগাইঙম্বা নোংপোক সনা তাওবা চোইনৌ সনা খমপামবনা কোইবেং খুলবু ঙমখৈদা থোনখিবা পুঙ্নি। হুযেন লানবু লান্দাখৈদদি কোইবেং নিংথৌ নোংলু অথৌবগী মপারি লাইরুবা মমোম যোংথাবী থাঙথাবীবু ফাখিবা পুঙ্নিদো।

---

১। **মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা :-** মৈদিংঙু চলাম্বনা লম্ফেলঙম্বী পান্নদুনা মুংয়াম্বা পোকএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা কাইনৌ চাংপোম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী অতোপ্পা মমিং অমদি থাংবাই নিংথৌ কিযাম্বা কৌযে।

*-শা: শলাই:/নি: লম্বু:*

২। **মৈদিংঙু চীঙখোং লমগাইঙম্বা :-** মৈদিংঙু কিয়াম্বনা শেনবুংলোকপী. লৈশাংথেম চনু ২মা পান্নদুনা শেনবুংলোকপীনা লমগাইঙম্বা পোকএ। মৈদিংঙু লমগাইঙম্বনা চথা তাঙ্খুলঙম্বী, খায়োইবোল চনিংফাবীগা ২মা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু চিংখোং লমগাইঙম্বগী অতোপ্পা মমিংশিংদি লমক্যাম্বা, নোংপোক সনা লৌবা, চোয়নৌ সনা খম্বাপামবসু কৌযে।

*-শা: শলাই:/নি: লম্বু:*

**মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবা শারোংপুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংপা' য়োইচীঙলেল তমহইপা।। তমপাক লইকোই লাংকোই সেমপা।। সারোঙ পুঙ্মাই তাওপা য়ুমলাই কাইলাইসাকা তমহইবা।। মোংবা থাঙ্ঙা য়ুমচাও সাঙইতা মাতইরেম কোনতে খুচুম সিনাই মায়কা সকপানা।। কংলই মাতাইমাতী।। মালেম, লইচেঙ লইঙোই পেকয়ে।।

---

**মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবা শারোংপুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবা য়োইচিংলেন তমহৈবা, তম্পাক লৈকোই লাংকোই লৈবাকপু শেম শাখিবা শারোংপুঙ্বু শেল্লমদুনা য়ুমশা-কৈশা তম্না খুল্লিং খুলবু হানবা মোংবা থাঙ্ঙা য়ুমজাউ শাঙৈদা মহাক্কী থোইনা চানবা মনাই কোনতে খুচুমনাই শিনাই মাইকাশকপনা কংলৈ মকাইফম অমদা মালেম লৈচেং লৈঙোই লৈপাক পেকখিয়ে।

---

১। য়োইমোংবা :-

মৈদিংঙু খুইয়োই তোমপোক্লা নামোইনু পান্নদুনা য়োইমোংবগা তাওথিংমাংগা পোকএ। মৈদিংঙু খুইয়োই তোমপোক্লা থুপগ্লবদা-- মসাপী ঙাংঙোই য়োইমোংপানা থৌতিকখোলকি ফৎলও লাইমা কোলপু য়িনথাখিয়ে নুংনাং কাওখঙকোনকি চীঙঙু কোলোই মহকসাংবু পুমনা তুতেংথারকয়ে। মসাপী লাইরেল য়োইমোংপাতা চীঙঙু অৱাং কৌৱু অসুপপা ময়াথংপু য়িলনা মোংবা তুতেংখিয়ে। সানৌ মচিন মনাওনা। কাক্লেল মীঙমপাপু। কংলই পুংফাইনয়ে। হাও য়িমনাক্ ১০০ তাপা লোইপু লোইচললমমে। মরুমপী গাওনুখু হাওনুহল লোইতোংখু লোইতোংহলসুঙ পুমনারকয়ে। চাতুম চাঙালকা য়েনয়োমহল। সারোং লাৎ। মিলাৎ মিতোঙ হোঙনেমকা তমনবে। সানৌ মচিন মনাওনা সিংপোৎ ৫ লক্পু সালনা তোইতাও হৌনা সিথিল পুথিলনারে। মমাইপী সলথোং ৱাখু মাইনা চুপসা মোইফেল্ তম্পীয়ে। মোংপা য়ুমলেন কারেল ৩সুপা তাওখঙ্পীবে। ঙাংঙোই য়োইমোংপতি। মোংপা চীঙ্নুংহত্তা চঙ্না। লাইরেল মতে হইকুম সানথুপখিরে। লাইরেল য়োইমোংপানা মোংপা য়িম্তাংসাংপু কারেন্ ৯সুনা তাওখঙলে। ফম্মোই ফম্ ফলাং মইতোংলে। মমোম তমপা ৱাংঙমলোনসুঙ্ মোংপামাংসোক কাচাও য়ারে। খাংসু লাক্পা থুক্ক্রি খাওচাও য়ানপানা অসৈ ৱাংপারেলপু চেংলও মিৎথিৎলে। ৱাংঙম লুরু থিংক্রি খাওচাওতানা। লারোং লাকা তৎ। লাংনা য়াখম্ লাক্না ঙাইখমখিয়ে। ৱাক্থা খোমপু মাইরোংতা তুংথাংনাপা অসৈ ৱাংপারেল্পু। লৈকাই তিমেলতা ৱাইপানা। তিমেল মখূৎসুনা চৈপীরে। নিংথৌ পোংপা ১০ মা । লইমা ১০ মা। কোনতে খূৎচুম্মাই। মামোম তম্পা ৱাংঙমলোননা খুয়ুং চঙ্পুমনা লইনা সিবোই ৱাংপিরে। ক্রৌখোংমালকতা। তুপি মতিঙ্ লাইরেন মতাংসমহৌরে। খাংসু নাহা লাইরাপা তিমেল মখূৎসু মাথানা তওৱোলনা নোংমনখিয়ে।

*-চেখোং/পাখংবা লাইহই, লা: ১৬-১৭*

মইতেংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংপা মাতাইরেম সিনাই মায়কাসকপানা।। মাললেম লইনীনকোল লইচেঙ লইঙাঙ পেকনাফমনে।।

**মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাৎ য়ুম**

কংলই মাতাইমাতী। ৱাংঙম খুলথৌবা য়ুমতাংসাংনে। মইতেংঙু লাইরেল নাওথীঙখোং[1] মঙাংঙমপা। য়াইরাৎ য়ুমনে। মইতেংঙু মঙাংঙমপা মায়াই য়াইরংচান। নুমীৎ থানা কুপীবা য়াই। কৌরৌ খোংচোল নুপী। তোংচেং কাইনও থাৱালপীচাকনা কুপীবা। য়াইৱোনথোক। কোরৌ ৱায়েনপা ৱাঙপন থৌথাপানা

---

মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবগী মনাই শিনাই মাইকাশকপানা মালেম লৈবু নিনদুনা লৈচেঙ লৈঙাঙ পেকনখিবা মফমনি।

**মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাৎ য়ুম**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈবাক্তা মতিক মথৌনা লৈনা কুইনাপাল্লমবা মৈদিংঙু লাইরেল নাওথিংখোং মঙাংঙম্বা মিংগৌনবনা লৈরম্বা, য়াইবু লাৎখিবা য়ুমনে, মৈদিংঙু মঙাংঙম্বগী য়াই, নুমীৎ থাগী মথৌজানদগী ফংবা য়াই, কোরৌ খোংজোমনুপী তোংচেং কাইনৌ থৱালমীচাক্কী মথৌজান্দগীসু ফংজখিবা য়াই, মতিক মঙাল লৈবা য়াইওনথোক । কোরৌ ৱায়েলপা ৱাঙপন

---

১। মৈদিংঙু নাওথিংখোং:-

মৈদিংঙু উবাকোঙ্খৌবনা খাববোল নুংজেংসু পান্নদুনা নাওথিংখোং পোকএ। মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা খমসুরোল চিংয়াইসু পান্নদুনা নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু নাওথিংখোংগী অতোপ্পা মমিংদি হোংনেময়োই খুঞ্জাও, লোকই শেলোনাই, মঙাং ঙম্বা হায়নসু কৌনৈ। থংবিদ্রৌ কৈনে লম্বাল লৈমানাই কৈনে লুপবদ্রৌ কৈনে হাওরং কৈনে কৈখু কৈনে ৫মাসি মহাক্কা শেম্বনি।
*-কৈরোই/ নিং. লম্বু:*

নিংথৌশিংগী য়ুম শাবগী মবমদা 'কংলা হৌবা' অসুম্না পল্লি : লাইয়িংথৌ পাখংবগী কংলাগী ৱাইসিং লমসিং খুদুপ হায়রক্কে। মিং নাহা অমুবা অদুগী মফৈ ৩০না খুদুপ ওই। খুদুপ ৪ মনা উখুন্ ওই। উখুন লৈচংদি খুদুপ ৭। ময়াই কাদি খুদুপ ১২ নে। কা ২মদি খুদুপ ৮/৮ নে। কংলা মফৈ খুদুপ ২৩ নে। ময়ুংদি খুদুপ ৩২ নে খণ্ডও। য়ুমবিদি ৮ নে। ১না ৱাংব্রেননে। ১না কৌব্রুনে। ১না থাংজিংনে। ১না মার্জিংনে। ১না অতিযা সিদবনে। ১না

মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং যুম

পীনাবা য়াইরংচালপু। খাপী নওপোক চইথংকিনা। তাওচীঙ হইপাললেম ঙাইরোং সিংপাল লেমনায়াইবু তাইদুনা য়াইতইফমনে। মইতেংঙু লাইরেল নাওথীঙখোংকি। তানলোই অখুপী লুপলেল্ অতোলপী।। য়োইহইরোইনাই।। নোংপাল সারিমোমপী।। সাংকুপী লমতু

---

মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং যুম

থৌদাবা, তেংবানবা মপুনা পীনবা অথোইবা য়াইবু। অমাইবা খাবী নৌপোক চৈথংকিনা। তাওজিঙ হৈরাং নিংথিবা লৈরাং অহেনবা কৎনা য়াইবু লাৎলম্মে। য়াইবু তাইদুনা লাৎখিবা মফমনে। মৈদিংঙু লাইরেল নাওথিংখোংগী লোইনবী নুপী অখুবী লৈমা মহাক্তি অতোনবী। থোইনা হেন্না নিংথীবী, নিংথৌগীদি চান্নবী হায়খ্রবা ৱাদা হোংদবীনা খারৈ লৌ

---

অতিংকোক সিদবনে। ১না কোন্জিন্ তিংথোকনে। ১না অসিবনে। ৮মা অসিনে। নোংপোক য়েৎ থংবদি অতিয়ানে। ওইথংবদি অতিংকোকনা নোংচুপ য়েৎ থংবদি অশিবনে। ওইথংবদি কোঞ্জিন তিংথোকপানে। নোংপোক খা চিথেকতি ৱাংব্রেন্নে। খা নোংচুপ চিথেকতি থাংজিংনে। অৱাং নোংপোক্ চিথেক্তি মার্জিংনে। অৱাং নোংচুপ চিথেকতি কৌব্রুনে। মাগী মাগী মমিং অসি শোন্দুনা উখুল্ উখুন্দা সনা লুপা হৈ লৈ হাপ্তুনা তৌও হৌও। কংলা অদুগী মমিং সনা মনিক্ লৈতা হিংসনা নোং কৌএ। কংলাগী যুম্বীত্রেংদি চীং হৈক্রুনে চিংথাংদা হৌবা উনে। ২মানা য়ুংও। খাংলবু খাংলেন্দি য়াইরিবোক্তা হৌবা উ খোকনা ওইও। উরাহুমদাংদি লোক্তাক্ কবাংগী ৱানা ওইও। য়ি কুপ্পদি লংমাইজিংদা হৌবা চবোৎনা কুপও। থাদি থৱানথা। মাকমৈদি ১২ পানবা নিংথৌকাবগী নুমিৎয়ুংগদবা পুঙ্ ২ ৱাংলিঙৈ অথুম্বদা যুঙও। য়িরাংকী পোৎযাওদি হৈবী হৈসাং হৈত্রোই, হৈবীচুপ্ হৈথুম্ লফোইকোমপোৎ লউ ১ সনা লুপা কোনয়াই হুললো। লাৎকদবা মীদি নোংমাইজিং পোকপা মীবু তৌহললো। উখুল লৈচংদি খুদুপ ৬/৬ কাপ ১ লাওহল্লো। য়ীমহন (যাত্রা) উখুল্ লৈচংদি খুদুপ ৪ কাপ ১ তম্ও। লাইমিংদি। চকপা ঙম্বা চেৎ চেৎ চিক চিক্ চেংচং অসি সোল্লো। মমা লিনবীগী মচা তৌহল্লো। থাংজা পোকপা মীসু তৌহল্লো। পবিং থাবদি মমিং উংহা হা হৈ হায়না সোল্লো। চেৎনা তৌও। ৱা অসিদি নিংথৌগী থৌৱাইনচিংবা অযাম্বা খৈবিক্কী থৌৱাইপী লৈচংনে। পূন্সি লমদাং শাংনে থংও। মসিগী মতুংদা লাইশ্রানা খুইয়োই তোমপোক, নোংমোইনুনা য়োইমোংবা তাওথিংমাং, হাওনুখুনা খুইনিংঙোনবা হাওনুহলনা পেংসিবা, লোইতোংখুনা কাওখংবা লোইতোংহলনা নাওখম্বা য়াওবৈবা চনুনা নাওফংবা। মৈদিংঙু নাওফংবগী হাক্তক্তা নোংচুপ লমগী পাঙল মুসলমানগী গুরু ১ থোরক্লুনা নিংথৌনা চিংবা লৈপাক অপুম্বনা মাগী ৱায়েল ইন্না লাইনিংলমচৎ ওল্লে। সিরগা সাংফুম ফুমলে। নামুংসাবু সেংহল্লে। পুসা পাসাহাইনা হৌহল্লে। অমসুং নাহাননোং য়াওরৈবী মশাবীগা খুনকাম মশানৌগা ২মানা কংলৈ লমদাইবদা শামুক্কা নোংগৌবীগা মুকসনগা ৩মাবু নামুংসা কৌই। ১সুং লাই ৩মানা লৈপাক অচৌববু পিকহনগে অপিসাবু চাওহনগে হাযবগী মুসলমান গুরুনা লমচৎ তোৎনা

**ময়েদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

লওহোঙপী।। য়াঙমনাহা।। থীঙনাং সলকনচামপাকি।। মামোমপললোন্।। যোইহই য়ুসোক্ লমলাংঙমপী।। যোইপু য়ুবেক্ফাপীনা।। নুবা হোংখুনাসিনা।। কোমপেক তুংথাংনা। যীললুম নমপোক সেল।। থীঙ্লও চীবিপোমঙইথোমনা।। কোঙ্য়াঙ চুপলেল্ যুং।। লোকলৌ সাযীতইনা।। লমতু লৌহোঙপীকা।। য়োইরেল আতোন লওখামপাকা।। আসই লওখাম লেংনা তিলনা।।

---

**ময়েদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

লৌতানা লৌকুমবী, য়াংঙম নহা সকল চামবগী মচানুপী মমোমলোই থোইনা হেন্না নিংথীবী উশোক লমলাংঙম্বী যোইবু উবেক শাফাবী, থোইনা হেন্না নিংথীবীনা নাপদা কোমপ্রেক্কী অঙৌবা লৈপালবু চিল কোবৌ নুমিংকী মৈশা থাংনবা কোমপ্রেকপুসু তুংদা যান, কোংযাং চৈশুবুসু যুংনা, নঙ্গনদা তুপনবা যেনপাকপু অযুংবা চৈশুদা থেংনা কৌবৌ অঙানবগী মৈশাবু খলনা, হুমাং লৈবি তানা খাবৈ লৌবু লৌকুম্বী লমতু লৌহোঙবীগা যোইবেল অতোল লৌখাম্বগা, লৌতাকবশিং

---

যান্না তৌহনববু লাইবেল নাওফংবগী লমচৎ-লাইমিং অচেৎপাবু য়েখাই ঙমদনা লৈবিঙেদা অতিয়া গুরু সিদবনা থৌজালবীদুনা নুংবাল অসাংবমদা চহি ১৩গী মতমদা গুরুনা মমিং লাইবা কৌনা পোক্লবে। লাই ১না মাগী পাঙ্গল ওইনবা অবামপাম্বগী মাযিমদা ঙকলেল লাবা খাবোনবা থিংলৌ পঞ্জনবনা মমিং পুকচাও কৌবা ১সুং পোকএ। অদু মতুংদা গুরু মুসলমান্না নিংথৌ নাওফংবগা কংলা য়ুমজাও হৌবদা পলিং উখুল লান্‌ববু কনাগুম্বা অমত্তনা খঙবা হৈবা লৈতববগী লাম্বা খঙদ্রববু। নিংথৌগী য়াইফাবানা গুরু লাইবনা লৈবাক অপুম্বগী মমাংদা হায়বকলে। হে লাইযিংথৌ ও। হন্দক হৌবা কংলা য়ুমজাও অসিদি পবিং উখুন লাল্লে। নবুধৌগী থিগাং সোক্লে হাইববদা গুরু মুসলমানবু নিংথৌনা কৌদনা হায়এ। গুরু নহাকনা হৌবা কংলা অসিদি পাবিং কাবল শোইবে হাইএ। কবম শেমসিবা হাইববদা। লাইবগী মমাংদা অশাওবগা লোয়্নননা খুমলকএ। হায়বিবা আসেদো কনানা হায়বনো, লাল্লি হাযবা খুদম অমতা উহললো। অদু নওনা "লৈকাই ফৌসু খোন্না খুৎপোকপা নুংশা মনিন্না নমপোকপা তৌগুনো হে নিংথৌও"। নহানা মাইবা শাবা মংথনবনে। অসুম হায়বা মুসলমানগী য়াথংদো ঈশিংগা থাওগা য়ান্নবগুম লৌ মপু য়োংনা তানবগুম। শৈহৌবনা পেনা খোংবা, বামোন নওনা লুগুন থাংবা লৈপুংনা ষন শাবা খোংদবা তুগুম্ববু নিংথৌনচিংবা লৈপাক পূম্নমক্কা মুসলমানগী বাবু য়ানিংদবে। মতুংদা লাইবেল নাওফংবনা হাইবকএ। হে লাইবা ও। ঐগী সঙ্গাইনা শোইবা অসিবু নঙ খঙববা। লাই কনানা হায়বনো। নংসু লৈকাই কদাইদা লৈবনো। নয়ুম শাগৈসু কবি কৌবনো হাইনা হংলবদা লাইবনা খুমএ। ঐদি হে নিংথৌ নংগী অবেপ্পা নবুধৌ পাখংবগী থৌজালনা লৈপাক মবা চেংনবা, ইমিং লাইবা কৌনা থোকলবনে। ঐনা হাযবা থাজদ্রবদি খুদিন্ন কবম্বা উংলো হায়বনো হায়বিঙেদা ঈনা

মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

থাঙ্গুঙা কমপোংলই॥ য়েল্বা তুসেক্সাপা॥ লইরাং খোকলোই থেংনা॥ খানলই লওকারকপাতা॥ ৱাইথুং য়ুমনে॥

কংলই মাতাইমাতী॥ মোংপা য়ুমনীঙ্তুংনে॥ ৱাংঙম খুলথৌপা খুলপুথীসংপা থোঙখই য়ুমনে॥ মোংপা য়ুমনীঙ্ থোঙ্ থোঙসীৎ নানৌ থোঙনে॥ মোংপা থাঙ্গুঙা কারেলমাতী॥ লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপা

---

মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

পুমনা তিননা লৌকারকঙৈদা থাঙ্গুঙ কমপোংলৈ য়েলবা তুসেক শাবা লৈরাংবু, লৈরাং লৈখোক য়াওনা নাপ্পদা থেংনা অৱা পোথা ঈশৈ শক্লা থুংখিবা য়ুমনিদো।

কংলৈ মকাইফম অমদি মোংবা য়ুমগী মনিং থংবা কাদি। অঙম অথৌ-অকল অথৌশিং লৈনবা মফমনিদো। মোংবা য়ুমগীদি মনিংথোং ওইবা কা, নিংথীবা থোঙশিংনা থোঙবু পানবা অথোইবা থোঙনে। মোংবা য়ুমগী অতোপ্পা অথোইবা কারেল অমদি লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা

---

উখুন পূম্নমাবু। পেরেগুম কাপখৎলকলে। নিংথৌসুং লৈপাক পূম্নমকসুং ঙকলে। নিংথৌনা হাইএ। হে লাইবাও নংনা হাইবা অসিবু ঐ য়ারে। পারিং লাংসং অমরক হুন্দুনা হৌবিরো। গুরু লাইবনা হায়এ। ঐবু শেমজৌ হায়রবদি উ-ৱা অপুম্বা ফুক্তোক্তুনা লোক্তাক্তা হুম্ন্দুনা চীঙ্ মমিং নাইবদা হৌরিবা উ মমিং নাইবশিংবু লৌরুদুনা উরেপ চারা ওইগনি। য়ীমহন যাত্রাদি চিংথাংদগী উনা ওইগনি। যাত্রা মথংদি ৱাংব্রেন্দগী উনা খিনগনি। উপাদি পিচুমদগী হৌবা তুমিৎলা উনিংথৌনা খিনগনি। মথংদি লাংজিংদগী হৌবা উলাংনে। উপাদি চিংথাং তাইমারেংনা পাগনি। উখোকতেন দি হৈবোক্তদি উনা য়ুংও। ঈদি লংমাইজিংগী চারোংনা ওইও। উরা হুমদাংদি থাঙ্গা কারাঙ্গদি ৱানা ওইও। সনায়ুম্বীদি থাঙ্জিংদগী উনা ওইও। খাঙেলদি লাংগোন্দগী উনা ওইও। মাইকৈ ৪মদি লৈকাই ৪দগী উনা ওইও। অসুম হাইরবদা নিংথৌনা হায়এ। হে লাইবা নংনা থোকপা তৌবিরো হায়রবদা গুরু লাইবনা হায়এ। হে নিংথৌ অথোইবা ও । পূক্লিং ৱাগনো নবুধৌ পাখংবনা থৌজাল লেপ্লা কুবিগদবনে। তৌইগুম্বসুং নবুথৌগী খুদিন ঈ হাদোক্লিবা অসিদা লাইবা ইতোমতনা ঙমলোইএ। ঐগা পোকমিন্নরকপা ঐগী ইপাং অমা লৈরি। অরাম পাম্বগী য়ুমদা মরাইবক তাংবা মমৈ লাংবা মখোং ৪ তাংবা মবুক লাংবা মমিংদি পুকচাও কৌবা লৈবনে। মাবু কৌরুও। হায়রবদা নিংথৌশেনবা চৎখিদুনা হায়রুইএ। অরাম পাম্বনা হায়রকএ। পুকচাও অসিবু নুংবান ইপু লাইদা কত্তনা থৌনি তাইসিক্কে নিংববু নিংথৌগী য়াথংনা নিল্লবনা হাল্লে হেনফদরে। হে অপোকপা লাইও। অরানবা ঙাকপীও। হায়দুনা নুঙবান ওকসঙদগী হোইদোকলুববু থিঙলৌ

মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

যোইচীঙলেল তমহইপানা আব্রাং লাংথাপাল। তেললোঙ্ লমতাইথেৎ।। যাওবও সাবাল চীঙ্ মোংপা সাখুলপুৎ মাযাং লামকোইচীং।। তোংচেঙ্ সাকপই।। লমলেল্ লইনাবেককি।। সাচীফু লমঙাক তানবা।। থোঙলেন কাক্ফই থাঙই।। মযাং নাহা সাবৈ থেমঙৈত্রা।। যাওবও

মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

যোইচীঙ্লেল্ তমহৈবনা লৈবমঙৈদা অব্রাং মাইকৈ লমদা খুৎতা তেলবু পাইদুনা যাওবৌ শানা চৎথোক চৎশিন তৌনবা লম্বীবু শাগী খোঙ্গুল লিনফম মযাং লমকোযবশিংনসু যৌবকফম ওইবা চীং তোংচেঙ শাকপে লমলেল লমদি লৈনাবের্কী। শাজীবু থা কৌবদা মফমসিদা মবমখৈবু ঙাকনা থোঙলেন কাকফৈ থানা চহী কুমগী পাকযেল তাইদুনা থোঙথিঙনবা মফম, মযাং নহা শাবৈ থেমঙৈদসু যাওবৌ

মথিনাই ওকলেল মবাং হৌদম্নবগী অবাম্নম তোংবন চংবা নি থৌ শেনবা ৭ কাসু থব্রায মিবেল পাইং। লাইবেল নাওফংবদা ব্রাকৎচখিএ। ননাই দৈখোযবু পুকচাও কৌথাকলববু যাদনে। হায়বকা লাইবানা হাযও। হে নিংথৌও ঐবু উদবগী যাদবনে লাইবা ঐথাক চত্নুনা কৌকগে হাযনা মথাম পাম্বগা লোয়ননা গুরু লাইবনা লাতোন মমদা চেংবুমনে তিংথৌ মপোপ ... ন কোনয়ই হাপত্না পুকচাওগী মমাংদা থাকবে। অদুগা গুরুনা হাইএ। হে পুকচাও ও ইবংঙ্গানা পোকলকপবু লাইবেল নাওফংবগীদমক পোকলকপনে নংনা নিংশিংও, চৎসে চৎসে হায়ববদা পুকচাও খাবোনবদি লাইবা মশক উববগী নুংবান ওকসংনুংদ। থোকলত্নুনা লাইবগা তোংবা ২মংগা লোয়নদুনা সঙ্গাই য়োইকোনুংদা চঙলক্লে। লাইবনা হায়এ হে লাইনিংথৌ ও ঐখোয তমনা অবাল অহুই খিবিকপু শেংদোক্লুগে। লাইবেন নাওফংবাও নবুক ব্রাবশনে।। পুনমা ...সগী মতম ব্রাথলি। ওকসং লৈং। সানা থমশিংসে। খুবাই ব্রাইবংবনা লৈথবক্লবা রাংখৈ লৈদুবনা তুথবক্লবা, খ্বাই হবাইবনা লৈথবক্লবা, য়াইস্কুল যাইচাবনা চশিনখববদা নোংযাই মতমদা ঐখোয় তমনে নিংথৌ নংসু মাওন নবুথৌগী মবেক মহাও মচুম অযাম্ববু হান্না শেংদোকখিন নি হায়না পুকচাওবু ওকসং শাদুনা থমলে। অদুগা নুমিৎ মতম চাবদা পুকচ ও পুথোক্লসে। হংবনা থাকলে। লাইবেন নাওফংবগা গুরুগা ২মাদি খা ব্রাং লেপলে। পুকচাওদি থিংলৌ মথিজনা ওকলেন ঐবাং শৌনা উখুল খুদিংগী পেবে মতৌগুম কামালবা খিবিকপু লৈতেম মায়না লেকথাক্লুনা শেমহৌবে। অদুগা গুরু লাইবনা উবেন ব্রাই ৭ শুববু লৈচঙ খুদুপ ৯ চংনা থাংজি ম ব্রাবেন অহানবদা উ হৌবে। মতৌ অসুম তৌনা লৈশাক ব্রাবগদম্ব পুংঙাইদে। অদু মতুংদা কাইবৈমোনা সামৈবাং লাইবেমনা কোনথৌবা খাববোন্না নাওথংখোং। লাইনিংথৌ নাওথিং খাংগী হাক্তক্তা মঙাং গুরুগী খুযাদা থৌগনচয়ে। নিংথৌ পুকনিং অবেপ্লবু উবদুনা গুরু অথোইবনা হায়বিবে। হে নিংথৌও নংনা পাম্বা ব্রাবু হায়বো ঐ থুংহনগে হায়ববদা লাইবেল নাওথিংখোংনা মমিত্তা মপি তানা হাযজিএ। হে গুরু ঐখোয মীওইবগী থব্রায হকচাং অসিনা কবম লানগবা তাকপীও

**মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

সামি কৌনাফমনে।। মোংপা সায়াকোৎ চংনাকানে।। থাঙ্ঙা কারেলমাতী।। য়োইপু খোইমোম লাইরইমা।। মোংবা থাঙ্ঙ য়ুমচাও লইমা য়াইফপী।। মাঙসোক কোলনুং আচলপাতা।। মইরা তলতুম ব্রোইনা।। ব্রাঙনপী থাঙ্ঙা য়ুমচী খলপী।। মোংপা য়ুময়াইঙাকপী।। য়ুমচিন লইমা পাওতোইবী নাকথা লইমা পাওয়ামপী।। ফুরেপ লইমা লুচাওপী।। মালফম লইয়েংপী।। কোলফম্ লইতকপী থাঙ্ঙা

---

**মৈদিংগু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

শামী কৌনফম ওইবা কা মোংবা য়ুমদি মফম অসিদা কুমগী ঈরাৎ থৌনি তৌনবা শায়াকোৎ চঙনফম ওইবা কানে। মোংবা য়ুমগী থাঙ্ঙা কা অথোইবা অমদি য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মোংবা য়ুমগী থাঙ্ঙা য়ুমজাও লৈমা য়াইফ লনকুবীগী মাঙশোক কোলনুং অচালবদা পুম্নমকপু মঙাল পীনা মৈরা তলদুম ওইনা ব্রাঙলপী অথোই লুচীংবী ওইনা লৈবী থাঙ্ঙা য়ুমগী য়ুমচী খলনা মোংবা য়ুমগী য়ুময়াইবু ঙাকপীনা তাইবংবু ঙাকপী, য়ুমচীন লৈমা পাওতোইবী, লাকথা লৈমা পাও য়ামবী, ফুরেপ লৈমা লুচাওবী লালফম খুদিং লালয়েংবী।

---

হায়জরবদা মঙাং গুরুনা তাক্লকএ। হে নিংথৌ য়াইফবাও। ওকসং শাবা অসিদো লাংবচক হাক্তক অসিদদি লাইগুরুবু শং শংনা ফংনবদি ঙমলোই। চিংলোন সিদববু হেন্না লান্নবা অমা লৈতে। লাইগুরু মহাক্তি মীমরু, মীহেন, মী মচং-থব্রায় চঙখোনবা অসিদা লৈবে। তৌই গুশ্বসুং লান্নফমবু মাপা খিবিক্তা হায়রক্কে। লাইগুরু হায়বদি অতিংঙা মশক নাইদবা নোংথাং কুপ্পা চুমিথাং খনবা মতমগুম মরোন মরোন নাতে মনুং শেন্নবগী মনুংদা লৈবদো নিংজগদবা লাইদি অদুনে। মহাক কৌবা লাইদি অদুনে। য়েংদনসু নিংদনসু তক্তনা উবা ঙমদে। স্বর হোন্দোক হোনজিন ২মাবু, খঙনমক ফাওবা ঙমহন্দে। অরেপ্পদি হোন্দোকখিবা খুদোল ২মাদা, অতিংঙাদা লংনা য়ানদুনা লৈবনে। মহাক অদু ফংলবদি পূক্লিং লেপ্পা 'হ' 'র' 'স' মযেক অহুমবু মমৈ মকোক ওয়না অহুমলক শোল্লো গুরুগী মশক ফাওবনে। অহিং মী চিক্লবদা তৌও। অসিবু হৌজিকনা শান্নজৌও। হয়েং মতমদা লমজাও চৎপগুম হোবনে। তাইবংপানবগী মপু গুরুনা মচা অহুমগী মতিক খঙগে হায়বগীদমক যন য়োংমানবী মশক লৌদুনা চিরেন ৯ পান্না ওল্লে অদুগা শিজিন্নবে। ক্রমচীং মতোন্দগী তাওথরক্লে। অহনগী হিদেন্দা থুংলে। গুরুনে হায়বা খঙদবনা ইনথোকলে। য়াইমবগী হিদেনদা থুংলে। মহাকপু খঙদবনা ইস্থোকলে। অতোনবগী হিদেন্দা থুংলে। অতোনবনা গুরুনে হায়বা খঙদুনা চিংখৎলে। অতোনবনা গুরুগী চিরেন লাংলেন ৯মাবু ফুকতোকলে। মচি ৩ না ফম্বী মক্তবা ফানখোং ৩মা ওইনা শেমদনা থমলিএ। মচি ৩ অমনা মালেম লৈপাক ফানা থমলে। মচি

**মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

য়ুমচাও লইমা য়াইফাপী মইতিংঙু সেলপী মুংয়ামপা। হুয়েন লাললোইনাবী।। ব্রানা কাংঙমপী।। আইনা-অসুপী।। খানীকপা তা-হুলপাপু কাইনা হুলপী।। মইতেংঙু সেনবী খাকেমবা হুয়েল লালোইনাপী থোংনাং মায়াং চীরিকখোমপী।। ফীমরোন ফপী লোইপী আনানঙমপী। হুয়েল নোংমাপা ফাপী।। মইতেংঙু পোইরই খুনচাওবা

---

**মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম**

কোলফম লৈতকপী। থাঙ্ঙা য়ুমগীদি য়ুমজাও লৈমা য়াইফবী।মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা মহাকথক্তা নহাক্কী নথৌজাল পীদুনা হুয়েল লালবু লালথেংনঙৈদা লোইনখিবা ব্রানা কাংঙমপী। খুৎ ওইনা তাবু সুবী। খানীকপা তিমেল তাবু হুনদুনা মাইয়োক্লবু চাইখাইবা ঙমবীনি। মৈতেংঙু সেলবী খাগেমবা মহাক থক্তসু নহাক্কী নথৌজাল পীবীদুনা থোংনাং ময়াং পূম্নমকপু খোমহনখিবী। তাইবংবু শুমহৎপা ফিজেৎনা লৈতেংনবী অনান পূমবা ঙমহনবী হুয়েল লান্দা থোইন হেন্না

---

২নিনা তাংবন ওইনরে। মচি ১না ফম্বী লেংদবা য়াইমরু সিদবদা পুন্দুনা থমলিএ। মশাদি অমাইবা অমাইবীনা মালেম লৈসি লৈরোইসিল্লে। অদুদগী চিথেক ৪মক মাইগে ৮মক সুংদাই ১৬মক সিংখাই ৬১ মক শাগৈ সলাই ৯মক লাংয়েন ৯মক অসি খিবিকপু গুরুগী হকচাংদগী খাইদোকলি। হে নাওথিংখোংও। কংলাগী ফানখোং নিপাননে লৈচংদি খুদুপ ৯নে, মেন কৌবদি শুরুংবু কৌএ। শুরুংবু তুবি পাখংবনা মথেক ৯ শানা শুরুংবু কোইনা ফানখোং ৮মাবু য়েৎনা লৈবনে। মেন মনুংদা সলাই ৯ মক্কী নাওফম লৈবনে। অদুবু মেন কৌএ। লাইরেন পীনাইদবী ৭মকক্কী নাওফম লৈবনে । অদুবু য়াই কৌএ। অদু লৈবগী মেন কৌএ। অদুবু মেনখোম য়াইখোম কৌএ। অমসুং নিংথৌ পানবা ৮৯ মাগী নাওফমসুং লৈবনে। অদুবু হিখোম কৌএ। তাওরোইনাই ৭ মাগী নাওফমসু লৈবনে য়াইখোম কৌএ। অদু লৈবগী মেনবু ফমবাল কৌএ। হে নাউথিংখোংও হায়না মঙাং গুরুনা নাওথিংখোংদা তাকএ। গুরুনা তাকপা মতুং ইন্না নাওথিংখোনা সঙ্গাই য়ুমজাও শাবা হৌএ। য়ুমজাও মযুংদি খুদুপ ৪৯ নে। মফৈদি খুদুপ ২৪ নে। খাঙেন্দি খুদুপ ১২নে লৈচংদি খুদুপ ৭ কাপলেন ১ খুদোল ৩ মফৈনে খঙও য়ুমলেপতি খুদুপ ১৪ কাপলেন ১ ব্রাইচৌ ১ খুদোল ৩ মফৈনে। শঙ্গাই য়ুমজাও শাবগী মরমদি অসিনে। কংলাগী য়ুম মনুংদি খুদুপ ৪২ কাপলেন ১ ব্রাইচৌ ১ খুদোল ২মফৈনে। য়ুম মফৈদি খুদুপ ২৭ ব্রাইচৌ ১ খুদোন ৪ মফৈনে। লৈচংদি খুদুপ ৯ নে। য়ুমলেপতি খুদুপ ১৭ কাপলেন ১ ব্রাইচৌ ১ খুদোন ২ মফৈনে। খংলেন খুদুপ ১৩ কাপলেন ১ অসি খঙনবা হায়রক্কে। খোং অয়ুংবগী খারম খুদুপ ২১ ব্রাইচৌ ১ খুদোন ৪ ওন্থও অদুদা সুম লৈবনে। অযুংবদগী অব্রাংলম খুদুপ ২১ ব্রাইচৌ ১ খুদোন ৪ ওনখৎলো অদুদা সুম লৈবনে। সুম অদুদগী নোংচুপলম খুদুপ ১৩ কাপলেন

মৈদিংগু নাওখিওখোং য়াইরাং য়ুম

হূয়েল লাললোইনাপী সেনবী কবো সোকওমপী হূইয়েল সামপেং ফাপী।। মইতেংঙু তুবী চারাইরোংপা। হূয়েল লাললোইনপী।। নাকালালথাপী।। পানবা কইয়াম্‌ফাপী।। য়োইপু খোইমোম লাইরইমা।। মোংপা থাঙ্‌ঙা য়ুমচাও লইমা য়াইফাপী।। কারেনৃয়াইনে।। ফৈথা মইরিংকা।। হাওনু তেরা য়ীরালৱাই খোইমোম লাইকুরা ফমসাং কানে।।

---

মৈদিংগু নাওখিওখোং য়াইরাং য়ুম

মপা লৈতবীনি। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওপা মহাকথক্তসু নহাক্কী নথৌজাল ফংদুনা শেলবী কাবো লালশোকনঙৈদা ঙমহনখিবী হুয়েল শামপেং ফাবী। মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা মহাকথক্তসু নহাক্কী নথৌজাল ফংদুনা নাকা লালবু তাখিবী। পামবা কৈরেল কয়াবু ফাঙমখিবী। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা। মোংবা থাঙ্‌ঙা য়ুমগী য়ুমজাও লৈমা য়াইফা ললকুবীগী। অথোইবা অচৌবা কারেল ওইবা মফমনি। নিংথৌগী ফম্নাইবা ফৈদা কৌবা অঙম্বনা মৈরিং কাসু ওইনবা মফমনি। য়ুমগী য়ুমলৈমা নুপী য়ুম্নুরেম্বী ওইবীনসু য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা ৱাইথুংফম ওইনবা

---

তমও অদুদা সাইবু লাংজেনে। খাগীসুং অদুনে খঙও। য়ুম্বী ৱাই ৭ খুদোল ৩ মফেনে। হৌজিক্তি খুদুপ খঙনবা হায়গে। মী অপীশাগীদি ৱাইচৌ ১ খুদোনবীগী মফে ১ হাপপু। মী অচৌবগীদি ৱাই ১ তমও। অদুগা ১৬ সুনা ওল্লো। অদুনা ৪ থোকনা থুপলো অদুনা খুদুপনে। লাইযিংথৌ নাওফংবসু অসিনে। কাদি ৩ নে, সাইবু সেন তোপও। খংলবু ৯ ফংএ। লংমই থা তোপও। অকুপ্পা মসাস্তম, অবংবা মমি লাক লাল্লুচা ৭ খাগা থা কোকলেন লিশিং ১বু য়াইরিপাগা ফন্না অহোঙ্ লানয়ান সঙ্‌নে। কংলা থোন ৭ থোল্লাং মৈনে। কারেন য়াইদি খুদুপ ১৮ ৱাইচৌ ১ খুদোল ৩ মফে, অৱাং কাদি খুদুপ ১২ ৱাইচৌ ১ খুদোন ১ মফে, মখা কাদি খুদুপ ১২ ৱাইচৌ ১ খুদোন ১ মফেনে। খঙও। মীওইবনা খঙনবা হায়গে হে মীও। গুরু খোরি মাইচৌনা তৌরম্বা ৱানে। উদি তুমিৎলা, উনিংথৌ, তাইমরেং অসিনে। হুমদাংদি লাইৱা, উয়েং উতং অসিনে। পয়াদি উনপ, উতং অসিনে। ইদি চরোৎ ইমোম অসিনে। অসিগী মতুংদা খুমসুরোলনা খোঙতেকচা পুকৈরেন চনুনা কইরেনচা লোইচাবা চনুনা য়ারাবা। লমপাসুনা অয়াংবা লমপাসুনা নিংথৌচেং লমপাসুনা চেংলৈ ইপাল লালথাবা। লমপাসুনা য়াংলৌ কৈফাবা খোংলৈমানা ইরেংবা। য়াওরৈমানা লোইয়ুম্বা লাইয়িংথৌ লোইয়ুম্বদা লাইরুম, তিল্লুপ লুপ ৬ মকনা শাই। গুরু কোরৌ মাইচৌ শাবসু অসিনে। লুপ ৬ না লাইচনখিবসুং অসিতনে। খাইবুং লাইবুং তিনবসুং অসিনে। লাইগা মীগা খাইনবসু অসিদনে। য়ুমলেপতি খুদুপ ১৯ কাপলেন ১ ৱাইচৌ ১ খুদোন ২ মফে ৱাংএ। অসিগী হাক্তক্তা উখুল খুদিংদা সেনগী কোম্বোং হুকএ। কংলা নাতোনসুং অসিদা তাএ। কংলা

মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

মোংপা কারেনমতী।। য়েইপু মাঙনচীঙকুমপী।। মাঙন্ ব্রাংবা চীঙ্ ।। চীঙলেল্ পললং কুমপী মোংপা য়ুমলেন ঙালপী চৎলম ফানসাং হেনপী।। খোঙকা য়োমপী লুকা খুমপী। মানাক থাঙথাপী পুম্লাং থাঙথেৎপী।। চীঙখোঙ্ লুমলাংচাল।। থাবা তেরায়ীরুম নুমীৎ চীঙপু লুমপী মাসেলনা পোলবী তুকুম খোঙতিলনা চেকলা তুকুম তুরোলনানা য়াতাকানে।। মোংপা থাঙ্ঙা কারেন মাতী।।

---

মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

কানিদো। খোইমোম লাইরেম্মা তাইবংবু লনকুবীরিবা লৈমারেল কাজাও য়ারিবি ইমা ইবেম্মাগী লৈফম কানিদো। মোংবা য়ুমগী অথোইবা কা অমদি য়োইবু মনাউ ইবেম্মাগী য়াতা কাদি ওইরিবা থোইনা হেননা নিংথীবা কাদি চাওদমবা মরেপ য়েংই ব্রাৎতবা, মঙান য়েংই তাদবা, মোংবা য়ুমলেল অসিবু ঙাললিবী। থকসি খাশি খঙনা কাইদা, তুংইনবী মক্বোক মরু খুম্না খোংকাপ শাহুম নাইদনা অয়ুক নুমিদাংগী ঈশিং পুনবু পুদুনা ঈশিং শোকনা ঈমুংগী থবক পুরিবী ইমুংগী মীনসু লুনা খলবীনা মহাক্কী মপুরোইবগা লোইননা নুংশি চাননা চেক্লানা মহুম অমদা য়ারেকমিন্নবগুম য়ুমদা য়োকপা পোলবীনা মকোল অমদা য়ারেকমিন্নবগুম ইবেম্মা ওইবিনা মথংলেনগা য়াতামিন্নবা কানিদো। মোংবা থাঙ্ঙা য়ুমগী অথোইবা কা

---

ফানসাংসুং অসি মখে হৌএ। কংলা ফমলুপতি নিংথৌ পোংবা ১০ লাই ৬ মনে নিংথৌথানা ৭ নে। নিংথৌ পোংবা ১০ হায়বদি লৈকাই লাকপা ৪ মনে। সংলেল লাকপা ২ মানে। পুখ্রম নোংথোন ২মানে। সংখুবা সংলাকপা ২মানে। নাহারুপ অহললুপ ২মগনে। মসিবু নিংথৌ পোংবা ১০ কৌএ। লাইরুপ ৯ মদি মাইবরেল ৫ মানে। অসিবনে, আত্যানে পাখংবনে, লাইস্নানে ৯মা অসিনে খঙও। হে মীও। সুমলৈমানা লোইতোংব, সংলৈমানা ইব্রানথাবা খুরোইঙশ্বীনা থব্রান থাবা, লাইয়িংথৌ থব্রান থাবদা গুরু সোনবা মাইচৌনা শারমএ। য়াত্রাদি উরাং ওইএ। ব্রাইনা চাওয়ে। লৈচংদি খুদুপ ৩ তনে খঙও। ফানখোং ৪মদা চিংলাই ৪ লিয়েৎলে। তৌঙাইঙশ্বীনা চিংথাংলানথাবা। নিংথৌ পোকপীনা খুমোমবা য়াংলৈ ঙশ্বীনা মোইরাম্বা । খুমনখোশ্বীনা থংবীলাম্বাবা। য়াওসোশ্বীনা কোংয়াম্বা খম্বাফাবীনা তেলহৈবা । স্নারেশ্বীনা তবুংবা। লমফেল ঙশ্বীনা পুক্সিবা লম্বাসুনা নিংথৌখোম্বা । লিম্থোইঙশ্বীনা ক্যামবা। লাইয়িংথৌ ক্যাম্বা হাক্তক্তা চিংশু ব্রাই ৯ ফুইবা খুদুপ ৩১ শুবা




মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

নোংপান্‌লৈলোন্ হেপিখু ব্লুরা পোংমা ব্রোইপী।। থৌপাল ব্লুপোঙ লাংমই।। পোংনু মাচল কুরাওতাওপী সালব্রোল চেক।। খুমল্ লালচেলপম লৈহোমপাৎ কে কে থমনোং খোংতৌ লাইচা য়ীগৌ কাপাতা।। হুপনৌ খাঙতপরায়না।। চাকথোকপা চেককুমপী।। ব্লুরা পোংমাব্রোইপী।। পানবা কইথিল হুয়েল লালথিলহলপী।।

---

মৈদিংঙু নাওথিঙখোং য়াইরাং য়ুম

অমদি অঙোম চনুদি ওইবী হেপীখু উরা পোংমা ওইবী। থৌবাল উপোঙ লাংমৈ, পোংনু মচল কুরাওতাওবীনা শাইওনখিবা উচেক, খুমলগীদি মরমখৈ লালচেলপম লৈহোমপাৎ মিংকৌবা কেগেগীদি থমনোং খোং কৌবদা লাইজা ঈশিংনা ঈনৌ কানা হুপনৌনা য়েননিং চোংনা নিংথীরকপা মতমদা লাইজা ঈশিংদা চেক্লা তুফাং য়ৈনা হরাও-নুংঙাই থোইনা চাকতানা মরোল থোক্লা নাইনা খোংজবা চেক্লা কাইদোংলবসু পামবা কৈরেল লৈ হায়না তাকঙম্বী হুয়েল লাল লাকলে হায়বসু খঙহনবী।

---

যাল্লববু কংলা শাগে তৌবদা গুরু সাথিনা উ অসিদি সাহেদে হায়দুনা চিংথাংদগী উরাং ব্রাই ৯ সুবা খুদুপ ৩১ ফুইববু য়াল্লদুনা লাইয়িংথৌ ক্যাম্বনা কংলা য়ুমজাও শাবদা লৈচঙ খুদুপ ১২ চংনা গুরু হিদাম মাইচৌনা হুনবদা নুংবি সেনখোং নমখাইরে। কংবি কংজাও তাওখৎলে। উখুল গ্রু গ্রু খোংলে। গুরু সাথিনে উনম মাইচৌনে নিংথৌজম কিয়াম্বনে গুরু সাকক্‌পানে ৪মানা খুদুপ লাল্লে হায়দুনা যাত্রা শৎতোকলে। ৪মানা লাইনিংথৌ নবুথৌগী খুদুপতি অসি নত্তে হায়দুনা ব্রাইদগী লৌদুনা খুদুপ ৯ চংনা খুদুপ ১৯ ব্রাইজৌ ১ খুদোল ৩ ব্রাংনা কংলা য়ুমজাও হৌবে। খঙও। কাদি ১ তনে। ব্রাৎপসু য়াদে, থোইবসু য়াদে কক্‌না লৈএ। হে মী-ও। সেনবু লৈরোং সনা মখুব্রাং চেংবসুং নোং ৪ না ফানখোংপুবসু গুরু ৪ মানা হৌনা ব্রাদি অসিনে হায়না তৌরম্মে। কবোনা সেনপোৎ পুবসুং অসিদা হৌএ। হে মীওইবশা খঙদবা ব্রাবু খঙনবা হায়ববনে লেপ্লা খঙও। উখুল লৈচংদি খুদুপ ৬ খুবোম ১ নে খুদুপ ৭ শুবা ওইএ। লাইফমনা নোংচুপ থংবা যাত্রনে। মোইবাংকাচিনগী সুমজিনে। খারমনা নোংপোক যাত্রা পাংবা মৈরম সুমজিনে। ২মা তাল্লে। অহল্লুপনা নোংচুপ অব্রাং থংবা য়ুম্বীনে। কৌব্রু শুমজিনে ২ মা তৌএ। নাহারুপনা নোংপোক থংবা য়ুম্বীনে। চীংখৈগী সুমজিলে ২ মা তৌএ। সঙলেন্দি ১৩ নে।

মৈদিংঙু সেন্বী খাগেম্বগিসুং অসিনে।
মৈদিংঙু নোং ব্রাইবং পামহৈবগীসুং অসিনে।

লাংকোই সায়াঙথকতা।। ব্রাকচীঙ লওকোই হলপী। য়োইপু ব্রুসোঙ লইমা ব্রোইপী সাঙতীঙনা মীব্রোইপী।। মেনোং খুৎসা ব্রোইপী।। য়োইপু খুনেৎ তেমখাঙ ব্রোইপী।। হেপী খুনোংপাললোন।। ব্রুরা পোংমা ব্রোইপী।। থাঙ্ঙা পোংমা ব্রোইপী।। থাঙ্ঙা কারেন্ য়াইনে।

**মৈদিংঙু নোংয়িনফাবা, লাইয়ুশঙ য়ুঙৌশঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। থাঙ্ঙা য়ুমলেল্ মাখলমতী। সাপী ঙাইপা লাইয়ুসঙ্ ।। সানৌ ঙাইপা য়ুঙৌ সঙ্ কৌবাতী। কাতৌনোংকিনো।। লাইরেল মইতেংঙু লোইপী সমপুমঙমপা।। হুয়েল নোংয়িলফাপাপু[১]। লাইরেল নাওব্রা মাখুঙই ।। য়াব্রা মাপা চাওতাবিঙই তুপী ফমমোইমিৎ

---

লাংগোই শাশিংগী শায়াং মথকতা তোংঙমদুনা ব্রাকচিংগী উললেদা খোঙদানিংদবগী লাংগোই শাবু থেমনা তোংঙম্নী। য়োইবু উশোঙ লৈমা ওইবী। শঙতীঙনা মীগুম্নী হায়েংগী খোংশাগুম্না মানবা খুৎনেৎ ওইববু থোইদোক তেনদোক্লা নিংথীবা ফিশা খুনেৎ কাংনা চবৈ ফিশা পাংগা তিংববু পাঙয়েশি লংচাক হানলবা পাংহনতেমনা খুনেৎকী তাম্বাদা চেনবগী মখোঙ্ঙেন্না চেক্লা মাগী খোনজেলগুম্বী পাঙয়েশিনবগী খোনথোক্লা নমুং মীগী শাহুমগুম্নবা ওইনা খোনখোকপী নুপী ওইবীগী চরৈ ফী শাফমবু ওইবী থাঙ্ঙ য়ুমগী অথোইবা কাবেলনিদো।

**মৈদিংঙু নোংয়িনফাবা, লাইয়ুশঙ য়ুঙৌশঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি থাঙঙা য়ুম অথোইবা অমদি য়ুম্বুরেম্বী নুপী ওইবীনা লোইনবা নুপা মপুরোইবা মথংলেনবু পাইনখিবা অথোইবা য়ুম লাইয়ুশঙ্। য়ুমগী নুপা ওইবনসু লোইনবী নুপী ঙাইনবা য়ুম য়ুঙৌশঙ্ কৌবদি কবি তৌবদগী কৌখিবনো হায়রবদি লাইরেল মৈদিংঙু লোইপী শমপুমঙম্বা হুয়েল নোংয়িলফাবনা লাইরেন অঙাং নাওব্রা ওইরিঙৈদা।

---

১ **নোংয়িলফাবা :-** মৈদিংঙু লমকিয়াম্বনা চাখা তাংখুল ঙম্বীগা খায়োইরোন চংনিংফাবীগা ২মা পান্নদুনা চংনিংফাবীনা নোংয়িনপাবা পোকএ, নিংথৌ ওই, শোইনাইদে। *- চেখোং*

**মৈদিংঙু নোংয়িন-ফাবা, লাইয়ুশঙ যুঙৌশঙ**

কাতা লাইরেল ফাললাংমই তোংতারিঙই।। মইতেংঙুনা।। য়াৰা মাপাও চাওতারিপানীকিনা।। অঙৌবা সেলবী ক্যামবানা[১]।। তুপী য়োইকোলনুং কোলনুং আচলপাতা লাইরেল মইতেংঙুপু ফইরা তালতা থোংনা।। নাওয়োকলাকয়ে।। মইতেংঙু নোংয়ীলফাপা মাপাললোন।। য়োইপু মইতইরইমা।। খায়োইরোন চংনিংফাপীনা।। অঙৌপা সেলপী কিয়ামপা অসিপু ১০ চামাংতা ৰাংলই য়ুমাং তবানে।। ১০ চমাংকানে ৰাংলই য়ুমাংকানে।। হায়না লাইয়ু সঙসুঙ তইনা-সা।য়ুঙৌ-সঙসুঙ তইনা সাপীখিয়ে।। আতুনোংকিপু।। সাপী ঙাইপা লাইয়ুসঙ।। সানৌ ঙাইপা য়ুঙৌসঙ অো তৌনা কৌয়ে।।

---

**মৈদিংঙু নোংয়িন-ফাবা, লাইয়ুশঙ যুঙৌশঙ**

অঙাং মাদি চাওদরিঙৈ নিংথৌ ফম্বালদি কাদুনা ফম্বাল তোংদবিঙৈ নিংথৌ মহাক্তি চাওদবিঙৈদা, অঙৌবা শেলবী ক্যামবনা, নিংথৌ ওইগদৌবিবা মহাকপু নিংথৌ কোন্দদি কংলা সঙ্গাই চঙনা লাইরেল মৈদিংঙুবু ফৈবা তালদা থোংনা পমনা নাওথেমননা য়োকপা য়াওবকয়ে। মৈদিংঙু নোংয়িলফাবগী মপা ওইরিবা অমদি পোকমাবী পলেম মমা মৈতৈ লৈমা খুমন নিংঙোল চংনিংফাবীনা চাকমাং চাকপু পীজরক্তনা ৰাংলৈ য়ুমাং অমাংবসু চিনথেংনহল্লকখিদে। চাকমাং চাকচা চারক্কনি, ৰাংলৈ যুমাং থকলুনি হায়না খন্না লাইয়ু শঙ কৌববু তোপনা-শা যুঙৌ শঙবু তোঙান্না মহাকথক্কী শাখিবা অদু নোংদগীবু শাবীনা ঙাইবা লাইয়ু-শঙ, শানৌ ঙাইনবা যুঙৌ-শঙও তৌনা কৌনখিয়ে।

---

১ **অঙৌবা শেলবী ক্যামবা:**- পনশাঙম্বনা মংশাঙম্বী পান্নদুনা ক্যামবা পোকয়ে। অঙৌবা শেলবী ক্যামবানা শোকমুঙম্বীনে যুমনাম সনাবোকপম চনুনে অনীনা পান্নদুনা অঙোমগী নিংথৌ ওই। অঙৌবা শেনবী ক্যাম্বনা অঙোম নিংথৌ ওইদৌদা উবেকশেং চাশঙবা চিনববু মৈতৈলৈবা চংনিংফাবীনানযুম অঙোমদি চিন্দবনে হায়না খামখিএ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা তাথীদুনা নোংয়িলফাবা মমা মচাবু হাৎএ।

*-মৈহৌ: - ৮৬/ সঙ্গা:-১৮৪,/চৈ: কু: ২৩*

**খোংলেন অহম**

কংলই মাতাইমাতী ।। লমলেল কোংপাক।। খাখোং য়ীমরু লাইখোং লইনামুংনে।।

**চিংবী লৈমা খোংলেল**

কংলই মাতাইমাতী।। খায়োইরোন নীঙথীপী।। য়ীনচিং খোং চিংপী লইমা খোংলেন য়াইনে লাইপা ব্রুঙ্রমথাপা[১] চইপও তরালসুপা খোংলেন য়াই অো কৌবাতী।। কাতৌনোং কিনো।। য়োইপু খায়োইরোন নিঙথীপীনা।। লাইচা য়ীপাকথকতা তিলাং হাইসীৎনানা লেমলই ঙামি কৌ।। য়ীনফুই মাইরং সোল্।। হংকেল তাইখঙ লাকনা পৌরা লুরক চলনা লইরাই মুংপী থকতা।। লেমলই ঙাচেপ থেমঙামপাপু।। খোইয়ীম লাইপা নাহা।। ব্রুঙাম থাপানা।। চইপুল তরাল সুনা।। লাংলেন ব্রুঙাম চাওতোংনা।। লইকু সেংসৌননা।। লাইচা ব্রুঙাম

---

**খোংলেন অহম**

কংলৈ মকাইফম অমদি, অথোইবা লম, কোংবা মরুনা লৈবা লম, খাখোং ঈমরুনা চেনলিবা লম, লাইখোং লৈ নামুংনা লৈদা চেনদুনা লৈরিবা মফমনিদো।

**চিংবী লৈমা খোংলেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি, খুমন নিংঙোল নীঙথীবীনা ঈলচিংলম্বা খোংনিদো চিংবী লৈমা মিংবু মিংথোন্দুনা মিংগৌনখিবা অথোইবা খোংনিনে। লাইবা উঙামথাবা চৈপৌ তরালশুবা খোংলেন য়াই-ও কৌখিবনা করি তৌবদগী কৌখিবনো হায়রবদি মৈতৈ লৈমা খুমন নিংঙোল নিংথীবীনা লাইজা ঈশিং ঈপাকথক্তা তিললাং মতিন শিৎতুনা লেমলৈ ঙামি কৌনা, ঈলশোলঙৈদা হঙ্গেলগী মচৈ খুৎনা পাইনা ঈলগী পৌবা লৈরাইদা শৌনা ঈল চিংদুনা লেমলৈ ঙাবু ফানবা ঈল থারিঙৈদা, খোইযুম লাইবা নহা উঙাম থাবা কৌবনা, খুঙা চৈগী পৌবু পাইনা লাংলেল ব্রা-নিংথীবনা শাবা পোং অচৌবা তোংনা লৈরাইদা চৈগী পৌনা ইন-ইন্দুনা পোং তোংদুনা

---

১ **লাইবা উঙামথাবা :**- মৈদিংঙু নাওফংবগী মতমদা লৈবম্বা চহী ১৩দগী লৈপাক নিংথৌনা শকখঙখিবা নুংবাল অসাংবমদা লাইবা হায়না খন্নখিবা মাইচৌ গুরু অমনি। নাওফংবগী সনা হাকথকতা কংলা হৌববু শোইববদা, মাইচৌ গুরু অসিনাপরিং পথাপচুম্না তাকতুনা শাবা মারুদ্রবা কংলাবু অমুক হন্না পরিং হুন্দুনা কংলা শাবা ঙমহনখি। -*কংলা হৌবা*- ৩

**চিংবী লৈমা খোংলেল**

থারকপাতা।। লাইচা য়ীমিহৌরে।। লেমলই খেরাংথাংপা।। ব্রানচেং কাপোক্পা।। ঙাব্রা খুৎপুম চোংপা।। পেঙবা লুমলোয় কাপাপু।। লেমলই নীঙনাতেনা। লইকু লইরাখাতা।। কাওসুঙ কওরানুংতা।। সালথুপখিরে। লেমলই খেরাংথাংতারাপাকি।। তমকপু য়োইপু খায়োইরোল নীঙথীপীনা[1]।। ব্রাব্রোইখিয়ে।। লাইপা ব্রুঙামথাপা।। অো। নঙ্না চইপও তরালসুনা লইচা য়ীমিহৌপকি।। ব্রানচেং কাপোক্তারে।। অইতী লেমলই চাসীৎ ফালারোইয়ে।। মোনু লুকলাং মানীঙ কোইরারোই হায়না ব্রাতাথীখিয়ে।। য়োইবু খায়োই নীঙথীবী।। ব্রাব্রোইখোলপু।। খোইয়ম লাইপা ব্রুঙামথাপানা।। লইরাইমুংপীথক্তা।। য়ারেল খোংচি মাতাইকাঙ্না পাওখুমখিয়ে।। য়োইপু খায়োইরোল নীঙথীপীঅো।। নঙনা লেমলই চাসীৎ ফাতা।। লুকলাং মানীঙ কোয়তারাপাতী।।

---

**চিংবী লৈমা খোংলেল**

হোনলকপদা ঈশিং ঈপোমদি হৌরেদো। ঈশিংদা মোংদুনা লেমলৈ ঙানা চাদুনা লাংলম্বা, মোংলম্বা ঙাব্রা কৌবী অঙৌবা লৈমলৈ ঙাশিংনা পুন্না-পুন্না চোংখৎপদা মৈদা কবোক পোকপগুম্না উরম্বা, পেঙবা কৌবী থোইনা হেন্না ফজবী মহাও লৈবী ঙাশিংনা পুল্লপ-পুল্লপ কারক্তুনা হনগৎনা চেনলম্ববু পোং হোল্লকপগী ঈশিংগী ঈপোম ফংলকপদগী লৈকু লৈরাই কাওশিং কৌরানুংদা চঙাখিদুনা লেমলৈ ঙা পুম্নমকনা লাংলম্বা মোংলম্ববু উখিদ্রবদা ঈল চিংলম্বী খুমল নিংঙোল নিংথীবীনা ব্রাবু হায়খিয়ে লাইবা উঙাম থাবা কৌবা নঙ্না খুৎতা চৈগী পৌ পাইদুনা পোংবু হোল্লকপনা ঈশিং ঈপোম হৌনা লেঙলকপগী লেমলৈ ঙা অমত্তসু মোংখিদরে ঐদি লেমলৈ ঙা ফাবসু চারা ফানা ফাবদি লাইরদনা তুঙ্গোল মনীঙ ফাওবা কোইররোই হায়না চৈখিয়ে। লৈমা খুমন নিংঙোল নিংথীবীগী মীচৈ খোলকিবু খোইয়ুম লাইবা উঙামথাবনা, খোংগী লৈরাই মথক্তা লেপনা হায়নিংবা কয়াগা লোয়ননা পাওখুমখিয়ে। লৈমা খুমল চনু নিংথীবী-ও। নঙ্না লেমলৈ ঙাবু চারা ফাদা

---

১ **য়োইপু খায়োইরোল নীঙথীপীনা** :- ফমথোন কাবী নিংথৌগী লোয়নবী খুমন যেক চনু নিংঙোল ওইবী।

থংলেল্ নানেম্ মাচা।। খোইয়ুম ঙালবা নাহা মাঙল থোংঙাইপা।। লাললোই মীঙাথোক।। অতিংঙাপু হায়হইপা। সারেল মীসুলাং আরেমপবু য়েল্হইপা।। খমচীঙ্কোল্ হায়হইপানা।। অইপু হওরেল ৱাতাথিরাকানে।। য়োইপু খায়োই নীঙ্থীপী-অো।। অইতী-লেমলই খেরাংথাং পেঙ্বা লুরোইকাপা ৱানচেং কাপোক পোক্পা ঙাৱা খুপুন চোংপাপু অই থৌখামকে হায়না চইপও তরালসুপাপু।। চইরৎখিয়ে।। লইরাই মুংপী থকতা লাইবা বুঙাম থাবানা।। মোমনু য়ীনখোঙ পৌরা পায়।। য়োইপু খুৎচেং হংচিলাকনা। থাপী-মতাং তেনপাপু ঙাইখিয়ে।। অতু নোংকিপু।। খায়োই নীঙথীপী।। য়ীমচিংখোং।। চিংপী লইমা খোংলেন য়াই-অো কৌয়ে।। লাইপা বুঙামথাবা খোংলেল হেমতও য়াইনে।।

চিংবী লৈমা খোংলেল

---

তুঙ্গোল মনিং কোয়দ্রবদি নপুরোইবা খোইয়ুম ঙানবা নহা থোংঙাইবা, লাললোই মীঙাথোক, অতিংঙাবু হায়হৈবা অথোই শারেল মীসুংলাং অরেমবাপু য়েলহৈবা খমচীঙকোল হায়হৈবনা ঐবু হোরেল ৱাতা থীনা ঙাঙগনিনে। হায়রবদা, থোইনা হেন্না নিংথীবী খুমন নিংঙোল নীঙথীবী-ও। ঐনা লেমলৈ ঙানা লাংলমবা পেঙবা লুরোইকাবা, ৱাংচেং কবোক পোকপগুম্না ঙাৱা কৌবী লেমলৈ ঙানসু পূমনা লাইজা ঈমাইথক্তা চোংলম্ববু ঐনা তানথোকখিগদৌবা ওইরবদি চৈগী পৌনা পোং হোনবসি তোকলগে হায়না হোনবা তোকতুনা লৈরাই মথকতা লাইবা উঙাম থাবা কাখৎতুনা মোমনু নুপীজা ওইবী মহাক্না ঈলখোঙ পৌরা পায়দুনা অথোই ঈলবু শোননা নিংথীবীনা ঈলবু চিংবদু নুমিৎনা তাগদৌরবা ফাওবা ঙাইখিদা। অদু নোংগীবু খুমল নিংঙোল নিংথীবী ঈল চিংলম্বা খোংনি। চিংবী লৈমা খোংলেল য়াই-ও কৌখিয়ে। লাইবা উঙাম থাবাগী খোংলেল অথোইবা লৈরিবা মফমনি।

চিংবী লৈমা খোংলেল

| | |
|---|---|
| মৈদিংঙু মুংয়াম্বা শঙলেল | কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী।। মুংয়ামপা।। সঙলেল মাখুৎফা মাতাইরেম সঙখুবা নিংথৌ নাইনা য়াকা সঙ্নে।। হুয়েল লালনিকিতী ললাহাং খুলঙমসঙনে।। কাপুই খাঙলাপু মিংনাইপা ফানা সঙনে।। |
| পাখঙবা মালং নোংহুম শঙ | কংলই মাতাইমাতী।। থাঙঙা য়ুমলেল্ মাতাইমতী তুপী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংপাপু[১] মসানৌ লাইসনা।। খোইয়ম লাইনাসাপীনা।। থৌখাম সঙনে।। |

| | |
|---|---|
| মৈদিংঙু মুংয়াম্বা শঙলেল | কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বগী অথোইবা য়ুম, অথোইবা শঙলেলনি মহাকথক্কী লৈবাক নিংথৌ ঙাকপা মনাইশিংগী ওইবা শঙনিদো। য়ুমসিবু শাগৈদা , হুয়েল লালবু শোক্লগৈদা কাপুই খাঙলাপু মমিং লৈববু ফাখিবা শঙনে। |
| পাখঙবা মালং নোংহুম শঙ | কংলৈ মকাইফম অমদি থাঙ্ঙা য়ুমলেলগী মফম অমদি নহালগৈদা মতিক ময়াই চাওরবা নোংদা লাইরেল পাখংববু মহাক্কী মশানৌ লৈমা লাইস্না খোইয়ুম লাইনাসাবীনা মশাবী |

---

১ পাখংবা/লাইস্না : নোংহুম শঙ :-

নয়ু মৈদিংঙু তুবি য়োইনোংদা নোংদালাইরেন পাখংবও তৌনা কৌয়ে। তুবি অহিং মী ওইবা নোংথিল খোইমোম লাইওইবদি মশানৌ লাইসনা খোইমোম লাই নশাবীগী লেমলৈ ঙাতাকোন চীনুং লাথমপোক পুকম চীংখোং নেমদা শানথুপ্পবু মদাইরেম লৈনুং থকক অশৈবা মোইকাই থাবু লীবা লীকলাংথাবু শীবা থবা ঙাংকোযনবনা চীংখোং য়াকৈনবকলে। মদাইরেম শীনৌ নোংথোন ইব্রাল তেংমাইকী পুদোং শেমবা-য়িদা তাওদনবনা মৈপুলহাইচাও-থাল চাকথাং য়াওরোং ফান্না চীংখোং য়াওহৌবরে। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা, লৈনুং লোনচা পাখংবা, নোংদালাইরেন পাখং অতেংবা অহিং মীওইবা নুংথিল খোইমোম লাইওইব-ও। কৌবা চীংনুশোইশরা তৈমা ওল্লক্রে। য়োইময়াই তাওতনবা নঙাইবোইনা অঙানবা খোংনিংকা লৈমু লাবা মশোংচাও লৈহাও লাবা মঙাল নাইবকয়ে। অব্রাং চীংখৈ- লৈনা - থোং শতু চীংলাইঙাল থৌবি লোকমাই হেল্লক্রে। চীংখোং য়াহৌরো নুংথিল খোইমোম লাইওইররো তুবি নাপাকলোই পাকলোই ঙাংচ থেমতাইয়েংনা মাইমু তোমশোন চিল্লরো। নোংদা লাইরেন পাখংবানংগী য়াকাইরে লাইরেল সনা লাংচৈ চৈসিংথেক্লা পচেংশময়া খোমলরো। ওইতোন কোলৈ নাশিনা লোইবেন খুনপিবোক্তা য়াতারবো। হায়না চীংখোং য়াওহৌববু মশানৌনা থৌখামখিয়ে। মশানৌ খোইমোম লাইস্নানা মশাবিদা ব্রাওইরক্রে। লাইবেন

পাখংবা মালং নোংহুম শঙ

মতাইরেম লইনুং থারুক আসেপানা চিঙখোঙ য়াহৌসঙ
তুবী মালং নোংহুমসঙনে।।

মৈদিংঙু থাঙ্বাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

কংলই মতাইমাতী।। মইতেংঙু থাঙবাই নিংথৌ
সেলপী কিয়ামপা সঙলেল য়াইনে।। মারাং লোইনাই
লৈচাতামপী।। য়োইবু মাঙাইরোইতা।। চইরোয়তাপী।
য়োইহইসংকল মাফেৎলোইপাপু লেংতিলতাপী মরাং
খোঙকাঙ্না।। কাকলেল্ সাহুমপী।। লোইতাম য়ীঙচাপী

---

পাখংবা মালং নোংহুম শঙ

পাখংববু থৌখামখিবা অথোইবা শঙনে, মতাইরেম অচানবা
লৈনুং থরুক অশৈবনা পেনাগী চৈজিং চিংদুনা য়াহৌ শৈবু
থৌগনবা মতিক চাওবা নিংথৌ মহাক্কী মালং নোংহুম
শঙনিদো।

মৈদিংঙু থাঙ্বাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

কংলৈ মকাইফম অমদি, মৈদিংঙু থব়াই নিংথৌ শেলপী
কিয়াম্বা মহাকথক্কী শঙলেল অথোইবা য়ুমনিদো। মহাক্কী
য়ুমলেলসিদি অচানবী লৈমাশিং অমদি লুনা চাননা তৌজবা
মনাইনুপিশিংগা লোয়ননা কাকলেল কৌবা অথোইবা চেক্লাগুম

ইনেম্মচা তুবি য়োইনোংদা লাইরেন লাই পাখংঅতেংবাও কৌবা সোইয়ুম শোয়দা চীংলেন ঙানউম ঙান্তরিঙৈগী নদাইরেম লৈনুং থরুক অশৈবানা চীংখোং য়াকৈ শক্লক্লে। শানৌ নোংখোল ইব়াল তেংমাইকীনা চীংখোং য়াহৌরক্লে। খোমলেন তুমকন ফদে মিৎয়েং নাউশুমফদে লাইরেন ইশাবিও অহিং মীওইবদি ইবিংঙা ওইমননৈয়ে নোংথিল খোইমোম লোইওইবসুং ইবিংঙাওইমন্নসে হায়দে মৈদিংঙু নংদি সোইখোংববু লৈমন্নয়ে। শোইকোং তাইথেৎপা মনুং থোংখা পরৈবা লমলক লুথূমববু লৈরিঙৈনে হায়না মশানৌ লাইসনা লাইরেন সনাব়াইনা থৌখামখিয়ে। সনালাংচৈ ব়ায়না ইনুংসোইয়াইমাদা লাইরেন মনেম্মচাবু অসুম ব়াওইববু তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পাউখুমখিয়ে ইশানৌ লাইসনা খোইমোম লাই ইশাবীও লাইরেন নশাবী ঐদি কদৌব শোইখোং তাইথেৎকবনো মনুংথোংগা পরৈদে। লমলক লুথূমববু পুম্না লৈতে। তুবি য়োইনোংদা লাইরেন পাখংবা ঐদি কোরৌ নোংনাংপালগী খুন্তারকপা মীকীনিনা অহিং মীওইবসু ওইফেয়ে। নোংথিল খোইমোম লাইওইবসু ওইঙময়ে ইশানৌ নংদি চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোনবগী সনা মৈব়াই হৈনা মতুং ইন্না খমলৈ মীনুংকোল শব়া মীখুরোনগী মালেম খুনফাওমিন্নরকপনিকিনা অহিং মীওইবদি ওইঙম্মে। নোংথিল খোইমোম লাইওইবদি অদুগীবু ওইফদবনে অসুম পাউখুমখিয়ে। অদুনোংগীবু তুবি য়োইনোংদা লাইরেন পাখংবা অহিং মীওইবা নুংথিলখোইমোম লাইওইবা তৌনা কৌয়ে হায়দবরা । তুবি য়োইনোংদা লাইরেন পাখংবদি লোইরেন লোক্তা য়াকাফদবনে। লোইরেন খুনপীরোক মাহৌ লমলেন কোই, লমলেন ইব়াফাই খুনবি নারেংচীং খুংখুং নানৌরোক লাইথা চারাংলৌ

মৈদিংগু থাঙ্‌ব্রাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

থাকুমপী।। থাঙ্গয়ি ফওরাং রোং।। লোইমোম ফওরাং মইকুমপী।। সঙলেল য়াই।। লালহাং খুল্‌ঙমসঙ্।। হুয়েল লাংমইতোং মিংনাইপা ফানাসঙ।। মারাংলোইনাই লোইচা অমপী সঙলেন য়াইনে লওতই খুল্‌ঙম সঙনে।।

মৈদিংগু থাঙ্‌ব্রাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু থাঙব্রাইনিংথৌ সেলপী কিয়ামপা সঙকাইনুং। লাইরেল্ কোনলোয় মাসঙ্কাই।। সঙকাই নুংলাংপাল্ ।। আতেং সঙখুৎসা হেকঙায় সঙনুংব্রোন। পোঙকি লালচাইসঙ। হুয়েল লইহ্কপী। লইহ্কপা ফানা সঙনে।।

---

মৈদিংগু থাঙ্‌ব্রাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

শহুম চাওনা; লোইদাম থাদি ইঙা থা লৈমশিংনা থাঙয়ি ফৌ ওৎনা ফৌনফম লোইমোম ফৌনা মতু মমান খিঙনা ফৌদোক্ল ফম লৈবা শঙলেল অথোই মফমনি। য়ুমসিবু শাঙৈদা ললাহাং খুলবু ঙমদুনা হুয়েল লালদদি মমিং লৈরবা অথৌবা লাংমৈতোং মমিং নাইবাবু ফাখিবা শঙনি। লৈমশিং মনাই মশন অচানবশিংগা পুন্না লৈরম্বা অথোইবা শঙনি লৌতে খুলবু ঙমখিবা য়ুমনিদো।

মৈদিংগু থাঙ্‌ব্রাই নিংথৌ সেলপীকিয়ামপা সঙকাই

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈতেংঙু থঙব্রাই নিংথৌ শেলবী কিয়াম্বা মহাকথক্তা মহাক্কী মিংদা শাখিবা য়ুমনি। য়ুমগী মনুং মপাল তুনা হক-খোত্তুনা লৈতেংবনা য়েংবদা পুক্লিং হুবা আতেং শঙখুৎশা হেকঙায় নুংওন শঙ, য়ুমসিবু শাঙৈদা পোঙগী লালবু চাইখাইদুনা লালদুদা থোইনা হেননা থৌনা লৈবা লৈবীশিংবু ফাবা ঙমখিবা য়ুমনিদো।

---

নিংশোং মাওবীলোক মাল্লক্ থায়াইলোন খানিংলোনবা চীং লমলেন খাংলাফাই খুনবি তবাফাই লাইজা ইরুমবী ইরুমখুম লোইরেন খুনবিরোক্তা য়াকাফবা তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবাওতৌনা কৌয়ে। মৈতৈ লৈমা লাইস্না হৈরোং নিংথৌচনু হৈরোং লোংলিবনা পোকপি লৈচিক চিক্লিবনা পোকপী লৈচিক চীক্লীবা লৈথম থমলীবনা য়েনাবি পোইরৈ মনুং ওইদরিঙৈ তৌবাং খাংপক-শা চানা ইহৌননা পোইরৈ হান্না মনুং ওইরকপী মৈতৈ লৈমা লাইস্না-ও তৌনা কৌএ। *-নিং: লম্বু: ২-৪*

মৈদিংঙু সেলপী কাপোমপা, সঙলেল

মইতেংঙু সেলপী কাপোমপা' সঙলেলয়াই পল্‌লু খুল্‌ঙম সঙনে।। হুয়েল লাল্‌নিকিতী সেন্‌তাপাই চাওকোং মিংনাইপা ফানা সঙনে।

মৈদিংঙু খাগেম্বা সঙলেল

মইতেংঙু সনা হিহোলহল লাইরেল্‌ সেলপী খাকেমপা'। তুপী-তোঙতোই লালথাপা।। য়াঁকৌ তেলহইপা।। লিলব্বাই পালচুম্‌পা সঙলেল য়াইনে হুয়েল লালনিকীতি তাখেল চামপীয়া খুলঙম সঙ।। হুয়েল লালনীকিতী সেলতাকপু লমকাংপু মিংনাইপা ফানা সঙনে।।

---

মৈদিংঙু সেলপী কাবোমবা, সঙলেল

মৈদিংঙু শেলবী কবোমবা মহাকথক্তা শারম্বা য়ুমনি। য়ুমসিদা লৈঙৈদগী পললু খুলবু ঙমখিবা হুয়েল লাল লালশোকনরুবদসু সেনতা পাইচাওকোং মমিং লেববু ফাখিবা য়ুমনিদো।

মৈদিংঙু খাগেম্বা সঙলেল

মৈদিংঙু শেলবী খাগেমবা, সনা হিহোনবা লাইরেল শেলবী খাগেমবা হায়নসু মিংগৌবা মতিক ময়াই লৈবনা তোংতোই নিংথৌবু মাইথীবা পীওম্বা। তেলবু পাইনা কাপ্লবদি শোইবা ঙাম্বা লৈতনা পালহনবা ঙম্বা খুৎপু চুম্বনা লৈরম্বা য়ুমনিদো। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদসু তখেল চামপীয় খুলবু ঙম্লকখিবা য়ুমনি। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদা শেলতাকপু লমকাংপু মমিং লৈববু ফারকখিবা শঙনিদো।

---

**মৈতেংঙু শেমবী কপোমবা :** মৈদিংঙু লমকিয়াম্বনা চাখা তাংখুল ঙম্বীগা খয়োইরোল চংনিং ফাবীগা ২মা পান্নদুনা চংনিংফাবীনা নোংয়িলফাবা পোকএ। নিংথৌ ওই শোইনাইদে। চাখা তাংখুলঙম্বী কবোম্বা পোকএ। কবোম্না থিংবা ঙম্বীনে লৈশাংথেম চনুনে ২মা পান্নদুনা নিংথৌ ওইখি। করথোঙ কৈ লিংখৎখি *- কৈ:/সঙ্গ: ২৮৭*

**মৈতেংঙু শেলবী খাগেমবা :** মৈদিংঙু মুংয়াম্বানা চাংবোম্বীগা থোকচোম চনুগা ২মা পান্নদুনা চাংবোম্বীগা লাইনিংথৌ খাগেম্বা, খুরায়বাকপা চিঙ্‌শেম্বাগা শানোংবা অতোনবগা ৩মা পোকএ। লাইনিংথৌ খাগেম্বনা। তাইবোম্বীনে অঙোম চনু নুংথিল চাইবীনে কোংববম চনুনে ৩মা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। খাগেম্ববু চৌফা হোংদৈ ফাবা, চৈকনথেকপা হায়নসু মিংখোল ফংই। *-সঙ্গাই-২৪৯*

**মৈদিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

লাইরেল মৈতেংঙু তুপী চারাইরোংপা[১] ।। খোইয়ুম লাইমিং থোংপু সকৱোনপা ।। লাললোই পলচুমপা ।। চাখাপা ৱুয়োক কোলকি। পানবা লাচুমসকপা ।। সঙলেল্ য়াইনে ।। সনা সঙকাই মাকোনলোই ।। প্রাসাতা নুংলানপাল আতেং সঙখুৎসা ।। হেকঙাই সঙ্ মীনুংৱোননে ।। মাতাইরেম সেলগী লাঙচেং খুৎহইপা ।। কেঙ্মই লৌবিপানা ।। পাইচা থাঙ্তিললও থেঙকু নীঙথৌয়ইনা ।। পামেল ৱুয়াই হুৎনা ।। সঙলেল মাথোনতই ।। য়ুমনীঙ্ য়ুমপী তারেং ১ তইনা খিল ।। য়ুমমাঙ লাইখল খেনচঙ মারোল নাইনা তাওখঙ সঙনে ।। থেংচা খুৎহইপা ।। কোয়চা সিলহইবানা ।। সিঙচঙ লইতোইচল।

---

**মৈদিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

লাইরেল মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা খোইয়ুম লাইমিংথোংবু শাইওনবা ওইবনদি,লালফম কয়াদা মাইপাকপা ঙমখিবনে। মহাকথক্তা শারম্বা শঙ্গাইদি চাখাবা উয়োক কোলদা হৌবা, থোইনা নিংথীজবা উশিংবু পুরকতুনা শাখিবা অথোইবা শঙলেলনিদো। সনা শঙগাই অসিবু শাবদি, প্রাসাতা নুংলাংপাল আতেং শঙবু শাবা হৈবা খুৎশা হৈবা কেঙমৈ লৌরিবা কৌবনা পাইজা থাঙতিল লৌনা থেঙকু নীঙথৌ য়ৈদুনা, পামেল উবু ময়াই হুৎনা শঙলেল মথোল ওইনবা য়ুমগী মনিং মাঙগী অথোইবা য়ুম্বীশিং পরিং মফম চানা খিলদুনা, য়ুমগী মাঙ্ থংবা শরুকপু লাইখল মওং তানা য়ুমগী মথোল নাইনা শাবা শঙ্নিদো। থেংচা কৌবা য়ুমশা হৈবা খুৎহৈবা কোয়চা শিলবু

---

১ **মৈতেংঙু তুবী চারাইরোংবা :**

মৈতৈংঙু তোনশেম ঙম্বনা মৈতৈ লৈমাঙাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বী পান্নদুনা লাইনিংথৌ চরাইরোংবা পোকএ।লাইনিংথৌ চবাইবোংবনা মৈতৈ লৈমা শাৎপম চনু নুংথিল চাইবী মকক লোইখোম্বীনে হিজম চনু শেঙ্গোইবেম্বীনে, থাংজম চনু থবাঙম্বীনে ৩মা পানদুনা নিংথৌ ওই। চবাইরোংবগী অতোপ্পা মমিংদি- শেনবি তেখাউ লানথাবা, শেনবী তেখাউ উমবা, শেনবি তাইপোং লালমাবা হুয়েল চৌশেং ফাবা, মৈতেংঙু লোইবি তুপোংঙম্বা, শেনবি তেখাউ লানথাবা হুয়েল লোনলোই থাফবা অসিনচিংবা মিংথোলনখি।

-সঙ্গা: ২৫০/নিং: লম্বু:

মৈদিংগু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

হাঙমই ফালপাক লও ।। ফেলতিল নামলোয়থিল।। সংকাই য়াঙনম খেৎনা হেন্মোইবা সঙনে।। মাতাইরেম নাখঙসিলহই থোইপা[১] ।। মিৎয়েং নানীরোঙপানা পাথাপ অচাল লৌ মুকমই নারল সোলনা। খোইয়ম লাইসক তমপাপু ।। তমযোনতাপা য়াওরও সা য়েকপু য়েকসোইতাবা। হিংঙোল লাকলওসিন্ চামেল চীতাই খোমনা।। চামেল পাকতইনা।। মানুং খেপাল সীৎ।। খোয়রি চিতাই খোমনা।। লুপা য়াইতা লাং।। চোইনৌ সনা পুমনা লুপনা।। কৌরৌ অকুপপা মমিলও ব্রাঙপল আরংপা মামাল লৌনা।। সামু মেনোঙ খুৎনা ব্রোননা।। তাওখঙসঙনে।। তন্‌লা আঙনপা লকতকি ঙমথোইপা।। পামেল অরেমপা লকতকি লেমথোইপা মাসেলপু ।। য়ুমপী কাওচাও ব্রোই।। চাকমোম নারিলব্রোইনা সঙলেল্‌মাখোঙ

---

মৈদিংগু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

হৈবনা শিঙচঙ লৈতোইচল। হাঙমৈ ফালপাকপু উদগী লৌনা হিদোকতুনা ফেলতিল নমলোইথিলনা, সংগাইদুগী য়াঙনমবু খেত্তুনা লৈতেংবা য়ুমনি। মনাই অচানবা অথোইবা নাখঙ শিলবু থোইনা হেননা হৈথোইবনা মিৎয়েং চুম্না য়েংঙম্বনা। শোইবা লৈতবা মপা পরিং চুম্না লৌনা; য়েকপা খোৎপদসু শোইদ্রবনা পথাপ থাদুনা চিংবগুম্না মিৎযেং চুম্না য়েংনা খোইয়ুম লাইগী লাইশকপু মান্না হক শাবসু শোইদবা, য়ারৌ শাগী শক্তম য়েকপসু শোইবা লৈতনা য়েক খোত্তুনা, হিংঙোল মচু তৈনা চামেল মচুনা চীদাইদা খোমদুনা চামেল মচু তৈনা মনুং থংবা শরুক্না খেপাল অমুবা মচু তৈ খোইরি চিতাই খোমলদুনা লুপানা ময়াইদা য়ৈ, চোইনৌ সনানা পুমনা য়োমনা অতিয়া কোরৌ থক্তে কুপ্লা নোংথাংগী শক্তম লৌ, ব্রাংপল অরংবা নুমৎকী মঙাল মওংগুম লৌনা থোইন-হেন্না নিংথীজনা চেকশিননা ফজনা শাখিবা য়ুমনি। য়ুমশিবু শাখিবা উশিংদি উ ময়াম মবক্তগী থোইনা হেননা ফজবা উ, অহৌবা উ ফজবশিংগী মনুংদগীসু থোইন-হেননা নিংথীজবশিংবু খন্দুনা য়ুমগী য়ুম্বী অরেম্বশিং ওইনা, চাকমোম নারিল ওইনদুনা য়ুম্বীশিংদুনা মালেম লৈপাক ফাওবা য়ৌহনগবরা য়ৌহনদনা

---

১ **নাখঙসিলহই থোইপা :** চবাইরোংবা শক ১৬২০ লমদা ২০নি ইরাইদা শঙ্গাইরেল হৌএ। শঙ্গাই শাবা যাওবা মনাইনি। -*চৈথা: কু:*

মৈদিংঙু হুপী চারাইরোংবা শঙলেল

মাললেম তমপাক লইয়ৌকরা লইয়ৌতা।। মাতোল্ আব্রাং কোরৌ নোংপুসৌ।। কোরৌ ঙমথংনা ব্রাঙ্পল ঙমলোননাপা সঙনে।। তলমু মাসেল্ থারোন্না।। তন্হাও মাসেল নমঙাননা।। তনলা উনিংথৌ চানেৎনা।। পামেল তাইমারেঙ খোঙকালনাপা সঙনে।। লাইরেল কোনলোয় মাসঙকাই প্রাসাতা নুংলাংপাল মাতাইরেম পাঙল থারুক মেলতংচা[১]।। তেৎনৌ মায়কোন সুপা। তনলা কুরোল হু য়ীমবি কাওচও খেৎ পামেল তেংনৌসা থওরী মিতম চিংপা।। তারেঙ মাল্লই খেৎপা।। য়োৎপী ব্রুচললেংনা তন্লা কুরোল হুপা।। য়ুমপী খঙচেং খেৎপাপু।। পামেল তেংনৌসানা।। থাঙ্মই কুপনা হোল।। খুৎতোপ লইতোয় খলনা তাওখঙ সঙনে।। পামেল ব্রুনামতাল।। খারোই লুব্রাওবানা কাঙমতাপা।। য়োংনাও সাথীপানা তালঙমতা ব্রুপু।। তনলা অরেমপাদি।। চেপখাঙ মিতম কোয়, পামেল অপুম্বা তনলা মোইরেং আচুমপাবু।।

---

মৈদিংঙু হুপী চারাইরোংবা শঙলেল

য়ুংদুনা মতোল থংবনা অব্রাং কোরৌ নোংবু শৌনা ব্রাংনা ব্রাংবল ঙমলোননা মথোল নাইনা শাবা য়ুমনি। তলমু কৌবা উ মশেলবু শমজিননা তনহাও কৌবা মানবা উ মশেলশিং ঙাশিননা, থেংজিননা, তাইননা, তলা উদি অথোইবা উনিংথৌ কৌবা উনা থক্তা থোংনা পামেল উদি তাইমারেঙ কৌবনা খোঙকানবা য়ুমনি। মৈদিংঙু লাইরেল লাইনিংথৌ মহাকথক্তা শারম্বা মনাইশিংলক্তগী পাঙল থারুক মেলতং-চানা তেৎনৌ য়োৎপী থানা পাইজা মাইকোল য়াওনা উগী মকু হুদুনা য়ুম্বীশিংবু ঙৌনা খেৎ না থৌরী মিতম চিংনা অথোইবা য়ুম্বীশিংবু তরু তনাল খেৎতুনা উচলশিংদা য়োৎপীশিংবু য়ৈদুনা য়ুম্বী খঙচেং খেৎপবু। উশিংনা তনাল তনালহনবা। থাঙমৈ কুপনা হোল। খুৎতোপ লৈতোল খলনা থোইনা নিংথীজনা শারম্বা য়ুমনি। পামেল উবু উনাম তান্দুনা খারোই লুব্রাওবনা কাবা ঙমদবা, য়োংনাও শাথীবনা তানবা ঙমদবা উবু। তনলা মাইরেং অচুম্ববু লুদা কৎনা থোংনা য়ুমগী য়ুময়াং ওইনদুনা।

---

১ **পাঙল থারুক মেলতংচা :**- চরাইরোংবগী মতম, খৃ ১৬৯৭-১৭০৯দা য়াংখুবম পাঙল য়ুম্নাক তাহনখি। *-চৈথা: কু:*

মৈদিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

লুতা কৎনা।। য়িময়াঙ নারিল সোল। খাঙনাপু মিতম হাপপা সঙলেল্ মাথোল তইপা।। পামেল ব্রুখাঙথোংপু তইনাসেমনা।। তনলা মপাচা পামেল মায়েললু মাসেলপু। ব্রুরা হুমপু ৰোই।। লাংলেল্ খাইপীলও।। কোঙ্য়াঙ ফাইচইখন্না।। লোকলৌ পারইতা।। কাচেং থাঙথোংতানাপ।। য়োৎপী হুইকাথা।। কোনথাঙ্ চারললেংনা।। তেৎনৌ পারইবা সঙ।। মাইকই খাংচীসানা।। হেনমোইনপা খোয়মা লিরেল তোল্না পাফনতই।। য়াইরী সাংতোল মোমনা।। সাইথাতাপা সঙা। সঙলেল নাক্তইপাংমতী। তলা মাসেল খাচীকনা।। পামেল মাসেল খাপাংনানা।। কাইদা খোয়ফোললাংচলনা। কোনথাঙ চারল লেংনা তেৎনৌ পারৈপা সঙনে।। খোইয়ম লাইসকতমপাপু ।। তময়োনতা।। য়াওরও সা সায়েকপু য়েকসোইতাপানা নাকথীঙ সঙ ।। লাইরেল সানা।। মাথোঙচীন।। থোঙলেল মারোল য়ামপা।

---

মৈদিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

খাঙালবু মিতম ওইনা হাপ্পা। য়ুমগী মথোল নাইনবা। পামেল উ উখাঙ থোংবু নিংথীজনা শেমনা। তলা উগী উপা চাবা উ মশেল য়েংদুনা। উরা হুমবু ওইননা। নিংথীবা ব্রাশিংদগী খাইথরকপা ব্রাচেংশিংবু লৌনা। কোঙ্যাং ব্রানা উবা হুমদাং ওইননা লাকলৌ পরৈ তানা পুনলবগী মথক্তা কাচেং থাঙনা য়াম্থবদা পাক হেক য়াদনবা য়োৎপী হুইবু থা কোম্থাঙ চারল লেংনা তেৎনৌ য়োৎপী থাদুনা শাখিবা য়ুমনি। মাইকৈ খোংজী শাদুনা লৈতেংলবা, খোয়মা লিদি লিরেল তোলনা পাফল মওং মান্না য়েৎনা, য়াইরী কৌবা লি, শাংতোল খোমনা শাইবু তানা শাবা য়ুমনি। য়ুমগী নাকতৈ পাংমদী তলা উ মশেলনা উগী উচল চানা চিকনহল পামেল উ মশেল খামপাংননা কাইদা খোয়ফোল লাংচলনদুনা। কোম্থাঙ্ চারল লেংদুনা তেৎনৌ য়োৎপীবু থাবা য়ুমনি। খোইয়ুম লাইগী লাইশক তম্না য়েকপা হকপসু শোইহন্দনা য়াওরৌ শাগী শক্তম য়েকপদসু শোইহনদনা লৈতেংবা য়ুম। মতিক লৈবা নিংথৌ মহাকথক্কী চৎথোক-চৎশিনগী থোঙলোনবু য়াম্না পানবা য়ুম।

---

* লাইনিংথৌ চবাইবোংবা মতমদা অপাম শঙ লিংএ। -শংলোন

নামুপোংথোক। কোলমা ফাৎপা। পামেল ৱুসা পক্তাবা কোনথাঙ চারললেংতাপা। তুপীকোয়চা য়েকলাপু॥ য়েকসোইতাপা॥ নামু পোংসক তমপপু। সংসঙ য়েকতমপাপু য়েকসোইতাপা সারিক খিং খিং খিঙলা হুইথাংনা। য়োৎপী হংচই লোনপা তেৎনৌ কাংচি থোঙনে। নোংপোক খাকি চকলইসেল॥ লমপুই নিংথৌ নীঙপুইবা ফানাসেল॥ লাংপল নোংলই চলতাপা॥

**মৈদ্দিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

থাৱাল নোংলই ৱুতাপা॥ তলতুম মাইরেঙ ৱুতাপা। সেলনা॥ চানা য়িতাইৱোইনা য়ুম কুপনাপাসঙ ৭ ঙালতম নাইপানা॥ য়ুমচীল সাইতা সঙনে সঙলেল মাইকই ১২ মাতা॥ ৭ থাপানবা। খোইয়ম লাইসকসাপাপু॥ মাতোল থমপালসানা॥ তাওখঙসঙ॥ সেরী নারইননা॥ হেনমোই সঙনে। তাংখুল মারা থাঙমন্ খুৎ নোংপোক মিৎয়েংসেল আপান্বানা পোলপী কোয়চায়েক॥ নুঙপা থীয়াঙ্পা।

---

থোঙ অমদনা পামেল উগী উশাবু তমদুনা হকপা থোঙ অমনা কোনথাং চারল লেংদবা। থোঙ অমনা তুবী লাইরেল পাফনগী শক্তম নিংথীজনা য়েকপা, থোঙ অমনা নমু মীগী মশকপু তশেংনা ওইবগুম্না মাননা য়েক্নুনা লৈতেংবা। শরিক মখোল খিং খিং লাওবশিংবু থেৎনা য়োৎপী হংচৈ লোনবা তেৎনৌ য়োৎকুম লুমনা কাংনা চিংনা হাংনবা থোঙনি। নোংপোক লমগী খাগী চকলৈসেল লমপুই নিংথৌ নীঙ্পুইবা কৌববু ফানা থমখিবনি। লাংবল নোংলৈ চন্দবা থৱাল থাগী নোংলৈ উদবা তলদুম মাইবোঙ উদবা শেলচানা ইতাই ওইনা য়ুম কুপ্পবা শঙনি। কাখল ৭ নাইবা য়ুমগী শাইচিন শাইবু শাইতাননা শঙলেনগী মাইগৈ ১২ মক্তা ৭নি পানখৎলকপা থাজগী শকওং, খোইয়ুম লাইশক শাববু মতোন্দা থম্বালগী শকওংগুম্না লৈতেংবা শঙনি। শেরী নারৈননা লৈতেংলবা শঙনিনে। থম্বালগী লৈশকনা লৈখোকপু পিকতক্লা উহনবা, থম্বালগী শক্তমবু হকনা লৈতেংবা শঙনি। তাংখুল মরা থাঙমলখুৎ নোংপোক মিৎয়েংশেল অপানবা উচেক শক্তমবু

**মৈদ্দিংঙু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

---

* তুবী চবাইবোংবা মতমদা শঙ্গাই মখোঙ পানবা শাবসু হৌএ। -শংলোন

কইথোঙ কামপা লইমা নোংতময়েল।। অরাই সংকুপা চেককা।। সঙলেল মায়াই লাংনা।। চইরই ফীরাল খালনা সঙনে।। হুয়েল লালনি কিতী।। অবুমপী তুয়োং খুনঙম সঙ।। হাওনু ঙাঙয়েকনু সাফাপী।। ফানা সঙনে।।

**ময়েদিংচু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

কোনলোই কুপতুম কুপপা ব্রাঙ ।। সঙলেন ঙালতুম ঙালপা অতেং সঙ্খুৎসা।। হেকঙাই সঙ্ নুংব্রোন।। চোয়নৌ সনা ফমপাল লাং কোরও অঙানপা সঙলেল অরেমপা।। মমায় নোংলেম অব্রাং লাইনা পাংনা সাবা সঙ্।। থৌতু নুঙমুসিতপা চেঙচা নুঙ্ঙৌ নাতপা।। নুঙকুমপা।। সঙ্লেলয়াইনে।। সিঙলেন মসেল লীয়েৎনা লইরাং মসেল খুরৌনা মাতোল থমপালসান হেমোইপা সঙ্নে।। সেলপী ব্রুপাইকোল।। পাইখু চেকনিংথৌ ৩২

---

কোইনা য়েক নুঙবা থীয়াঙবা কৌবনা, কৈথোক কামবা লৈমা নোংতময়েল, অরাই সংকুবা উচেক ব্রাহোং কৌবা চেক্লাগী শকওংবু শঙলেনগী ময়াই মিংয়েংফমদা য়েক্লা হকনা চবৈ ফীরাল থেংনা শঙনে। হুয়েল লান্দদি উমবী তুয়োং খুলবু লালঙমধৈদা হাওনু ঙাঙয়েক চনু শাফাবী ফারকখিবা য়ুমনে।

**ময়েদিংচু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল**

য়ুমসিবু তাদবা লৈত্রবা থোইনা হেননা ব্রাঙনা চাওবা য়ুমলেন অথোইবনি। অতেং মহাক্লা শাবদা, মীওইবগী পুক্লিং হুঙম্বা য়ুম। য়েথোক্লবা সনানা লৈতেংবদা থোক্লিবা নুমিৎকুম মঙাল নাইরবা নিংথীরবা অরেমবা য়ুম। মমায় অব্রাং ওননা শাবা য়ুম।। মাংবা তাবা নাইদ্রবা নুঙমুশিদবা চেংজা নুঙঙৌ নাদপা নুঙগুম্বা য়ুমলেন অথোইবনি।। মউ অচৌবদা লৈশাৎ তমবা শিঙেল লৈ মশেল ঙাথু থেংথুনদুনা হৌমীন্নহন, মউ অনেমবদা লৈশাৎ তমজবী লৈ, লৈরাং মশেল অমগা অমগা লৌনদুনা হৌমিন্নহনববু হক খোংনা লৈতেংবা, ইয়াইদা লৈশাৎ তমজবী থম্বাল কৌবী লৈরাং শক্তম শানা হকনা নিংথীজনা লৈতেংবা য়ুমনি।। অথাপ্লা শেলবী উপাইকোল

---

তুবী চরাইরোংবা সনা হাকথক্তা শামু থোং শাবা হৌএ। -শংলোন

মানা চীঙখোঙ য়াইকাই সঙ্নে।। লাইজা য়ীপালতানা সাংখুসংলা থৌতু লুপাচীতাকা অৱাং থোঙলেন লুরাকন্না।। খৌসানোং লাইরেল মমায় নোংলেম লাইনা পাংনা।। তাওতলপা খেলকারম পালতমননা চোইনৌ সানা চীঙ্কুম পালতমনা তাউখঙ সঙ্।। সঙলেন্ মথোন নাইপা।। চাখা ক্যাং মোনতুম য়োৎসুংপা।। মখুৎসা লাললোই হুয়কোইপম চানু মাৱা আোই য়ীনুং হাওপা চালাইরাপা মায়োংখঙ তেৎনৌ লইরুপানা আতেংপা সনাচুৱা য়ালপা তেৎনৌ লুচাও নিংথিপানা য়ীমচিন সাইতা হেনবা ক্রোঙ সঙ্ তেংতৈনা য়াঙফম লৈচাওঙালপা।। নোংপোক লময়েং সেংনা লমঙালপা।। য়োইমায়াই তাওতলপা থাবী সেংকোয়রেঙ কুমপানা চরই ফিরাল সানা খালনা সঙ সনা চেককোল লাকথিংনা থৌতু নুঙৌ লৈৱোইনা ।। নোংপোক কোঙ্মুতুকি সনা

মৈদিংগু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

---

পাইখু উচেক নিংথৌ ৩২ মক্লসু চীংখোং য়াইকৈ য়ুমনে। লাইজা ইপাকথক্তা শাংখু শংলাং থৌদু নুংবু লুপাগুম্না চিদা থেৎনা অৱাং থোঙলেল লুরাক্লনা খৌশানোং, নিংথৌগী য়ুমনা মমাই নুংলেম অৱাংলোমদা ওন অয়ুক্কী নুমিৎনা সনাচিংগী কারক্তা মশেক মঙাল উৎলদুনা তাইবং পানবদা য়েংলকপগী শক্তমবু হকনা লৈতেংলবা মথোল নাইনা শাবা য়ুমনি । চাখা ক্যাং মোনতুম কৌবা য়োৎসুংবগী লোয়নবী হুইকোইপম চনুগা লোয়ননা অহিং নুংথিল খাকতা শাখিবা তেৎনৌ য়োৎপী লাইরুবা অতেংবা সনা মচু মানবা য়োৎপী লুচাও নিংথীবনা মফম চানা য়ৈনা থানা শাবা য়ুম। নোংদোন থক্তা থোইনা হেননা ৱাং থোইনা চাওবনা নোংপোকলোমদা থোক্লকপা তরু তঙালবা মশেক মঙাল নাইনা লমখনবা য়োইময়াই তাওদলবা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা চরৈ ফিরালগুম্না খল্লিবা য়ুমনি। চেক, নুংদি নুংঙৌ লৈঙোই য়াওনা শাবনি।

মৈদিংগু তুপী চারাইরোংবা শঙলেল

---

* তুবী চরাইরোংবা সনা হাকথক্তা লাংথোং লাকতোন লিংএ। -শংলোন

মৈদিংঙু তুপী চরাইরোংবা শঙলেল

সমুসাপাসু।। সঙলেন চিথেক কোইনা লৈৱোইনা তারেং লৈরোং লিয়েৎনা।। সানা লোংসা লুপা থমপালৱুয়াহেন হিংঙোল পাকতৈনা।। চামেল নালাওসিৎ চেকলা পেনাৎ লিয়েৎনা।। নোংসা খাঙনৌ য়েক।। খোইমোম লাইসকতমনা হেনমোই সঙ।। সঙলেন সনফম্পাললাং থাবী সেংকোয়রেঙ্ য়েকতৈপান লোইতাম থানিংথৌ য়েক্লাপা।। খোইমোম্ লাইসক তমথা ৱা তেংনাসা নোংতোল লাইসক য়েক।। মালেম পাফল-সা।। লইখা লিলসক য়েক সানা চিঙলেলতম থাৱা নোংলইসা সিঙলেল লৈরোং লিয়েৎননা হেনমোই-সঙ।। অৱাচেকো খুঙ্ম সঙনে।।

---

মৈদিংঙু তুপী চরাইরোংবা শঙলেল

নোংপোকলোমদগী কোঙমুতু সনা শামু শাবা মওংবু য়ুমগী চিথেক কোইনা লৈবগী মওং তমবা মরক অথোইবা য়ুম্বীশিংদা লৈরোং লৈশাৎ তম, সানা মচুনা হাপ, লুপা মচুনা থম্বাল লৈচুগী মখাদা ঈশিং মচুগুম্না উহন্না থম, হিংঙোল মচু লৈতেংনা তৈ, চামেল মচু লৈতেংনা তৈ চেক্লাশিংনা শিংঙেল লৈরাং উফৈদা কাইদোংহন। নোংশা খ্বাঙনৌ শাশকপু য়েক্লা হক। খোইমোম লাইগী লাইশকশিংবু মফম চানা হক খোৎনা লৈতেংনা শাবা য়ুম। শঙলেনগী ফমফমলোমদনা, তাইবংপানবু অমম অঙাল পীবিরিবা থবী শেংকোয়রেল কোরৌ অঙানবা নুমিৎকী শক্তমবু হক লোইতাম থাজা নিংথীজবা মওংবু চঙখোন্না নিংথীনা য়েক। খোইমোম তাইবংপানবা লৈশেম নোংশেমবা অপুনবা লাইশক য়েক, মালেম পুবা পাফনগী শকওং তম, লৈখা পুবা পাফন লাইশক য়েক সনা চিঙলেল তম্না থাৱা নোংলৈ শা। অচৌবা মউদা ওংবা শিংঙেল লৈশাৎ তম্বালক্তা তাংজবী লৈরাংনা ঙাথু থেংথুনা লৈরাং লৈশাৎ তম্মীন্নবগী শক্তমবু হকনা লৈতেংবা য়ুমসিদি অৱাচেকে খুলবু ঙমখিঙেগী য়ুমনে।

---

* তুবী চরাইরোংবা সনা হাকথক্তা কুমফি তোলোই শঙ লিংএ। -শংলোন

**মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা-উত্রা শঙ্**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু শেলপী খাকেমপা।। সঙলেন য়াইনে।। মাতাইরেম সেলপী কাপো আক্রোচা।। আইখরা ৯ সিলহইপা মখুৎসা।। বুত্রা[1] সঙব্রোনথোক।। মালং নোংসীৎ থোঙনে। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা সঙলেনয়াই সঙকাই ৯ ফাংনা সাপা সঙনে।। সঙকাই ৯ লাংনে।।

**চকপা পুমসাই খোং**

কংলই মাতাইমাতী।। চকপা পুমসাইখোংনে।। তমপাক ব্রাঙম লোন খাপী লেংনাওমোনপীনা।। লইচোন মারইকাইকি নাওব্রা চঙনা ব্রায়না।। নমু পুমসাইখোংনে[2]।। খোংলেল হেমতওয়াইনে।।

---

**মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা-উত্রা শঙ্**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনা মহাকথক্তা শারম্বা অথোইবা য়ুম, মনাই অথোইবা শেলবী কবো অক্রোচা থোইনা হেন্না মখুৎ মশা হৈবনা উত্রা য়ুমগী মওংবু থোক্ল মানলং নুংশিৎথোঙ ওইনা মনিং থংবা মাইকৈদা শাবনে। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাকথক্কী অথোইবা য়ুম শঙ্গাই ৯ ফাংনা শাবা য়ুমনে। য়ুমলেল মাদি মমাইসু ৯ ফাংবা শঙলেলনি।

**চকপা পুমসাই খোং**

কংলই মকাইফম অমদি। চকপা পুমশাই খোংবু কৌএ। মৈতৈ লৈমা খাবী লেংনাওমোনবীনা মাগী খুল মীপুম হৌ কৈরোই লৈকাই অঙাং নুপী পুমনা হৌদুনা তৌখিবা নমু পুমশাই খোংবু কৌনখিবা অথোইবা অহেনবা খোংলেললনে।

---

১ উত্রা :- কংলাগী শঙ অমা। মনিং থংবা লোমদা থোংগুমনা শাবা কা ৯ লৈবা শঙ। থিয়াম খোমবগী কুম শক ১৫৫১ উত্রা শঙ্গাই শাই। *-চৈথা: ৩৮*

২ চকপা পুমশায়খোং :- পাখংববু কৌরুদুনা হাওকু তাংখম ফৎতবগি থাঙবু ব্রায়দুনা হনচিঙগি চিঙমৈ ইন্না খুনকুল্লকললবদা সোরারেল অহুম্মক চায়থোকলে নোংহুম শঙদা ফমবাল কাবদ কমশিবীগী মচা চক মরিংব, তাং মরিংবা অনীমদি পুমশায় খোংদা হোংদোকলে। *-চকপারোল/১*

**মৈদিংঙু খুলচাওবগী চেকপল ২**

কংলই মাতাইমতী।। অঙৌপা য়ুমখু চানু।। সোইনাইতাপী কংলই য়াথোকলমনে।। কে কে মোইরাং হাওমুরাপা ফানারমনে।। মইতেংঙু পোইরই খুনচাওপা[১]।। চেকপল ২ লমলোইরমনে।। মাখন নিংথৌ আচোংঙা ফানারমনে।।

**য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং**

কংলই মাতাইমতী।। য়াওরই লইয়াথী খুলকাম লইনামুং আে কৌপাতী কতৌনোংকিনো। যাওরইমা মসাপীকি।। তেকপী মআেকচাসুঙ।। ঙানুখেরেচা।। মামা লইঙোই লইফোলনুচা।। পোলপী টীনপাকপাসুঙ।। কংলই লইপুতাথোক।। লইযারাংনা য়াওসিলখিবে।। খুলকাম সানৌকি।। মেলনাংতলপা সা-নামুং অঙৌপাসুঙ।। চইরই য়ীঙৌপাসুঙ কোরৌ অৰাংপা

---

**মৈদিংঙু খুলচাওবগী চেকপল ২**

কংলৈ মকাইফম অমদি। অঙোম যেক্কী চনু মৈতৈ লৈমা চাদা নাওদাবমদ্রবী মহাক্কী মালং ইচিক থেমনফমনি। কেগে মোইরাং হাওমুরাববু ফাখিয়ে। মৈদিংঙু পোইবৈ খুঞ্জাওবনা চেকপল ২ চৎনা খাবম্না মফমনি। মখান নিংথৌ অচোংঙা ফাখিঙৈদ খাবম্বা চেকপলনে।

**য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং**

কংলৈ মকাইফম অর্মাদ। য়াওবৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং-ও কৌবদি কবি তৌবদগী থোনখিবনো হাযরবদি। মৈতৈ লৈমা সয়েংবম চনু মশাবী ওইবীনা লোইবা তেকপী ওক, নাইবৈ মেন ঙানু খেরে-চা। মমা লেঙোই লেফোন চা, য়ুমদা লোইবা ঙানু টানপাকপনচিংবশিংবু কংলৈ লৈপুতাথোক। লৈয়াবাংবদ। ...ওশিনখবে। মনাও উবিৎখিনবম নিঙোল ওইবীনা লোইবা মেনাংতলপা হামেং নামুংশা অঙোবা চবৈ

---

১। খুঞ্জাওবা : মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লৈমা ১ তাইবোম্বী ২ অঙোম চনু নুংথিল চাইবী কোংবম চনু ওমা পানে। তাইবোম্বীনা খোংজোম্বগা খুঞ্জাওবগা তোনাবা ওমা পোকএ। খুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওই। শোইনাইদে। লোইতোংবা ক্যাংগী কুম্ম শক ১৫৪৪ মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা পোকএ। ১ম কণাজ শোক ১৬৮২ রাকচিং থা ২ মখা মথোংগী চেকপল শেমবা লোইএ

*মৈহো:/ চৈথা. কু:*

ব্রাইখৎখিরে।। অতু নোংকিপু য়াওরই[১] মাসাবীকা ।। খুলকাম[২] মসানৌকা ব্রারোঙনখিয়ে।। য়াওরই মাসাপীনা।। খুলকাম য়ীসানৌ-অো।। অইকি তেকপীব্রোকচাপু।। সানৌ নঙনা ফারাবারা।। হায়না ব্রাঅোইখিয়ে ।। খুনকাম মসানৌনা নঙকী তেকপী নঅোকচাতি অই ফাতে অইকি মেলনাং তলপা সা নামুংতুম সাপী হইচানরিঙেনে হায়না য়াওরই চীনথীনা।। খুলকাম নাওথীনাখিয়ে।। য়াওরইমা মাসাপীকা।। খুলকাম মসানৌকা।। তাঙচা তমনালমফমনা।। খোয়মা।। লিললা তমনা নাথেৎনাখিয়ে।। য়াওরইমা মাসাপীকি তেকপী মব্রোকচাপু।। কংলই লইপুৎথোক লইয়ারাংনা।। য়াওচিলখিরপাসুঙ।। খুলকাম মাসানৌকি।। মেনাংতলপা সানামুং।। অঙৌপাসুঙ্।। কোরৌ অব্রাংপাংনা

য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং

---

ফীগুম ঙৌববু কোরৌ অব্রাংবদা পুখৎখিয়ে। অদু নোংগী ময়েংবম নিংঙোল মচেমগা, উরিৎখিনবম নিঙোল মনাওনুপীগা চিনদা পৌদাননা ঙাঙনখিয়ে। য়াওরৈমা মচেমনা হায়খিয়ে খুলকাম ইশানৌ-ও। ঐগী তেকপী মওকচাপু শানৌ নঙনা ফাবরা হায়না পাওহংববু খুলকাম মনাওনুপীনা নঙগী তেকপী নওক চাদি ঐ ফাদে। ঐগী মেনাং তলপা হামেং হাৎহৈদবা শাদুম ইচেমনা লোৎশিনলিবদুম ওইরিনি হায়নদুনা য়াওরৈমা মচেম খুলকাম মনাওনুপী অনীনা অব্রাই-অখুম তৌনা চিনদা পাওদানা শাওনা ঙাংনখিয়ে। নুমিৎতুদগী ময়েংবম নিংঙোলসু উরিৎখিনবম নিঙোলসু করমতৌনা কনানা লৌদনা মাংলিবনো হায়বা খঙলগে ফারগে খল্লদুনা লুমনদুনা চেকশিন্না য়েংদুনা লৈনখি। মচেম ময়েংবম নিংঙোলগী তেকপী ওক মচাবু কংলৈ লৈপুৎ-থোক লৈয়ারাংনা মাংখি উখিদবা মনাও উরিৎখিনবম নিংঙোলগী মেনাং তলপা হামেং শা নমুং

য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং

---

১ **য়াওরৈবী :**- মৈয়েংবম চনু ওইবী মহাকপু মৈতৈ নিংথৌ নাউখমবলা, চেংলৈনিংথৌ পাংয়ি খোংজ্রোম্বদগী মুনদুনা লৌরগা মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বগী নুপী ওইদুনা য়াওরৈমনা নাউফংবা পোকখি। - *চেংলৈ:*

২ **খুলকাম :**- উরিৎখিনবম চনু ওইবী মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বগী নুপী। -*নিং:*

ৱাওরৈ
লৈয়াথী
খুলকাম
লৈনামুং

হুমৎখিপাসুঙ মীৎয়েং সানকইরে।। য়াওরইমা সাপীনা।। খুলকাম য়ীসানৌঅো।। য়ীপীঙাতী লইরাং অতিংঙাবু ৱারোঙ্নয়ে।। কংলই অসিবু লমতমথীপরিঙৈনে।। য়াওরই লম নামুংপুনরিঙইনে।। কংলই লমতাইসে।। হায়না য়াহৌনখিয়ে।। মালপী হইরেমকাও।। কাওরেল নোংতমসন।। মচল সরা কোংতিংনু[১] ফাসল।। মুকমু হাইমইচোনপু।। মালপী সাখৌথেৎনা।। কংলই লমতাইখিয়ে থাঙচী য়াতোইরেল সারেল লইতোয়য়াৎ।। সংকাই মাখোকচেং।। সাকু ৱানলোংথল।। ৱানলোং নীঙকোই হৌরপাপু।। সাকু ৱানলোং নুংকি।। য়ীৱাল নীঙকোয়থককি।। থাঙচী মাসেল তিলনারকয়ে।। সরেল মসেল পকনারকয়ে।। মালপী পোঙচীন তুহাওলইনলিং সারেল নাহুম লইনা থোং।। চীরেল য়েৎকোই লইনাহও।। মামই হইনা য়াংনুকৌকৌ লইনায়াল।। সুঙমাই তিংকোই

---

ৱাওরৈ
লৈয়াথী
খুলকাম
লৈনামুং

অঙৌবসু কোরৌ অৱাংপাংনা হুমগৎখিবসু মমীৎ মমীৎনা উনহৌরে। ময়েংবম নিংঙোল মচেমনা, উরিৎখিনবম নিংঙোল মনাওনুপীদা কৌনা হায়খিয়ে ইচিল ইনাওদি অরেমবদা চিনদা পৌদানরুরে। কংলৈ লমদম অসিদি লৈহৈদরে। কংলৈসিবু তিনমু লাইমু কল্লদুনা য়াওরৌ শাশিংবু তিনমু লাইমুনা পুরিঙৈনে কংলৈ লমদমসিবু লমদাইসে হায়না হৌদোকখিয়ে। কাওরেল শলদি নিংথীবা কাওরেল নোংদম শল ওইনবা মচন সরাকোংতিংনুনা লুনা চান্না তৌজনা লোইবা শল। শলদুবু মখৌ লোমদগী লেননা কংলৈ লমতাইনখি। শাদুম অচৌ অপীক নাইনা খাইনা থাংজি শানা মতুম মতুম ককতুনা শা ফুৎনবা ৱালোং ইৱাল থন্না হাপ্না সগাইগুম্না লৈরং শেমনা ইৱালনা য়ান্না শাবু থোংলকপদা। ইৱাল মনুংগী শা শাদুমশিংদো মমুল ফারক্তুনা অতোইবা য়াওনা অমগা অমগা তিন্ননা পক্লরক্লে। মালবী পোঙ্চীন তুহাওলৈনলিং শারেল নাহুম লৈনা থোং মচী চীরেল য়েৎকোই লৈনা হৌ। মমৈ হৈনা য়াংনু কৌ কৌ

---

১ সরা কোংতিংনু :- নোংদা লাইরেল পাথংবগী মচননুপী ইবেম্মা। -য়ুকৌ:

য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং

হাসং লইনখাপ।।। আসাংপম লইরক কোলসাং মরিল কালনা চোং।। আরানপম য়ুমলেল সাইকণ্ড চেন্নাকালনা খোংখইখিয়ে।। আতুসুঙ মাতেমতে।। সংলও য়েনসিপোৎ য়েন মইরেল খামীৎচেন খামইরেলপু লপলি কৌসাংথক।। ব্রুপল কারোঙথক।। তা।। ব্রারীথাপপু।। লপলি কৌসাংয়িন ফকলাং লোলচাচৎ।। ব্রুরা হুমফু লোইনা।। চানা য়ীরু মাতাইকাঙ্গনা।। পাকতু য়িতাথকতা।। নাননৈখিয়ে।। কোরৌ নুমিৎমাতী।। থৌরই ব্রাকমপোঙ চীঙনুং নোংকৌপীচাপু।। ফুংকা লাইরু হুমথাপাপু।। মইপী তাঙকোই নুংকি।। চেকলা পোঙচীল তুহাও লইনা লিং। সাকান তুফাং হৌনা।। তিংকোইলিকলা তোল্‌কোল্‌ লইনারেকনা।। থীঙক্রুলুব্রাংতোননা।। খোংখইখিয়ে।। আতুনোংকিপু।। য়াওরই লইয়াথী।। খুলকাম লইনামুং[১] ।। তাওতং সাৎনাপুঙ্‌।। মোইতং ফুইনা পুঙ্‌ ও তৌনা কৌএ।।

---

য়াওরৈ লৈয়াথী খুলকাম লৈনামুং

লৈনা য়াননা সুঙমাই তিংগোই হাসং লৈনখাপ। অশাংবম য়ুম্নাক ওইবনা লৈরক কোনশাং মরিল থুংনা চৎ। অরামবম য়ুম্নাক্কী পীবা ওইবনা য়ুমলক খুদিং ফাওনা চেননা কাননা চৎনা লাও খোংদুনা লমতাইবদুনসু লোইবা লৈখিদে। থোংদুনা চাবা য়াবা য়েনশাং নাপী মাইরেল খামীৎ চোন মাইরেল শগাই থক্তা লৈববু লৌথোক্তুনা উপল উগী কারোঙথক্তা শগাই শানা য়ান্না খাংপোক খননা পাকতু ঈতা থক্তা কংলৈ লমদাইখিয়ে। নোংমগী নুমিৎ অমদনা চেক্লা ব্রাকমবোং চীংনুং নোংকৌবীচাবু চেক্লা ফুঙ্গানুংদা লৌরুববু মৈবী তাঙগোই নুংগী চেক্লা তোঙ্গোল লৈনা লেকনা থেঙ্গু লুব্রাংতোলবু য়াওনা লাওখোঙনা কংলৈ লমবু লমতাইখি। অদু নোংদগীবু য়াওরৈ লৈয়াথী। খুলকাম লৈনামুং তাওতং শাৎনপুঙ মোইতং ফুইনা পুঙ-ও তৌনা কৌনখিয়ে।

---

১ য়াওরই লইয়াথী ১সুং খুলকাম লইনামুং :- মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বগী লৈমা।
- *নি: লম্বু:*

খাগেম্বা
কাশা
ঈরাৎফম

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা[১] ।। য়োইপু খেইমোম লাইরইমা।। লাইরীক লৈমা সিঙচা কোলথিলপী হুমপু নারেঙ সুপীপু কোরৌ নোংলেলথককি থেমথা য়োইথোল সঙ্ কাসায়ীরাৎ ফমনে।।

মৈদিংঙু
খুঞ্জাওবা
চেংলৈ চনু
নিংশিং নুঙ

কংলই মতাইমাতী।। য়োইপু মইতইরইমা।। চীনফুরোন থাঙয়ী চেংলইসু।। সেলপী তেখাওলালথাপী।। ৭ সেলপুঙলোকপী[২] ।। হুয়েল চওফাপীনা।। য়ীসাপী লাইরেল মইতেঙু পোইরই খুলচাওপা -আে। য়োইপু নাসানৌ অইভী।। য়ীপারি লাইরেল মইতেংঙু-চা সাপল লালিথোঙসিনপাপু সাৎতে।। য়ীমোম তমপা ৱাংঙমলোল সনা কোলখাং মরোল য়ামপীপু ফুইতে।।। য়োইপু কোনলোয় য়ীমিং থোলপু হায়েং পোইরই চাতোলনা খঙলওরারোইয়ে।। তমপা কোলোই য়ীমিংপু মাঙতানাবা।।

---

খাগেম্বা
কাশা
ঈরাৎফম

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনা য়োইবু খোইমোম মহৈ লাইরেম্বী লাইরিক লৈমা শিঙচা কোলথিলপী হুমপু নারেঙ শুবী খুৎতা খোরচৈ পাইবী কোরৌ নোংলোলথক্তগী থেমথরকপীগীদমক শাখিবা য়োইথোল শঙ কশা ঈরাৎনফমনে।

মৈদিংঙু
খুঞ্জাওবা
চেংলৈ চনু
নিংশিং নুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি। য়োইবু মৈতৈ লৈমা চীনফুরোন থাঙয়ী চেংলৈসু, চেংলৈ চনু ওইবী শেলবী তেখাও লালথাবী ৭ শেলপুঙ লোকলকপী হুয়েল লালবু চাওফাবীনা মথংলেল লাইরেল মশাবী কংলৈ মপু মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবদা হায়জখিয়ে। কংলৈ মপু-ও নহাক্কী ননাইনুপী ওইবী ঐদি ইপারি অমত্তসু ফুইদা ইমোম অমত্তসু শাৎচদবনিনা হয়েং কংলৈ লৈপাকসিদা ঐ লৈরম্মী হায়বা লৈবাকসিগী মীশিংনা খঙনহৌররোই। ঐগী ইমিংসি কাওদনবা অচৌবা নুঙ অমত্তা

---

১ **খাগেম্বা :** মৈদিংঙু খাগেম্ববু খোংনাং চৈকনথেকপা হায়নসু মিংগোইরম্মী। *-নি:*

২ **চীনফুরোন থাঙয়ী চেংলৈসু :** চেংলৈ য়েক থাংজম চনু ওইবীগা মৈতৈংঙু খুঞ্জাওবগা পান্নদুনা নিংথৌ ফমবাল কাই। চাদা নাওদাদে। *-লংথাবালোল*

**মৈদিংঙু খুম্ব্রাওবা চেংলৈ চনু নিংশিং নুঙ**

থৌতুলেপনা য়ুং চেঙচা লেপনা খিলপী-অো।। হায়না থৌনেক নুঙনে।। সলফু খুলঙম নুঙ।। থৌতু লেপনা য়ুংবা ১তী য়োইপু মইতইরইমা সেলপী পাংকা কৈথেল থালপী।। মারালনুহোঙ খোঙতোং নুঙনে।।

**সুমশঙ খোমহাল শঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। য়ুমখু চানু য়াংলইঙমপী।। সুমসঙ খোমহাল সঙনে। ললহাং খুলকঙ ১০ তাপাপু।। মইমুৎ সঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। করিরোঙ মিংনাইপা ফানা সঙনে।। খাঙপা লওতাওহৌনা সঙনে।। আতাই খোমহাল সঙনে।।

**লৈমা চাঙপোম্বী পুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইলইমা কাইনৌ চাঙপোমপীনা[১] কোরেং খুলঙম পুঙ।। মইতই চোংআপীসা ফানা পুঙনে।।

---

**মৈদিংঙু খুম্ব্রাওবা চেংলৈ চনু নিংশিং নুঙ**

য়ুংদুনা ঐবু নিংশিংনবা থমবীয়ো হায়জদুনা য়ুংখিবা নুঙনে। নুঙশিবু য়ুংঙৈদা শলফু খুলবু ঙমখিবা নুঙনি। থৌদু নুঙসিবু মৈতৈ লৈমা নিংশিংনবা য়ুংখিঙৈদা শেলবী মাইকৈ পাংনা কৈথেলথালবীনা মরাল লুহোঙ খোঙদোং নুঙনে।

**সুমশঙ খোমহাল শঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। য়ুমখু চনু য়াংলৈঙম্বীগী শুমশঙ খোমহাল শঙনে। ললহাং খুঙ্গং ১০ তানা পালনা লৈরম্বা মফমবু তানখাইনা মাংহনখিঙৈদা শাখিবা শঙনে। হুয়েন লালবু লান্দাঙৈদি করিরোঙ কৌবা মমিং লৈববু ফাখিবা শঙনে। খাঙপা লৌতাওহৌনা য়ুমনে। অতাই খোমহাল শঙনে।

**লৈমা চাঙপোম্বী পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈতৈ লৈমা কাইনৌ চাঙপোম্বীনা কোইরেং খুলবু ঙমখিঙৈদা থোনখিবা পুঙনি, মৈতৈ অচোংঅপীশা ফানঙৈগী পুঙনে।

---

১ লৈমা চাঙপোম্বী:- মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বগী নুপী মৈতৈ লৈমা। চাংবোম্বীনা ১ খাগেম্বা ২ খুরায়বাকপা চীংশোম্বা ৩ শানোংবা অতোনবা ৩ মা পোকএ। কাইনৌ চাংপোম্বী হায়নসু কৌই। -সা. শলাই:

**চারাইরোংবা লাংকোই শামু থোঙ**

কংলই মাতাইমাতী ।। লাইরেল মইতেংঙু তুপী চারাইরোংপা খোইমোম লাইমিংথোংপা সাইরোনপা।। থোঙলেল মাখুৎফা।। নাঙতা খুলঙম থোঙ।। কে কে চীঙমইপা ফানরম।। মোইরাং লাংমৈপাতলনারম।। তাকমু য়ীথিংকোলকী।। লাংকোই মোইসায়া অপানবা ফানাথোঙ লাংকোই সামুথোঙনে।।

**লৈমা পীয়াইনু মঙতম শঙ**

কংলই মতাইমাতী।। লইমা পীয়াইনুনা মঙচঙরাই।। তাংখুল হুইচা নিংথৌপা।।য়ীতম সোইসেলবাকা।। কে কে হাওকোইয়াঙকা কানারেঙনে। চীনফুরোন হাওরোকসুতী।। কোইনারেংনে।। রুয়ীল খালমচিনা কোইপারালনে।। হাওসী মংলাংচাল সিংপাক পাওহুল লমনে।।

---

**চারাইরোংবা লাংকোই শামু থোঙ**

কংলই মকাইফম অমদি। লাইরেল মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শাইওনলকপনা শা লাল ঙাক্লবা শাবা অচৌবা থোঙলেলনি। থোঙলেল অসি শাঙৈদা নঙতা খুলবু ঙমখিবা থোঙনি। কেগে চীংমৈববুসু ফাঙৈনে। মোইরাং মোই-শা অপানবা শামু ফাঙৈগী থোঙনি। লাংকোই শামু থোঙনে।

**লৈমা পীয়াইনু মঙতম শঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈতৈ লৈমা পীয়াইনুনা মঙতমদুনা লাইগী পাওতাক লৌনা অফ-ফত্তা খঙনবা মফমনি। তাংখুল হুইচা নিংথৌ ইতম শোইশেলবদা, কেগে হাওকোইয়াংগা কানারেঙনে চীফুরোন হাওরোক কোম্লৌ, কোইনারেংনচিংবনা উয়ীল খাল উগী মচি ওইবনা মফমদুবু কোয়না থমনা মঙদমদুনা শিগদবা নাগদবশিং পাওতাকহল্লম্বা মফমনে।

---

১ **মৈতৈঙু চরাইরোংবা :** মৈতৈংঙু পাইখোম্বা তোনশেন ঙম্বনা মৈতৈ লৈমা ঙাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বী পান্নদুনা লাইয়িংথৌ চরাইরোংবা পোকএ। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মৈতৈ লৈমা ১ শাংপম চনু নুংথিলচাইবী মকক লোইখোম্বীনে ২ নোংথোনবম চনু শেলগোইরেম্বীনে ৩ থাংজম চনু থবাঙম্বীনে ৩ মা পানদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই।
- চেথোং

২ **পীয়াইনু :** থীঙলোংলেন লোঙচুমবগী নুপী পীয়াইনুনা থব্রালেন অমসুং পোইরৈতোল পোকয়ে। খুমল অমসুং লুৱাংগী লাই ইবেনথৌনি। -লুৱাং লৈ:

নোংমোইনু নোয়নাফম

কংলই মাতাইমতি নোংপাললোন নোংমোইনু[১] অহোঙবীনা।। খুৎতোল খুৎতাংহাপ।। লাংমই পুঙলেলচিল।। সামমই সমতোল য়োম।। সমচি হুকতুংথাংনা।। থপাক ঙৈথোমনা।। ব্রাংলেন পুঙখৎতই।। ৭ সেলফাংয়ইনা।। লাংমই মইতোলনেম নোয়।। খুৎথেক পললাং নোয়পু।। খোঙসিৎ মানপল হওনা নোয়।। খুৎথেক নোয়মললাংপু।। নোয়না ঙমতমফমনে।। হাওরইমা তমহইপীনা।। সিললওফমনে।। অয়াঙ চারারোই।। লেমথোঙ পাখংবানা।। আয়াঙ মইকাকোয়।। তিংখং মইকু তই।। খরাখেক ব্রাই হওনা।। নোয়না ঙমতমফমনে।। খাপা লংথংচা লাংলেল চানা য়ীথাঙথৌকুমপানা।। ঙাঙ্নাতওসুফম।। হাওব্রোঙ লাইতালফম তেললোঙ পাৎসিৎফমনে।।

---

নোংমোইনু নোয়নাফম

কংলৈ মকাইফম অমদি। নোংবাললোন লুব্রাং চনু নোংমোইনু অহোংবীনা খুৎতোল খুৎতাংহাপ লাংমৈ মতু পুঙনা থেৎনা চিন্না, শাম্মৈ শমতোন য়োমনা শমজি হুকতুং থাংনা থবাক ঙৈথোমননা ব্রাংলেন পুংলোন মরোন থোকনা নাইনা য়ৈনা, ৭ শেলফাং মরোল নাইনা য়ৈ লাংমৈ মৈতোল নেম, থেকনা নৌনা কেনা মালেম লৈদা খোংনশিৎ লৈনা লৈনা মখুৎ খুৎশা থেক্লা নৌনা খোংফম তাম্থা নাইনা খোঙলোন নিংথীজবগা লোয়ননা খুৎশা, খোং, খুৎ থেক নৌনা জগোয় শাখিবা মফমনি, য়ুম্মুরেনবী ওইবীনসু মথৌ শিন্থা পাঙনফমনি। মতিক লৈবা মনাইশিংগা লোয়ননা মপু মনাই পুম্নমক্লা মৈবু হৌ, মৈবু কোয়না তিংখঙ মৈকু-তৈ খরা খেকব্রাই হৌনা হরাও মথোই কানা জগোয় শানফমনি। খাবা লংথং-চা লাংলেন চানা ইথাং থৌকুম্বনা ঙাঙ্না তৌসুফম হাও-ওঙ লাই তান্নফম তেললোঙ পাৎশিৎফমনে।

---

১। নোংমোইনু : মৈতৈ নিংথৌ খুৎয়োই তোম্পোক্পী লোইনবী নুপী, মৈতৈ লৈমা। মৈদিংগু খুইয়োই তোম্পোকনা নোংমোইনু পান্নদুনা য়োইমোংবগা তাউথিংমাং পোকএ। -খা: য়ুম্নী: ৫

**ঙাঙোই য়োইমোংবা-মোংবা য়ুম**

কংলই মাতাইমতী।। ঙাংঙোই য়োইমোংপানা [১]।। মোংপা সা নানতালঙইতা।। সাতুক সাঙাই য়াওনা তোকপা কামপা য়াও।। ৱোকলেল লাইরেলয়াওনা য়াওরও মাসীঙ ১০০সুনা।। য়াতাফমনে।। খোকলাংতানা হইপাম লনাফম।। মোংপা য়োইসাকানে।।

**ঙাঙোই য়োইমোংবা-মোংবা য়ুম**

কংলৈ মকাইফম অমদি। ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মোংবা য়ুমশা-কৈশা তমনা, শা তানথৈদা, শাতুক, শাঙাই, তোকপা, কামপা, ওকলেল, লাইরেল, য়াওনা য়াওরৌ শা-মশিং ১০০ বু ফানা, নুংঙাই মরাং কাইনা পোথাজনা লৈনথৈদা মোংবা য়ুমবু য়ুমশা হৌথৈগী য়ুমনে।

---

১ য়োইমোংবা :

মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোকনা নোংবাল্লোন নোংমাইনু অহোংবী পান্নদুনা য়োইমোংবগা তাওথিংমাং অনীমা পোকএ। খুইয়োই তোম্পাকনা থুপশ্রবদা য়োইমোংবনা তু তেংশি হায়রদুনা মনাউ অতোম্বা তাউথিংমাংবু লিৱাই ইরম ইন্না ঈরিন তুরেন মরুদগী হৌনাতু তেংথহনখি। ময়াম্বা য়োইমোংবদি অৱাং কৌব্রু অসুপ্পদগী হৌদুনা ইম্ফাল তুরেল তেংথখি। লাইরেল য়োইমোংবনা মোংগা তুখেংপদা মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাং লিনৱাই য়িমরুতা থৌনাপাকা লমওকনরে লাইজা য়িচিলসু অনীলোঙএ লিলোংও থোননৈএ। শানৌ মচিন মনাওনা কাকয়েল মীঙমপাপু কংলৈ পুংফানায়ে। হাও য়ুম্মাক ১০০ তাবা লোইবু লোইচনলম্মে। মরুমবী হাওনুখু হাওনুহল লোইতোংখু লোইতোংহলসুঙ পুমনারকয়ে। চাতুম চাঙালক য়েনয়োমহল সায়োংলাৎ মিলাৎ মিতোঙ হোঙনেকা তমনরে। শানৌ মচিন মনাওনা শিংপোৎ ৫ লক শালন তোইত্রাওহৌনা শিথিল পুথিলনসে। ৫লক কেকু লোংপী শানরে। মমাইবী সলথোং ৱাখু মাইনা চুপশা মোইফেলতমপীরে। মোংপা য়ুমলেন ফারেল ও সুপাতাওখঙপীরে (শারে)। ঙাঙোই য়োইমোংপতি মোংপ চীঙনুংহত্তা চঙনা লাইরেল মতে হৈকুম শানথুপথিরে। লাইরেল য়োইমোংবাতা মোংবা য়িমতাংশাংপু কাবেন ৯ সুনা তাওখঙলে। ফমমোই ফম ফলাংমৈ তোংলে। মমোম তমপারাঙমলোনসুঙ মোংপা মাংশোক কাচাও য়ারে। খাংসু লাকপা থুমক্রি খাওচাও য়ানপানা অসৈ ৱাংপারেলপু চেংলৌ মিংথিংলে ৱাংঙম লুরু থিংক্রি খাওচাও তানা লারোং লাকা তং লাংনা য়াখমলাকনা ঙাইখমখিয়ে। ৱাকথা খোমপু মাইরোং -তা , তুংথাংনাপা অশৈ ৱাংপারেলবু- নৈকাই তিমেল-তা ৱাইপানা তিয়েল মখুৎসুনা চৈথীরে। নিংথৌ পোংপা ১০ মা লৈমা ১০ মা কোনতে খুৎচুমমাই। মমোম তমবা ৱাংঙমলোননা খুয়ুং চঙপুমনা লৈনা শিবোই ৱাংপীরে কোরৌ খোংমালকতা। তুপী মতিঙ লাইরেন মতাং শমহৌরে। খাংসু নহা লাইরাবাতিমেল মখুৎসুতা মাথানা তৌওন্না নোংমনখি।

*- পাখংবা লাইহুই-১৬/ তোরৈ-৭৭*

**মৈদিংঙু নাওফংপা কংলা থোন ৭**

কংলই মাতাইমতী।। মইতেংঙু লাইরেল নাওফঙপনা[১] ।। লমথক সারোকপুঙ।। ব্রোকলেল্লাপা খারোনপা।। থীঙলৌ য়াপানবা ফানা পুঙনে।। তীঙয়ি ব্রাফোঙলাক।। লাপা নোংলইফমনে।। কংলা থোন ৭ নে।।

**খাগেম্বা অহোং য়োইথোল পুঙ**

মইতৈইঙু সেনপী খাকেমপা[২] আহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনিকিতী মরিং লোকতোল্পপু কংলা সঙচিমতা।। লৈমু সেংথাকনায়ে।। বুসোঙ নিংথৌ লাংমইতোংপু কংলা সঙচিমাতা।। লৈহৌতমনা সেংব্রোইনায়ে।। হোংতুং নিংথৌ পুরেঙ লালথৌয়াঙপু।। লইমুতমনা সেংথাকনায়ে।। কংলা সঙ্তিমাতী।। খারম নিংথৌ খুৎচারাংপু লইহৌতমনা সেংব্রোইনায়ে।। তেক্থাও

---

**মৈদিংঙু নাওফংপা কংলা থোন ৭**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু লাইবেল নাওফংবনা। লমথক শাবোক পুঙ, ওকলেল লাবা খারোনবা ময়া য়ারেলপালনা থোইনাহেন্না চাওবা কনববু ফাখিবা মফমনি। তীঙয়ী কৌবী চেক্লানা, চেক্লা পুপাননা থোইনা নুঙাইজনা লৈনফমনি। কংলা থোন ৭ শুবনে।

**খাগেম্বা অহোং য়োইথোল পুঙ**

মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনসু নুংঙাই য়াইফনা পাননা অহোং যোইথোল কৈথেল লিংখৎঙৈদা। হুযেল লান্দদি মবিং লোকতোনববু কংলা শঙচিমদা লৈপাক থোনহনখিয়ে। উশোঙ নিংথৌ লাংমৈতোংবু কংলা মফম অমদা য়ুমগী য়ুম্ফম য়েংদুনা য়ুম্ফম থোন্নহনখিয়ে। হোংতুং নিংথৌ পুরেঙ লালথৌয়াংবুসু লৈমুতম্না লৈপুঙ্ থোন্নহনখিয়ে। কংলা শঙচিমাদদি খাবম নিংথৌ খুৎচাবাংবু পুখ্রি তৌনহনখিয়ে। তেকখাও

---

১। **মৈদিংঙু নাউফংবা :** মৈদিংঙু নাউখম্বনা য়াওবৈম চনু পান্নদুনা, নাউফংবা পোকএ। নাউফংবনা কাইবৈমা, য়াওরৈবা চনুনে ২মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। শংঙাইব্রৌ কৈনে, অহোং কৈনে, লম্বাল কৈনে, লম্লোং কৈনে ৫মাসি মহাকথক্তা শেমখি।
*কৈবোই/নিং: লম্বুবা*

২। **খাগেম্বা :** শেলবী খাগেম্বা চৌফা হোংদ্রে ফাবা হায়নসু মিংগৌনৈ। *-নিং: লম্বুবা*

**খাগেম্বা অহোং য়োইথোল পুৎ**

নিংথৌ সাফাপা।। সনাহিংখোলখালপাপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। তাইপোং নিংথৌ।। চাওকো লালমিংনাইপপু ৭ সেল য়ালনায়ে।। মুখোম নিংথৌ।। চওফা হোচোমপতী।। খুচায় ১০০ নারইনায়ে।। থোংনাং ময়াংনিংথৌ পাসর সাকোনপু।। চইরই ফিরালখালনায়ে।। লাংকোই সাকোল অমুবাতী হুইমুতমনা য়ীমতৈনায়ে।।

**মৈদিংঙু পাইখোম্বা অহোঙ য়োইথোল পুৎ**

মইতেংঙু সেলপী পাইখোমপা[1] অহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লালনিকিতী।। য়ীতোক নিংথৌ চীঙখরেঙপু।। কংলা সঙচিমাতা মাথানয়ে।। সলফু নিংথৌ সনারেমপু।। কংলা সঙচি মাথানায়ে।। মোলথও নিংথৌ মুঙতারেঙ আথৌপাপু।। কংলা সঙচি মাথানায়ে।। নোংফও নিংথৌ হোঙকারেপু।। কংলা সঙচি মাথানায়ে। তাখেল নিংথৌ মসোমখাপু মোইমীৎ লইচুনায়ে।।

---

**খাগেম্বা অহোং য়োইথোল পুৎ**

নিংথৌ শাফবা সনা হিংখোল খালবাবু মোইমীৎ লৈচুনায়ে। তাইপোং নিংথৌ চাওকো লালমিংনাইবাবু ৭ শেলয়ানখিয়ে। মুখোম নিংথৌ চৌফা হোচোমবতী খুচাই ১০০ নারৈনখিয়ে। থোংনাং ময়াং নিংথৌ পাশর শাকোনবু চরৈ ফিরাল খলনৈয়ে। লাংগোই শগোল অমুবদি হুই অমুবগী মতৌগুম্না য়ুমগী লৈতেং ওইনদুনা থমনৈয়ে।

**মৈদিংঙু পাইখোম্বা অহোঙ য়োইথোল পুৎ**

মৈদিংঙু শেলবী পাইখোম্বা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল কৈথেলনে। হুয়েল লান্দদি ইতোক নিংথৌ চীংখারেঙ্বু কংলা শঙচিমদা মথানখিয়ে। শলফু নিংথৌ শনারেমবু কংলা শঙচি অমদা মথানখিয়ে। মোলথৌ নিংথৌ মুঙতারেঙ্ অথৌববু কংলা শঙচি অমদা মাথানখিয়ে। নোংফৌ নিংথৌ হোংকারেঙবু কংলা শঙচিমদা মথানখিয়ে। তখেল নিংথৌ মসোমখাবু মোইমিৎ

---

১। **পাইখোম্বা :** তোনাবানা পিথেৎ লৈমা তাঙজখোম্বী পানদুনা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা সনাহিহোনহন; লাইনিংথৌ পাইখোম্বা, ইবুংঙোতোন শেনঙম্বা ৩মা পোকয়ে। লাইয়িংথৌ পাইখোম্বনা হাওবম চনু পোংলেনখোম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই।
*- সঙ্গাই ফম্যাং-২৪৯*

**মৈদিংঙু পাইখোম্বা অহোঙ য়োইখোল পুঙ**

তুপী কোয়চা য়েক। লাইরেল য়াঙয়িসোলপু।। তমনা য়ুমনে।। মারাম নিংথৌ য়িকৌরেঙতী।। ৭ সেলয়ালনায়ে।। কোরৌ আকুপপা ব্রাঙ্পল অরংপা তমনা সঙ্গনে।। তাখেল নিংথৌ চাতারৈপাতী।। খুচাই ১০০ নারই সঙনে।। মায়াং নিংথৌ পোঙ্সারেঙপু।। চরই ফীরাল খালনায়ে। য়াংকোই সাকোলঅমুপাতী।। হুইমু তমনা য়ুমতই সঙনে।। লোইপী চিঙসোং মারইমাপী লোকয়াই হাওতমনু সাফাপী চীঙনু নুরাপীপু।। তাইরেল নারোঙপী চা।। মাসুং তমনা লাইচা খীকফেলননা। নাহইসঙনে।। কংলা থোন ৭ নে।।

**খাময়াল নোংকাপফম**

কংলই মাতাইমাতী।। হাওরি হাওতোলনা য়েনখোঙ য়েল্সানা। মানুং লীকনোংতায়ালনা।। অচিল অমাংপু।। চীঙহই লেলহইপু।। খামনাফমনে।। খাময়াল নোংকাপফমনে।।

---

**মৈদিংঙু পাইখোম্বা অহোঙ য়োইখোল পুঙ**

লৈচুনখিয়ে। তুবী লাইরেল কোয়না য়েকনফম ওইবা লাইরেল য়াঙইসোলবু তমনফম য়ুমনে। মরাম নিংথৌ ইকৌরেঙতী। ৭ শেলয়ালনাখিয়ে। কোরৌ থঙ্গ নোংথাং কুপনা নোংখোং তোইনা নোং খাকপগুম্বা মফমসিবু নিলনা লৈবা শঙনে। তখেল নিংথৌ চাতারৈবদি খুজাই ১০০না লৈনা শঙনি। ময়াং নিংথৌ পোংশারেংবু চরৈ ফীরাল খলনখিবনি। য়াংগোই শগোল অমুবদি হুই অমুবগুম তম্না য়ুমদা পুরকখিবা শঙনে। লোইবী চীঙ্শোং মরৈমবী লোকয়াই হাওতমনু শাফবী চীঙ্নু নুরাবীবু তইরেল মনাদি নারোঙবী চা। মসুং তম্না লাইজা খীকফেল চাইনা নাহৈদুনা শেংদোক্লবা শঙনে। কংলা থোন ৭ নে।

**খময়াল নোংকাপফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি। হাওরি হাওতোলনা য়েলকোঙ্ য়েলশানা মনুং মতম চাদনা শিগদবা নাগদববু লৈতনবা পুন্সি চেংজেন নিনফম অফ-নুংঙাইবু নিদুনা অনা অয়েক লৈতনবা লৈরিক লৈরা থননা পানফবা চীলহৈ ললহৈববু খামনফমনে। খময়াল নোংকাপফমনে।

---

* মৈদিংঙু পাইখোম্বা শকাব্দ ১৫৯০ কালেন থাদা অহল্লুপ লোইশঙ,নাহারুপ লোইশঙ, অচোই লোইশঙ ৩মা লিংএ। - চৈ:কু:

**থীকশেং থাশেংফম (ঈরুফম)**

কংলৈ মাতাইমাতী। মইতেংঙু লোইনাই খুলচাওবা থীকসেং থাসেংনফম সনা চীনপাল থোংসাইপাপু।। চীনফুমাইতাফমনে। হুয়েল লালনীকিতী।। চাংখারঙ্ চাংনিংসিং কাপো পোলখারাঙ লাইরাপা।। সনা চীনপালথোংনা লিয়োংপাপু।। তুপী নাখুৎনেৎনা থীকসেং থাসেংফমনে।।

**মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা তেনকাফম**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু পোইরই খুনচাওপা[১]। হুইনিংমা নিংথৌ পাস ল লালথৌয়াঙপু।। খাকা থা।। মাখানলাইকা পুঙকি।। থৌতু নুঙলাং মইসাফাপাপু।। থককাথোলনা তেনথাফম সাবুল হাইকাপ ফমনে।।

---

**থীকশেং থাশেংফম (ঈরুফম)**

কংলৈ মকাইফম অমদি।। মৈদিংঙু লোইনাই খুঞ্জাওবা ইরু শানতেংনা,সনা চীনবাল থোংশাইবা,মচিন ময়া শেংনা মাই মিৎ তানফমনিদো, হুয়েল লান্দদি চাংখারঙ্ চাংনিংশিং ফাঙেদা কবো পোলখরাং লাইরবশিংনা খুৎশা চংনা তুম্বা মঙক ফাওবা মথকথংবা কুরাং অমসু কন্নবা নিংথীনা লোল খোৎনা শেল্লবা ঈশিং হাপ্পা, কনবা য়ারবা কবোনা শেল্লবা, লিংয়োংবু মৈদিংঙু সনা খুৎনা পায়না চাইথদুনা ইরু মাইতানা থিকশেং থাশেংনফম ওইনবা মফমনে।

**মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা তেনকাফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবনা হুইনিং নিংথৌ পাসল লালথৌয়াঙবু মখা থাবা ওইনা লৈহননা পানখিবা মফমনি। থৌদু নুঙলাং মৈশা ফবা থোইনা নিংথীনা মতা ফববু থানা ৱায়েল থৌদা তৌরম্বদা নত্তনা তেন্দোং খুৎতা পায়না শউন লিরি তিংনা চিংনা শউন তেনকাপনফমনিদো।

---

১। খুঞ্জাওবা :- শক ১৫৮২ পোইনু ৱাকচিং থা ২ চঙনা স্নথোঙগী চেকপল লাংখোং কোয়না তৌএ। শক ১৫৮৭ লংবন থাদাচিংঙাদগী হৌনা থাংমৈবন্দ য়ৌনা লাংখোং মন্নিন তৌএ ফাইবেন লমদা থা ২ মক্তা খ্বাইরম্বনগী লাংখোং কোয়না তৌএ। চৌফা মংএ লাংথৌয়াংবু ফাবা-ও তৌনা কৌয়ে। মখেং নিংথৌ খেংচংবদু কায়না হুল্লে।
*- চৈ: কু:/নি: লম্বু:*

মৈদিংঙু খাগেম্বা কুচু থোললাংমৈ

মৈতেংঙু সেলপী খাকেমপা[১]।। মঙকন নিংথৌ সায়ীপতী খাকা-থা। পানবা কইচেংলাং আচঙপাতী।। য়াইকাচল।। ক্যাংনিংথৌ সনা য়াচুসাইপাতী।। থককা থোলনা।। লইহৌ সেংব্রোইপুঙনে।। কুচু থোললাংমইনে।।

মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বী-পুঙ

কংলৈ মাতাইমতী।। য়োইবু মইতইরইমা।। নোংপাললোল লিলথোইঙমপীনা[২] খারী খুঙম পুঙনে।। লাললু ৫০০ থারোন্ননা লইমু সেংথাক পুঙ, লৈহৌ সেংব্রোই পুঙনে।। পুঙচি নাতইনা।। লালু কোকসোকনাপা ১তী মইতইরইমা থংতা নোংপালোল নোংচুপ লালুমঙমপী সেলপী কপোনিংথৌ।। তারুং লালমইনাই।। চাওসেং লালথৌয়াঙপু।। ফানা পুঙনে।।

---

মৈদিংঙু খাগেম্বা কুচু থোললাংমৈ

মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বানা পাঙল নিংথৌ শায়ীবতীনা মখাদা থা, পামবা কৈজেংলাং অচংববু ফাদুনা ময়াই হাপ, কিয়াং নিংথৌ সনা য়াচুশাইবদি মথক্তা থমনা লৈবাক লৈপু থোনখিবা পুঙ্নে। ব্রায়েন থৌদা পাংথোকনফমনি কুচু থোললাং মৈনে।

মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বী-পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি। য়োইবু মৈতৈ লৈমা অঙোম নিংঙোল ওইবী লিম্থোইঙম্বীনা খারী খুলবু ঙম্না লাললু কোকশিং ৫০০ হাপ্না থোনবা পুঙনে। লৈপুং ওইনা থোনখিবা নিংথীবা পুঙসিদা নৎতনা লাললু মকোক্তা লোয়ননা থোনবা মফমদি মৈতৈ লৈমা থংদা অঙোম নিংঙোল নোংচুপ লাললুম ঙম্বীনা শেলবী কবো নিংথৌ তরুং লালমৈনাই চাওশেং লান্দা থৌববু ফাঙৈদা থোনখিবা পুঙনে।

---

১। **খাগেম্বা :** শক ১৫২৮ লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলৌএ।। শানোংবসুং খামলৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০০ পাঙন পারা ১০০০ থাঙ শাবা কোনশাবা খুৎহৈবা পেরে পুংতোং, খাপৈশাবা ধোবী শগোলশেনবা শামুশেনবা অসি খৈবিক লোকলৌএ। পাঙন অচঙবা খৈবিক্তি লোয়শঙ অমা লিংলৌএ। শক ১৫৫১ দা উত্রা শঙ্গাই শাইএ।
*- চৈ: কু:/৩৩*

২। **লিম্থোইঙম্বী:** ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক থংবা ব্রাংমদা তাবা অঙোম নিংথৌ নোংপোক কাসোম্বা লমমিৎ মনাউ শেনখু ফাবনা পোকচবী লিম্থোইঙম্বীনা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগা পানদুনা কিয়াম্বগা শানোয় ব্রাংখৈবাকপগা অনীমা পোকএ।
*-নি: লম্বু:*

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা-অয়াং ৱারেপফম

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু শেলপী মুংয়ামপা মায়োল খুলঙম পুঙ্।। য়ুরমবা য়ুরমপী লাল্লুমপা ফানা পুঙ্নে।। অয়াঙ ৱারেপফমনে।।

ৱাইরা তেনকৈথা

কংলই মাতাইমাতী।। তেংলই মুংচা অথাপপা কানারম হাওরা মুংচা অতামবা তনারম হায়ীঙইকি খ্বাই নোংচেংপম পীবা[১]।। য়েকমা হাওতংলা।। নামুপোংঙারা চা অতলপাকি।। ৱাইরা মরিখঙ।। য়োইময়াই লাইরেল তাওতল মাশবী তাওহুইরেং অহলবা ফানরি।। কোরৌ নোংকাপ লীপু কইমা ৱাংতৈথকতা ৱালীকাইনে।।

---

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা-অয়াং ৱারেপফম

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বনা ময়োন খুলবু ঙমখিবা পুঙনি, য়ুরম্বা য়ুরম্বী লাল্লুম্বা ফাঙৈগী পুঙনে। অকন-অথৌ, অঙম-অথৌ পুন্না তিন্না ৱারেপনফমনে।

ৱাইরা তেনকৈথা

কংলৈ মকাইফম অমদি। তেংলৈ মুংচা অথাপ্লবু কানরম হাওরা মুংচা অতাম্ববু তানখিবা মফমনে। নহাল হয়িঙৈগী চকতা খ্বাই নোংজেংপম পীবা থোইনা মরিংজেন লৈবা নমু তাইবং ওইবনা তেলবু কাপ্লা হৈবা খঙবনা য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা কোরৌ অঙালবা নুমিৎকী ময়াম্বা তাওহুইরেং অহল ফান-লি, কৌরৌ অঙালবা নুমিৎপু কাপনবা নোংকাপ লীবু কৈমা ৱাংতৈ থকতা ৱা লীখিবা মফমনে।

---

১। **মৈদিংঙু মুংয়াম্বা :** মৈদিংঙু চলাম্বনা লমফেনঙম্বীগা কোংবম চনু তোলোংখোম্বীগা ২মা পান্নদুনা লম্ফেনঙম্বীনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বা পোকএ মুংয়াম্বা নিংথৌ ওই। কিয়ামকৈ মুংয়াম্বনা শেমখি। *- কৈরোই/চেখোঙ*

২। **খ্বাই নোংজেংবা :**

কোনা চক কৌপা অসিদা পানবা নিংথৌদি, নুমিৎকী মখোয়তাকি কুমলকতুনা মমিং পাখংবা কৌনা নিংথৌ ওইরে। পাখঙবা লাইকী নিংথৌ অসিকা মঙাল মাসাচাওনা।থোইনা মৈ অরাবা কুমপা। অতুপু উরাতুনা মমাঙঙৈতো। পাল্লম্বা নিংথৌ শিংতো। পাখংপা কৌপা নিংথৌ অসিকী মমাঙখৈ খঙপাঙমতারে। নিংথৌ ওইরমপা মাখোয় অতুপু। সন্নারেল ৩মা কৌএ। সরারেল ৩মা অতুনা। কোয়না চাইথোকখিয়ে। হায়বাকিবু। চাইপী খুলতা পুঙ্-ও হায়না কৌএ। অসিকী মতুংদা লাইয়িংথৌ পাখঙপানা। ফমপাল তোংদুনা। থোইমোম্ লাইনাসাপী লাইসানাকা পালমিনাএ। অহিং মীওইনা। লৈরকা। তুওই ৱাওইতুনা

**রাইরা তেনকৈখা**

তাংমিৎপালনে। চিলবা পাল্লাংপাখোক ।। অরোইসৌপোল লোইকেলপা খোকনে। লোইপী চীঙলোইপা।। হেমপা মাতুচোং চীঙ্লেল মানানপনা পলথেং ব্রায় ।। য়ীরোক আকুৎপাপু থোলখৎপা য়াই। চীঙসাং অব্রাংপাপু মানাক নেমনা ফোয়থুয়াই।। মাকলং কালনাচোং। য়িংথী য়ীরান থৌনা আব্রাং লোয়খৈথেং মুংয়োং মাপাল ফুক্না পলথেং য়াই।। থামুং মিংনাইপাফানা য়াই।। য়াঙল সৌপোল য়াইরেল কানে।। থাঙ্ঙা কারেলমাতী।। নুংনাং কাওখঙকোল।। কাওপী সলথোক কোল।। তয়ম নাইথোককোল।। য়োইপু লইমা অঙনবী

---

**রাইরা তেনকৈখা**

চীলবা পনলাংখোক অরোই লোইকেল খোকনে। লোইবী চীংলোইবা হেমবা মতুচোং চীংলেল মানা নপনা পন্থেং ফংনফম। ঈরোক অকুৎপবু থোঙ্গৎতুনা শেম্বগুম ফংনফম, চীংশাং অব্রাংববুসু মনাক নেমনা তেমথোকপগুম্না ফংনফম। মালং নুংশিৎ মমাঙ থানা কান্না চোংনফম, ঈশিং ঈরমখোং কান্না চোংঙম্বা, অব্রাং লোয়খৈথেং মুংয়োং মপাল ফুকনা পলথেং ফমনে। থামুং মমিং লৈববু ফানা য়াইনি। য়াঙল শৌপোল য়াইরেল কানে। থাঙঙা য়ুমগী কারেল অমদি। কাওরেল শলগী লৈনফম ওই কাওরেল শলবী কয়া থোকফমনি। মফম অমদি তয়ুম নাইদি নাইথোকনফমনে।

---

পালহৌএ। নোংথিলতী লোইরেলতা। লাইওইদুনা লাইকি থৌ তৌএ। অসুম তৌনা কুমশিং য়ামনা পাললাপাতা। অসিকি মাতুং খাবানোংচেলবাকা ব্রারোংনাতুনা। লালসোকনাপাপু। খাবানা ঙমলাতুনা। খাবানা নিংথৌ ওইনা পাললে। লাইয়িংথৌ পাখঙবাতী। মোইরাংকি লোইবেলতা থৈরে। চহী কুমশিং যামনা লাইকি চহীতা ১০০ সুনা পললিঙইতা। পাখংপানা মোইরাংকি লোইরেলতা। হাথারমবা ঈদি। মুংয়াংচাওপাগা তঙকারুমলুমইবাকা। ২মা হাথরময়ে। আতুকি তামক মোইরাংপু লোইরেল সনাপুং কৌপতি অসিকিনে। অসাইকি লাইয়িংথৌ পাখংপানা পোকপা মুংয়াংচাওবানা । সরারেলগী মচা আতোলপী। কোরৌ অখোং নিংথৌ চানু। ব্রাঙপল আরাই লৈমাপু পান্নেএ। অসিকী মতুংতা। লাইয়িংথৌ পাখংবানা চহী কুমশিং ১০০ মা সুরাপাতা চক কুমশিং হেনফাতাবা।। মাতাং থোকলপকি।। তাওবোইনাইকি টীরেল লাংয়েল থকতাতোংনা। পোইরই সনাপুঙতা ১রক খুলতাবকএ। লাইপাখং ৭ মাসুঙ লাই নুরা ৭ মাসুঙ। তিনলুপ লাইরুপ পুমনামানা। লাইকি য়ীশৈ নুংশিপাপু সকলতুনা পাখংপাতী। মোইরাংকি লোইরেলসনা পুঙতাকি। লমহৌরকতুনা লাংসঙ সঙলাংচালতুদা। রাইথুংলারে।

**ব্রাইরা তেন্‌কৈথা**

চংনসিল য়োইহইসংকল অরেমপীতী ॥ হাচিলকোল সেবি মাখোঙপালতাপান ॥ মাথানা হাচিলকোল ॥ মুংফি মাথানানা পাইবককোননে ব্রাইচিকসি আচিকপা ব্রাইরং কোলপনে ॥ মিরায়্‌মানা চঙতাপা ॥ পোংলাইমানা য়ৌতাকানে ॥ তুবী হইরাং নাব্রুসা লাইবেল তাওচিঙ নাহইকোল ॥ তাবা হকৌপা ॥ লাইচা য়ীয়াইথোইপা ॥ সমচীপুনসানা ॥ কৈথোক সুকমুতোলনা চইবীকাপারা চইবীতাপা ॥ মুতসানা সানা লাংমইরেমপী ॥ মলকৌ থাঙ্‌ কোকচা লাইচা চাসিন থাঙনা ঙমপলকাদা ঙমপলতা ॥ ব্রাইচীক লওতী মরাকপাক মোংপা য়ুমতী য়ুমতাংসাং ॥ তীঙতা ব্রোনকোঈফমনে ॥ য়োইরেল অতে লওখামপাকা ॥ তাওবোই পুঙলেলকিআসৈ পলমাপাকনা ॥ য়ীনুং সোইযাইমতা। মীৎয়েং নাওসুমতা ॥ খোমলেল তুমকনতা ॥ যীনুং সিঙচেপ নই হাইগৌথালনা ॥ থাবই

---

**ব্রাইরা তেনকৈথা**

যোইবু লৈমা য়াহৌবীদি অঙনবীনা চৎনা থোকনফমনে। য়োইহৈ লৈমা থোইনা অবেম্বীনা হজিন্নফম শেল থুম চঙলকফম ওইবা; অবঙ-অবাক অরু অ[illegible]শংস [illegible]কনফম ওইবা ম[illegible]মানি। থোইনা হেন্না ঈংনা অচিকপা মযমানি। মীশক মীশা খঙদবা তাম[illegible] মফমসি চঙহনদবা মফমনি। মতিক চাওবা [illegible]ংথৌ ওইবনা তাওজিং হৈবাং চিন্দমনা লাইজা ঈপাল [illegible]থাইবা থক্রুফম। শমচাপুল সনা কৈথোক শুকমুতোলনা [illegible] চৈবাদবা মুতু সনা সনা লাংমৈবেম্বী মলকৌ থাঙ কোকচা [illegible]শিল থাঙ্‌। ঙমপলগববা ঙমপলদবা ব্রাইচিক লৌদ মবাক পাকপা মোংবা য়ুমদি য়ুমদাংশাংনা অচৌবা তীঙদা ওনকোইনফমনে। যোইরেল অতে লৌখাম্বগা তাওবোই পুংলেলগী অশৈ পলমালগা অহিং সোইয়াইমদা মিৎযেং নাওশুমদনা খোমলেন তুমখুল তান্দনা ইনুং শিংচেপ মৈজাও

---

অতুকা লাইয়িংথৌ পাখংপাকা। লাইবেম্মকা২ মাতী । ভুপী ফমমোইমীংফমলে। লাইবেল ফোললাংমৈতোংলে। খাবা নেংচেলপাবুতী। কে কে মোইবাংচা ওপামেললৈপা। সৌপোল সানৌপানা লীবি থামোইতিং লাকা তেলমৈ লাকনা। ব্রাইবা তেলথাবকতা নোংমলহাললে।

ব্রাইরা তেনকৈখা

লেমলইঙা।। পাৎতোল কোলতোল ঙাপু।। ব্রালচেং মাকোই ফোংতা।। লেমলই খেরাং থাংতানা।। পেঙপা লুরোয় কারকঅো ।। চিনকোই য়ামমাপলনা লেমলই ঙাকৌফমনে।। মোংপা থাঙঙা কারেলমাতী।। লাইসনা ব্রুৎখা ব্রাইখাথানে।। থংচালেমনা ঙাইনাফমনে। থাঙচা অোংরেমনাফমনে।। আকপ যেনথারমনে।। কইকল সললং রেমা খাপী লংপীরেমা।। য়োইরেল সা য়ীরাৎপুঙ কাইপা মৈনম নোংচেনপা কৈরাৎ লালকৌপা আতে লওখামপা যোইরেল সললাই ৭মানা আসই য়ীব্রাল পোংপইরেমনা ঙাইনাফমনে।। মোংপা সমচিলফম।। করাংমই তুবী সানানাচিরেল, চিরেল যেৎকোই লইনা থোংনফম।। পাকলোয় ঙাংচা থেমতাই য়েৎনফমনে।। মইতুতোমসোল

---

ব্রাইরা তেনকৈখা

হৌনা থাবৈ লেমলৈ -ঙা। পাৎতোল কোলতোল ঙাবু । ব্রালচেং মকোই ফোংনা চাবাবু। লেমলৈ ঙা মোঙনা মথুপ মবাং হৌববু পেঙবা লুবোই ঙাসু কাবক-ও। চিনকোই য়ামমাপালনা লেমলৈ ঙাকৌনফমনে। মোংবা থাংঙা কাবেল অথোইবা অমদি। লৈমা লাইসনা উৎখা ব্রাইখাথানে। থাংজা লেমনা ঙাইনফমনে। থাংজা ওংবেমনফমনে। অকপ যেনথাবম্নে। কৈকল শললুংবেমনা খাবী লংবীবেম্বনা লৈপা ক অঙম-অথৌ মাইবা মাইবী অশৈ যোইবেন পুমনা শাবু ঈবাৎনফম ওইবা পুঙকাইপা নোংচেনবা কৈবাৎ লালকৌনফম অতে লৌখাম্বা যোইবেল শললাই ৭ মানা অশৈ ঈবালনা অঙম-অথৌ অকল-অথৌনা ঙাইনফমনে। মোংবা যুমদি শমচিলফম করাংমৈ তুবী সনা নচিবেল চিবেল যেৎকোই লৈনা থোংনফম পাকলোই কোকয়েৎ ঙাংচা থেমতাইনা

---

খাবা লইখোঙ কাযবে। য়াংপা মখৈ ফংনা তুমহললাপাতা। খাপা মাকপ ১তী। আঙৌপা পুবৈ লোমপাতা চঙখিবে। খাবা মকপ ১তী তাংখুল মচিপু ওইখিবে। খাপা মাকপ ১তী মখাবমতা চেনখিদুনা। মাতৌলোলতাই ওইখিবে। খাপা নোংঙালপাবুতী। লাইযিংথৌকি ফালখোতা চেনশিলতুনা। কলপীবে। অসিকী মতুংদা লাইয়ীংথৌ পাখংবনা চহী কুমশিং ২০ পাললে।

*পাখংবা খুনথো:-১-২*

ব্রাইরা তেনকৈখা

চিলনাফমনে।। সানা লংচই সংচঙ থোকনা পু।। মোইমীৎলইচুসঙ।। খুলবী নোংলৈসংনা ফৈথিংনা।। লৈখাম তারৈ য়ালনা হেনমোই সঙনে।। মইতিংঙু সেলবী পাইখোমপানা নুঙকোল খুনঙম সঙ।। ব্রাংচিঙ তোংফান সঙনে।। কংলই লাফওপোক ঙাংলও হাওতমফৈকি কামপা কৈনিংথৌদি মোইমিৎ লইচুসঙনে।। য়োইরেল সা নামুংনে।। মইতেংঙু নিংথৌ খোমপা চংপী মাকাইরেল কইরেল মাখুৎফানে।। কোলনা মানোংয়াই মইতেংঙু তেনহইপা ব্রাইরা তেলকইখানে ।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা উশোং লৈ

কংলই মাতাইমাতী।। লাইরেল মইতেংঙু থোংনাং মায়ামপানা।।[১] নোংচুপ তাখেল লোইচলঙইতা।।। লমলেল খ্বাইয়োংয়াম লোকতা পালবা লই।। মানপা ব্রুসোং

---

ব্রাইরা তেনকৈখা

য়েৎনফমনিদো। মৈতু তোমশোল চিলনফমনে। সনা লাংচৈ থোকনাবু মোইমিৎ লৈচুশঙ খুলবী নোংলৈসংনা ফৈথিংনা লৈখাম তারৈ য়ালনা লৈতেংনবা য়ুমনি। মৈদিংঙু শেলবী পাইখোম্বনসু নুঙকোল খুলবু ঙমখিবা শঙ; ব্রাংচিঙ তোংফান শঙনে। কংলৈ লাফৌপোক ঙাংলৌ হাওতমফৈগী কামবা কৈনিংথৌবু মোইমিৎ লৈচু শঙনে। য়োইরেল শা নামুংনে। মৈদিংঙু নিংথৌ খোম্বনা চংবী মকাইরেল কৈরেল কৈদি অথোইববু মখুৎমক্না ফানা পানখিবা মফমনি মদুতসু নৎতনা মৈদিংঙু তেলহৈবা কৌবনসু মখুৎতা তেনবু অথোইবা মখুৎসু ওইনা তেনকাপ তেনদোংনরম্বা ব্রাইরা তেলগৈখানে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা উশোং লৈ

কংলৈ মকাইফম অমদি ।লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা খাগেম্বনা নোংচুপ তখেল লোইচলঙৈদা লমলেন লমদা খ্বাই য়োংয়াম লোকতা শাৎলম্বা শিংঙেল লৈ। লৈরাং উশোং

---

১। মৈতেংঙু থোংনাং ময়ামপা : হাযবদি খাগেম্ববু খঙনৈ। মৈদিংঙু শেলবী খাগেমবা থোংনাং ময়ামবা তুবি সনা মচুংশেনগী মীংথোনবনি থোংনাং ফময়াননবা ময়াং খোংফেন থৌবা । লাংগোই শাচাবোকপা মাইকাতাউ অথৌববু কায়না হুনব- তৌনা কৌয়ে। য়াইবিপোক লৈমনাইকৈ, তিংগিকৈ, কোইরেনকৈ, কৈনৌকৈ ৪মসি খাগেম্বনা শেমবনে। - *কৈরোই/নি: লম্বু:-২৮৭*

মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা উশোং লৈ

লইপু।। য়োইপু মাসানৌ।। সেলপী পাইখু ক্যাং লালথাপী থংতা য়ীৱাংলোননা।। পামেল ৱুসোঙলৈপু সনা কোনলাংচালনা।। সীঙলেল লইসকতমনা চোইনৌ সনা লইসাফমনে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা, কৈথেল

কংলই মাতাইমতী খুনবী লালয়ামপা।। কইথেল লেলনে।। হুয়েল লালনিকীদি।। কে কে লককি তীনলৌথাচা।। লাংখোংতওকি ৱাপানাওচা আথীঙঅসংচা।। ঙালখা নমপোককি।। কে কে ৱুরা লাংমইরেম্বা।। ফান পুংনে।।

কংলৈ হৈকোন

কংলই মাতাইমাতী।। অঙৌপা ক্বাকপা থাৱান থাপা।। কংলাথৌ থৌকারম।। কে কে মোইরাং কেরুপআবা পানলানবা ।। ফানা থোংনে।। হকৱাল থৱা আতেনপতী কুরাও ফালকা তোংনা।। তাওচীঙ

---

মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা উশোং লৈ

লৈবু য়োইবু মশানৌ লৈমা শেলবী পাইখু ক্যাং লালথাবী থংদা ইৱাংলোন মশানৌগীদমক পামেল উদি শীংঙেল উশোং লৈবু সনা কোললাংচালনা শীংঙেল লৈরাং লৈশক তমনা চোইনৌ সনানা লৈশকসিবু শাখিবা মফমনি।

মৈদিংঙু খাগেম্বা, কৈথেল

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু খুনবী লালয়াম্বা খাগেম্বা মহাকথক্কী কৈথেললেলনে। হুয়েল লান্দি কেগে লক্কী তীনলৌথাজা লাংখোংতৌগী ৱাবা নাওচা অথীঙ অশং-চা। ঙানখা লমপোক্কী কেগে উরা লাংমৈরেম্বা ফাঙমখিবা পুঙনে।

কংলৈ হৈকোন

কংলৈ মকাইফম অমদি অঙোম নিংথৌ ক্বাকপা থৱান থাবানা কংলা থৌগী থৌকানরকফম ওইবা কেগে কেরুপআবা পনলানবা ফানা থোংনে। হকৱাল থৱা অতেনবদি কুরাও

---

১। **খাগেম্বা কৈথেল :** সাইরেম লুকোক্কী কুম শক ১৫৩৬ তা মৈদিংঙু খাগেম্বনা কৈথেল ১০ মা হোঙএ। মহাকনা খুনবী ৩ লোইচনখি হায়দুনা মরীং খুনবী ঙমবাও তৌনা কৌনখি। *- চৈ: কু:-৩৫/নি: লম্বু:*

কংলৈ হৈকোন

হইরামৱাই।। লোইয়ম মারাসাংপানা।। সামু খুৎনা ফংনা।। হইহেক ৱাইনে।। তাওচীঙ হইনৌ থোংনে।। থোংলেল য়াইখু য়াইনে।।

য়োইরেল শঙ্

কংলই মতাইমাতী।। য়োইরেল সঙয়াথী।। লাইসনা য়িমমাথৈ মুকতিংনানা য়ুমকুপ সঙ।। মুমলাংনানা সাইতাসঙ। লওৱাই চেংপারুকনা চা।। ১০ ৱোই সঙ।। পুনুং চেকায় পাকানা ৱানথোংসঙ।। পোইরই সঙপীতোল হওনা খুলখিল সঙ।। নাচৌবা লওরৌ সঙ।। থোঙখুপা লাইচিংসঙ।। আতোল মোইপুঙলোকপা থোঙপু চাকোইঙমপা।। য়াতা সঙ। কাওরেল অঙৌবী মাচন কোনথীঙ তাওপী হোঙনা সঙনে।। কে কে মোইরাং আরেরাপাকাপাসু।। সলথীলপাপু য়ুমচীন চাকো নারেং থোংনা সঙনে।। মইতেংঙু লোইয়মপা[1] নুঙপাকথা।।

---

কংলৈ হৈকোন

ফালগা তোংনা তাওচীং হৈচানবা মফম। লোইয়ম মরেপ ৱাংবানা শামু খুৎনা ফংনা হৈহেকনবা মফম তাওচীং হৈদি হৈনৌ থোংনে। থোংলেল য়াইখু য়াইনে।

য়োইরেল শঙ্

কংলৈ মকাইফম অমদি। য়োইরেল শঙয়াথী। লাইসনা য়ুমথৈ মুকতিংননা য়ুমকুপ শঙ।। মুমলাংননা সাইদা শঙ, লৌৱাই চেংপারুকনা তরা চাক থোংনবা শঙ । পুকনুং চেকায়পান শংলৌ য়েঙ্গাং থোংনা শঙ। পোইরৈ শঙপীতোল হাওনা খুলখিল শঙ। নাচৌবা লৈরৌ শঙ। থোংখুবা লাংচিং শঙ। অতোল মোইবুংলোকপা থোঙপুচা কোইঙমপা য়াতা তুমনা শঙ। কাওরেল শলবী অঙৌবী মচন কোনথীং তাওবী হোঙনা শঙনে। কেগে মোইরাং অরেরাকবাসু, শলথীনববু য়ুমচীন চাকো নাসেং থোংনা শঙনে। মৈদিংঙু লোইয়স্বনসু

---

১। মৈতেংঙু লোইয়ুমবা : মৈদিংঙু ইরেংবনা হাওরৈমা তমহৈবীগা হাওরৈমা পীতোংনু নুফবীগা ২মা পান্নদুনা হাওবৈমা তমহৈবীনা মৈদিংঙু লোইযমবা পোকয়ে। মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা লৈমা শুমলৈমা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। – *চেখোঙ:*

লাইরেল লোইতোংপা[১] নুঙসাংথা য়োইরেন পোংখা।। সারী নামুং অচেৎপা সোননফম মইতেংঙু হিতামসু পুলসিবা[২]। থেমথা য়োইথোল সঙ।। চাখা সারুং খুলঙম সঙ।। অমম চারোঙতোলপা লোকনাওখোং।। কারোঙ লাংথৎলওচা।। ফানা সঙ্।। পানবা লাচুম সঙ্।। কইরেল খাঙয়েন সঙ্।। মইতইরইমা সেরেমপী।। থেমথা য়োইথোলসঙ্।। তাইপোং খুলঙম সঙ্।। চওরেংখম মিংনাইপা ফানা সঙ্নে।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা থেমথা য়োইথোল সঙ্।। কিয়াং খুনঙম সঙ্।। লাংকোই মারামপা লোকনা সঙ্।। লাংকোই সনিংঅোংপা লায়েন কৌপা।। লাংকোই সারুংতোংপা।। লাঙ্কম কৌপা লাংকোই সায়াইতোংপা সানিং সিঙমিৎ কৌপাপু।।

য়োইরেল শঙ্

---

নুঙপাক থারম্বা মৈদিংঙু লাইরেল লোইতোংবনদি নুঙশাং থারম্বা যোইবেল অঙ্গ অথৌশিংগী কারকফম, শারী নামুং অচেৎপা শোন্নফম। মৈদিংঙু হিতামসু লাইনিংথৌ পুলসিবা থেমথা যোইথোল শঙনে। চাখা শারুং খুলঙম শঙনে। অমম চারোৎতোলপা লোকনাওখোং, কারোঙ লাংথৎ লৌচা ফাবিবা শঙ। পামবা কৈরেল অথৌববু হাৎতুনা পুরকখিঙৈ য়ুমনি। মৈতৈ লৈমা শেরেমবী থেমথা য়োইথোল শঙনে।। তাইপোংখুলবু ঙমখিবা শঙনি। চৌরেংখম মমিং থোইনা লৈববু ফাখিবা শঙনি। মৈদিংঙু শেমবী খাগেম্বা থেমথা য়োইথোল শঙনে। কিয়াং খুলবু ঙমনবা শঙ্নে। লাংগোই শাদি মারামপা কৌববু লোকলকপা শঙনি। লাংগোই শামু শাদি শনিংতোংবা লাকয়েন কৌ-কৌনবা লাংগোই শারুংতোংবা লাংকম কৌবা লাংগোই শায়াং তোংবা শানিং শিংমিৎ কৌববু।।

য়োইরেল শঙ্

---

১। **মৈতেংঙু লোইতোংবা :** মৈদিংঙু লোইয়ম্বনা সুমলৈমা পান্নদুনা লোইতোংবগা ফীসুখোংগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু লোইতোংবনা লৈমা শংলৈমা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। *-চেখোঙ:*

২। **মৈতেংঙু পুলসিবা :** মৈদিংঙু তাংবুংবনা নোংপালোন লমফেনঙম্বী পান্নদুনা লাইবেনবগা পুনশিবগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু পুনশিবনা লৈমা লম্বাবসু, অন্দ্রো চনু ২মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। *-চেখোঙ:*

য়োইবেল শঙ

মোইমীৎলইচুনয়ে।। তুপী কোযচাযেক।। লাইবেল য়াঙযিসোলপুতমনা।। থাঙঙা যুমলাইথিংনা সঙনে।। খুলপী নোংলইসংনা ফইথিংসঙনে।। লইখাম তাবইযালনা হেনমোই সঙনে।। মইতেংঙু সেলপী পাইখোমবানা[1] নুঙকোল খুলঙম সঙ।। হুয়েল ৱাংচীঙতোং ফানা সঙনে কংলই লাফুপোক।। ঙাংলও হাওকমফাইকি।। পানবা কইনিংথৌপু।। মোইমিৎ লইচুসঙ।। যোইবেল সঙ নামুংনে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা নুঙ

কংলই মতাইমাতি।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা।। মসানৌ চিঙখোঙ য়াইমাপা।। থোঙলেল খুবাইবাকপাকা থোংনাং চঙনা ৱাযপাকা।। মাতাইবেম চকপাবমপমমোলতে অথৌপাকা।। থোংনাং যাখাবেক লালচিংপাক।। ভীমবন অথৌপাকা পোইবই পুমনা তীলপ। থোংনাং সেলথীনাকুনুসে।। মযাং পাইথিনাকানুসি।। মযাং অইসুঙ পোইবই যুমলক চঙনবোইযে।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা নঙসুঙ।। হৌচিক থোংনাং তুংযল

---

কংলৈ য়োইবেল শঙ

মোইমাৎ লৈচুননা মামৎ নগাল যেকনা তুপী লাইবেলগী শঙমবু শাদা নিংথানা য়েকনবা থাংঙা যুমদি যমলাইথিংনা শঙনে। খুলবী নোংলৈসংনা ফৈথিংনবা শঙনে। লৈখাম তাবৈযালনা থোইনা হেন্না লৈতেংনবা শঙনে। মৈদিংঙু শেলবী পাইখোম্বনা নুংগোল খুসবু ঙমনখিবা শঙ, হুযেল লান্দাদ বাংচীংতোংববু ফাখিবা শঙনে। কংলৈ লাফুপোক; ঙাংলৌ হাওকমফাইকি পামবা কৈদি কৈনিংথৌবু মোইমিৎ লৈচু শঙনে। যোইবেল শঙ নামুংনে।

মৈদিংঙু খাগেম্বা নুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি, মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মনাও চিংখোঙ যাইমবা, থোঙলেল খুবাইবাকপা থোংনাং চঙনা ফাঙম্বা মদাইবেম চকপাবম পমমোতে অথৌবগা। থোংনাং যাখাবেক লালচিংবা ভীমবন অথৌবগা পোইবৈ মৈতে পুমনা তীলবদা থোংনাং শেলথীনগুমসে মযাং নখোই পাইথিনগনুশি। মযাং ঐখোযসু পোইবৈ মৈতে নখোযগী যুমলক চঙলবোইযে হাযখিযে মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা নঙসু

---

১। মৈদিংঙু শেলপী পাইখোম্বা শক ১৫৬৭ পাইখোম্বা পোকএ। চৈ কু

**মৈদিংঙু খাগেম্বা নুঙ**

তালপীকুনো।। নাতাইরেম তাংখুল মাচিপা।। মানাও হুলালপা।। ৱাকতং নাসিনা সারুং ফৈথেৎনা।। য়াইরী খাঙথোমনাবা।। কুরাও ফাললংপুবা।। চুমপুন লাললইথেমপা।। হুইরোং লুপচিলনা।। তুরেল লাইচা য়ীৱাংমাতা।। লাইথং হুইয়োমসাপা।। অসিপু থৌকামপীআে।। হাইনা কোরৌ নোংপু য়েং মাললেম লইপু সোননা।। ৱারেপওঁে নোংপাল মতে অথৌপানা ময়াং অরাকতমনা ৱারেপ নুঙ-ও কৌপাতী।। লাইরেল সেলপী খাকেমপানা তাঙচা য়ীকাইয়ে কাতৌনাকো।। য়িংথিকালনা চোং মাকলং য়ীরান নোংকিপু লইপানে।। অতুনোংকিপু।। মাৱাও খুলঙমনুঙ থামুং মিংনাইপা ফানা নুঙআে তৌনা কৌয়ে।।

---

**মৈদিংঙু খাগেম্বা নুঙ**

হৌজিক্তি থোংনাং ঐখোয়গী তুংবু ইন্দুনা তালবগনু নহাক্কী নদাইরেম ননাই অচানবা তাংখুল মচিল মনাও হুল্লালবা ৱাকতংনা মনাদা চিননা য়ানবা শরু ফৈথেৎনবা য়াইরী খাঙথোমনবা কুরাও ফাললাং পুবা চুমপুল লাললৈথেম্বা। হুইরোং লুপচিলবা তুরেল লাইজা ইৱাং-চা লাইথং হুইয়োম শাবা অসিবু হান থৌখামবী-ও হায়না কোবৌ নোংবু মালেম লৈবু শোননা ৱারেপওঁেদা নোংবাল মতে অথৌবনা থোংনাং ময়াং লাকশিনওঁেদা ময়াং অবাকতমনা ৱারেপ নুঙও কৌবদি লাইবেল মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনা তাঙজা ইকাই করি তৌনগবনো হায়না। য়িংথি কালনা চোং, মাকলং ঈরালখিবা ৱাবু লৈখিয়ে, অদু নোংদা মৱাও খুলবু ঙমখিয়ে মৱাও খুলঙম নুঙ-ও, থামুং মিংনাইবা ফান নুঙ-ও তৌনা কৌখিয়ে।

---

১। **থামুং মিংনাইবা ফানা নুঙ :** হকৱানথেম খুনজানগী কুম শক ১৫২৬ ময়াং লাক্তুনা চেকশঙ মনাক্তা খাল্লে তৌবমএ মৈদিংঙু খাগেম্বা য়াখরেক্কা মেন্তা শরি শোন্নৈ। ইবুংঙো শানোংবসুং ময়াংনা খৈখিএ। তাংখুলহাওনা ময়াংনাগে লাকপবু শবি শোন্নবনা হাল্লদুনা হাও পৃম্নমক খামলে। ৱারেপ নুং থোনগে তৌবম্বদগী, খাগেম্বনা মৱাও খুলবু ঙমদুনা থামুং মিংনাইবা ফাখিববু নিংশিংদুনা থামুং মিংনাইবা ফানানুঙ হায়না কৌখি।

*- চৈথা: কুম্বা: / নি: লম্বু:*

**মৈতৈ লৈমা য়াওশোমবী হিদেন**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন য়াওসোমবী[1] হিথেন মাককুমলমনে।। লৈরাই মাতারম।। চকপা মেলনম খেলতাং চা।। ফানারমনে।।

**মৈদিংঙু কোঙয়ামবা লাংশঙ শঙলাংমৈ**

কংলই মাতাইমাতী।। চইরইরোন নাওসুম পুঙ্নে।। সঙ্লেল মাতাইমাতী।। লাংসঙ্ সঙ্লাংচালনে।। মইতেংঙু কোঙয়ামপা[2]।। য়িয়েং লালচাই সঙ্নে। থোংনাং মায়াং নাফেতাও আথৌপা ফানা সঙ্নে।। সিনাই নানীরোঙপা মীৎয়েং তাংচুম থোইপা খোকলাং কামু সঙ্নে।।

---

**মৈতৈ লৈমা য়াওশোমবী হিদেন**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমা নোংপানলোন অঙোম চনু য়াওশোমবী মহাকথক্কী হিদেন লৈরাই মতা ফনা কুমনবা শারম্বা মফমনি। চকপা মেনম খেলতাং-চা ফানঙৈনে।

**মৈদিংঙু কোঙয়ামবা লাংশঙ শঙলাংমৈ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। নিংথৌ লৈমাশিং চাদা নাওদা নাৱাশিংগী নাওশুম পুঙনে। শঙদি শঙলেল অথোইবনি, লাংশঙ শঙলাংমৈ শঙলেল অথোইবা শঙলাংচালনে। মৈদিংঙু কোঙয়াম্বা মহাকথক্কী ইয়েং লালচাইঙৈগী শঙনে। থোংনাং ময়াং নাফেতাও লান্দা থৌবা ফাঙৈকী শঙনে। শিনাই নানিরোংবা মীৎয়েং তাংচুম্না থোইবা খোকলাং কামু শঙনে।

---

১। মৈতৈ লৈমা য়াওশোমবী :- খৃ: ১২৪৭-১২৬৩ দা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পুরাম্থাবা মৈতৈ লৈমা য়াওশোমবী, হাউশি তাবনা য়েনবী, লোইয়ম মংশা তাবনা পোকপীবু পান্নদুনা কোংয়াম্বা সানরোক অনীমা পোকনা মৈতৈ লৈমা ওইখি।
*-চৈ: কুম্বা:/নিংথৌলোন-১৫৮*

২। মৈদিংঙু কোংয়াম্বা :- মৈদিংঙু পুরাম্থাবনা মৈতৈ লৈমা য়াওশোমবী পান্নদুনা কোংয়াম্বা সানারোক ২মা পোকএ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা নোংবাললোন খম্বা ফাবী কবো চনু খোঙজোম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহি ১১ পাল্লমএ। *-শাগৈ: শা:/ চৈ:কু:*

**মৈদিংঙু শেলপী কিয়ামপা শঙ্**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী কিয়ামপা[১] ।। সঙ্লেলয়াই।। লোইনাই।। আচালপা।। সনা হকথংকি।। থাঙলেল য়াওথৌ ফানপা সঙ্লেল য়াইনে।। হুয়েন লাললীকিতী।। ঙাইখোং খুলঙমসঙ্।। সনা লিকমোইরেং সিপা চীঙলাই লৈমা মাচল কাপুইখোমপী লেমলই ঙামিংনপী ঙারোই সাফাবী ফানা সঙ্নে। মইতেংঙু কাইনৌ চললামবা[২] ।। থোংনাং খুলঙমসঙ্।। লোৎ সাকোন ক্বাকপা ফানা সঙ্নে।।

**মৈদিংঙু চারাইরোংবা কৈথেললেল**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু চারাইরোংপা[৩] খোইয়ম লাইমিংনপাকী।। কইথেললেলনে।। হুয়েল লাললীকিতী অকলা খুলঙম পুঙ।। সেলপী কপচেঙচরি

---

**মৈদিংঙু শেলপী কিয়ামপা শঙ্**

কংলৈ মকাইফম অমদি।। মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা মহাকথক্কী শঙলেল অথোইবনি। লোইনাই অচানবা সনা মহাকথক্কী খুৎসু থাংলেল থোইনা হেন্না অথৌববু খুৎশুনদুনা লৈনখিবা অথোইবা য়ুমনে। হুয়েল লান্দাঙৈদদি ঙাইখোং খুলবু ঙমঙৈদা সনা লিক মোইবুং পরেং শিবী চীংলাই লৈমা মাচন কাপুইখোমবী লেমলৈ ঙাগী মমিং থোনবী ঙারোই লাংশাফবীবু ফাঙৈগী শঙনে। মৈদিংঙু কাইনৌ চললাম্বানসু থোংনাং খুলবু ঙমঙৈগী শঙ্নে । লোৎ শাগোল ক্বাকপা কৌবা শগোলবুসু ফাঙৈগী য়ুমনে।

**মৈদিংঙু চারাইরোংবা কৈথেললেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু চরাইরোংবা খোইয়ম লাইমিংনবা মহাথক্কী কৈথেল অথোইবনি । হুয়েল লান্দদি কবো অকলা খুলবু ঙমখিঙৈগী পুঙ্নে। শেলবী কপচেচরি

---

১। **কিয়ামবা :** নিংথৌখোম্বানা লৈমা লিস্থোইঙম্বী পান্নদুনা কিয়াম্বাগা শানোংবা ৱাংখৈরাকপা ২ পোকএ। কিয়াম্বনা শেনবুংলোকপী, লৈশাং থেম চনু ২মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই ফম্বান্দাচহী ৪০ পাল্লমএ। মহাকথক্তা অহল্লুপ লোয়শঙ্ নহারুপ লোইশঙ লিংএ। *-নি: লম্বু:/চৈ: কুঁ*

২। **চলাম্বা :** তাংজাম্বানা লৈমা হাওচোংঙম্বী পান্নদুনা চালাম্বা পোকয়ে। চালাম্বানা লৈমা লম্ফেলঙম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই ফম্বান্দা চহি ১৭ পালমএ। *-চৈ:কু:*

৩। **চারাইরোংবা কৈথেল :** শক ১৬২২ মেরা থাদি ৬ নি নোংমাইজিংদা খা কৈথেল খুয়এ। পিকই হায়দুনাশংশা তাথোক্তুনা কৈথেল শেমএ। *- চৈ: কু:-৬৫*

**মৈদিংগু চারাইরোংবা কৈথেললেল**

চেঙচাকং।। খেচরি খেককং।। মপারি খরায়রোং মালতংলাকপা।। ফানা পুঙ্নে পুঙচি নাতইনাপা১তী।। নোংচুপ লাললুমঙমপী।। হুয়েল মেলতাইপা ফাপীনা।। পানবা কইবাংফানা পুঙনে।। মইতেংঙুচা খোংচোমপা মাখুৎ ফানে।। মখিপা ফোপলাংপা ফানা পুঙনে।। পুঙচি নাতইনাপা ১তী।। মইতেংঙু চীঙকোঙ লমকাইঙমপানা সেলপী বুরুম ফানা পুঙনে।।

**মৈদিংগু মুংয়াম্বা অহোঙ কৈথেল**

কংলই পুঙচি নাতইনা।। লালু কোকসোকনাপা ১তী মইতেংঙু থাঙব্রায়নিংথৌ মুংয়ামপানা।। অহোঙ পুঙনে। হুযেল লালনীকিতি।। সেলপী কাপো আমংচতা।। লাকয়া ফারাসেনা ব্রুতীপেনাতারি ফানা পুঙ্নে।। চিনফুরোন নামোইনু[২] কোরৌ নোংকানপা ১০ চেঙচাম থেলনে।।

---

**মৈদিংগু চারাইরোংবা কৈথেললেল**

চেঙচা-কং খেচবিখেককংগী মপাবি খরাইরোং মালতং লাকপা ফাঙৈগী পুঙনি। কংলে পুঙ্গী মফমদি নোংচুপ লাললুমঙমবী হুযেল লাল কযাবু তাইবা ঙম্বীনা পাম্মনা কৈবং ফাঙৈগী মফমনে। নিংথৌগী মচা ইবুংঙো খেংচোম্বনা হৈনখিবা মফমনি। মখিবা ফোপলাংবা অনীবু ফাঙৈগী মফমনি। অতোপ্পা মফম অমদি মৈদিংগু চীংখোঙ লমকাইঙমপানাস নম্মু শেলবী উকমববু ফাঙৈগী পুঙনিদো।

**মৈদিংগু মুংয়াম্বা অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মফম অসিদসু নৎতনা, লালু কোক মযামগা লেমননা থোন্নদুনা মৈদিংগু থব্রাই নিংথৌ মুংযাম্বানা অহোং কৈথেল লিংনা পুঙ ওইখ্রেদা। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈ শেলবী কবো অমংচাদা লাকযা ফারাসেনা উতীপেনাতারি ফাঙৈগী পুঙনে, চেংলৈ চনু নামোইনুনা কোরৌ নোংকানবা ১০ চেঙচা থেলনে।।

---

১। **মৈদিংগু মুংয়াম্বা অহোং কৈথেল :** হিসাবম তাবাগী কুম শক ১৫০৯ কৈথেল থোনএ। ইমেম্মা শিএ। য়াইস্কুলনা চাক চানাএ লম্বান পুং থোনএ।। -চৈ: কু: -৩০

২। **চিনফুরোল নামোইনু :** চেংলৈ নিংঙোলওইবী নামোইনু।

**মৈদিংঙু মুংয়াম্বা - হৈনিংপোক লমহৌপুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী মুংয়ামপানা[১] হইনীঙপোক লমহৌপুঙ সেলবী কাপো আকলা মিংনাইপা ফানা পুঙনে।।

**মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বী অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু কাইনও চল্লামপা থীঙনোং খুনঙম পুঙ্নে।। হুয়েল সোয়খোঙ সোইয়া ফানা পুঙনে।। পুঙলেন নাতইমতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন।। লিলথোইঙমপীনা[২]।। অহোঙ য়োইথোলপুঙ।। পুঙলেল্ মাখুৎফা কানমনিংথৌ।। হুয়েল তেচলবী তেঙলপা ফানা পুঙনে।। মইতইরইমা মারামপীনা।। আহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।।

---

**মৈদিংঙু মুংযাম্বা - হৈনিংপোক লমহৌপুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী মুংযাম্বা মহাকথক্কী হৌনিংপোক লমহৌপুঙ ওইথৈদা শেলবী কাবো আকলা মিং লৈবাবু ফাখৈঙগী পুঙনে।

**মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বী অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু কাইনৌ চাললাম্বনা থীঙনোং খুলবু ঙমথৈঙগী পুঙনে। হুয়েল লাল শোক্লৈঙদসু শোইখোং শোইযা ফাথৈঙগী পুঙনে। পুঙলেন মফম অমদি মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু লিম্থোইঙম্বীনা অহোঙ কৈথেল লিংখৎখিবা পুঙনে। কৈথেলসি শাথৈঙদা কানম নিংথৌবু হুযেল লালশোকনা তেলবী, তেঙলাবা ফাথৈঙগী মফমনে। মৈতৈ লৈমা মারামপীনসু অদুঙৈ অহোঙ কৈথেল লিংখৎথৈঙদা হুয়েল

---

১। **মৈদিংঙু মুংয়াম্বা হৈনিংপোক লমহৌপুঙ :** চৈথারোল কুম্বাবা ক্রম শক ১৪৯৯ লনহাং নাগে হাযদুনা লমখম্বীসুং লুপা খাউ; থাঙসুং শীংনদুনা লনহাং নায়এ।। নিংথৌ তোবাসুং নাইখুবাকপা তোবাসুং ২মা শিএ। চীংগোন মথক্তা পুঙ্ থোনএ।
-চৈ: কু:-২৯

২। **লিম্থোইঙম্বী :** মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী লোযনবী লৈমা লিম্থোইঙম্বী। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বানা অকলা নাখিথৈঙদা মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীনচিংবা লৈবাক অপুম্বা তাংখমদা থৈবিথৈঙদা তাংখুল হাওচীঙশাং পুম্বা লাল হৌবক্লুনা খোমগে লাকপবু ঙমনা ফাবৌএ। মহাক্কা মাবাম মিংনাইবা, হুযেন লুহ্পনচিংবা লালদা ঙমখি।
-নি: লম্বু:

**মৈতৈ লৈমা লিস্থোইঙম্বী অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

মারামনিংথৌ লাংপোম মিংনাইপা ফানা পুঙনে।। মইতইরইমা সেরেমপী[1] নোংচুপ লাললুমঙমপী অহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনীকিতী তারুং নিংথৌ চওসেং লালথৌয়াঙ ফানা পুঙনে।।

**সনা লুপা পোকফম**

কংলই মাতাইমতী।। য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা লইরোল লইমা ক্যাংচাইপী।। চোইনৌ সনা পোকপী লুপা পোকপী।। সাকোন সামু পোকপী কংলই মাসুমাঙনে।।

**মৈতৈ লৈমা লিস্থোইঙম্বী-শিনাইফম শঙ**

কংলৈ মাতাইমাতী।। য়োইপু মইতইরইমা নোংপাললোন লিলথোইঙমপী[2] কইবেল মাখুৎফা পোইরই সীনথোই কানে।।

---

**মৈতৈ লৈমা লিস্থোইঙম্বী অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

লালশোক্কৈঙেদা মাবাম নিংথৌ লাংপোক মমিং লৈববু ফাখিঙৈগী পুঙনে। মৈতৈ লৈমা সেবেমপী নোংচুপ লাললুমঙম্বীনসু অহোঙ কৈথেল লিংখৎঙৈ হুযেল লান্দাঙৈদা তাকং নিংথৌ চৌসেং লালদা থৌবধু ফাঙৈগী পুঙ্নে।

**সনা লুপা পোকফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি যোইবু খোইমোম লাইবেমমা লৈবোললৈমা ক্যাংচাইবী। চোইনৌ সনা পোকপী লুপা পোকপী, শগোল-শামু পোকপী কংলৈ মকাইফম কংলৈ মাশুমাংনে।

**মৈতৈ লৈমা লিস্থোইঙম্বী শিনাইফম শঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি। যোইবু মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু লিস্থোইঙম্বী নুপী ওইবীগী থবক শিন্থা পাঙথোক্লফম ওইনবা অথোইবা য়ুমনি।

---

১। **মৈতৈ লৈমা শেরেম্বী :** মৈদিংঙু তেলহৈবনা নোংবানলোন চনু শেবেম্বী পান্নদুনা তাবুংবা, তেলেম অনীমা পোকতুনা মৈতৈ লৈমা ওই। *-সঙ্গাই: ফম:*

২। মৈতৈ লৈমা নোংবানলোন লিস্থোইঙম্বীবু হুয়েল পুবিং ফবী হায়নসু কৌই। শক ১৩৪৫দা নিংথৌখোম্বনা অকল্য লান্দাখিঙৈদা তাংখুল হাও চীঙসাং পুম্বা লান হৌবক্তু না খোমগে লাকপবু লৈমসিগী মবৌশিংনা ঙম্না ফাখি। *নি: ল:/ চৈ:থা:*

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবা-য়াহৌশঙ্

কংলই মতাইমাতী।। সিনৌ য়ীৱাল তেংমাইকি।। পানতোং সেনবা য়ীতোং তাওপানা তুপী য়োইনোংতা।। নোংতা লাইরেল পাখংপাবু।। মইপুন হাইচাও থাল থাওলেন য়ৌথও ফান।। চকথাও য়ারোঙ ফাননা য়াহৌবা সঙলেল য়াইনে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা শঙলেল

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেঙু সেলপী খাকেমপা[১] সঙলেল য়াইনে।। হুয়েল লালনীকিতী থোংনাং ময়াং কারুপা লালথৌয়াঙ ফানা পুঙ্নে।।

মৈদিংঙু নাওথিংখোঙ কই

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু লাইরেল নাওথিঙখোঙ[২]।। মঙাংঙমপা কইরেল খুৎলামখাম ৱাংকোল পুকইরেলনে। লোইপী চীঙপুরোইপা।। হেমপা

---

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবা-য়াহৌশঙ্

কংলৈ মকাইফম অমদি শিংনৌ ইৱাক তেংমাইকি পাতোং শেনবা ইতোংতাওবনা নয়ু তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবনা মৈপুন হৈচাও থানবগুম মতিক মথৌনা উৎনা মশেক মঙাল নাইনা মখুৎতা থাংলেল অথৌবা চপথাং কৌবা থাংলেলবু মখুৎশু ওইনদুনা মতিক ময়াই লৈনা পানখিৗঙেদা, য়াহৌনবা শঙলেলনিদো।

মৈদিংঙু খাগেম্বা শঙলেল

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা শঙলেন অথোইবনি। হুয়েল লান্দাঙৈদা থোংনাং ময়াং কারুপা লালদা অথৌবাবু ফাঙৈগী পুঙ্নিদো।

মৈদিংঙু নাওথিংখোঙ কই

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লাইরেল নাওথিংখোঙ মঙাংঙমবনা, থোইনা মতিক মথৌনা লৈনা পাল্লম্বগী পুকৈরেল অথোইবনি। লোইবী চীংদা পানবা নিংথৌশিং,

---

১। **খাগেম্বা :** মুবা খুৎহৈবগী কুম শক ১৪৯৮ দা লাইয়িংথৌ খাগেম্বা পোকএ। মহাকথক্তা ময়াং ঙমলৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০০ পাঙন পারা ১০০০ থাঙ শাবা, কোনশাবা, খুৎহৈবা, পেরে পুংতোং, খাপৈ শাবা থোবী শগোল শেনবা শামু শেনবা অসি খৈবিক লোকলৌএ। পাঙন অচঙবা খৈবিক্তি লোয়শঙ অমা লিংলৌএ। লাম্মি ১০০০ ফায়এ।
*-চৈথা: কুম্বা:-৩০*

২। **নাওথিংখোঙ :**

মৈদিংঙু উরা কোম্ভৌবনা, খাবরোলনোংজেংসু নোংবান হোইয়াম্বী ২মা পাম্নদুনা খাবরোল নোংজেংসুনা, নাউহন; য়োইচারোল, নাউথিংখোং, নিংথৌরাঙা ৪মা পোকএ। মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওই। মহাক্না লৈমা খমশুরোন চীংয়াইশুনে, পীতংঙা লংমাই

মৈদিংঙু নাওথিংখোঙ কই

তমপু থলপানা ফীপোঙ চামীলোই।। ফীরাক তোমসোললোই।। ফীতুং থওরী কাচললোই। ঝুসোঙ লোইরালোই। চকপাক লোঙচুমলোই।। থাওলেল চোমপুল লোইপু লোইহা কৈনে।। সেলপী য়ুমথী খললোং লোই।। তুনুং লাংপাল লোই।। ৭ সেলপাল লোই।। চোইনৌ সনা কোনপাললোই।। থোংনাং মোইপুঙ পোৎতম লোই। লীককোল খাওচাও লোই। লীকলাং খাওচাও লোই।। পাসোং ফিরাক লোই।। সুঙলোই য়াকাইনে।। চোইনৌ সনা মপাল সাপানা।। চিংনাতা লুপা চংলইরেমপানা চাইনাতপা কইনে।

লৈমা তাইপোম্বী লেমলৈ ঙায়োকখোং

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইরইমা কৌপারোন তাইপোমপী চাপং লালথাপী।। মকে পুঙ চাইফাপীনা।। লাইরেল মইতেংঙু য়ীসাপী।। সেলপী খাকেমপা ওো।।

---

মৈদিংঙু নাওথিংখোঙ কই

তমদা পানবা কয়াবুসু মখাদা থমনা লোইহানখিবা, ফীপোঙচামী লোই তোমশোল লোই, ফীতুং থৌবী কাচল লোই, উশোঙ লোই চকপা লোংচুমলোই থাংলেল চোমপুনলোই লোইহানঙৈগী কইনে। শেলবী য়ুমথী খললোং লোই তুনুংলাংপাল লোই। ৭ শেলপাল লোই। চোইনৌ সনা কোনপাল লোই, থোংনাং মোইবুঙ পোৎতম লোই, লীককোল খাওজাও লোই। লীকলাং খাওজাও লোই, পাশোং ফীরাক লোই। শঙলোইয়া কইনে। চোইনৌ সনানা মপাল শাবগুম্না পৈনফম লুপা চংলৈরেমপনা যোম্না থম্নফম ওইবা কইনে।

লৈমা তাইপোম্বী লেমলৈ ঙায়োকখোং

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমা কৌবারোন তাইপোম্বী চাপং লালবু লালথাবী, মকে খুলবু চাইখাইবা ঙমখিবীনা মশাবী লাইরেল মৈদিংঙু শেলবী

---

নিংথৌ চানুনে; কৈরু হাংবীনে, নামুন চাউবীনে, সংখুবী লমদু সৌহোংবীনে, খোইরু লাংমৈ চনুনে, নিংথৌ কুরাওবা চনু লৈমা লাংখোং তেনবীনে, নোংবান শরিখোম্বীনে ইরেংকোনফাবীনে ৯ মা পান্নদুনা নাওথিংখোঙনা চহি ১০০ পাল্লমএ।
-চেখোঙ

| | |
|---|---|
| লৈমা তাইপোম্বী লেমলৈ ঙায়োকখোং | লেমলই তিঙলি তৎপা।। সোইরেল ফুমপৌনমপা।। পেঙবা হুইসিথোংপু।। ঙান্না ফুপৌরোনপা ঙাতী।। কাতৌনাকো।। হায়না লেমলই ঙায়োক খোংপু।। তইনা তওনা।। লেমলই ঙামীৎ চুপতাপা।। ৱানচেং সৌরাপকনতাপাপু।। লেমলই ঙায়োকলয়ে।। অতুনোংকিপু তাইপোমবী[১] লেমলই ঙায়োক খোংঅো তৌনা কৌয়ে।। |
| চানেৎ পুঙ | কংলই মাতাইমাতী।। লওসিবা তাংখুল অয়াঙ চিলপা মানাও।। চানেৎ পুঙনে।। |
| খোংনাং পুঙ | কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা খোংনাং চাখরোক ফানা পুঙ্নে।। |

---

| | |
|---|---|
| লৈমা তাইপোম্বী লেমলৈ ঙায়োকখোং | খাগেম্বদা পাওমেনখিয়ে, লেমলৈ ঙাদি তিঙলি তৎতপা, মতম নৎতনা ফাবা পঙনা ফঙদবা শোইরেল ফুম পৌনমবা পেঙবা ঙাদি হুইশিথোং, ঙান্না ঙাদি ফুমপৌ লোনবসিবু ফানিং মতমদা কমদৌনা ফাসিগবনো হায়দুনা লেমলৈ ঙাযোক খোংবু মহাকথক্তা তৌনা, লেমলৈ ঙাদি ঙামিৎ চুপতাবা ৱানচেং শৌরা পক্‌নতাববু লেমলৈ ঙাবু য়োকলময়ে। অদু নোংদকীবু তাইপোমবী লেমলই ঙায়োক খোং-ও তৌনা কৌনখিযে। |
| চানেৎ পুঙ | কংলৈ মকাইফম অমদি। লৌশিবা তাংখুল অয়াং চিলবগী মনাওবু চানেৎনখিবা চানেৎ পুঙনে। |
| খোংনাং পুঙ | কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বানা খোংনাং চাখারেকপা কৌববু ফাঙৈগী পুঙ্নে। |

---

১। **তাইপোম্বী :**

মৈদিংঙু খাগেম্বনা লৈমা তাইপোম্বী পানৈ। মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী কৌদবিঙৈদি শেনবী কাপোমবী হায়না কৌরম্মী, মৈদিংঙুনা শেনবী তাইপোং মপুংয়াইদা সনা খোমহানথবদি হুয়েল লাননিগীদি চৌফা মিংনাইববু কায়না হুল্লে। সনা খোমহানমনগীবু মিংহোংখিয়ে; অদু নোংদগী শেনবী কবো তাইপোম্বী হুয়েল চৌফা মিংনাইবা ফাবি-ও তৌনা কৌয়ে। থাওদৈজম নুয়াম্বগী কুম শক ১৫২২ দা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী পোকএ। য়েনখোইবা সারাগী কুম শক ১৫৪২ দা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী ফম্বাল কায়এ। *- চৈথা: কু:/নি: লম্বু:-২৯৫*

**মৈদিংঙু লোইয়ম্বা-অহোঙ কৈথেল**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু লোইয়ম[1] খোইনু চামপা।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনিকীতী।। কে কে মোইরাং লীকলাই চিঙখুৰা নিংথৌ তারা ফানা পুঙ্নে।। পুঙলেল মাতাইমাতী লমলইরাকপা।। হইচাংপামবা।।লোইয়ম লীকলাই লোকপা।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনীকিতী।। কে কে মোইরাং চীঙঙা খাংসেল ফানা পুঙ্নে।।

**মৈদিংঙু চীঙখোঙ লমকাইঙমবা-অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মাতাইমাতী ।। মইতেংঙু চীঙখোঙ লমকাই ঙমপানা[2] ।। ৱাইরা তেনথাফম ১০ চাপুরীবা পুঙ্নে।। পুঙচি নাতইনাপাতী।। লাললুকোকসোকনপা ১তী।।

---

**মৈদিংঙু লোইয়ম্বা-অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লোইয়ম্বা খোইনুচাম্বানা অহোঙ য়োইথোল শেমখিঙৈগী পুঙনে। হুয়েল লালদাঙৈদদি কে কে মোইরাং লীকলাই চিঙখুৰা নিংথৌ তবা ফাখিঙৈগী পুঙ্নে। অতোপ্পা অথোইবা পুঙলেল অমদি লমলৈরাকপা, হৈচাংপামবা, লোইয়ম লীকলাই লোইয়ম লোকপা য়াওনা। অহোঙ য়োইথোল শেমখিবা মফমনে। হুয়েল লালদদি কেগে মোইরাং চীংঙা খাংশেলবা কৌববু ফাঙৈগী পুঙ্নে।

**মৈদিংঙু চীঙখোঙ লমকাইঙমবা-অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু চীংখোঙ লমগাইঙম্বানা লিরি তেলদোং চিংনা ৱাইরা তেনথাফম ১০ চাপুরীবা পুঙ্নিদো। অথোইবা পুঙ্ মফম অমদি লালু কোকশোকনখিবা

---

১। লোয়য়ুম্বা : মৈদিংঙু ইরেংবনা, হাউরৈমা তমহৈবী, হাউরৈমা পিদোংনু ফাবী ২ মা পান্নদুনা হাউরৈমা তমহৈবীনা লোয়য়ুম্বা পোকএ। মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা শুমলৈমা পানদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই মহাকথক্তা য়ুমনাক পূম্নমক মসিলতৌহল্লমএ চহি ৪৮ পাল্লমএ। -চৈ: কু:

২। মৈদিংঙু চিংখোঙ লমকাইঙমবা : মৈদিংঙু কিযাম্বনা শেলবুং লোকপীগা লৈশাংথেম চনুগা ২মা পান্নদুনা শেনবুং লোকপীনা লমকিয়াম্বা (চিংখোংলমকাইঙমবা) পোকএ। মৈদিংঙু লমকিয়াম্বনা,চাখা তাংখুল ঙম্বীগা খায়োইরোন চংনিংফাবীগা ২মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। ফম্বান্দা চহি ১১ দা নোংগাইএ সুপনা পুন্সি চহিদি ৩৮ নে। চৈ: কু:/চেখোং

ময়েতেংগু চীঙখোঙ লমকাইঙমবা-অহোঙ কৈথেল

ব্রাঙম অহোঙপা।। আহোঙ মীয়ালফমনে।। হুয়েল লালনিকিতী থৌকু থৌয়াঙ-চা।। আয়াঙ চুঙসাপা।। আহুই থারোইপাপু।। অহোঙ মীয়ানফমনে।।

কংলই মাতাইমতি।। খ্বাই তাখোমথোং কৌপাতী।। কাতৌনোংকিনো।। খ্বাইচাতী* হব্রাইপা লমলইচাতী আরইপাকা।। লোককারামপা লাঙকমপাসু।।লীকথাপাসু।। সরামপা।। য়াইচাকুলচাতী*।। য়াইচাপাকা। লুব্রাংপাসু।। ব্রাইরোকপাকা।। ব্রাপাখুলথীনা চেঙচালালংনা।। থাঙলেল্ মাখুৎসুনা ঙাইথীতা।। তিলমেল মানুং চঙনা ঙাইখঙতাঙই য়াইচাকুলচা। য়াইচাপানা ।। খ্বাই হাব্রাইপকি।। তিলমেল মাখুৎসুপু।। খোকলাং তাপুলসানা খোমথখিয়ে ।। আতু নোংকিপু খ্বাই তাখোমথোং-ও তৌনা কৌয়ে।।

খ্বাই তাখোমথোং

---

ময়েতেংগু চীঙখোঙ লমকাইঙমবা-অহোঙ কৈথেল

অমদি ব্রাঙম মচা লমহেনশিংবু চৈরাক পীঙৌদ লৈবাক খঙনা য়েংনবা মীবু য়ানদুনা থমনখিবা মফমনে। হুয়েল লান্দদি থৌকু থৌয়াঙ চা অয়াঙ চুঙশাবা, অহুই থারোইববু ফারকঙৌদা মহাকপু য়ালনা থমনা মীয়াম অচং অওক য়েংহন্না থমখিবা মফমনে।

কংলৈ মকাইফম অমদি খ্বাই তাখোম থোং কৌখিবদি করি তৌবদগী কৌখিবনো হায়রবদি। খ্বাই পানা ওইবা মচা হাব্রাইবা লমলৈ মচাদী অরৈবাগা। লোককারাম্বা, লাঙকমবসু, লীকথাবসু শারম্বা, য়াইস্কুল মচাদি য়াইচবগা, লুব্রাংবসু, ব্রাইরোকপগা অমগা অমগা ব্রাফম অমদগী ব্রাহৈগী অওক অথোংনা ঙাংনরমবদগী শানি লাননি খঙনদনা থাংলেন অথৌবা মখুৎশুনা শোক্লগনি তিলমেল তা মখুৎশুনা থিননদুনা শোক্লগনি খঙনদা থেংনঙৌদা য়াইস্কুল মচা য়াইচাবানা খ্বাই মচা হাব্রাইবগী তিলমেল-তা মখুৎশুবু হৈ-শিংনা খোকলাং তাবুলশানা খোমখৎখিয়ে অদু নোংদগীবু খ্বাই তাখোম থোং-ও তৌনা কৌখিয়ে।

খ্বাই তাখোমথোং

---

* খ্বাই পানাদি অহল্লুপ পানানি, য়াইস্কুল পানাদি নহারুপ পানানি।

**খমলাং অহোঙ কৈথেল**

কংলই মাতাইমাতী।। খমলাং অহোঙপা। কংলই মাসুমাঙ তিঙয়ি মাঙসোকলমতা।। আহোঙ মিয়াননাপা।। হুয়েল লালনীকিতী খেনতে নিংথৌ থাঙসাপা।। ফুরামপাপু।। আহোঙ মিয়ানফমনে পুঙচি নাতইনাপা ১তী।। লাললুকোকসোকনাপা ।। ১তী ।। নোংপানলোন পুঙলেন মাখুৎফা।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনীকিতী।। মরিংবাপু মাচন।। ব্রাকনাচানা লইনৌপী।। তেংনাচানা হেনমোইপী মাথংলেন সেলতাকলেন লুখোইপা লইরাংসাথীপাপু ফানা পুঙ্নে।।

**মৈতৈলৈমা সনারেম্বী চরৈ ফীইনখোং**

কংলই মাতাইমাতী।। কংলই লমমখা।। লাললোই লম মরুনে।। মইতইরইমা।। নোংপাললোন সনারেমপীনা* চোইনৌ সনামাপালসা লুপা মাহইয়াল।। চইরই ফীরাল খালনা।। হোঙনেময়ে।। হোঙনেম খোংনে।। নোংপাললোন সনারেমপীনা।। চইরই ফীয়িল খোংনে।।

---

**খমলাং অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি খমলাং অহোঙ মীপুনফম কংলৈ মাশুমাঙ তিঙই মাঙশোক লমদা। মীবু য়ান্দুনা মীপুম তিংনা য়েংহন্না চৈরাক পীখিঙৈদি হুয়েল লান্দদি খেলতে নিংথৌ থাঙশাবা ফুরাম্ববু ফারকলগা মফমসিদা যালনা থমখিবা মফমনে। অতোপ্পা পুঙ্ মফম লাললু কোক শোকনখিবা মফম অমদি, নোংপাললোন লৈমনা মথব্রাই য়াওনা শেমখিবা অথোইবা অহোঙ কৈথেল ওইখিবা মফমনে। হুয়েল লাল শোকনখিবদি মরিংবগী মচন হাকনা লুনা চাননা তৌজবী ব্রাকচান লৈনৌবী থোইহেননা কেজবীগী মথংলেন মপুরোইবা শেলতাকলেন লুখোইবা লৈরাং শাথীববু ফাখিবা মফমনে।

**মৈতৈলৈমা সনারেম্বী চরৈ ফীইনখোং**

কংলৈ মকাইফম অমদি কংলৈ লমগীদি খা থংবা মাইকৈ লালোই লমমরুনে। মৈতৈ লৈমা নোংপাললোন সনারেম্বীনা চোইনৌ সনা হকনা লুপানা লৈতেংলবা চরৈ ফীবু শেৎনা ইন্ননা অহোং কুম্মৈ য়েংনা, অহোং কুম্মৈ তৌখিঙৈগী খোংনে মৈতৈ লৈমা নোংপাললোল সনারেমম্বীনা চরৈ ফীইল খোংনে।

লৈমা নোংবানলোন সনাবেম্বী মহাকথক্তা সনা লুপাগী লনগৈ শাখি। *-নি:ল:*

মৈদিংঙু খাগেম্বা অহোং কৈথেললেল

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা[১] অহোঙ য়োইথোল পুঙ লইকাই সারেল সানই পুঙ।। চোয়নৌ সনা কইথেললেল।। মচন লইমা আোনহইতাপী।। ৱোনতম পুঙ।। মামোম লইমা তিকহইতাপী।। তিকতম পুঙ।। ৭ সেলমাথাকতা।। সেনমা থোইপা।। নোইনু থুম মথকতা থুমাথোইপা পুঙ্। ঙাৱা খায়াচা পুঙ্।। নোইনু ফকচাফম।। সেলপী চানা কাপা পুঙ্।। থোংনাং চানা তালফম পুঙ্।। চোইনৌ সানা কইথেললেলনে।। হুয়েল লালনিকিতী।। থংকান নিংথৌ য়াংলেলপাতী।। কংলই পুঙচিমাতা লইমুসেংথাকনায়ে।।

---

মৈদিংঙু খাগেম্বা অহোং কৈথেললেল

কংলৈ মকাইফম অমদি। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাকথক্কী অহোঙ কৈথেল, য়োইথোল পুঙ লৈকাই পুমনা শারেল শানৈ পুঙ্ চোইনৌ সনাগুম্না মমল লৈনা চংখোননা শেমখিবা অথোইবা অহোঙ কৈথেলনে, মচন লৈমা ললোল ইতিক হৈত্রিবিনসু ললোন-ইতিক তৌরবসু ৭শেলবু শেলদোং লৈবা নোইনু থুম অমদা থুম অমা শেনদোংনবা পুঙনে। ঙাৱা ঙাদি অথোইবা য়োনফম, লৈত-লাইরা কোকনফম শেলবী মচা কয়ানসু কাবা কৈথেলনে। থোংনাং মচানসু য়ৌরক্লা পোৎ লৈনফম ওইবা চোইনৌ সনা কৈথেল অথোইবসি শাঙেদা হুয়েল লালবু লান্দাঙেদা থঙ্গাল নিংথৌ য়াংলেলবদি কংলৈ মফম ভামদা লৈপাক থোন্নহনখি।

---

১। মৈদিংঙু খাগেম্বা অহোং কৈথেল :

মাইরেন লুকোক্কী কুম শক ১৫৩৬, মৈদিংঙু খাগেম্বনা কৈথেল ১০মা হোঙএ সনা কৈথেলগী লানমিংদি লাংকোই মরাম্বদি খাগা থাইএ। তাইপোং নিংথৌ চৌকোংদি থক্কা থোন্না অহোং য়ুনৈএ। অৱাং কৈথেলগী লানমিংদি লাংগোই খিংক্রাদি খাগা থা থোংনাং ময়াং য়াম্রেকতি থক্কা থোন্না অহোঙ য়ুনৈয়ে। খা কৈথেলগী লানমিংদি পামবা কৈমুদি খাগা থাইএ। মংকন নিংথৌ সায়িদি থক্কা থোন্না অহোঙ য়ুনৈনয়ে। ফায়েঙ কৈথেলগী লানমিংদি খারিকি লোৎকমনে। মোইরাং কৈথেলগী লানমিংদি শায়াম ১০০ থোন্নেএ। খুমন কৈথেলগী লানমিংদি খারিকিলোৎখমনে। ফায়েঙ কৈথেলগা শেৎচানয়ে। চাইরেনগীদি নামফৌগী নোংমা তানফানে। কাম্তোকীতি তখেল সিং কাপোননে। অন্দ্রোগীদি মৱাওগী থামুংনে। শেক্তাগীদি কাসান নিংথৌ লমসিংপুনে। খোইয়াখুনগীদি (কৈয়া খুনকীদি) তাংখুনকি কারৌরেংনে।

-চৈ: কু:-৩৫

মৈদিংগু খাগেম্বা অহোং কৈথেললেল

তাখেন নিংথৌ নাকাচরপু।। কংলই পুঙচিমাতা।। লইহাও তমনা সেংরোইনয়ে।। মারিং লোকতোলপাতী।। কংলই পুঙচিমাতা।। লইমু সেংথাকনায়ে।। থিংপা নিংথৌ মইরাপাপু।। পুঙচি নাতইমাদা লইহাওতমনা সেংরোইনায়ে।। পুঙচি মায়াইমাতী।। লাংকোই মরামপতী খাকা থা।। তাইপোং নিংথৌ চাওকোং লালথৌয়াঙতী।। য়াইকা-চল।। থৌতুচারাই কাপোংবাতী।। থক্কা থোলনা অহোঙ য়োয়থোল পুঙ্নে।। খমলাং অহোঙপা অহোঙ য়োয়থোলপুঙ্ হুয়েল লালনিকিতী। কে কে মোইরাং লোকখুম মাইতইপু ফানা পুঙনে।।

মৈদিংগু কিয়াম্বা - শঙলেন

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী কিয়ামপা[1] সঙলেল য়াইনে হুয়েল লালনিকিতী।। থোংনাং নুঙমাচেংপা।। ময়াং তাইমাচেংপা।। কানলই অচঙপাপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। চোইনৌ সনা লিহাললোই।। লিললি

---

মৈদিংগু খাগেম্বা অহোং কৈথেললেল

তখেল নিংথৌ নাকাচরবু কংলৈ মফম অমদা নাপীবু ফানহনখি। মরিং লোকতোলবদি কংলৈ মফম অমদা পুখ্রি তৌনাহনখিয়ে থিংবা নিংথৌ মৈরাববু মফম অমদা নাপী ফান্নহনখিয়ে, ময়াই থংবা মফমদা লাংগোই মরামবা কৌবদি মখা থা তাইপোং নিংথৌ চাওকোং লালদা থৌববুদা ময়াইদা হাপ থৌদু নুঙদি চারাইবা কাবোংবদি মথক্তা নলনা থোলদুনা লিংখৎখিঙৈগী। অথোইবা কৈথেলনে। খমলাং অহোঙবা অহোঙ য়োইথোল পুঙ্ ওইঙৈদা হুয়েল লালদদি কেগে মোইরাং লোকখুম মাইতৈবু ফাখিঙৈগী পুঙনে।

মৈদিংগু কিয়াম্বা - শঙলেন

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী কিয়ামবা মহাকথক্কী অথোইবা শঙলেলনি। হুয়েল লালদদি থোংনাং নুঙমাচেংবা। ময়াং তাইমাচেংবা। কানলৈ অচঙবাবু, মোইমিৎ লৈচুনখিয়ে। চোইনৌ সনানা লৈতেংলবা

---

১। **কিয়াম্বা :** মৈদিংঙু কিয়ামবগী অতোপ্পা মমিং অমদি মৈদিংঙু থাংব্রাই নিংথৌবা লৈমা ফাবা-ও তৌনা কৌয়ে। ফম্বান্দা চহী ৪০ পাল্লমএ, পুন্সিদি চহী ৬৪ নি।
*- নিং: লম্বু:/ চৈ: কু:*

**মৈদিংঙু ক্রিয়াম্বা - শঙলেন**

চীনলোকপা।। সঙলেল য়াইনে।। মইতেংঙু পোইরই খুচাওপা থেমথা য়োইথোল সঙ্, লাংতে খুলঙম সঙ হুয়েল খোমমারেংপা ফানা সঙনে।।

**মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা অহোঙ কৈথেল**

কংলই মাতাইমাতী।। লোইয়ম ঙালপানাহা মাঙন থোংঙাইপা অহোঙ মীয়ানফমনে। হুয়েন লালনিকিতী।। অয়াঙসরাচা।। অরাইয়িংঙেলনুপু।। তীঙয়ি মাঙসোকলমতা।। ব্রুহক সেংকমসানা।। অহোঙ মীয়ামফমনে।। কংলই পুঙচি নাতইনা।। লাললুকোক-সোকন্নাপা ১তী লেমথোঙ।। অহোঙপা কংলই মাসুমাঙ।। অহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতি।। হোঙতই ব্রুরীপী।। ব্রুরীপা।। লাংনামল সললোয়পাপু।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ্নে।।

---

**মৈদিংঙু ক্রিয়াম্বা - শঙলেন**

লিললি চীললোকপা অথোইবা য়ুমনিদো। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবগীসু থেমথা য়োইথোল সঙ্নে। লাংতে খুলবু ঙমখি শঙনি হুয়েল লাল শোকনঙৈদসু খোমমারেংবা ফাঙৈগী শঙনে।

**মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা অহোঙ কৈথেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি লোইয়ম ঙালবা নহা মাঙন থোংঙাইবা মহাকথক্কী মীবু য়ানদুনা চৈরাক পীফম ওইনবা অহোঙ মীপুনফমনে। হুয়েন লালবু তাঙৈদদি অয়াংশরাচা অরাই য়িংঙেলনুবু তীঙই মাঙশোক লমদা উহক শেংকম শানা অহোঙ মীয়াননখিয়ে। কংলৈ মফমসিবু থনমলগা লালু কোকশোকনখিবা মফম অমদি লেমথোঙ অহোঙ পুঙ কংলৈগীদি সুমাঙনে। থোইনা হেন্না মীতিনফম ওইবা অহোঙ কৈথেল ওইখিঙৈদা হুয়েল লালবু লালশোকনঙৈদি হোঙতৈ উরিবী উরিবা মসল শলবু শলয়াম লোইববু হাপনা শেমখিবা অথোইবা অহোঙ কৈথেলনে।

---

১। **লোইয়ুম্বা :** মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী অতোপ্পা মমিং অমদি হাউথাং হাউয়েন ফাবা হায়নসু মিংথোননৈ। মহাকথক্তা য়ুমনাক পুন্নমক মশিল তৌহল্লমএ চহী ৪৮ পাল্লমএ।
*-নিং: লম্বু:/চৈ কু:*

**মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা অহোঙ খোংচিংফম**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু পোইরই খুলচাওপা অহোঙ খোংচিং পুঙ্।। লাংকা নিংথৌ আরাইহুই ফানাপুঙনে।। কংলই পুঙচি নাতইনা।। লালুকোক সোকনপা ১তী।। মইতেংঙু পোইরই খুমোম্বা[1] পুঙলেল মাখুৎফানে।। হুয়েল লালনিকিতী থিংপা নিংথৌ মারামসং ফানা পুঙনে।

**মৈদিংঙু থাব্রানথাবা - নোংচুপ মরোংখোঙ**

কংলই মাতাইমাতী মইতেংঙু লোইনাই থাব্রানথাবা[2]।। নোংচুপ মরোং খোংনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। মারোং চাসিল হইপা।। হুইরোং তাওপা অহিং সুপা সলমাফং।। নোংথিল সুপা নায়মা ফংপাকা।।

---

**মৈদিংঙু খুঞ্জাউবা অহোঙ খোংচিংফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা মহাকথক্কী মীয়াম পুন্না হরাও তয়াম্না খোংজিং কুম্মৈ পাঙথোকঙৈগী মফমনে। মফমসিবু শেমঙৈদা লাংকা নিংথৌ অরাইহুইবু ফানঙৈগী পুঙনে। কংলৈ মফমসিবু থনম্লগা লালু কোকশোকনখিবা মফমদুদি মৈদিংঙু পোইরৈ খুমোম্বনা শেমখিবা অথোইবা পুঙনিদো হুয়েল লালবু লালদাঙৈদা থিংবা নিংথৌ মারামসং ফাখিঙৈ পুঙ্নে।

**মৈদিংঙু থাব্রালথাবা - নোংচুপ মরোংখোঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লোইনাই থাব্রানথাবা মহাকথক্কী নোংচুপ পাংবদা লৈবা মরোং খোংনে। হুয়েল লালদদি মারোং চাশিলহৈবা। হুইরোংতাওবা অহিং শুবা থবকনা শল অমা ফংবা, নুংথিল শুবনা নাই অমা ফংবগা

---

১। **মৈদিংঙু খুমোম্বা :** চীংথাং লাম্বুবনা নিংথৌ পোকপী পান্নদুনা পুরাম্বাবাগা খুমোম্বগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু খুমোম্বনা য়াংলৈঙম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহি ১৫ পাল্লমই। *-শাগৈ শা:*

২। **মৈদিংঙু থাব্রানথাবা :** মৈদিংঙু হেমদৌ ইব্রানথাবনা লিনসুরোল খুরোইঙম্বীগা অঙোম চনু হেমখুঙম্বীগা ২মা পান্নদুনা লিনসুরোন খুরোইঙম্বীনা খুরোম্বগা থৌব্রাম্বাবগা নোংথৌ পোংনাউতা, মেনস্রা মুংয়াংচাউবা ৪মা পোকএ। মৈদিংঙু থাব্রান থাবানা নোংবালোন চকপ্রম চনু তৌগাইঙম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহী ৩৬ পাল্লমই। *-শাগৈ শা:/ চৈথা: কুম্বা:*

**মৈদিংঙু থাবালথাবা - নোংচুপ মরোংখোঙ**

মোইকায় মাচন মেলনোং তাওপী।। নাখুপী নাখুপা।। হাওপা থীকপা লালথৌয়াঙকা ফানা খোংনে।। নোংচুপ মারোংখোং।। খোংলেল হেমতম য়াইনে।। য়াংলও মাখনমা কংলই লওচীনপালনে।। মইতেংঙু সেলপী মুংয়ামপা[১] ।। পুঙলেল মাখুৎফা।। থংকাল খুনঙম পুঙ হামেঙপা ফানা পুঙনে।।

**কৌপা উরেল নাওশুম পুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। আঙৌপা চানু।। নোংপাললোন নোংচুপ মারোংঙমপী।। নোংচুপ লাললুম ঙমপীনা।। য়োইপু লইমা মামাঙকিনা কোনথা য়িরাংতরিঙই কোনথা য়িরাংপী।। ফমলেল য়িমচঙপী।। মাপারি কৌপা ব্রুরেলঙমপা।। পলেম মামা পীপুকনুংকী নোংহাঙলাপাবু চইরই নাহোংসানা নাওসুম পুঙনে।।

**মৈদিংঙু থাবালথাবা - নোংচুপ মরোংখোঙ**

মোইকাই মচন মেললোং তাওবী নাখুবী নাখুবা, হাওবা থীকবা লালদা অথৌবনচিংবু ফাঙৈগী খোংনে। নোংচুপ মরোংখোং খোংলেন অথোইবা নোংচুপ থংবা মাইকৈদা তৌখিবা খোংনে। খোং লক্তগী থোইনা হেন্না মতিক ময়াই লৈবনি। য়াংলৌ মাখলমা কংলৈ পুঙগী ময়াদা চেনথখিবা খোংনে। মৈদিংঙু সেলবী মুংয়াম্বা মহাকথক্কী পুঙলেল অথোইবনে থাঙ্গাল খুলবু খুলঙমঙৈদা হামেঙবাবু ফাঙৈগী পুঙনে।

**কৌপা উরেল নাওশুম পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি নোংপাললোন অঙৌবা চনু নোংচুপ মরোংঙম্বী নোংচুপ মাইকৈদা লালবু তানা নোংচুপ মরোং লালঙম্বী নোংচুপ মাইকৈগী লালবু লাললুমনবী য়োইবু মৈতে লৈমা মমাঙগীনা কোম্থা ইরাংতরিঙৈ, কোনথা ইরাংবী। ফমলেল য়ুমচঙবীনা মপারী কৌবা উরেল ঙম্বা কৌববু পোকঙৈদা মপারী চাওদববু চরৈ নাহোং শানা পোনা নাওশুমনখিবা পুঙ্নে।

---

১। **মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা :** মৈদিংঙু চলাম্বানা লমফেনঙম্বীগা কোংবম চনু তোল্লোং খোম্বীগা ২মা পান্নদুনা লম্ফেলঙম্বীনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বা পোকএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা চাংপোম্বী পান্নদুনা মৈতে নিংথৌ ওই। চহী ৩৫ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমএ।

*-শাগৈ শা: /চৈথা: কুম্বা:*

**অহোং মীয়ানফম**

কংলই মাতাইমাতী। ৱাঙম অহোঙপা। কংলই মাসুমাঙ হুয়েল লালনিকিতী।। থাঙৱাই লওকোলনুং কোলনুং আচলপাতাকি।। সেললই কাকানে কাতাপা।। পাইরৈ তালকনে তল্‌তাপা।। থীঙ্‌লও তাইরা লাপাপেরে খম।। য়াওরও সারুকংপু।। লিরেলপাকা ফননা। ৱুইপাও তোংলোন। ৱুহক সেংকমসা।। তল্‌মুয়াঙতেকনা।। তলহাওসাইতাননা।। যুমতীঙ মাতাংতোই।। থোন্‌খমমানারেকা।। থারামলামথাননা। অহোঙ মীয়ানফমনে।।

**মৈদিংঙু লোইয়ম্বা অহোং কৈথেল**

কংলই মাতাইমাতী।। লোইয়মপা লীকলাইরোকপা।। লমলইরাকপা লাসোংপামপা।। পুঙলেল মাখুৎফা।। অহোঙ য়োইথোলপুঙ্‌নে।। হুয়েল লালনিকিতী।। কে কে মোইবাং ৱোমপ্য তাংখংলাকপা।। ফানা পুঙ্‌নে।।

---

**অহোং মীয়ানফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি নিংথৌ লৈমশিংগী চাদা নাওদাশিংগী য়াকাফম ৱাঙম অহোঙবা কংলৈ মশুমাংদা লৈবা অথোইবা ৱাংঙম অহোঙ কৈথেল ওইঙৈদা হুয়েল লালদদি অৱাং লৌকোলনুং কোলনুং অচলবতা লোইপোং হাগনি হ্যদা শেলবু কাগনি কাদবা লমহেন তুহেননবা অক অবিং শিংবশিং ফানা খোমনা য়ার্বৈ। শা মক লুকং ফাকনা য়াননা থেৎপগুম্না উইপাও তোংলোন উহক শেংকম শানা তলমু উনা যাঙতেকননা তনহাও উনা শাইবু তানা কাখল লাইবা যুম থোনখম মনা বেকনা থাবাম লামথানা যান্না মীপুম তীংনা খঙহন যেংনহনবা অহোঙ মীয়ানফমনে।

**মৈদিংঙু লোইয়ম্বা অহোং কৈথেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লোইযম্বা[১] লীকলাইরোকপা লমলৈলাকপা লাংশোংপামবা মহাকথক্কী অথোইবা পুঙ্‌লেল মাখুৎ ফানে। থোইনা হেননা নিংথীজনা শেমগৎখিবা অহোঙ কৈথেল ওইঙৈদা হুয়েল লালদদি কেগে মোইবাং ওমপু তাংখংলাকপা কৌবাবু ফাঙৈগী পুঙ্‌নিদো।

---

১। **মৈদিংঙু লোইয়মবা :** মহাকথক্তা পানা তকক থোক্লা খাইখি। পানা মমিংদি- ১। অঙৌবা কোংচা লুপ, ২। নোংমাই লুপতী থৌচা লুপ।৩। অকোং লুপতি কোংচা লুপ। ৪। খুবাই লুপ্তি লুপখুবা লুপ। ৫। লৈচোল লাকপা তোলোংখোম্বানা লুপ অমা চিংএ চিংচাকপ। খুবাই ৱাংলে লুপ অমা ৱাংলে খাইচানখি। ৬। খাইচাকপা। অসিনা পানা ৬ থোকনা কাখিএ। *- চৈ: কু:-৯*

মৈদিংঙু পুন্সিবা আয়াঙ লমলৈফম

কংলই পুঙচি নাতইনা।। লাললু কোকসোকনবা ১তী।। মইতেংঙু পুলসীপা[1] নুয়াম সাফাপা পুঙলেল মাখুৎফা।। পানপা কইচেংলাং ফানা পুঙনে আয়াঙ লমলইফমনে।।

মৈদি ংঙু শেলপী কিয়ামপা-শঙলেন

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী ক্যামপা সঙলেনয়াইনে।। তাইয়ম নাইচারাকপা।। য়ীয়েম তোইপীমাসু লোইলম লমলইয়াঙপা।। মাসঙলেলনে।। হুয়েল লাললীকিতী চললাং নিংথৌ লাইপোংবা ফানা সঙনে।। মারাম নিংথৌ খাঙলাপু লালথৌয়াঙকা।। হোংতুংনিংথৌ আখৎলাংবা।। তাখেন নিংথৌ লইচীকপুলিতেংপাকা মোলসাং নিংথৌ লুচাওবী লুচাওপাকা

---

মৈদিংঙু পুন্সিবা আয়াঙ লমলৈফম

কংলৈ মফম অসিদা নৎতনা লালু কোক শোকনখিবা মফম অমদি মৈদিংঙু পুলসিবা নুয়াম শাফবা মহাকথক্কী শেমগৎচরম্বা পুঙলেল অথোইবা মফমনে। পামবা কৈদি কৈজেংলাং ফাঙৈগী পুঙনিদো। অকন অথৌ কয়ানসু পুনখিবা লমলৈফমনে।।

মৈদি ংঙু শেলপী কিয়ামপা-শঙলেন

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা মহাকথক্কী অথোইবা শঙলেলনিদো। নিংথৌগী মনাই অচানবা নাইচা লাকপা মনাইদি শকনাইবশিং ইরেমতোইবী লৈমনসু লোইয়ম লমলৈয়াঙপানসু অদুঙৈ লৈনখিবা অথোইবা শঙলেলনি। শঙলেলসিদা লৈঙৈদা হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি চললাং নিংথৌ লাইপোংবা ফাখিঙৈগী শঙনে, মরাম নিংথৌ খাঙলাপু লালদা থোইনা হেননা অথৌবগা, হোংতুন নিংথৌ অখৎলাংবগা, তাখেন নিংথৌ লৈচৌকপু লিলতেংপাকা মোলসাং নিংথৌ লুচাওবী লুচাওবা হুয়েল লালদা থৌবদা

---

১। মৈদিংঙু পুনসিবা : মৈদিংঙু তাবুংবনা নোংবানলোন লমফেনঙম্বী পান্নদুনা লাইবেনবাগা পুনসিবা অনিমা পোকএ। মৈদিংঙু পুনসিবনা লাম্বাসুগা অন্দ্রো চনু অনিমা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। চহী ২৮ পাল্লমএ। *-শাগৈ শা:/ চৈথা: কুম্বা:*

**মৈদিংগু শেলগী কিয়ামগা-শঙলেন**

হুয়েল লাললমচাওবাকা।। লইমু সেংথাকসঙ।। লইহাওসেংব্রোই সঙ্নে।। ফুমতম নিংথৌ সেলতাপু। লমকাংপু লালথৌয়াঙকা ময়োল নিংথৌ হুয়েল লালতোঙপাক।। পুরুম নিংথৌ থোমনপা লইরিসিনপু।। অথৌপাকা হুয়েল লাংতেমপুকা। অনাল নিংথৌ খোচু লালচুংপাকা তোললোইপু লালথৌয়াংকা।। হোঙনা সঙ্নে।। য়ীতোক নিংথৌ খারাংব্রাং লালথৌয়াঙকা লুমপী নিংথৌ লুমতোংপাকা।। তিংতও নিংথৌ হুয়েল পাথোমপাকা ফানা সঙ্নে।। নোংথৌরেল তুপী চরাংরোংপা খোইমোম লাইনিংথৌবু সৈঅোনবা মামাল য়োইবা খুমলপাচা।। খাফম সিঙসুহল্পা।। তাইয়ম নাইচারাক্পানা থেমথা য়োইথোলসঙ্।। মইরাও খুনঙম সঙ্।। হুয়েল লালনিকিতী।। ব্রারিংতাও অথৌপা ফানা সঙ্নে।।

---

**মৈদিংগু শেলগী কিয়ামগা-শঙলেন**

নংতনা লাললোং শিননা থৌরাং চাওনা লান্দাবা ঙম্বা ঙম্বী লাললম চাওবশিংবু ফাদুনা পুখ্রি তৌনবৈগী শঙ নাপী ফানহনবৈগী শঙ্নে। মদুদসু নংতনা ফুতম নিংথৌ শেলতাকপু লমকাংপু লান্দা থোইনা হেননা অথৌবগা ময়োন নিংথৌ হুয়েল লালবু চাওনা লান্দাবগা, পুরম নিংথৌ থোনবা লৈরিসিনবু অথৌবগা হুয়েল লংতেমপুকা অনাল নিংথৌ খোকচুং লালচংপগা, তোলোইপু লান্দা থোইনা অথৌবশিং য়াওনা হোঙনা শঙ্নে। য়ীতোক নিংথৌ খারাব্রাং লান্দা অথৌবা, লুম্বী নিংথৌ লমতোংবা, তিংতৌ নিংথৌ হুয়েল পাথোম্বানচিংববু ফাবৈগী শঙনে। নিংথৌ লক্তগী অথোইব্রা তুবী চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শাইওনবা মমাল য়োইবা খুমনগী মচা খাফম পানাগী শিঙ্শুহলবা।। তাইয়ুম মনাইদি অচানবা নাইচারাকপনা থেমথা য়োইথোল শঙ্, মৈরাও খুলবু খুলঙমবৈগী শঙনি হুয়েল লালবু লালদাবৈদদি ব্রারিংতাও অথৌববু ফাখিবৈ শঙনে।

---

* মৈদিংগু কিয়াম্বা সনা হাকথক্তা নিংথৌ শেনবা যুরেনশঙ লিংএ। -শংলোন

মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা শঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইত্তেংঙু পোইরৈই খুনচাওবাও* সঙলেন য়াইনে থংতা খোইনাই সেলহোঙপমসু পুঙলেল য়াইনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। তোলসেল খুনঙমসঙ্।। সেললীকপু মিংনাইবা ফানা সঙ্নে। থোনলাং নিংথৌ।। কাপোং লালথৌয়াঙপু মোইমিং লইচুসঙনে।। কংলই লমমারু কাইপা লম্মাখানে।।

খমলাং অহোং কৈথেল

কংলই মাতাইমাতি।। খমলাং অহোঙপা কংলই মাসুমাঙ।। অহোঙ য়োয়থোল পুঙ্নে।। হুয়েল লালনীকিতী।। খুলচান নিংথৌ লুমচেংতাওপা হইরেম য়াব্রোনসাংপা।। মানাকপাংমা লইখাঙ চারাপাপু লইমু সেংথাকপুঙনে।। লইহাও সেংব্রোই পুঙ্নে।।

কংলৈ লমমরু

কংলৈ পুংচি নাতৈনা ।। থাঙয়ি চেঙলইপামপা কংলই মাসুমাঙনে।। লাললু কোকসোকনাপা ১তী।।

---

মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা শঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা মহাকথক্কী অথোইবা শঙলেলনি, নিংথৌ চাদি মমোমলোই চনু নিংঙোল ওইবীগীসু থোইনা হরাও নুঙাইজখিবা অথোইবা শঙলেলনি। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি তোলমেল খুলবু খুলঙমখিবা শঙ্নে। শেলবী কপো মমিং লৈববু ফাঙৈ শঙনে। থোললাং নিংথৌ কবোং লান্দা অথৌববু মোইমিং লৈচুনখিবা শঙনে। কংলৈ লমমরু কাইবা লমমখানে।

খমলাং অহোং কৈথেল

কংলৈ মকাইফম অমদি, হান্নদঙৈগী নিংথৌরোল কয়া শেম শেমদুনা লাক্লবা কংলাগী মশুমাঙদা লৈরম্বা থোইনা হেন্না অরিবা কৈথেল, খমলাং অহোঙ কৈথেলনে, হুয়েল লান্দদি খুলচাল নিংথৌ লুমচেংতাওপা, হৈরেম য়াওন-শাংবা মনাক পাংমা লৈখাঙচারাববু পুখ্রি তৌনহনঙৈগী পুঙনে নাপী ফান্নহনখিঙৈগী পুঙ্নিদো ।

কংলৈ লমমরু

কংলৈ মফমসিদা নৎতনা অতোপ্পা মফম ১দি থাঙয়ি চেঙলৈনসু পানদুনা লৈরম্বা কংলৈ মসুমাঙনে লাললুকোক

---

* মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা হাকথক্তা চাবোক ব্রাঙ্গোল, নাহুৎ ব্রাঙ্গোল শাহৌএ। -শং:

কংলৈ লমমরু

খুনচাল অচিঙ চীঙসোং মাচন তোংসাংপী আচেং সংপী নারুম লাকপীপু।। অহোঙ্ মীয়ানফমনে।। য়াইথোঙ লমমাখা।। কংলই লমমারুনে।।

সিললাল পুঙ

কংলৈ মাতাইমাতী। খোইয়ম লাইয়িংথৌ।। চীঙলেল্ নোংতাই নিংথৌ।। থোংনাং লোইচাখোমপা।। সীঙয়েল লাইচাহেংপপা।। ব্রুরেল ব্রুথা নিংথৌ লাংথা লাংকাফাপাক।। মসানৌ খোইমোম লাইরেমমা চীঙলেল নোংতাই লইমা থোংনাং লোইচাখোমপী সীঙয়েল লাইচা হেংপপী ব্রুরেল ব্রুথা লইমা।। ব্রুরেল কায়তোংফাপীকা।। আব্রাং সাচেপ লোলমললাং।। থুমপী লইহও চীঙকি লাংকোই সায়াঙথকতা।। মারাল নুহোঙ খোঙতোংলকঙইতা কোনলোই সিললাল পুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। সোংসোক খুলঙম পুঙ্ লামু ফাননা পুঙ্নে।

---

কংলৈ লমমরু

শোকনখিবা ১দি খুলচাল আচীঙ চীংশোংকী মাচন তোংশাংবী অচেংশংবী নারম লাকপীবু মীপুম তিংনা য়েংনহন অহোং মীয়ানফমনে। য়াইথোঙ লমদি লম মখা থংবনে। কংলৈগীদি লম মরুনে।

সিললাল পুঙ

কংলৈগী মকাইক্ষম অমদি খোইয়ম লাইযিংথৌ চীঙ্লেন নোংতাই নিংথৌ, থোংনাং লোইচা খোমবা। শীংঙেল লৈদি লৈরাং লৈচা হেনবা নিংথীবী লৈরাংগুম্না পাংখকপা। উরেল উথা নিংথৌ লাংথা লাংকাফাবগা মশানৌ ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্মা চীংলেল্ নোংতাই লৈমা থোংনাং লোইচা খোমঙমবী শীংঙেল লৈরাং লৈচা থোইনা হেন্না নিংথীবীগুম উরেল উথা লৈমা উরেল কাইদোংফাবীগা অব্রাং শাচেব লোলমল্লাং থুমবী লৈহৌ চীংদগী লাংগোই শামু শায়াংথকতা মরাল, লুহোঙ খোঙদোংলকঙৈ কোনলোই শিলাল লম্না পুঙ্নে। হুয়েল লান্দাঙৈদদি শোংশোক খুলবু খুলঙমঙৈদা লামু কৌববু ফাখিঙৈগী পুঙ্নে।।

খাগেম্বা শিলহান পুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। লাললু কোকসোকনাপা ১তী।। য়োইপু মইতইরইমা।। য়োইরুমলোন মাতামপীকা।। মাসাপী লাইরেল সেলপী খাকেমপাক লাংকোই সায়াঙথকতা।। কোনলোই সিলহান পুঙনে।। হুয়েল লালনিকীতি।। থোংনাং খুলঙম পুঙ।। ভিমবন ফানা পুঙনে।।

নোংমাইনু কোনসুংফম

কংলই সঙলেল মাতাইমাতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন।। নোংমোইনু অহোঙবী মাতাইরেম খোইনিঙ সেললোইনাই মালেম লইরুম ফমতাওপা।। খোইরু মীতম লাকপা মইবীতোংহুন চলপা।। ৭ কোন কোনফু সুংপা সঙলেল য়াইনে।। হুয়েল লালনীকিতী চাখা তাংখুল খুনঙমসঙ।। হুয়েল লালমিংনাইপা।। খমতোক ফানা সঙনে।।

---

খাগেম্বা শিলহান পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি লাললু কোকশোকনখিবা অমদি য়োইপু মৈতৈ লৈমা য়োইরুমলোন মতামবীগা মশাবী লাইরেল মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বগা লাংগোই সায়াংথকতা তোংনা শিন্থা হৌখিবা মফমনে।। কোনলোই শিলহাল পুঙ, পুঙসি শেমগৈদা হুয়েল লালদদি থোংনাং খুলবু খুলঙমগৈদা ভিমবন কৌববু ফাখিবা পুঙনে।

নোংমাইনু কোনসুংফম

কংলই শঙলেন মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমা নোংবানলোন নোংমোইনু অহোঙবীগী মনাই অচানবা শেললোই নাই অচানবা শেলবু শুঙবা হৈরবশিংগা মালেম লৈরুম শেল পেকফম তাকপা খঙবা ঙমবশিংগা লোয়ননা খোইরুনা মওং তমনা শাঙমনা মৈপী মৈচাও হৌনা হুম, ৭ শেলগী কোনফু শুংনা, হৈনা শেলবু শুরমগৈগী অথোইবা শঙলেল মফমনি। হুয়েল লালবু লালদাগৈদদি চাখা তাংখুল খুলবু ঙমগৈগী শঙনে। হুয়েল লালদদি মমিং লৈবা খমতোক কৌববু ফাগৈগী শঙনে।

---

* মৈদিংঙু খাগেম্বা হাকথক্তা হিজগাং শঙ, লাংমৈ পুঙ থোল্লমএ। -শংলোন

**মৈদিংঙু ক্যাম্বা য়োইথোলশঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী ক্যামপা*।। থেমথা য়োইথোল সঙ্নে।। লোইপী ফুমতল খুলঙম সঙ্।। হুয়েল খাঙবু মিংনাইপা ফানা সঙ্নে।

**অহোংশঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। য়োইবু মইতইরইমা।। মতইরেম হিয়াঙলোয়, য়ীমাঙলোয়।। য়োইরেলপা লোয়।। য়ুমনিঙ লোয়।। য়ীপেমমালোই।। সায়াসেলপা লোয়।। তোংচেং নাওমইকি।। খুমু নওচাওসুবা।। পোলবী ব্বাইরং চেক্ক মাসুঙমালপা।। মীৎয়েং নানীলোঙপা।। লইকু খমতেংথেংতা।। লইরাই চুপথইতাবা মাসেলনা।। লেং-লেংনা তিলনা য়াকাসঙ্নে।। থাংচীঙ্ মাখোকলাং।। খোকলাং মাচইখঙ।। খোক মারোই তাংচুমপা খোকলোই নুরাপী।। কোঙ্য়াঙ মব্বাচা।। পাখং হুয়েল লালপামপা লালতাখোক।। ব্বাইরা সাপামবানা সাতাল খোক কংলা মইচলখোক।। আতোল হাওচেং মোইপাচানু।। ললব্বুল

---

**মৈদিংঙু ক্যাম্বা য়োইথোলশঙ**

কংলই মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা মহাকথক্কী থোইনা হেন্না নিংথীজবা থেমথা য়োইথোল শঙ্নে। শঙ্সিবু শাঙৈদা লোইবী ফুমতাওবা খুলবু ঙমনা হুয়েল লান্দুদা খাঙবু লান্দা মমিং লৈববু ফানথৈগী শঙ্নে।

**অহোংশঙ**

কংলই মকাইফম অমদি য়োইবু মৈতৈ লৈমগী অচালবা মনাইশিং। হিয়াঙলোয় । ইমাঙলোয় । য়োইরেল লোয়। য়ুমনিংলোয়। ইপেমমা লোয়। শায়াশেলবা লোয়। তোংচেং নাওমৈকি। খুমুনৌচাওশুবা উচেক য়ুমগী চেক্লা পোলবীদি ব্বাইরং চেক্লা মশুঙ মমাননবা মীয়েং অনী লোঙবা চেক্লানা লৈকু খমতেংথেংদা। লৈরাই চুকথৈতাবা মশেলনা পুম্নমকনা তিনবগুম্না। ইবেম্মা লৈমাকোনগী মনাইশিং নুমিৎ খূদিং লৈমশিংগী য়াকা শঙনে। থংচীঙ মখোক লাং। খোকলাং ব্বাদি মচৈখঙ। খোক ব্বাদি মরোই মতাং চুমবা, খোক ব্বাদি মতা ফবী। কোঙ্য়াঙ্ ব্বাদি মব্বাচা পাখং হুয়েন লান্দাবা পামবনা লান্দাথৈদা খুৎলাই ওইনা শিজিনবদা খুৎচাবা, ব্বাইরা শাদানবদা পাইরবসু খুৎচাবা ব্বা শাতাল খোক-ব্বা। কংলাগীদি

---

* মৈদিংঙু ক্যামপা সনা হাকথক্তা শগোল শঙ লিংএ। - *শংলোন*

অহোংশঙ

খোক।। খমনও ঙকনিরোঙপা।। কোঙয়াঙ পোংতোং চই।। য়ীফাপা।। খুখা লমলোক চই।। সিনাই নানীরোঙপা।। খোকলাং কামু চই।। মোমনু হইকোই য়েকথীৎ ফাবা চই।। হুয়েল লাননীকিতী।। কে কে মোইরাং লমমনি লমমাচাও ফানাচই।। চেংলই য়াঙ্থাওতইসু ফানা চইনে।। চকলাই য়ীতোক মানিংথৌ।। খুনপুলেংয়ান আথৌপাকা।। থোংনাং মায়াং লাইরুপা সিলহইপাকা চেংলই থৌতইসুকা সাব্রা চুমপুনথাং হুইরোং মীতময়েৎনা।। সারীক খিং খিং থাংনা।। তাকলেল হিথা চই ।। থোংনাং তেককারাচা* লালথৌয়াঙপু।। খোকতোল লাংমই থাংনা চই।। থোংনাং খুলঙম চই।। মায়াং লালচাই চই।। নোংমই ১০০০ লোকনা চই চুঙকোয় পৌতোং য়ালনা।। থাঙসাং ১০০০ খোমনা চই।। থোংনাং লালচাই চইনে।। চেকলা তুফাং

অহোংশঙ

মৈচল খোক। অতোল য়ুমলৈমা হাওচেং মোইবা চনুগীদি লনওইনা অউলখোক ব্রা খমনৌ ঙক অনী লোঙবা কোঙয়াঙ ব্রাসিদি পোং তোংবদা হোননবা, মপা লৈতবা চৈ। ঈশিং ঈফা খুৎখা লমলোক চৈ। শিন অয়াম্বদা চননবা শিনশুনা শিজিনবা য়াবা খোক ব্রাদি খোলাং কামু চৈ। মোমনু নুজা ওইবীশিংনা পাইনা হৈকোল, হৈরাং হেক্রবদা মপা লৈতনা খুৎচা চৈনে। হুয়েল লালদি লান্দাঙে কেগে মোইরাং লমনি লমমাচাও অনীবু ফাঙেগী চৈ, চেংলৈ য়াংথৌতৈসু ফাঙমখিবা চৈনে। চকলাই ইতোককীদি নিংথৌ খুলপুলেংয়ান অথৌবগা, থোংনাং ময়াং লাইরুবা শিলহৈবগা, চেংলৈ থৌতৈসুগা শাব্রা চুমপুন থাং হুইরোং মীতময়েৎনা শারিক খিং খিংথাংনা তাকলেল হিথা চৈনে। থোংনাং তেককারাজা লান্দা অথৌববু খোকতোল লাংমৈ থাংনা চৈনে। থোংনাং খুলবু খুলঙমখিবা চৈনে। ময়াং লালবু চাখাইঙম্বা চৈ। নোংমৈ ১০০০ লোকপা ঙমবা চৈ। চুঙকোয় পৌতোং য়ালনা থাঙশাং ১০০০ খোমনা চৈনে। থোংনাং লালবু চখাইঙমখিবা চৈনে। চেকলা

* থোংনাং তেককারাচা কৈরুংবগা লোয়ননা পাঙল ১০০০ লুচিংবা ৬ য়াওনা শকাব্দ ১৫২৮ দা মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফাই। - চৈ: কু:

অহোংশঙ

থীৎফাবা লইরক থৌকাই চই।। খোকলাংলেংতা থোংনা চইথা সঙনে।। য়োইপু মইতইরইমা মাতাইরেম, হিয়াঙলোয়।। য়ুমনীঙ্লোয়।। য়ীপেমলোয়।। সায়াসেলপীলোয়।। সঙলেল য়াইনে।। হুয়েল লালনিকিতী।। লমকাং খুনঙম সঙ্ হুয়েল সেলতাকলেল্ অথৌপা ফানা সঙ্নে।। আনান নিংথৌ তোললোই হোঙনা সঙ্নে।।

খাবা কাপনরম নোংচেং হুলনারম

কংলই মাতাইমাতী।। কংলই য়ীচিফাই।। খাপা নোংচেংথক আসই তেরাল হইতাবাই।। খাবা কাপনারম।। নোংচেং হুলনারমও।। কৌপাতী কাতৌনোংকিনো।। খাপা নোংচেংপাক।। কে কে মোইরাং চাওপা মেলইপা।। সৌপোল সানৌ ঙমপাকা লেমলই আকুমসোই।। বানচেং আকসোইপু সোইমুলনাঙইতঅ।। চাওপা সৌপোলঙমপানা।। খাপা নোংচেংপাপু কনহওনীকখিয়ে।। কোরৌ নুমিৎতী

---

অহোংশঙ

তুফাং য়েনা চেকলা মাদি থীকফবনা কাইদোংনবা লৈরক থৌকাই চৈপু খোকলাং লেংদা থোংনা চৈ থানবা শঙনে। য়োইবু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম মনাই অচানবশিং হিয়াংলোয়। য়ুমনীঙলোয়। ইবেমলোয়। শয়াশেনবালোয়। পুম্নমক্না য়াকানফম পুন্নফম শঙলেন অথোইবনি। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি লমকাংখুলবু খুলঙমনখিবা শঙ্ হুয়েল শেলতাকলেল অথৌবা ফাঙৈগী শঙনে।। অনাল নিংথৌ তোললোই হোঙনা শঙ্নে।

খাবা কাপনরম নোংচেং হুলনারম

কংলৈ মকাইফম অমদি কংলৈ ঈচিফাই খাবা নোংচেংথক অশৈ তেরাল হৈতা-বাই। খাবা কাপনারম, নোংচেং হুলনারম-ও কৌবদি করি তৌখিবদগী কৌখিবনো হায়রবদি, খাবা নোংচেংবাগা, কেগে মোইরাং চাওবা মেলৈবা শৌবোল শানৌ ঙমবাগা লেমলৈ অকুমশোয় বানচেং ঙাদি আকা শোইবু শোইমুলনঙৈদা। চাওবা শৌবোলঙমবান্না। খাবা নোংচেংববু মকন্থী থোকনা শাওখিয়ে। নোংমগী কোরৌ

---

* হিয়াংলোই হঞবদি মাবজিংনে, খুনফাংথৌ ৯গী ফমথৌশিংগী মনুংদা অমনি। -ফম

খাবা কাপনরম নোংচেং হলনারম

চাওপা মেলইপকি মাপারি লোকপা লাইপানা। কৌপা লমমাহলতা লাইয়েংয়ে।। মাসানৌ চাওপা সৌপোনা।। মানুং চীঙকোল থাপালারাই নোংতা চীঙখাল লইমারুনা।। হুতইতেল সাখিয়ে।। মাপন পলথৌ নিংথৌ চাওপামেলইপানা।। কচেং তংখু তংহললী।। লইনুং হিকাপ য়াইকাপ-লী।। খোয়মা লাংতেলথকতা লমতমলীপু।। লীরী থামোইতিং।। ব্রাইরা সেংকমথোং লাকাতেলমইরাকনা।। ব্রাইরা তেলব্রাইথারপতী।। মালেম লইতা পাল্পাতী।। লইরাই লইকু।। লইরাই কীনথারে।। ব্রাইরা তেনথা মারকতী।। লাংলেল কোঙয়াঙ ব্রাতা পাললাপাতী কোঙ্য়াঙ কংলাং থাংনা লাংলেন মাপালতুমলে।। ব্রাইরা তেলথামরকতী।। পামেল ব্রুতা পালপাতী।। তনলা ব্রুরাই কংনা পামেল মপাল লোইরে ব্রাইরা তেলথামরকতী।। খাপা নোংচেংপা লুতুরে।। মপারি সংকাইতেলহনপাকা মামোম

---

খাবা কাপনরম নোংচেং হলনারম

নুমিৎ অমদি চাওবা মৈলৈবগী মপারি লোকপা লাইবনা কৌব্রুগী লমশিং য়েংখি। মশানৌ চাওবা শৌবোননা মনুং চীংকোন থাবা লারাই নোংদা চীংখান লৈমরুনা হুতৈবা তেলবু শাখিয়ে।। মাপল পন্থৌ নিংথৌ চাওবা মৈলৈবনা কাচেং তাংখুল তাংহল-লী, লৈনুং হিকাপ য়াইকাপ-লী, খোয়মা লাংতোনথক্তা লমতম-লীবু তেন্দোং লীরী থমোয় য়ৌনা তিংনা চিংনা ব্রাইরা তেলকাপনবা শেংকমথোংনা লাকা তেলমৈ লাকনা ব্রাইরা তেলবু তেলকাপলকপদদি মালেম লৈদা তেলপাললুববু লৈকু লৈরাই চাওনা লৈকিনথরে। ব্রাইরা তেলবু অমুরক লিরি চিংনা তেলথারকপদদি লাংলেল কোঙয়াং ব্রাদা তেলপানলবগীবু কোঙয়াং ব্রাপল ফুকনা ব্রাপলদুসু কংলেদো। ব্রাইরা তেনথা অমুরক তেলকাপ্লদি, পামেল উদা তেলপাললুরবগী তনলা উরাই কংনা তলা পামেল উরাই উশি ওইনা তলা মপাল লোইরেদো ব্রাইরা তেলবু লীরী থম্মোয় তিংনা চিং লকা তেলমৈ লাকনা পায়না তেলথারকপদি খাবা নোংচেংবা কৌববু লুতুরে মপারি সংগাই তেলহনবগা মমোম

**খাবা কাপনরম নোংজেং হুলনারম**

কাঙকম য়ীচুপপীসুঙ্।। মখোয় ওমা ফুংকা লোঙচুম ব্রোই।। খমকোই কারোঙ ওইনা নোংমললে।। আতু নোংকীপু খাপাকাপনরম নোংচেং হুলনারম-ও তৌনা কৌয়ে।। খাপা নোংচেংপাপবু খাপা নোংজেল থাকনে।। লুতুব্রাই-অো তৌনা কৌয়ে।।

**সারেল শাশিল ব্রাই**

কংলই মাতাইমাদি।। খোইপীনা নমনলব্রাই।। হৈচেং লোইনাই চাকম ব্রাই ।। তাঙলম লোইনাই য়ুসীলব্রাই।।। মচেঙ কাইরইনুমালপানা।। সারেল সাসিল ব্রাইনে।।

**কংলৈ ঈচিফৈ**

কংলই মাতাইমাতি।। মেলখোঙলাক লইনামুংনে।। কংলই য়ীচিফৈ মেলখোমপা লইনামুংনে।।

**খুংখুম শঙ্**

কংলই মাতাইমাতী।। লাইসনা* য়ুমমা থই।। থোঙপম মনাও তীলপাচামপা।। চংনিং হেলপা।। পানবানা খুংখুম সঙনে।।

---

**খাবা কাপনরম নোংজেং হুলনারম**

কাঙকম ইচুপবীসু মখোয় অহুমসু ফুঙ্গা লোঙচুমকী মওংদা মায়গা মায়গা ওনশিননা খমকোই কারোঙ ওইনা তেলনা পান্দুনা শীবেদো অদু নোংদগীবু খাবা কাপনরম নোংচেং হুলনারম-ও তৌনা কৌনখিয়ে। খাবা নোংজেংবা লুতুব্রাই-ও তৌনসু কৌনখিয়ে খাবা নোংজেংথকনে।

**সারেল শাশিল ব্রাই**

কংলই মকাইফম অমদি খোইবীনা নমনল ব্রাই হৈচেংনা লোইনাই চাকম ব্রাই,তাঙলম লোইনাই য়ুশীল ব্রাই। মচেঙ কাইরৈ নুমালপানা। শবেল শাশিল ব্রাইনে।

**কংলৈ ঈচিফৈ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মেলখোঙলাক লৈ নামুংনে কংলে ঈচিফৈ মেলখোমবা লৈনামুংনে।

**খুংখুম শঙ্**

কংলৈ মকাইফম অমদি লাইসনা য়ুমমাথৈ। থোঙপম মনাও তীলপাচামবা চংনিংহেনবগী থোইনা হেননা নিংথীজবা পানবা খুংখুম শঙনে ।

---

* **লাইসনা:** লৈয়িপী মাংব্রাইপী, তুংব্রাইপী, মাচীপী, লাংকপ্পী, লাইসবা কোংবোইনু, কোম্হৌসু, চীংকোইনু, ৯মসি মাইবীবোননে। *-করথোংলমলেন*

মৈদিংঙু শামৈরাং ১০ চাকচা পুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সামইরাং[1] য়োইরেলপানা ১০ চাকচা পুঙ্নে।। হুয়েল লালনিকীতী।। কুমপা নিংথৌ সোইফমপা সাফু তময়েকলাপা।। লাংহই তমফিপালবা।। চীঙথারাও পালপা তুংথাংনাপা।। চীঙকপাক পানপা খোঙখইনপা।। ঙাংচেং ঙঙ্লীনাপা ফানা পুঙ্নে।।

কংলৈ শুমাং অহোং য়োইথোল পুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। নোংপাল্ অরামপামবা।। কংলই মাসুমাঙ।। অহোঙ য়োইথোলফমনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। নোংয়াই হাওতোলচম নাইচাতাপা।। নানইপলখোংথোংল ২ সকপা।। কাইপী য়োইহাঙ পামপা মারোং চুঙসুতা। তীলমেল তাসু তানা।। খেরে কাঙখোক থৌপাকা চকপা রইমা হাওনু আতেতাওবী।। তাঙচা

---

মৈদিংঙু শামৈরাং ১০ চাকচা পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শামৈরাং য়োইরেনবা ১০ চাকপু চানখিবা অথোইবা পুঙনে। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি কুমবা নিংথৌ শোইফমবা। শাফু তময়েক লাবা লাংহে তমফি পানবা, চীংথ্রাও পানবা তুথাংনবা চীংগাপাকপালবা খোঙখৈনবা ঙাংচেং ঙংলীনববু ফাখিঙৈগী পুঙ্নে।

কংলৈ শুমাং অহোং য়োইথোল পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি নোংবাল অরামপামবা, নিংথৌগীদি মনাও ইবুংঙো লৈবাক্কী অঙম অথৌ তিননা য়ৌরকফম ওইরিবা কংলৈ শুমাংদা লৈবা অথোইবা সনা কৈথেললেলনে।। হুয়েল লালদদি নোংয়াই খুমনচা হাওতোলচম নাইচাতাবা নানৈপলখোংথোংল অনী শকপনা কাইবী শওম শারেল শাদি শওম শাবু ফানবা পায়নবা- চুংঙ্গোই তা তীমেল তাদি খুৎলোই শুনা পাইবা, খেরে কাঙকোক থৌবগা চকপা লৈমা হাওনু অতেতাওবী, তাঙচা

---

১। মৈদিংঙু শামৈরাং : মৈদিংঙু নাউফংবনা খুমন নিংথৌ য়োইরাংপোক পুলসিবগী মনাউ কচেং খুয়াবনা পোকপী কাইরৈমাগা য়াওরেবা চনুগা অনীমা পান্নদুনা কাইরৈমনা শামৈরাং পোকএ। শামৈরাংনা কম্বোং নিংথৌ চনু লাইরৈমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহী ৫০ পাল্লমএ। মহাকথকতা মহাক্কী মনাও থমংলাংনা নিংথৌচা য়েক্কী য়ুম্নাক তাপা হৌখি য়ুম্নাকতি এংখোমনে। *-মৈহৌ:/ চৈ: কু:*

**কংলৈ অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

সমফাবী।। ফিমুনমনাকনানা।। খারা পালসা হেনবী।। তীনলৌ য়ীথইলওপী।। লাললু কোকসোকনানা।। লিরেল্ পাকাফন্না। অহোঙ মীয়ানফমনে।। নোংপাল কংলই মাসুমাঙ অহোঙ য়োইথোল পুঙ।। হুয়েল লালনীকিতী কে কে মোইরাং লাইচীঙখু চুঙয়াৎপা ফানা পুঙনে।।

**হুইত্রোলহনবা শঙলেল**

কংলই মাতাইমাতী।। নোংপাল তিলপাচামপা।। লালহোই সঙনে ৱাঙম নহা হুইত্রোলহলপা[1] সঙলেনয়াইনে।। মইতেংঙু হিতামসুপুলসীবা থেমথা য়োইথোলসঙ।। হুয়েল লালনীকিতী কে কে মোইরাং কুমৱোনবী কুমৱোনপা।। সীমিৎপীকতলপা।। আরেরাকাপাসু।। সলথিলপা ফানা সঙনে।। নোংয়াই অরীকখুব পাংখাইচমপা।। য়ুমচিনচাকো নারেংতোংনা সঙনে।।

---

**কংলৈ অহোঙ য়োইথোল পুঙ**

শমফাবী ফীমুনমনাক্ননা খারাপালশা হেনবী তীনলৌ ইথৈলৌবীগা লোয়ননা লাললু কোক ২বু পুবকনা লিবেন পাকা ফলনা য়ানদুনা মীয়াম পুমনা য়েংনহনবা অহোঙ কৈথেল, অহোঙ মীয়ানফমনে। নোংপাল কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়াইথোল পুঙনিদো। হুয়েল লালবু লালদাঙৈদা কেগে মোইরাংলাইচীঙখু চুঙয়াৎপবু ফাঙৈগী পুঙনিদো।

**হুইত্রোলহনবা শঙলেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি নোংবাল তিলপাচমবা লালহোই শঙনে ৱাংঙম নহা হুইত্রোলহনবা শঙলেল য়াইনে মৈদিংঙু হিতামসু পুলসিবা থেমথা য়োইথোল শঙনে হুয়েল লালবু তৌনঙৈদা কেগে মোইরাং কুমওনবী, কুমওনবা, শিমিৎপী কাতলপাঅরেরা কাবসু শলথিলবনচিংববু ফাঙৈগী য়ুমনি। খুমন নোংয়াই অরীকখুবা, খুমল পাংখাইচমবনচিংববু য়ুমগী য়ুমচি অমদা চাকো নারেংথোংনবা শঙনে।

---

১। **হুইত্রোলহলবা :** মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী খোঙলুপতি হুইত্রোলহলবা খাবমনে। নাউথিংখোং মতমদা লোইশংসি লিংখৎখি। নাহালুপতা য়াইসাকুল লাকপা চোঙখালপা হলচাপা নাইখু লাকপা। হুইত্রোলহনবা নাইফালাকপা। অহইবা হলচাপা। হুইবৌই হলচাবা। ৮ অসিবু পোইবৈথৌ খুলফঙথৌ তাইয়মথৌ লাইফঙথৌ অসুম কৌএ।
-ফমলোন

**অয়াঙ শামুকোল**

কংলই মাতাইমতি।। আয়াঙ সামুককোল ব্রাখায়ামাঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। মরাল লইমা পোংনুতাওবী ফানা পুঙনে।

**অহোঙ য়োইথোল শঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেম্মপা* সঙলেলয়াইনে হুয়েল লালনিকীতী মরাম নিংথৌ খাঙপুমিংনাইপাপু।। পামেল ব্রুখাথানা আহোঙ য়োইথোল সঙনে।। মরাম থাওপী নুঙলাংকইসী চীঙকি।।। হুয়েল কাকলেলথৌ লালথৌয়াঙপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। তুপী কোইচা য়েক লাইরেল য়াঙলীসোলপুতমনা।। থাঙঙা যুমলাইথিংনা সঙনে।। খুলপী নোংলৈসংনা ফইথিং সঙ।। লইখাম তারই য়ালনা হেমোই সঙনে।। মইতেংঙু পোইরই খুনমোমবা।। থেমথা য়োইথোল সঙ নুঙখান খুলঙমসঙ হুয়েল লালসিংপা অথৌপাপু।। পামেল ব্রুখাথানা অহোঙ য়োইথোল মসঙনে।।

---

**অয়াঙ শামুকোল**

কংলৈ মকাইফম অমদি অয়াঙ শামুককোল অকল অথৌশিংনা য়াকা শঙ ওইনা শাখিবা মফমনে। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি মবাল লৈমা পোংনুতাওবীবু ফাদুনা পুবকঙৈ পুঙনে।

**অহোঙ য়োইথোল শঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাকথক্কী অথোইবা শঙলেলনি। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি মরাম নিংথৌ খাঙপুমিংনাইববু পামেল উগী উখা থানা শাখিবা অহোঙ য়োইথোল শঙসি শাঙৈদা মবাম থাওবী নুঙলাং কৈশী চীংগী হুয়েল কাকলেলথৌ লান্দা অথৌববু ফানা মোইমীৎ লৈচুননা তুবী লাইরেল তুথেক মওংবু কোইনা য়েক, লাইরেল মওং মাননা তমহনখিবা লৈনবা যুমদি অথোইবা ঙাকনা শেলনা থমনবা শঙ্গাইনি। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈগা থিংনবা শঙ । লৈখাম তারৈববু য়ালদুনা থোইনা লৈতেংবা শঙনিদো, মৈদিংঙু পোইরৈ খুনমোম্ববুসু পোক্নুনা নাওকোলখিবা শঙ নুঙখান খুলবু ঙমঙৈগী শঙনে । হুয়েল লালবু লালদাঙৈদসু লালদা থোইনা হৈশিংবা অথৌবশিং ঙমনা পামেল উগী উখা থানখিবা অহোঙ য়োইথোল শঙনে।

---

* মৈদিংঙু খাগেম্বা হাকথক্তা দোলাইবোই, দোলাইপাবা, শামু শঙ, হিদাক শুংবা. মোইবুং খোংবা, পেরে খোংবা শঙ লিংএ। -*শংলোন*

**পুঙলেল নোংচু য়াই**

কংলই মাতাইমাতী।। ৱাংঙমলোন কোনলোই লইমা খুংত্রেপ চাওপী মইদেংঙু থীঙ্পাই সেলহোঙপা[১] চনু।। ৱাইরা সাকুপী পুঙলেল নোংচু য়াইনে।।

**অহোঙ মীয়ানফম**

কংলই মাতাইমাতী।। খমলাং অহোঙপা কংলই মাসুমাঙ।। আহোঙ লালয়ানফমনে হুয়েল লালনীকিতী।। আতোল লালচেলপম নাহা।। আয়াঙ তওৱাংলাপু।। অহোঙ মীয়ানফমনে।।

**লাইঙ্গা ইৱানফম**

কংলই মাতাইমাতী।। চেংলই লুৱাংয়ীকা[২] তাকনা লাইরোংয়ীকা লমফেন সোইকপ য়ীকা থীকসেং

---

**পুঙলেল নোংচু য়াই**

কংলৈ মকাইফম অমদি ৱাংঙমলোন চনু, কোনলোই লৈমা খুংতোপ চাওবী মৈদিংঙু থিংপাই শেলহোঙ্ব চনু ৱাইরা শাবু তালুরবসু শাশিং য়াম্না পীবীবা ঙম্বী, ৱাইরা শাকুবী, অথোইবা মফম ওইরিবা, পুঙলেন নোংচু য়াইনে।

**অহোঙ মীয়ানফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি থোইনা হেননা কুইরবা কংলৈ পুংময়োন্দা লৈবা নহালঙৈগী অহোঙ মীতিনফমনে অদুঙৈদা লালবু তারুঙৈদা লালবু ঙম্না লালফা ওইরকপশিংবু ঙম্না য়াননা থম্নফম মীপুম তিংনা য়েংনফমনে। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদসু আতোল লালচেলপম নহা অয়াঙ তৌৱাংলাবু ফানা য়েংনঙৈগী অহোঙ মীয়ানফমনে।

**লাইঙ্গা ইৱানফম**

কংলই মকাইফম অমদি চেংলৈ লুৱাংগী ঈশিংগা তাকনা লাইরোং ঈশিংগা, লমফেল শোইকপ ঈশিংগনা ইরু

---

১। **মৈদিংঙু থীঙ্পাই শেলহোংবা :** মৈদিংঙু চীংথাং লাম্বাবানা খায়োইরোল চনু পান্নদুনা থিংবাই শেলহোংবা পোকএ, নিংথৌ ওই চহী ৫ পাল্লমএ। *-শাগৈ শা:*

২। **চেংলৈ অমসুং লুৱাং :** নয়ু তুপি যোইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখং অতেংবনা অৱাং কোরৌ নোংলাংপানগী মৈপুল্ হায়চৌ থাল চাকথাং শাইরোং ফাল সনা চোংলেন ইনচমখালহনচিং চীংমৈ ইন্না খুন্দাপুং নোংথৌ সরালেন অরীবা অহুমনা লৈকুৎ লৈরাইনুংদা মরাল হান্না ইনতমবনা চাইবিপুং চাইবি খুন্দাপুং কৌঙৈদগী নোংথৌ সবারেন ৩মাদি ১না সাপীশানে। ১না তোকপা সারে। ১না ৱাবা শারে। অতুকা ৱাবা নঙদি। লৈকু লৈরাইদা য়ুমশাঙমও। চেংলৈফম ওইনা ফুসা ৱানশা তমলৌরে। শাবি নঙতি লুৱাং শাও-ও। নাপিংঙাতী ঐকী তামক ওইনা সেমলু-ও। হাইতানা শেমহাললে। *-নি: ল:-১/পাখংবা লমলেন-৮-৯*

লাইজ্ঞা ঈব্রানফম

থাসেংফম।। চীনফু মায়তাফমনে।। লাইচা য়ীৱোন খোংনে। তীনচা লাইচা।। তীনমু লাইমু।। মানু মাখাঙ ব্বারেল লাললেম।। খুলচীন নাইচীন।। মীচীন মীপাও।। অরুম আখম চাকলাই তাংলাইতী।। হাওরই খানা পাংপারম লাইচা য়ীমু মাইরোইননা।। চেনথায়ীনে।। পুলসী নোংসাংকা হায়হই লৌইকা।। কপয়াং তাংয়াংকা।। পাৱোই পুৱোইকা।। ঙমতম থৌরাঙ কা থঙয়াঙ অয়াঙ কা।। চুঙসেল তাসু।। লমখল লালকোলকা।। কইথোঙ চকমারিং।। তাংমরিংকা।। সনমী নাইমী ।। ফিতুপ ফিতাই।।

লাইজ্ঞা ঈব্রানফম

মাইথজনা চীনখা তেং মাই মীৎ তা থিকশেং থাশেংনবা। লাইজা ঈশিং অচেনববু শোকনফম লৌনফম অথোইবা খোংবু লৈবা লাইজা ঈশিং শোকনফমনে । লাইজা ঈৱাল খোংনে। তীনথুং লাইথুং, তীনমু লাইমু, মানু মখাঙ, ব্বারেম লাললেম, খুলচান নাইচীন, মীচীন মীপাও, অরুম-অখম, চাকলাই তাংলাইদি হাওরৈ খানা পাংবা মাইকৈরোমদা লাইজা ঈমু মাইরোইননা চেন্থবা ঈশিংনে। পুন্সি নুংশাংনবা নিনফম, হায়হৈ লৌহৈগা, কপয়াংবা তাংয়াংবা, পাওই পুওইনবা মফম ঙমতম থৌরাংনবা মফম থাঙবু শুবঙমবা অয়াঙ অকন অথৌ মরোং চুঙবু পায়না তা শুঙমবা, লমবু চাওনা লৌবা কনবা ঙমবা লালশোকনবা ঙমবা কৈথোঙ চকমরিং তাংমরিংগা

১। চকমরিংবা অমসুং তাংমরিংবা :

চকপরোন পীনাইবদি মিচকন মীমীসোম, মেনাংন মেমোম, কনাঙ্গন কোনশেঙ্গনে, হারাঙ শান হারাঙপী; কাশক্ন কাশু, কৃব্দঙবন কুকুঙ্বী; মীহোকন মেনু; শারোঙখূনা শাবেঙ্হল, নারেঙখূন নারোঙহল; চাউরিবন চাউরিবী, কম্শীতোঙ্ন কমশীবী তাবামাথোই অসিদি পীনাইবনে। মখোয় অসিগী হাকতকত ফানতোল মোংবাচক লাই খুনতারিঙৈ কর্মাশিনুনা চক্মবিংবা,তাংমরিংবা, মুংমরিংবা, ঙাংমবিংবা ৪মা পোল্লবদি চিঙ ৩ লেল ৩ না পাখংববু কৌরুদুনা হাওকু তাংখম ফংতবগী থাঙবু ৱায়দুনা হনচিঙগী চিঙমৈ ইনন খুনকুল্লবদা সোরালেল অহুম্মক চায়থোকলে। নোংহুম শঙদা ফমবাল কাবদা কমশিবীগী মচা চকমবিংবা তাংমবিংবা অনিমদি পুমশায়খোংদা হোংদোকলে। মুং মরিংবগা তাং মরিংবগদি চৌবরীপুঙদা তারে।।

*- চকপবোল :-১*

লাইজ্ঞা ইবানফম

কোরী সেললচাও য়োৎপুল তমপুন।। সনা লুপাকা।। হাওরই লাইনা পাংনা চেনখৎয়ীনে।। লাইচা য়ীরোন খোং।। খোংলেল হেমতও য়াইনে।।

খোংলেল য়াইখু খোঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা।। থোংনাং খুনঙমখোং।। পুতাপতাও ফানা খোংনে।। খোংলেল য়াইখু য়াইনে।।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বা অহোঙপুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। লোইয়ম* মারান অহোঙপাপু।। আহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লালনিকীতী।। মাপু হাওপা য়েনত্রেল নমপোককি।। ফানা পুঙনে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা খঙনা খোঙ

কংলই মতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা।। কংলই থোঙলেলখইনে।। মীচিন মীপাও খুলচীন নাইচীন মানু মাখাঙ তীচা লাইচা তীনমু লাইমুতী।। খাঙনা

---

লাইজ্ঞা ইবানফম

শলমী নাইমী ফীতুপ ফীতাই কোরী শেলচাও, য়োৎপুল-তমপুল, সনা লুপা পুম্নমক্কা লোয়ননা হাওরে লাইনা পাংনা অবাং মাইকৈ পাংবরোম তমনা লাইজা ঈশিংনা ইচেনখৎপা ঈশিংনে। মফমদুদা লাইজা ঈশিংদি শোকনফম খোংনে, অথোইবা অতাংবা খোংনে, খোংলেল হেমতৌ য়াইনে।

খোংলেল য়াইখু খোঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাকথক্কী থোংনাং খুলবু ঙমখিঙৈদা তৌখিবা খোংনে। খোংসিবু তৌঙৈদা থোংনাং পুতাপতাওবু ফাঙৈগী খোংনে। খোং অসিদি অথোইবা খোং, খোংলেল য়াইখু য়াইনে।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বা অহোঙপুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লোইয়ম্বা মহাকথক্কী লৈনখিবা অথোইবা মীপুম কয়ানা য়ৌরকনফম ওইবা অহোঙ য়োইথোল ওইঙৈদা হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি মপু হাওবা য়েনদ্রেল নমপোককী ফাঙৈগী পুঙনিদো।

মৈদিংঙু খাগেম্বা খঙনা খোঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাথক্কী কংলৈ পুংময়োনগী অথোইবা থোঙলেল মফমনি, থোঙলেলসিদি মীগী মীচিন, মীগী মীপাও খুলচীন লাইচীন,

---

* মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা মহাকথক্তা য়োইরেল, মোইবা, অশৈবা শঙ ও তিন্নদুনা, পুথোক্নুনা শঙ লিংএ। -শংলোন

মৈদিংঙু খাগেম্বা খণ্ডনা থোক

থোঙনে।। সেলপী মীহীমোম।। থোংনাংমীয়াইমোমপু।। খাঙনা থোঙনে।। তুপী সানা নাথোঙচীন থোংনাং মায়াং তেকরাচা ফানা থোঙনে।।

মৈতৈ লৈমা লিম্বোইঙম্বী পুঙ

কংলই মাতইমাতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন।। লিনথোইঙমপী থোংনাং খুলঙম পুঙ্।। মাকুসারাপল মরিংপা ফানা পুঙ্নে।।

---

মৈদিংঙু খাগেম্বা খণ্ডনা থোক

মানু মখাঙ, তীনচা লাইচা, তীনমু লাইমু পুম্নমকপু ইরাৎ থৌনি তৌনা চাকথাক পীদুনা খাঙনবা থোঙনে। শেলপী কবো মীহীমোম থোংনাং ময়াং মীয়াইমোমবু চাকথাক পীনা খাঙনা থোঙনে; মৈদিংঙু তুপী মহাকথক্কী থোংলেনসি লিংঙৈদা থোংনাং ময়াং তেকারাববু ফাঙৈগী থোঙনিদো।

মৈতৈ লৈমা লিম্বোইঙম্বী পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমা অঙোম নিংঙোল ওইবী লিম্বোইঙম্বীনা থোংনাং খুলবু ঙমঙৈগী পুঙনিদো, হুয়েল লালবু থেংনঙৈদা মাকুশায়াপল মরিংববু ফাখিঙৈগী পুঙনিদো।

---

১। মৈতৈলৈমা লিম্বোইঙম্বী :

মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী নুপী, মৈতৈ লৈমা লিম্বোইঙম্বী, ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক থংবা ৱাংমদা তাবা অঙোম নিংথৌ নোংপোক কাসোম্বা লম্ফিৎ মনাউ শেনখু ফাবনা পোকচবি অঙোম য়েক্তা পোকপী অহনবিনি। নোংবাললোন লুচাউবী হায়না কৌরম্মী, করিতৌবদগী মৈতৈ লৈমা লিম্বোইঙম্বী কৌখিবনো হায়রবদি-- মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা অকলা লালদাবা চৎখ্রিঙৈদা। লৌতাংখুন তাংখুন মচীংলমগী তুশেন মনিন নাইবনা মোইরৈ কৈচোইববু ফাগে ৱাংঙম হাথৈববু খোলগে হায়না হুয়েল লালবু লানহৌরক্লবদা য়োইবু মৈতৈ লৈমা পায়মা লৌশিং অখোইবীনা মবুংঙোগী চেংলৌ শকপাম্বোং পুনুং লেপপাম্বোং মান্নবা ফিশেৎ লৈতেংনা শেম শাখিয়ে। শল্লাং শমদি চগো লৈ লৱাই লেনফুদা শমলাং লৈখত্তুনা পুন নাদা নাশি পুঙমাই নিংথিজনা য়ান্দুনা সল্লাই কোকয়েৎ মনিং তোলোক হাপনা চৈরৈ নমশাং ইয়ফিবু ওক-য়া তেমচিন শানা; মৈদিংঙু লাইরেল মশাবীগী মশক মতৌ মান্নবা তৌরে। কোনুং মনুংগী ইবেম্ম লোয়নবীশিংসু শমজি লৱাইদা থোংদুনা শাফি লানফি শেৎলে। মদাইরেম তাংখুল তুশেন হাও নিংঙাই চাউবাশিংদি হাউফী লানফি শেত্তুনা চয়োম চেংজেল পুনা য়োমদুনা খুত্তা তিমেন তাবাক পায়না ইকা ঙাগুম খেরাং থাং ঙনোই ঙানা চোংবগুম্মা পোইরৈ লমদা হুয়েল লাল দারক্লবা মতমদা ইবেম্মা লৌশিং চাউবী মৈতৈ লৈমগী মপুক্লিংদা খংনিং নিংশিংলত্তুনা হায়রকখি। ইনাই অচানবশিং তুশেল লান্দা থৌবশিং নখোয়দি মৈদিংঙু ঐনা অক্লা খুঙ্গং লাল দারুববু তেংবাংলদে হায়না, হায়রবদা তাংখুল মনিল নাইবশিংদি মখোয় মশেল ৱা তান্নখি।

**লৈমা নোংপালোন লুচাওবী পুঙ**

কংলই মাতাইমতী লালুকোকসোকনাপা ১তী।। য়োইপু মইতইরইমা আঙৌপা চানু।। নোংপাললোল লুচাওপীনা।। তাখেন লাংথা খুলঙম পুঙ।। মাল্লা মিংনাইপা ফানা পুঙ্নে।।

**মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা শঙলেল**

কংলৈ মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী ক্যামপা সঙলেল য়াইনে।। পোঙকি খুলঙম সঙ্।। হুয়েল লইহকপী লইহকপা ফানা সঙনে।। হনতুঙ খুলঙম সঙ।। হুয়েল মীয়িলপী মীয়িলপা।। হোঙনা সঙনে।।

---

**লৈমা নোংপালোন লুচাওবী পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি লালু ককনখিবা মফম অমদি য়োইপু মৈতৈ লৈমা অঙৌবা অঙোম চনু নোংবাললোন লুচাওপীনা তাখেল লাংথা খুলবু ঙমখৈদা হুয়েল লালদদি মাললা মমিং লৈববু ফাঙৈগী পুঙনিদো।

**মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা শঙলেল**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী কিয়াম্বা মহাথক্কী শঙলেন অথোইবা মফমনি। পেঙকি খুলবু ঙমখৈগী শঙনে, হুয়েল লালবু লালদাঙৈদা লালদা থোইনা হেননা অথৌবা লৈহকপী লৈহকপা ফাঙৈগী শঙনে হনতুঙ খুলবু খুলঙমখৈদা হুয়েল লালদা অথৌবা মীয়িনবী মীয়িনবা ফানা হোঙনখিবা শঙনে।

---

লাইরেল মৈদিংঙুদি কবো শেলবী অক্লা লমদা লান্দাখি হায়বদুদি হল্লক্লমলেদনা। নিংথৌগী শঙ্গাইদদুম থুংলমলে খুরুম্নসে হায়দুনা মকোক নোম্নাখুরুম্নবদা মৈতৈ লৈমা লিম্হোইঙম্বীনা ইনাইশিং অচানবশা নখোয়বু মৈদিংঙু ঐগী ব্লাংলৈ অযাকপা হাউদৈ অথুম্ববু লৈযে। ব্লাংলৈ অয়াকপা হাউদৈ অথুম্ববু থকখো হায়রবদা নিংথৌ শেনবা শারিবা য়োইহৈ খোংফাং সেলবীশিংনা তুশেল মনাইশিং পূম্নমক্তা হিদাক মনা অয়াকপা নোইশিলবা যুবু পুথোকতুনা ঙম্নমখৈ পিথকল্লে। লোইবী তুশেন চীংদা তাবা তাংখুল মরৌ তৌবশিংদি যুগী ময়াইনা কোক্তা কাখিদুনা তাংখুল অয়াম্বা ঙাউদুনা তাদুনা লৈয়ে। মতমসিদা ফৌগৈগী কৈথোং খুদিংদা তাংখুলশিংবু মঙক্তা থৌরী হুক্তুনা পূম্নমকপু পুন্দুনা ফাদুনা থমখি। লালফমসিদা তাংখুল তুশেন নিংথৌ হেনপুরিংবা কৌবা লান্দা থৌববু লানঙমখি। নুমিৎসিদগী নোংবাললোল লিম্হোইঙম্বী হুয়েলপুরিংবা ফাবী হায়না মিঙ্গৌনখি।

-নিং: ২২৭

মৈদিংঙু নিংথৌ খোমবা-পুঙ

কংলৈ মাতাইমাতী।। মইতেংঙু নিংথৌখোমপানা* চাখা মারিং খুলঙম পুঙনে।। হুয়েল লালনিকিতী।। মারিং তারাংকইকোইপীকা।। মাতু নিংথৌ কোলতে সলথিল লাংমইপাকা।। লইমু সেংথাকনা লইহাওসেংব্রোই পুঙ্নে।।

মৈদিংঙু খাগেম্বা-শঙ

কংলৈ সঙলেন মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা সঙলেল য়াইনে।। লংকোই মারামপা লোকনা সঙনে।। হুয়েন লালনিকীতী সিংমীৎলাঙকম মিংনাইপা লায়েপ লালথৌয়াঙ ফানা সঙনে।।

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা শঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী মুংয়ামপানা মুনুরাকপা তোংলেংতাওপা।। চাকমোম মইমিংনাপা ।। ফইখাম তাওপা ফানা পুঙ্নে।।

---

মৈদিংঙু নিংথৌ খোমবা - পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা চাখা মরিং খুলবু ঙমদৈঙেগী পুঙনিদো। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি মরিং তরাংকৈকোইবীগা মাতু নিংথৌ কোলতেশলথিল লাংমৈবগবু পুখ্রি তৌনহন লৈবাক মফম শেংনহন্নঙৈগী পুঙ্নিদো।

মৈদিংঙু খাগেম্বা-শঙ

কংলৈ শঙলেন অথোইবা মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাথক্কী অথোইবা শঙলেলসি শাঙৈদা লাংগোই শা শামুদি মরামবা কৌবাবু লোকনঙৈগী শঙনিদো হুয়েল লালবু লালদাঙৈদা শিঙমীৎ লাঙকম মমিং নাইনা লৈরবা, লায়েপ লালদা থোইনা হেননা অথৌববু ফানঙৈগী শঙনে।

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা শঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী মুংয়ামবা হুয়েললালদা মুনুরাকপা তোংলেংতাওবা, চাকমোম মৈমিংনবা ফৈখাম চাওববু ফাঙৈগী পুঙনিদো।

---

* মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা সনা হাকথক্তা কৈরুংবা য়াইরেক শঙ পুথোক্তুনা লিংখৎলমএ। -*শংলোন*

**মৈদিংঙু খাগেম্বা তাইপোং খুনঙম থোঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপা*।। তাইপোং খুনঙম থোঙনে।। চাওকোও মিংনাইপা ফানা থোঙনে।।

**কোরৌ মালেম লৈতাইফম**

কংলই মাতাইমাতী।। লুৱাং খোকৱাপোক চেংঙাপাল।। থীঙনম কাইপারম।। সারু নোংকাফম কোরৌ নোংতাইফম।। মালেম লইতাইফম আৱুপপা মাললেম লইতাইফম।। অরোংপাতী।। কোরৌ নোংহমফম ১০ চানিফম।। লইচা য়ীনিফমনে।।

**মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা তাচায় খোং**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা।। তীলমেল তাচায় খোংনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। থোংনাং মায়াং পাতাকোল ফানা খোংনে।। খোংলেল হেমতও য়াই।।

---

**মৈদিংঙু খাগেম্বা তাইপোং খুনঙম থোঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা মহাকথক্কী তাইপোং খুলঙমঙৈগী থোঙনিদো। লালদদি মমিং থোইনা লৈববা চওকোং কৌববু ফাঙৈগী থোঙনে।

**কোরৌ মালেম লৈতাইফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি লুৱাং খোকবাপোক চেংঙা পাল, থীঙনম কাইববম শারু নোংকাপফম কোবৌ নোংবু নোংতাইফম, মালেম লৈবু লৈতাইফম অউপপা মালেম লৈতাইফম অবোংবদী কোবৌ নোংহমফম ১০ চাকনিফম লাইজা ঈদি ঈনিফমনে।

**মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা তাচায় খোং**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা তীনমেল তাদি তাচায খোংনে হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি থোংনাং মযাং পাতাকোলবু ফানঙৈগী খোংনে; থোইনা হেন্না নিংথীজবা অথোইবা খোং খোংলেল হেমতৌ খোংনে।

---

* মৈদিংঙু খাগেম্বা হাকথক্তা সনা কৈথেল, খোয়বি কৈথেল, মোবান্বা কৈথেল ৩মা পুথোক্লুনা কাহল্লমএ।

মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা চামলৌ লাচেলপুঙ

কংলই মাতাইমার্তী।। মইতেংঙু শেলপী মুংযামপানা[১] চামলও লাচেল পুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। আনান লইমা থাবোল নিংথৌ চানু লইমা সুমকোংনু সাফাপী ফানা পুঙনে।।

অয়াঙ পামফৌকম

কংলই পুঙলেল মাতাইমার্তী।। আযাঙ পামফৌকম।। খোংসঙ যাথোকক্ষমনে।। মইতেংঙু লোইনাই থাবানথাপানা[২] রোকলেল চামা ফাপা পুঙনে।। থাঙবাই নিংথৌ মুংয়ামপানা।। মুংযোং খুলঙম কৈক তাংখম ফানা পুঙনে।। হুয়েল চেংখম ফান পুঙনে।। মৈতেংঙু পোইবই খুনচাওপানা[৩] খুংলাং খুলঙম পঙ।। পোংলেলপা যানা পুঙনে।।

---

মৈদিংঙু শেলবী মুংযাম্বা চামলৌ লাচেলপুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলবী মুংযাম্বা মতাকথক্কী চামলৌ লাবু হেকনবা শেমখবা চামলৌ লাচেল পুঙানদো। হুয়েল লালবু লান্দাইদুদি অনান লৈমা থাবোল নিংথৌ চনু লৈমা সমকোংনু শাফবী ফাববদুদো। পঙলে,

অয়াঙ পামফৌকম

কংলৈ মকাইফম পুঙলেল অহৌবা [illegible] কানা গৌবকনা তিনফম পুনশিং ওইবা [illegible] খোংসঙ যাথোকক্ষমনে।। মৈদিংঙু লোইনাই থবালথাবনা ওকলেল চামাব ফাখবা পঙনে। থাঙবাই নিংথৌ মুংযাম্বা [illegible] মংযোং খলবু ওমখইদুদা কৈক তাংখমব [illegible] পুঙনদে হুয়েল লালদব চেংখম ফাখবা পঙনে। [illegible] খুনচাওবনসু খুংলাং খলবু ওমদুদা পোংলেল [illegible] ফাদুগা পুঙনে।

---

১। মৈদিংঙু শেলাল মুংযাম্বা [illegible] শক ১৫১ [illegible] (লালদাব) মৈদিংঙু মুংযাম্বনা মচা ইবুংঙো খাগম্বব লাল ডাম্বএ। লান্দি শদ্দুইকা ফাযএ। অনাল খুম্লেলগা নাযএ (লালদাই)। লান্দি কোংচুঙপাসুং লালচঙপ সতোনোইবুসু ফাযএ। চৈ. কু. ৭১

২। মৈদংঙু থাবালথাবা -- চীংশোং হাওনাকপদা লাল ওমএ। লান্দি লৈখযা তক যানকও চীংশোং খুনবু মৈ থাবমএ। কোইচিং কোইমতৌদা লান্দাখিবদা থারা লালচেংশোই ফাবকই অদুগী থাব্রাম্বাবা কৌখিএ। চৈ. কু.-১২

৩। মৈদিংঙু খুনজাওবা নোংপোকপম চিংশোংগী কুম শক ১৫৭৯ দা কপো মংশা তাকএ। খুৎলাইসুং তোনশেনসুং মহৌসুং ওমএ লমদা থাদা লাংদে ওমএ। লান্দি সোম্মারেংবা ফাযএ। চৈ. কু: ৪২

লৈমা লিঙ্খোইঙম্বী থাঙয়ান পুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন লিথোইঙমপীনা সমপুম নিংথৌ মরাংপা কোনচল লালচুমপাপু।। কংলই থাঙয়াল পুঙনে।। পুঙচি নাতৈনাপাতী।। চারইরোন পাংকাঙমপীনা পল্লুহকম লাল মিংনাইপাপু।। কংলই পুঙফানাপা।। কংলই থাঙয়ান পুঙনে।।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বা-নুঙ

কংলই মাতাইমাতী।। তানথোঙ লমমাপাকি লেমথোঙ লমমাচুননে।। মইতেংঙু লাইরেল লোইয়মপা*।। চেঙচা নুঙকোইপী।। তায়োন থাংয়ই নুঙনে।। সেনলই মালতে য়ীহা নুঙ।। পাইরই মালতে য়ীহা নুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। বুকাপা।। হংয়েংপী হংয়েংপা ।। কাতালপী য়োংহকপা।। নামুপোংসাপী পোংসাপা।। ফানা নুঙনে।। চোংথাম নুরাফাপাপু বুই পৌতোং লোলনাফমনে।।

---

লৈমা লিঙ্খোইঙম্বী থাঙয়ান পুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমা অঙোম নিংঙোল লিঙ্খোইঙমবীনা শমপুম নিংথৌ মরাংবা কোনচন লালচুমবাবু ঙমগৈদা মতিক মথৌনা উংখিবা থাঙয়ান পুঙনে। কংলৈদা মস্দিবু নংতনা মফম অমদি চরৈরোল পাংকাঙমবীনা পনলুহকম লালদা থোইনা মমিং লৈবববু লালশোক্লগৈদা কংলৈ চনু মাতক মথৌনা উংনা লালবু ঙমনা কংলৈ মফমদা পুঙবু থোনহনখিবা কংলৈ পুঙপানবা, কংলৈ থাঙয়ান পুঙানদো।

মৈদিংঙু লোইয়ম্বা-নুঙ

কংলৈ মকাইফম অমদি তানথোঙ ময়ুঙ চাওনা শাংবা লেমথোঙ মরাক পাকনা পানফরিবা মৈদিংঙু সাইবেল লোইয়ম্বা মহাকপক্কী চেঙচা নুঙকোইবী তায়োল থাংয়ৈ নুঙনিদো। শেলোই মালতোশিংনা ঈহা-নুঙ পাইরৈ মালতে ঈহা নুঙনে হুয়েল লালবু লালদাগৈদসু উকাবা হংয়েংবী হংযেংবা কাতালবী য়োংহকপা,নমুপোংশাবী পোংশাবাবু ফাগৈগী নুঙনে চোংথাম নুরাফববু উই পৌতোং লোলনাফমনে।

---

* মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা সনা হাকথক্তা অচোইবা শঙ লিংলমএ। -শংলোন

**ব্রাইরা তেলথা পুঙ**

কংলৈ মতাইমাতী।। লাইরেল মইতেংঙু তুপী চারাইরোংপা লাইরেল লাই পাখং আতেংপানা।। তাংখুল লওতই খুলঙম পুঙ।। হুয়েল পুঙমাইরেঙ ফানা পুঙনে পুঙচিনাতইনা লাললু কোকসোকপা ১তী।। মইতেংঙু পুলসিপানা।। মনু খুনঙম পুঙ।। লাললু ৭০০ তী খাকা থানা।।। ব্রাইরা তেলসীঙ পুঙনে।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা পুরুম খুলঙম পুঙনে।। লাললু ৫০০ তী খাকা থানা।। হুয়েল লাংতেম পুঙতী থককা থোলনা।। ব্রাইরা তেলথা পুঙনে।।

**লৈমা লাইশ্রা ফৌ ফৌফম**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইরইমা লাইসারা ফৌ ফৌফমনে[১] কংলই মাখনমাতী।। মকিসল নাব্রাইপাতী

---

**ব্রাইরা তেলথা পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু তুপী চরাইরোংবা অথোইবা নিংথৌবু ওইখিবা মহাকথক্তা তাংখুল লৌতে খুলবু ঙমনা পানখিবা মফমনিদো। হুয়েল লান্দাঙৈদদি পুঙমাইরেঙ অথৌবা ফাঙৈগী পুঙনে। পুঙসিদা নৎতনা অতোপ্পা লাললু কোকপু কক্নখিবা মফম অমদি মৈদিংঙু পুনসিবানা মনু খুলবু ঙমলকঙৈদা লাললু কোক ৭০০ তী খাকা থানখিবা ব্রাইরা তেলবু তেমসিংনখিবা পুঙনিদো। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনসু পুরুম খুলবু ঙমঙৈদা লাললু কোক ৫০০ তী খোমনা খাগা থাননা হুয়েল লালদাঙৈদুদা লাংতেম পুঙচি থকতা থোননঙৈগী ব্রাইরা তেনথা পুঙনে।

**লৈমা লাইশ্রা ফৌ ফৌফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতৈ লৈমারেনবী লাইসানা থাঙয়ি ফৌবু ফৌনরমবা অথোইবা মফমনিদো কংলৈ মফমসিদা

---

১। **মৈতৈ লৈমা লাইস্না ফৌ ফৌফম :**

নোংথিল খোইয়ম লাইওইবা অহিং মীওইবা তুপী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেল পাখংবনা মশানৌ লাইস্না হৈরোং নিংথৌ চনু হৈরোং লোংলিবানা পোকপী। লৈচিক চিকলিপানা নাওরানফবী লৈথম থমলিপানা পোকপী পোইরৈ মনুং ওইরিঙৈদা পামেল উকপক। কোঙয়াঙ ব্রাতোন কোননা পাললমঙৈ তৌরাং থাঙপকশা। চানা মিহৌননা পোইরৈ মনুং ওইরকপীকা পোইরৈপুঙ পুঙখঙনুংতা তে ৎনৌ চিতাই নাইতা পালমলনঙৈদা মসানৌ হেনলোই ৭ মাতা লমওক হাথরিঙৈতা নিংথৌ খাপা তৌসুপানা তুপী য়াইনোংতানা চিংন খোইয়ম ৭ মাপু চেংলৌশক খঙলাপাগী লাইশ্রা ফৌ ফৌফমতা তৌলেল খুৎতা সুনা ঙাইখমলে। মপা য়োকমাপায়োকপা শাইপা শারে। লাইশ্রা নুংচেং ঙাতাফম পুরুম চীঙখোঙ পাৎতা কানথালরাবকা

**লৈমা লাইশ্রা ফৌ ফৌকম**

কানবম।। নোংচেংচা মাযযীপার্তা তালনাবম।। মোইচুনাহা আপানবতী থোক্নাবমনে।।

**মৈতৈ লৈমা লিঙ্থোইঙম্বী যাওরৌ সায়া- খোং**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতইবইমা নোংপাললোন।। লিলথোইঙমপী।। যাওবও সাযাখোংনে।। নোংপাললোন চীঙচাবোইপীনা থাঙকঙ লোকনা পুঙনে।।

**খাপী অমাই, নোইনা ঙমতমফম**

কংলই মাতাইমাতী।। খাপী যাইহোলকীনা।। অমাই চইথংকিনা কাওবেল সললুকংআকংপাপু।। সামু খুংতাসুনা নোইনা ঙমতমফমনে।।

---

**লৈমা লাইশ্রা ফৌ ফৌকম**

নংতনা মফম অমদি অথোইবা কাওবেল মশলচাশিংনস্ থাবক্লনফম ওইখিল নোংচেং চা মথাইবাবু ভালখি মফম. মোইচনহা অপানববুস্ মফমদিদা লৈবে হায়না খঙতন্দুনা। থোকলকখিবা অথোইবা মফমনে।

**মৈতৈ লৈমা লিঙ্থোইঙম্বী যাওরৌ সায়া খোং**

কংলৈ মকাইফম অমাদ মৈতৈ লৈমা নোংপালনে [illegible] [illegible] নিংথোল লিঙ্থোইঙমপী, যাওরৌ শাশিং [illegible] ফমথোংনা তৌবা অথোইবা খোংনে, যাওরৌ শায়া [illegible]। নোংপানলোন চীঙচাবোইপীনা, থাবল [illegible] পুঙনি।

**খাপী, অমাই, নোইনা ঙমতমফম**

কংলে মকাইফম অমদি লৈবাক্কী অমাওপা যাইহোনকী অমাইনা চৈথংবকনা লেপাক্কী যাইফনবগীদমক কাওবেল শনদা মচাক অকংবা লুকংবু খুংতা পাইনা মশা মশা মখুং মশা থেকনা নোইনা জগোই শান। লমবু তুগু গাইবসা লকননে।

---

লাইশা। ৩০ [illegible] পাখাং মানপা পলেম মৈতৈ লৈমা ও তাংচিন ওইপা ও মানাচংগা খোইযম লাইকক ৭ মাপু তৌলেল খুংতাসনা ঙমপাললাবকা। নুংজেং নখোইকি ওাওফমতা হুলখাবাবনে হাযনা পাওতাকলবকি খিবলেল-।পু ফুনা লাইজা চেপকোং লোংপু লোংফাতালগে লৈবু লৈযালেল চনু লাইম্নানা পাখং যোইলেলপাপু খোনথংলকযে।
*-পা: লা:/ ১৪*

১। **অমাই চইথংকি :** মৈদিংঙু নাউথমবাগী মহাকথক্তা কংলৈ লৈপুংথোক লৈযালাংনা যাউচিল যাইমনখিলে। মৈতৈ লৈমা খুমকাম চনু উবিমখিনবা অমসুং যাওবৈবা (ময়েংবম) চনু অনীনা কংলৈগীদমক খাপী যাহোলকী অমাই চৈথংকিগা কংলৈ মীয়ামগা লোয়না লমদাইখি। নুমিৎ অদুবু যাওবৈ লৈযাখি খুনকাম লৈনাসুং ও হায়না কৌনখি।
*নি· লম্ব· ১১*

খাপী উসোই শঙ

কংলৈ মাতাইমাতী।। খাপী বুসোই সঙনে[১]।। মইতইবইমা নোংপালোন সুমলইমানা[২] মাপাবি লাইবেল লোইতোংপা[৩] নাওযোক সঙনে।। পমেল সোইচীলপানা।। তনলা সোইযামপানা।। আমেচকনা আমেবোংনা।। কোবৌ নোংতাইফম।। ব্রাঙপল নোংতাইফম।। কোবৌ যিরাংফমনে। চুপযেল ১ তাই নাওযেল ১ তাইনা।। সারইকাসা বাং।। পাথোমপারাক-সা। থাপী থাপালাং চীঙলোল্ তমলোলসুনা।। লইমা পুলসী নিনাফম নিংথৌ

---

খাপী উসোই শঙ

কংলৈ নকাইফম অর্মদি খাবী অমাইবী শিংগাদমক লিঙখিবা শাখিবা খাপী উশোই খঙনে। মৈতে লৈমা নোংপাললোন অঙোম নিংথোল শুমলৈমা[...] পোকচবী মপাবি ইবুংঙো মৌদিংঙু লাইবেল লোইতোংবান নাওযোকলকখিবা শঙলেলনে। পামেল উদি শোইচীলবনা তনলা খবেমলাদ শোইযামবনা অমেচকনা অমেবোংনা কোবৌ নোংবু নোংতাইফম বাঙপল নোংবু নোংতাইনবিন কোবৌ ইবাংনফমনে।। চুপযেল ১তাইনা নাওযেল ১ তাইনা কুমকী লাই কসাবু লাংনব পাথোম পবে লাকতুনা নুমিৎ, থান

---

১। খাপী উশোয় শঙঃ

চুশোম, শঙদি থবাখ লালনে। থাযাযনা পালথে। লাইথিংথৌ কৌব্রুগী লাংফম। নুংশাং পাবা থোকপনে মমিংদি হা য়িং অং সং কৌয়ে থঙ্মগী মথোৎ কৌনবিবনে। উশোই ইবাংফম থবন মযাইদা কাবন মবিদা লাইযিংথৌ ৯না লৈপাকনোংথৌ ৩না ফান্নখোদ, চাবা ১ দা লাইযিংথৌ তোংচীবেন্না লৈকিংলেন কীংনাইবা কৌনা ফমলে। চাবা ১ দা লাইযিংথৌ কোনশৌবেন খীং নাইবা কৌনা ফমলে। চাবা অমদা লাইথংথৈ। পেংশী শানোইবা হিংখানী তাৎ কৌনা ফমলে, চাবা অমদা নোংথৌ শোবাবেন্নে। সনা থম্বাল মতোন্দা ফম্না লাইনিংথৌ আচবনা শন্নাং নোংকুবেন খীং খীং কীং নাইবা কৌনা ফমলে। লৈহৌ লেং.

২। **মৈতৈ লৈমা নোংপাললোন সুমলৈমা :** মৈতৈ লৈমা শেলোই লাংমাই নাংথৌ চনু লংমাই খাংহন অহনবনা পোকপী নোংবাল্লোন সুমলৈমা মৈদিংঙু লোইয়মবানা পানদুনা মৈতে লৈমা ওইখি। *-নি: লম্বু -৮২/ শঙ্গাই ১৩৫*

৩। **মৈদিংঙু লোইতোংবা :** মৌদংঙু লোইযমবা সুমলৈমা পান্নদুনা, লোইতোংবগা ফিসুকোংগা ২মা পোকএ মৈদিংঙু লোইতোংবনা শংলৈমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই চহী ১৮ পাল্লমএ। *চৈ: ১০/শঙ্গাই ২৩৮*

খাগী
উসোই শঙ

পুলসি নিনাফম।। সুকনি সোইনিফমনে।। লোইয়মপা নুঙনে।। লোইতোংবা নুঙনে।। নুঙচি হিথানুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। খোয়পা নাওখোংসু।। তোনমু নাওখোংচা।। আতোল লাইথীঙকা।। কোক মারোঙহিনাওপা তেকপী ব্রোকসাপা কাওরেল সল শাপাপু ফানা নুঙনে।।

মেরা
সলতুফম

কংলই মাতাইমাতী।। মিব্রুরাক লমলইফম।। কাওরেল মেরা সলতুফম[১]।। সলথীল তেংমাইথীনপা।। তারং লইমাচা য়াংলইঙমপা লইরাং মাসুং মালপান।। চইরই লেরেপৌ।। হাওকু তাংকম খুৎ।। লাংপল কাঙচীল

খাগী
উসোই শঙ

লাংতনা চীংমী তম্মী পূম্নমক সুনা য়াওনা লৈমা পুন্সি নিনাফম নিংথৌ পুন্সি শাংনা পানফনবা পুন্সি নিনফমনে চাদা নাওদা নিনানা চীংবুরোই তমবুবোইশিংগী যাইফ থৌনিফম লোইয়ম্বা মহাকথক্কী নুঙনে। লোইতোংবনসু ইবাংনবা নুঙনে, নুঙচি হিথানুঙনে, হুয়েল লালবু লালদাঙৈদসু খোয়মা নাওখোংসু, তোনমু নাওখোংচা আতোল লাইখীঙবগা, কোকমবোঙ হিনাওবা তেকপী ওক শাবা কাওরেল শল শাবশিংবু ফাখিঙৈগী নুঙনে।

মেরা
সলতুফম

কংলৈ মকাইফম অমদি মিউরাক লমলৈফম কাওরেন শলদি নিংথীবা মেবা শলবু তুনাফম নিংথৌ মনাই লোইশং পুবা অঙম্বা, তাবং লৈমাচা ফমথৌ ফমলুপ অঙম্বশিংনা য়োইবু যোইহৈ চীংবুবোই তমবুবোই লৈপাক পুম্না ফীজেন্সি

---

১। মেবা শলতুফম :

লোইদাম আবে মেবা থানে লোইদাম থাজা কোলোয় মমিংথোং অফবা, আইতে তাউহুইবেং নুংনাং য়াইবীবেন সিদবা থাজা কোলোয মমিংথোং চুনবা, লযনুং থোংঙাবেন অহনবা সন্না কংলৈ পুংফাবনা চীংখোং পোইবৈতোন মপাবী তবুং সিংমিংনবাদা পাউমেনলকএ। নপল চীংখোং পোইবৈতোলনা থৌদু নুঙথোঙ হাংনসন, মানবী কসোম সন চিবংবা চীংথং সনলাই মানববু মবোং চয়গা তমনা কংলৈ সায়ি তানা খোইয়ম লাই অবিব্রুবু চীংখোং নামি য়োকনা ব্রাংবন নসা কননও হায়বমএ। অদু নোংগীবু লোইদাম অবে মেবা থা-ও তৌনা কৌএ। লোইদাম মেবা মীকৌ থানে, থাংযিনা ঙাংতম-য়ান লোইমোম খোইঙাং

মেরা
সলত্নু ফম

লোনফাপা।। কাইরই য়েলকু থীংফপা।। খুনু লুমচলফাপা হেমপা চীঙসাং লাললাওফিবু চরই লেংহান্ননা।। মারোং চইতমফমনে কংলই সায়ীতাইনাফমনে।। সলচী নারোঙয়ই।। হেকঙাই মাপাও-চাও কুরুপাংকায়ই।। থিলকাম মনিল নাইনা চইপী ফৈনা হায়না

---

নিংথীজবনা শেৎচা ইনজা নিংথীজবা লৈতেংগা লোয়ননা লাংবন কাঙচীন লোনফবগুম কাইরৈ য়েল মথিক মথা ফলনা য়েনদমবগুম খুনু লুমচন ফাবা লুতুনবগুম থোইনা হেনবা চীংশাং লাললাওবাগা লোয়ননা চরৈফী লেংহানননা শেৎতুনা মশুং মমানবা অঙম্বনা লেংপাননবা, কাওরেল লেংবা ঙাই খুনু তুফাংননা শমানবা থেংননি লম্বা চাবা য়েনবা য়েনদমনগুম অঙম্বা মশেল চাংদম চাংয়েংনফমনে। কংলৈ শা ঈতাইনফমনে। কাওরেল শল অথোইবা নিংথীজববু শলচীনারোঙ য়ৈনা মথুপ

মেরা
সলত্নু ফম

---

সাবা থানে। চীংখোং পোইবৈতোনগী মকুম থাবু ব্রাকাউদা, থাজা ব্রানিনদনা লোয়দাম মনোং ওইরক্লবা খুদিংদা মৈদিংঙুগী কুমজিং লোনমায় থক্তা লিকলু থাঙপান চিন চনৌ হুইচিন তুবু কংলা চাকচানোং লাইসনা ফুঙ্গা লাইরু-হম নোংয়াই মমাইবনা খাবী মথিনাইনা কায়বৈ সোকসোন অমুবীচানা সোইনিবা, সোয়য়াম্বনা অমে চাকনা অমে লোংনা, কোরৌ চিতাইফম, কাছা লৌলাংফম, চুপলেন অমা তয়, থারৈ কাছা-লাং, পথোম পরাক-সা, চীংলেন-তমলেনবু, লৈমা পুনসি-নি, নিংথৌ পুনসি-নি সুকমু সোইবু নিনা খোইয়ম লাইরৈমাবু উসোই ইবাংনা লেমলৈ অতাই ইরাং মংঙমগী তেকপী ওকপু থিনলে, ওকথিন পুংও কৌএ। লয়নুং হিসাবা তানতে খুৎহৈবগা ব্রাকয়ে হি অদুবু হিথাখিয়ে। হিথা-ও কৌয়ে। তোংজেং নাওমৈ ফবনা ব্রাকয়ে অদুবু খোঙ ওইনা অব্রাং কৌবা মেরা লোককী কাউবেন সনচিবু লাংলেন কোংয়াং-ব্রা নিনৈএ। কংলৈ লম্মহন, মালেম সনালৈ কংলা মীউ লাংনফমদা কাউরেন লাইথেং- চন মানবী লীগা লৌ, তরং লৈমচা য়াংলৈ ঙমবাবু লৈরাং মসুং-তম, মানবী সনথিন তেংমাই থিনবনা চৈ পিরে হাউকু তংকম খুৎলাংপন কানচিন লোনফাবা, কায়বৈ য়েনপু থিৎফাবা, খুনু নমথিৎ ফাবা, মরোং লাংকপ মংঙা ফাংবা খোমলেন মঙদা ফিবু মরোং লাংকপ মাঙইলপা, তেৎনৌ লুমায় থাং, লয়নুং অসৈবী সচি লাংকাম্লীনা কম্বী থাদা পমনা খোইজু তোনলোং ইকনা লয়নুং মমাইবী লিলি লিফোংবী, মাঙব্রাই তুংব্রাইবীনা মচেং কায়বৈ নাকতা য়েপনা, হাউকু তয়োন- খোম পিসিন তোমববু লিকলাং ঙাংকোই সি, চরৈ কিসিনা পাইখু লেংহাননা থিকলেন থাদা হুন কোরৌ পাউফরোই, চীংঙু লনসা লোইরবদা, খাবী থিয়াথৌ তাউরোই পূংলেনব্রাক য়োইরেন সলাই তবেৎমাগা সনচি নারেং য়ৈ, হেকঙাই মপাউ চাউ,

**মেরা সনতুকম**

মিকোলফমনে।। থাপা লাংথঙচানা।। সাব্লুল লেংতা থোংনা মাবোং মাঙথীননা।। তেৎনৌ লুমইপাংনা থাপীচইথংকি।। বুসোই যাইহোলকিনা।। চিঙথোঙ মিবেলখোমপু।। পাইমা লেংহাননানা।। লীকলাংঙঙকোইনা মাবোং লাংকোক ৫ ফাংপা।। থোমলেল মঙনা ফাওপাপু।। মাঙতাযিননা।।

---

**মেরা সনতুকম**

মবাং হৌনা কুপ্পাংকাযে কাওবেল মকনথি মপাঙ্গল [illegible] শাবুক ঙাপ্পক্কী মথপ মবাং হৌবকপবু অকন থৌর্বাশিংনা চৈথী ফৈনা হাইদুনা কাওবেল শলবু অথৌবশিংনা মবৌশং মথৌনা উৎনদুনা লাইগাদমক ফানংমনে। থাবা লংথাঙ [illegible] শউন লেংদা থোংদুনা মাবোং চুং মাংদা [illegible] থাং পাইনা থাব। মমাইবী চৈথংকী [illegible] যাইহোলাকনা। [illegible] থৌনি পাংনা চীংবুদে [illegible] পনা মীবেল কৌশিংনা থোমনা শামান [illegible] দগী থোইনা হেনবা মাপোং চুং মকোক ৫ ফা বগা, থোম[illegible]

[illegible] মনিং লাই চীং কছা মসেম্না [illegible] কাবৌ চিবাৎ তাইবগা লাইবেন মদি হুদি নোংদা লাইবেন [illegible] চিন পাকলোই ঙাংজা থেমদাই যেং, [illegible] সময়া থোঙ্গ, তুবী [illegible] লাইবেল সঙাদং মনিঙথম, ওকথা তেমাঙন মাবং চৈ মকা ফোং, [illegible] নমায হাউবৈ নোংনেম লাইনা পাংনা চীং, কাছাবেন অতোং [illegible] সিদববু খোথম মাইযোক্ল খেঙ্গমম লাইমক সিদবু [illegible] পুরি [illegible] চীংঙ পাবে থাপোননা [illegible] মাংলমেবব নৈবাং মতম মানবা মবোং সমাথন গমাঙ ঈনানা যৌদু নুংং [illegible] পলাই মানবব তেৎনা লমায থাংনা পনবী নোংলৈসংবু ঙংগোঙননা [illegible] সিগাবা ফিব মানবী সনলাই থেংনা চংলৌ মেৎলম থন, মলোঙ চৈগা তম কংলৈ সাথি তানা তুবী মাযোক্লে এ। লাইবেন মসান কননা থা, লোইথীন চীংবুবোইবা হেম্প তম্প থনবা পুন্নমন বাঙ্গান পুকৈ লোইহৌ থানে। লোইবী হুইযোমসা চুম্লন লানলৈ থেম, হুইবোং লুফা চিনবাসিংনা লাঙ্গোই সামু উনবু চুঙলি লাইসম খাং সাবিক খিং খি খিঙ ইঙেল লৈথেং চুঙবু মবোং ঙক্কা হুক লোইবি কোইবেং তা তেৎনৌ তাংখোক ওইবা তাবু, তিমেন খাওতপ পায, সমু থোঙকাপ তোয়না লোইল হাউচোং থানে। তেনবী চাকনেম তাংনেম্বনা চেক্লা নকাসা সব্বা চেঙকোই নীক্লা, নাকা নাপনা তুনং লংলামা নাপা কাফন্না, ৰাংলৈ অযাকপা, হাউদৈ অথুম্বনা তোক্কা লাইগা মেন্না সানু হাতাবা, হাতা ফানবা তুবি মমি যোক্লবা লাইবেন মসান কন্না থা, অসৈ ফমলেনগী তাউবোই পুংলেনৰাক্কা তুবি নতিক হায লাইবেন মঙল সক্লা খাবী যোইবেনফম মপু সনা য়ি লংবকোই, ফন্নাংচান লাইবেন সনা মতেংথাবু অসৈ পুবি থোক্লা অপোক চাদা

মেৱা সলতুফম

লইনুং মামাইপী।। লইরি লাফোংপীনা।। কমপী থাতাকোল ৱাইসেং ফামহনহাপ খোইচু তোললোঙ য়ীকনা লইনুং আসইপী।। সাচি লাংকপপীনা।। থোমসাপানা থোম ৬ য়েল।। লাকসাপানা লাক ৫ য়েন।। অঙাঙপা থাবা য়োইকৌ য়েল।। চাকখারোয় খুলঙম য়েল মেৎপা ৱুরাওপা।। আকোল সলচঙ, লোইফানা য়েল।। ৱোকয়া তামইচুমপু।। মাচেঙ কাইরইনাকতা য়েপনা খনিং মিকোলফমনে।।

ৱাংকোল চেকাই হলনাফম

কংলই মাতাইমাতী।। চীনফুলমমাপী।। লনখাইফম ৱাংকোল চেকাই হুনাফমনে।।

---

মেৱা সলতুফম

মঙলানচাদা লাইফাওব মাঙতা ইননা লৈনুং মমাইবী লৈরি লাফোংবীনা কমপী থাদা কোলনা ৱাইশেং ফাহাপননা খোইজু তোললোঙ মৈদাথাদুনা অমাইবী অমাইবা পেনা খোংবা লোইনদুনা, থোমশাবনা থোম ৬ য়েল লাকশাবনা লাক ৫ য়েন, অঙাংবনা থাবা য়োইকৌ য়েল। চাকখারোল খুলবুঙমবা য়েন মেৎপা উরাওবা অকো শলচঙ লোইফান য়েল ওকয়া তামৈ চুমবু মচেঙ কাইরৈ য়েলবু নাকতা য়েপতুনা লৈপাক্কী য়াইফনবা খনিং মীকোলনফম ওইবা মফমনে।

ৱাংকোল চেকাই হলনাফম

কংলৈ মকাইফম অমদি নিংথৌ লৈমাশিংনা মমাই মমীৎ পাংনফম নৱা নাওয়েক তমনফম নৱা অঙাং উনফম নৱা চাবোক শঙ ৱাংকোল চেগাই হুন্নফমনে।

---

লাইহুই লোম্লবগা পোইরৈ খুম্বোং মবিমগী তনবা ফৈরা তান্না কনবা, অযাং সমু খোঙনা য়াঙবশিংনা য়াংলৈ তাউবা হুইবু সমু খুত্তা শু, য়াংলৈ তাউবা খুত্তা কি, না চুপ ৱাঙ্গোন মান খল্লাংবা মোইকাই চীংগী হিগোক কুম্বাল লৈগুম্বা সিংলেন ক্বাকলৈবু কোকলেন লুফম হেন কংলৈ ময়ায় খায়না য়াংলৌ লমদাননরকএ। তনবা ফৈরা তান্না কনবা, অয়াঙ খোঙনা থোইবসিংনা তুবি সমজিন লোইযাফম লাইরেন কোনুং অচনবা সনা মখোঙ খাদা ৱাইথুংলবগা মদাইরেম তাউরোই পুংলেনৱাক্লতুবি মতিক সক, লাইরেন মঙন থানা অতাই পুরি থোক্লা, অপোক চাদা লাইহুই লোম্লবগ তাউবা হুইরি থোক্লা য়াংলৌ লমজেন থানে। লোইদাম আরে মেরা থা, মেরা মীকৌ থানে হায়দবরা।

*-থারোন*

**মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা মৈনেংফম**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু পোইরই খুলচাওপা[১]।। থংতা খোইনাই সেলহোঙপমসুনা।। মাহৌ খুলঙমপুড লেঙচোংমিংনাইপাফানা পুঙনে।। আযাঙ মইনেৎফমনে।।

**মৈদিংঙু খাগেম্বা থোং**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমপানা তলমু ফইনরাম।। তলহাও চনেৎনানা তুবেলমুংবী ফৈনা থিংনা থোংলেল ১ নেমনা সাপাতী পোইযই খুলচামা।। তাইয়ম নাই চামানা চৎনা থোংনে। থোংলেল ১ ৱাংনা সাপাতী।। মাচী খোইযম চীঙলেল নোংতাই নিংথৌকা।। মইতেংঙু সেলপী খাকেমবাকা।

**মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা অয়াঙ মৈনেংফম**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈতেংঙু পোইবৈ খুলচাওপা মহাকথক্কী শেল শাবম্বা শেল চৎন হোংহনঙৈদা হুযেল লালবু লালদানা মহৌ খুলবু ঙমনা লেঙচোং র্মমং লৈববু ফাঙৈগী পুঙনিদো অকন অথৌশিং চাংয়েং চাংদমনফম ওইবা অয়াং মৈনেৎফমনে।

**মৈদিংঙু খাগেম্বা থোং**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু শেলপী খাগেম্বা মহাকথক্কী তমমু উনা ফৈনা লামনা থা তলহাও উনানেৎন হাপ তুরেল মুংবী লৈরাই ফৈন থিংনা থানা লাননা চৎনবা অথোইবা থোং অমা নেমনা শাবদি পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী খুল ১০০ না লানবা তাইযম মনাই চামা চামানা লানথোক লানশিন চৎথোক চৎশিন তৌনবা অথোইবা থোংনে। অথোইবা থোং ১ ৱাংনা শাবদি মচী খোইয়ম লাইয়িংথৌ, চীংলেল নোংতাই নিংথৌগা মৈদিংঙু শেলপী খাগেম্বগনা

১। **মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা :** লোইতোংবম কবুইগী কুম শক ১৫৮৭ লাংবন থাদা চিংঙাদ্গী হৌনা থাং ৱাইপন (থাঙমৈবন্দ) য়ৌনা লাংখোং মবিন তৌএ । ফাইরেন লমদা থা ২মক্তা খ্বাইবম্বনগী লাংখোং কোয়না তৌএ। শক ১৫৪৪ মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা পোকএ। চহি ১৫ ফম্বান্দা লৈ চহি ৩২দা ফম্বাল কাই। ফোইজিং কৈনে, য়াবিপোক কৈনে, থিংনু কৈনে ৩মাসিদি খুঞ্জাওবনা শেমবনি। - *কৈবোই/চৈ: কুম্বা:-৪৫*

**ময়েদিংঙু খাগেম্বা থোং** লানন থোংনে মুংয়োং খুলঙম থোং।। থামুং মিংনাইপা ফানা থোংনে খাপা লাংথঙচান[1]।। ঙাঙনা তৌসুফমনে।। পোইরই অসইপা ৱাংঙম তেংথাফমনে।।

**ময়েদিংঙু থৱানথাবা হিকারম** কংলই মাতাইমাতি।। মইতেংঙু লোইনাই থাৱাল থাবানা[2] ৱাকয়ই হিকারই।। তুপী খুতই মাইতারমনে।।

**নাওরেম চনু থুমচা পুঙ** কংলই মাতাইমাতী চরইরোল নাওরেমপা চানুনা নোইনু থুমচা পুঙনে।।

---

**মৈদিংঙু থাগেম্বা থোং** লাননরম্বা থোংনে। থোংসিবু শাঙৈদা মুংয়োং খুলবু ঙমখিজৈদো থামুং মমিং নাইনা লৈববু লালদা ফাখিবা থোংনে। খাবা লাংথঙ চানা ঙাঙনা তৌসুফম ওইরম্বা মফমনে পোইরৈ শৈশকপনা ৱাংঙম মৈতৈ লৈপাক মীপুমনা তেংথানফম ওইবা মফমনে।

**মৈদিংঙু থৱানথাবা হিকারম** কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু লোইনাই থাৱালথাবনা ৱাকয়ে হিদি হিকারাম ওইনরম্বা তুবী খুতৈ মতাইরমনে।

**নাওরেম চনু থুমচা পুঙ** কংলৈ মকাইফম অমদি চরৈরোল নাওরেমপা চনুনা নোইনু থুমখোঙ ফংনা নোইনু থুমদি থুমজানবা পুঙনে।

---

১। **খাবা সনসেনথোং :** পোইরৈ অসৈপানা ৱাংঙমনা তেংথানবদি- খাবা সনসেনবগা ঙানবা নাহা সনঙাকপগনা শীংনাংনা থোংখোঙ ওই খীকলোইনা থোংপাক ওইনা থোং শাইএ। খাবা সোকচ্রোংবা কংলৈ লৈবাক মপানা, পামেলনা থোংখোঙ ওই তমমু চানেৎনা থোং শাই খাবা সনসেনথোং -ও কৌএ।

*-তোরৈবোল লম্বুবা-১০৪*

২। **মৈদিংঙু থাৱাল থাবা :** মৈদিংঙু হেমদৌ ইৱান থাবনা লিসুরোন খুয়োই ওম্বীগা অঙোম চনু হেমখুঙম্বীগা ২মা পানদুনা লিনসুরোন খুরোইঙম্বীনা খুরোম্বগা থৌৱাম্বাবগা নোংথৌ পোংনাউ তাবাগা মেনস্না মুংয়াং চাওবা ৪মা পোকএ; মৈদিংঙু থৌৱানথাবনা নোংবাল্লোন চকপ্রম চনু তৌগাইঙম্বী পান্নদুনা নিংথৌ ওই চহি ৩৬ পাল্লম্মী।

*-শঙ্গাই ফমমাং - ১৩৯/ চৈ: কু:-২৪০*

**অহোঙ যুনৈ পুঙ**

কংলই মাতাইমাতী।। মইতেংঙু থীঙপাই সেলহোঙপানা[১] অহোঙ য়োইথোল পুঙনে। হুয়েল লালনী কিতী।। খারাচোং আচোংপাখারাপোল আপোলপা।। চুঙচি মাতই মানাওপু ফানা পুঙনে।। মইতেংঙু লোইয়মপা[২] অহোঙ য়োইথোল পুঙ।। হুয়েল লালনীকিতী ব্রাইরং সেনপালুকাইপা ফানা পুঙনে মইতেংঙু লোইনাই খুনমোমপা[৩] অহোঙ য়োইথোলপুঙ।। হুয়েল লালনীকিতী।। অতোল মোইপুঙ লোকপা থোঙপু

---

**অহোঙ যুনৈ পুঙ**

কংলৈ মকাইফম অমদি মৈদিংঙু থীঙবাই শেলহোঙপা মহাকথক্তা শেমলম্বা অহোঙ য়োইথোল পুঙনিদো। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি খারাচোং অচোংবা খারাপোল অপোলবা চুঙচি মতৈ মনাওবু ফাঙৈগী মফমনে। মৈদিংঙু লোইয়ম্বা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল পুঙনিদো হুয়েল লালবু লালদাঙৈদদি ব্রাইরং শেনপা পুকাইবা ফানঙৈগী পুঙনে, মৈদিংঙু লোইনাই খুনমোম্বা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল পুঙনে হুয়েল লালবু লালদাঙৈদদি অতোল মোইপুঙ লোকপা

---

১। **মৈদিংঙু থীঙপাই শেলহোঙবা :** মৈদিংঙু চিংথাং লাম্থাবানা নিংথৌ পোকপীগা, খযোইবোলগা ২ পান্নৈ। খাযোইরোলনা থিঙবাই শেলহোংবা পোকএ। মৈদিংঙু থিঙবাই শেনহোংবনা নিংথৌ ওইদুনা চহি ৫ পাল্লমএ। *-শাগৈ শলা:-৬*

২। **মৈদিংঙু লোইয়মপা :** মৈদিংঙু ইবেংবনা হাওরৈবা তমহৈবীগা হাওবৈমা পীতোংনু নুফাগীগা ২মা পান্নদুনা হাওরৈমা তমহৈবীনা লোইয়ম্বা পোকএ। মৈদিংঙু লোইয়ম্বনা সুমলৈমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা চহি ৪৮ পাল্লম্মী। মহাকথক্তা পানা ৬ খাইখি। ১। অঙৌবা লুপ্তি লুপলেন লুপ, ২। নোংমাই লুপতি থৌগল লুপ, ৩। অকোং লুপতি কোংচা লুপ, ৪। খুরাই লুপ্তি লুপখুবা লুপ, ৫। লৈচোল লাকপা তোংলোংখোম্বা লুপ ১ চিং এ চিংচাকপ খুবাই ব্রাইলে লুপ অমা ব্রাংলে খাইচানখি ৬ খাইরচরুপ। অসিনা পানা ৬ থোকনা কাখি। *-সঙ্গা: ফ:-২৩৪-২৩৭/ চৈ:-৯*

৩। **মৈদিংঙু খুনমোমবা :** মৈদিংঙু চীংথাং লাম্থবানা নিংথৌ পোকপী পান্নদুনা পুরাম্থাবা খুনমোমবা ২মা পোকএ। ২মক নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু খুনমোমবনা য়াংলৈ ঙম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। চহি ১৫ পাল্লমএ। ব্রাকচিং কৈনে, চঙাং কৈনে, চাঙোম কৈনে, কোন্দা কৈনে ৫মাসিদি খুনমোমবনা শেমবনে।

*- কৈরোই/শঙ্গাই ফ:-২৪১/ চৈ:-২৪*

অহোঙ
য়ুনৈ পুঙ

চাকোইঙমপা ফানা পুঙনে।। মইতেংঙু সানাহোঙপা[১] আহোঙ য়োইথোন পুঙনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। থোনাং মায়াং আরিং আরাং তাউ।। লাক্কা সুমকাতাও।। ফানা পুঙনে।। মইতেংঙু তেলহইপানা[২]।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ।। হুয়েল লালনীকিতী।। খুলচাল হলপা মানাওচেকয়ামপা।। হইরেম কাতামপা ঙাতমপা।। খমলা মকি চামপা।। লাংকোই সাকোন লোইপা ফানা পুঙনে।। মইতেংঙু চইকনথেকপা।। নুয়ামফাবা[৩]।। অহোঙ য়োইথোল পুঙ।। হুয়েল লানীকিতী।। কমপোংবা য়াকোৎসিলহইপা হাওকোংপুৱোইনবা ফানাপুঙনে।।

---

অহোঙ
য়ুনৈ পুঙ

থোঙপু চাকোইঙম্বা ফানঙৈগী পুঙনে। মৈদিংঙু সনাহোংবা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লালবু লা‑ দাঙৈদদি থোংনাং মায়াং অরিং অরাংতাউ লাক্কা সুমকাতাওনচিংববু ফাঙৈগী পুঙনে। মৈদিংঙু তেনহৈবা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইতোল পুঙনিদো। হুয়েল লালবু লা‑ দাঙৈদি খুলচাল হলবা মনাও চেকয়াম্বা, হৈরেম কাতামপা ঙাতমপা খমলা মকিচামবা লাংগোই শগোল লোইববু ফাখিঙৈগী পুঙনে। মৈদিংঙু চৈকনথেকপা নুয়ামফবা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল পুঙনে, হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদদি কম্বোংবা য়াকোৎশিনহৈবা, হাকোংসুবু ফাঙৈগী পুঙনে।

---

১। **মৈদিংঙু সানাহোংবা :** মৈদিংঙু লাইরেলকোংয়াম্বা কৌদরিঙৈদা চোইনৌ সনাহোংবাও তৌনা কৌএ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বা নোংবাললোল খম্বালফাবী কবো চনু খোঙজোম্বী পান্নদুনা খৃ: ১৩২৪ - ১৩৩৫ ফাওবা পাল্লমএ।
*-শাগৈ শলাই:-৬/নিংথৌ:-১৮৮*

২। **মৈদিংঙু তেনহৈবা :** শক ১২৫৭ তা মৈদিংঙু তেলহৈবনা নিংথৌ ওইএ। হিনা চাইরেল থৈচংপুংদা হৈরেম খুঞ্জান শোকনৈএ ঙস্মে। লান্দি খারুক য়োইথোংঙাই হনবা কোনখুনাও হনু কোম্বোংঙাই ফারকএ। *- চৈ:কু: ১৬*

৩। **মৈদিংঙু চৈকনথেকপা নুয়ানফাবা :** ময়ুম মৈদিংঙু চৈকনথৈকপানুয়ান ফাবা-ও তৌনা কৌয়ে। মৈদিংঙু চৈকন থেকপা কৌদরিঙৈদা মৈদিংঙু পুনশিব-ও তৌনা কৌয়ে। মৈদিংঙু পুনসিবানা মৈতৈ লৈমা লম্বাসুগা অন্দ্রো চনু অনীমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা চহি ২৮ পাল্লমএ। *-নিং: লম্বু:-২১১/শাগৈ শা:-৭*

**অহোঙ যুনৈ পুঙ**

মইতেংঙু থাঙব্রাই নিংথৌ সেলপী কিয়ামপানা[১] অহোঙয়োই থোলপুঙনে।। খারি খুঙমপুঙ।। লাললু ৫০০ খাকা থানা লোৎ কমপুতী য়াইকাচল পুংপুন নিংথৌ কেনোংসাতী থককা থোলনা অহোঙ য়ুনই পুঙনে।। মইতেংঙু শেলবী মুংয়ামপা[২] শেলপী নিংথৌ ১০০ ফাপানা অহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লাললীকিতী।। খারোই নিংথৌ য়াংলই লালথৌয়াঙপাপু।। মায়োল নিংথৌ যুরুমপী য়ুরুমপাকা।। তোলপুঙ নিংথৌ ব্রানলোং খোংতওপাকা।। লালহাংনিংথৌ আপুংলালমিংনাইকা লালু ৫ কোকসোকননা।। অহোঙ য়োইথোল য়ুনই পুঙনে।। মইতৈংঙু সেলবী খাকেমপা[৩] লিব্রাই পলচুমপাঅহোঙ

---

**অহোঙ যুনৈ পুঙ**

মৈদিংঙু থঙব্রাই নিংথৌ শেলবী কিয়াম্বা মহাকথক্কী অহোঙ য়োইথোল য়ুনৈ পুঙনে। হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদা খারী খুলবু ঙমখিঙৈদা লালুকোক ৫০০ খাকা থা লোৎকমপুদি ময়াইগা চন পুংবুন নিংথৌ কৈনোংশাতী থককা থোলনা অহোঙ য়ুনৈ পুঙনে। মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা শেমবী নিংথৌ ১০০ ফাঙৈগী অহোঙ য়োইথোল পুঙনে, হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদি খারোই য়ংলই লালথৌ য়াঙপা, ময়োল নিংথৌ য়ুরুম্বী য়ুরুম্বাকা তোলপুঙ নিংথৌ ব্রানলোং খোংতৌবা, লালহাংনিংথৌ অপুং লালদা থোইনা হেননা থৌবা মমিং লৈবশিংগী লালু কোক ৫ বু পুরকনা হাপনা শেমখিবা অহোঙ য়োইথোল য়ুনৈ পুঙনে। মৈদিংঙু শেলবী খাগেমবা লিলব্রাই পালচুমপানা অহোঙ য়ুনৈ

---

১। **মৈদিংঙু থাঙব্রাই নিংথৌ কিয়ামবা :** মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবা কৌদবিঙৈদা থাংব্রাই নিংথৌ কিয়ামবা-ও তৌনা কৌই। মৈদিংঙু থাংব্রাই নিংথৌ কিয়াম্বা নোংপোক মাইকৈ পাংবদা লৈবা কবো লমগী শেনবি লাকচীং কবো খোইমোম লাইমৈ চীং কাম্বৈ লমদমদা শেনবি মুংখোং লৌবা লম কবো মুংয়াং কৌবা লম নোংপোক মাইকৈদা লালদাঙৈদা মুংখোং মুয়াং ঙমঙৈদগী মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবা কৌনখি।
*-নিং: লম্বু:-২৬৪*

২। **মৈদিংঙু শেলবী মুংয়ামবা :** মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবা কৌদবিঙৈদা থাংব্রাই নিংথৌ কিয়ামবা- ও তৌনা কৌয়ে। *-নিং: লম্বু:-২৬৪*

৩। **সেলবী খাগেম্বা :** থৌদাবা খাকীগী কুম শক ১৫৩৫ দা মুনু ঙমএ। লান্দি লাচেং ফায়এ। খাগেম্বনা মাইবা যু থকনৈএ। লৈখাম চেননৈএ। ক্যাং খোং তৌএ শামুথৌবুলা মচা পোকএ। *-চৈ: কু: ৪৫*

**অহোঙ য়ুনৈ পুঙ**

য়ুনাই পুঙনে।। হুয়েল লানীকিতী সেলবী ক্যাং নিংথৌ চওরেংখম লালথৌয়াঙকা চাখা য়ীতোকমা নিংথৌ।। খমচোং আথৌপাকা।। মুনু নিংথৌ লায়েপ লালথৌয়াঙকা মারাম মরিং চোংকা।। তাখেন আরাইচামপীয়াকা লাললু ৫ থারোলননা। আহোঙ য়ুনাই পুঙনে। মইতেংঙু পোইরই খুলচাওবা অহোঙ য়ুনাই পুঙ।। হুয়েল লালনীকিতী হুইনিং[1] মনিংথৌবা লাম্হৌয়াং ফানা পুঙনে মৈতিংঙু পোইরৈ খুনখোমপা[2] অহোঙ য়োইথোল পুঙনে।। হুয়েল লানীকিতী শাচুল নিংথৌ কইয়াঙপা।। ৱোকফুম নিংথৌ খোইফুরাঙকা।। মফৌ নিংথৌ চামপীরেঙকা।। লালু ৫০০ খাকা থানা পামেল ৱুখিল পুঙ।। অহোঙ য়ুনাই পুঙনে।।

---

**অহোঙ য়ুনৈ পুঙ**

পুঙ ওইথৈদা হুযেল লালবু লান্দাথৈদা শেলবী ক্যাং নিংথৌ চওরেংখা লালদা থোইনা হেননা হৈ-শিংবা অথৌবগা চাখা য়ীতোকমা নিংথৌ খমচোং অথৌবগা মুনু নিংথৌ লায়েপ লালথৌয়াঙবা মবাম মবিংচোংগা তখেল অবাইচামপীয়ানচিংবগী লাললু কোক ৫ লৌরকনা মথাং মথাং লোননা হাপনা লিংখিবা অথোইবা য়ুনৈ পুঙনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা অহোঙ য়ুনৈ পুঙনিদো হুয়েল লালবু লালদাথৈদদি হুইনিং নিংথৌ লান্দা থোইনা অথৌববু ফাথৈগী পুঙনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুলখোমপা মহাথক্কী অহোঙ য়ুনৈ পুঙনিদো। হুয়েল লালবু লান্দাথৈদদি শাচুল নিংথৌ কৈয়াঙবা, ওকফুম নিংথৌ খোইফুরাঙগা মফৌ নিংথৌ চামপীরেঙনচিংবগী লালু কোক ৫০০ বু খোমনা পুরকনা হাপতুনা তল্লা পামেল উখিলনখিবা পুঙ অহোঙ য়ুনৈ পুঙনে।

---

১। **হুইনিং পানসা:** হাৱোইবম অথিংবগী কুম শক ১৫৮৭ তা কালেন থাদা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা উ হোঙএ লান্দি হুইনিংগী পানসা অথৌবা লান ১০০ ফাববু পাওসাল্লা হাংনৈএ। -চৈ: কু:-৩৫

২। **মৈদিংঙু খুনখোমবা :** মৈদিংঙু শেনবী পাইখোম্বা কৌদবিথৈদি মৈদিংঙু পোইবৈ খুনখোমবা তয়ম নাইখোমবা ও তৌনা কৌয়ে। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা কুম শক ১৫৮৮ৱাকচিং থা ৫ নি ইবাইদা ফম্বাল কায়এ। ফম্বান্দা চহি ৩২ নে। লাংসোমবি কৈনে, চকপ্রৌ কৈনে ২মাসি মহাকথক্তা শেম্বনি - কৈরোই/চৈ: কু:-৪৬/নিং: লম্বু:-৩১৩

| | |
|---|---|
| ব্রাংঙমলোন থিংপাঙমবী পুঙ | কংলই মাতাইমাতী।। ব্রাংঙমলোন থিংপাঙমপীনা।। থিংপা চোং অচোংপা।। খুপোম য়াইসিরোনপা।। খুৎতাং য়াইচাওখুপা য়াইনম মাসীঙসুপা ফানা পুঙনে।। |
| চিনফু খোঙকালম | কংলই মাতাইমাতী।। চীনফু খোঙকালফম।। খাংপক য়ীতাসঙ খাপী খাংচোংফমনে।। |
| চীংবীলৈমা খোং | কংলই মাতাইমাতী থংথা নোংপাললোন সেলবী অকোঙ চানু সলফু খোঙথোংনপী।। নারুম চানেৎয়ানপী।। নোংপাললোন সলফুঙমবী লাকখোঙখা।। চিংপীরইমা খোংলেল য়াইনে।। |
| খাবী খোংফাংফম | কংলই মাতাইমাতী।। ব্রাঙমলোন আচেপ লালথাপীনা অমফে খুলঙমলাক লইচুম মিংনাইবা ফানারাকনা মেনাং তলপা খুচুপকেলতাপানা চীয়ইনফমনে।। খাপী* খোংফাংফমনে।। |

---

| | |
|---|---|
| ব্রাংঙমলোন থিংপাঙমবী পুঙ | কংলৈ মকাইফম অমদি ব্রাংঙমলোন নিংথেম চনু থিংপাঙমপীনা থীংপাচোং অচোংপা খুপোময়াই হাপনা য়াইশিলোনবা খুদাং য়াইবু হাপনা য়াইচাও খুবা য়াইনম মশিং শুবাবু ফাখিঙৈগী পুঙনে।। |
| চিনফু খোঙকালম | কংলৈ মকাইফম অমদি চীনফু মাইতাইনফম খোঙকালনফম ওইবা খাংপোক ঈতা শঙ খাপী অমাইবীগী খাংচোংনফম মফমনে।। |
| চীংবীলৈমা খোং | কংলৈ মকাইফম অমদি নোংবাললোন শেলবী অকোঙ চানু শলফু খোঙথোংনপী নারুম চানেৎয়ালবী নোংপাললোন অঙোম চনু শলফুঙমবী লাকখোঙখা চীংবী লৈমা মহাকথক্কী খোং। চীংবীলৈমা খোংলেল য়াইনে। |
| খাবী খোংফাংফম | কংলৈ মকাইফম অমদি ব্রাঙমলোন অচেপলালথাপীনা অমফে খুলবু ঙমনা থমঙৈদা লৈচুম লান্দা মমিং লৈববু ফানা লাকনা থমঙৈনে মেনাং তলবা হামেং খুচুপ কেলতাপা চীয়ৈনফম খাবী অমাইবীশিংগী পুনফম যৌবকপম ওইবা মফমনিদো। খাবী খোংফাংফমনে।। * |

---

* খাবী (মাইবী) : মাইবীগী শিম্বাদি লাইপাও তিনবাও, লাইগা তিনগা খাযোম চবান শাবোই-ঙাবোই খিবিক্কী মাইবীনা চাকথাগনি। কবথোং:

মোংবা
য়ুমতাংশাং

হয়ি চকঙইতা।। মাললেম চিথেক ৪ মা।। মাইকোই ৮ মাতা মারাল য়ুমকা তমতরিঙই।। মইতেংঙু ঙাঙোই য়োইমোংপানা[১] ।। কোরও চুমিতাং।। ব্রাঙপল নোংমিতাংপু য়েংনা ।। কোঙয়াঙ খাইচা মিতমলাকনা।। তাওখঙ য়ুমনে।। ঙাংঙোই য়োইমোংপা ।। য়োইচীকলেল তমহইপা লোলকোই লালকোই সেমপা।। সারোঙ পুঙমাই তাওপা য়ুমলাই কইরাইসাক তমহইপানা।। লোইপী চীঙকাকলেল কাকলেল মীঙমপা।। নামু পোংচেলপা য়ুমনে।। মৈতিংঙু

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

হয়ি চক নহালঙৈদা মাললেম চিথেক ৪ মা। মাইকৈ ৮ মকতা লৈরিবা মীওইনা ময়ুম য়ুমশা অমত্তা শাদরিঙৈদা মৈদিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংবানা কোরৌ অঙালবা মতম, নুমিদাং অমমবা য়েং অহিং নুংথিলগী খাঙনবা কোঙয়াঙ ব্রাদি কয়ানা নমুমীগী হকচাং, পাদম লৌনা। মাননবা তাওখঙনা শাখিবা য়ুমনে। ঙাংঙোই য়োইমোংপা য়োইচিকলেল তমহৈবনা চিঙতম, লৈপাক খুল শেমনা,কংলা পুঙময়োন শারোঙ পুঙমাই শেমনা, কংলৈ পুংপু লিংনা শেমবা য়ুম-কৈ নিংথীনা শানা য়ুমলিং খুললিং হৌঙৈ, লোইপী চীং কাকলেন, মীঙমবা কৌবা অচৌবা উচেকনা নমু মীওইববু মচিনচাক ওইনা চেন্দুনা পুঙৈদা অহানবা য়ুম-কৈ শাবা হৌঙৈগী কংলৈপুঙদা শাবা কাকলেল

১। ঙাংঙোই য়োইমোংপা য়ুম : য়োইমোংবা, তাওথিমাং, সানৌ মচিন মনাওনা কি কোৎ মঙারকপু সান্না পাওদোই হৌনা শাসিন্নাপুসিন্না লুব্রাইসিল কোইবেনসিল শকথোংসিল মাইথোংসিল থিকলাং থরাংসিল শমলাং মাইঙৌ সিন্নরে মমাইবা সঙ্খোং ব্রাকুমাইনা চুপসা মোইকেং তম্বীরে মোংবা য়ুমলেন কাবল অহুমসুবসু তাওখংলে (শারে) ঙাংঙোই যোইমোংবদি মোংবা মমৈহুত্তা চঙনা লাইরেন মতেহৈবু সালথুপখিয়ে। লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি মোংবয়িমতাংসাংবু কাবেল মাপলসুনা তাওখংলে। -পা: ফম্বাল- ৪১

মোংবা যুমতাংশাং

চৈকনথেকপা নুয়ান ফাপানা[১] ।। চাখা তাংখুন খুলঙমযুম ।। হুয়েল মারেতোং খমতিংপা ফানা য়ুমনে ।। মইতেংঙু সেলপী ক্যামপা[২] ।। চাপং খুলঙম য়ুম ।। কারেং খমমাইপাকপা ।। ফানা য়ুমনে ।। মইতেংঙু নোংপোক সনাতওপা[৩] ।। চোইনৌ সনা খমপামপানা সিকোং খুলঙম য়ুম ।। আসৌ লালমিংনাই চেকোং সানোঙপা ফানা

মোংবা যুমতাংশাং

মীঙমবা নামু পোংচেং য়ুমনে। মৈদিংঙু চৈকনথেকপা নুয়ামফবা মৈদিংঙু পুনসিবা মহাকথক্কী চাখা তাংখুল ঙমগৈগী য়ুমনি। হুয়েল লালবু লান্দাগৈদা মারেতোংখমতিংপা ফাগৈগী য়ুমনে মৈদিংঙু শেলবী ক্যামপা মহাকথক্তা চপং খুল ঙমলকতুনা লৈরমবা য়ুম,কারেং খমমাইবাকপা ফাগৈগী য়ুমনে। মৈদিংঙু নোংপোক সনা তওপা চোইনৌ সনা খমপামবনা শিকোং খুলবু ঙমখিবা য়ুমনে, অসৌ কৌবা লান্দা মমিং লৈরবা চেকোং

১। **মৈদিংঙু চৈকনথেকপা নুয়ামফাপা :**

খেখেরেক লৈপুংমাল কেগে নুংপিরাচা লাথাকোন মোইরাং কামুতাক্তা লাইবেন মৈদিংঙুনা খৌশাথবদি হুয়েল লাননিকীদি কেগে লম্মাবী লম্মাচাউ পুনুং ৱানথোংবী কোংয়াং তাংখাপাই নোইনু থুমদাং চাইনা ঙানথা লমপোকপী চেংলৈ য়াংখৌ তাইসু হাউচেং য়াংনমপুসু মপু হাউবা য়েনথা লেন্নমপোকব্কী কেগে মোইরাং লাংমাইবী লাংমাইবগা কেগে পরাউ পাংখ।ইচারববু কায়না হুল্লে। তুবি সনা মচুংশেলগী মীংহোংখিয়ে। লাইরেল মৈদিংঙু চৈকনথেকপা নুযানফাবও তৌনা কৌএ। মৈদিংঙু পুনশিবনি।

*-নি: লম:-২১১/শাগৈ: শা:*

২। **মৈদিংঙু শেলবী ক্যামপা :** মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বানা মৈতৈ লৈমা লিহোইঙম্বী পান্নদুনা কিয়াম্বগা শানোংৱাখৈরাকপগা ২মা পোকএ। মৈদিংঙু কিয়াম্বানা মৈতৈ লৈমা শেনবুংলোকপীগা লৈশ।থেম চনু অনিমা পান্নদুনা নিংথৌ ওই। চহি ৪০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমএ।

*-শাগৈ শা:*

৩। **মৈদিংঙু নোংপোক সনাতাওবা :**

মৈদিংঙু নোংপোক সনা লৌবা চোইনৌ সনা খমপামব-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো? সেনবি লমদাংসাং লমনুংশিদা লাইরেল মৈদিংঙুনা তোকমু লৈতম ফেন মানলেম লৈকন লৌ লৈমু মথোং হাংনা সনা চাংগা চিংনা লৌরময়ে। ময়িম শেলবি মীকৌনা কেগে তেংথাননা মংবুদি পাইও কৌয়ে। সনাবুদি খঙও তৌয়ে। অদুনোংগীবু মৈদিংঙু পরাউ হিথাবা খমলৈ মীনুংকোলগী পোংথোকক্কা শরা মীখুরোনগী পোংথোকক্কা সনা চাংগা চিংরুপা খনগা ওননা সনা পোৎতমববু খম-স্না লোইনেনবা নোংপোক সনা তাওবা চোইনৌ সনা খমপানবা-ও তৌনা কৌয়ে। (মৈদিংঙু চীংখোং লমগাইঙম্বা অতোম্বা মমিংনি।) *-নি: লম:/২৪১*

মোংবা যুমতাংশাং

যুমনে।। মইতেংঙু কাপোমবানা[১]।। পাললু খুলঙম যুম চওকোন মিংনাইপা ফানা যুমনে।। মইতেংঙু খোযম লাইমিং নাপা[২]।। কোরৌ নোংথিলচাইপা।। হুয়েল কাকু ফাপানা থোংনাং মায়াং সাকোল ক্বাকলপা।। ফানা যুমনে।। মইতেংঙু থাঙবাই নিংথৌ মুংয়াঙ পানা[৩]।। খামারাল খুলঙম যুম।। মত্রপা ফানা যুমনে।। ক্যাং নিংথৌ মুমসীনলোংথীপাপু।। বুরেপ চাখিলনায়ে।। আব্বা নিংথৌ রোমপারাচাতী।। মোংপা নাকতইমা।। থাঙ্ঙা যুমচিমাতা।। লাকথা লালমিং মাথানায়ে।। খামারাল চৌফা মিং নাইপাপুতী মোইমিৎ লইচুনাইএ।। মাখন নিংথৌ কোইরেং আনালাংপু মোংপা যুমনীঙতুংতা থাঙঙা যুমচিমাতা লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। মোলথৌ খমলাংপাতী

---

মোংবা যুমতাংশাং

সানোঙ্বা ফানা ঙমদুনা লৈখিবা যুমনে।। মৈদিংঙু কাপোমবা পললু খুলবু ঙমদুনা চৌকোং মমিং লৈবাবু ফাঙৈগী যুমনে। মৈদিংঙু খোইয়ুম লাইমিংনবা কোরৌ নোংথিলচাইবা হুযেল লালদা কাকু কৌববু ফানা থোংনাং ময়াং শাকোল ক্বাকলবা ফাঙৈগী যুমনে। মৈদিংঙু থাঙবাই নিংথৌ মুংয়ামবনা খামারন খুলবু ঙমঙৈগী যুম, মত্রপা কৌববু ফাঙৈগী যুমনে। ক্যাং নিংথৌ মুমসীনলোংথীববু ফানা উরেপ চাখিননৈয়ে। অব্বা নিংথৌ ওমপারা মচাদী মোংবা যুমগী নাকতৈমবা থাঙঙা যুমগী মচিমদা লাকথা লালমিং মথানায়ে। খামারল চৌফা

---

১। **মৈদিংঙু কাবোমবা :** মৈদিংঙু লমকাইঙম্বানা চাখা তাংখুলঙম্বীগা খযোইবোল চনুগা অনিমা পান্নদুনা চাখা তাংখুলঙম্বীনা কবোম্বা পোকএ, মৈদিংঙু কবোম্বানা থিংবাইঙম্বী লৈশাংথেম চনু অনিমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। মৈদিংঙু কবোম্বা ফম্বালদা চহি ১৮ দা শিএ। সুপনা পুন্সিবদি চহি ২৪নে। *-শা: শলা:-৭ / চৈ: কু: ২৪*

২। **মৈদিংঙু খোইমোম লাইমিংনবা:** মৈদিংঙু তুবি চবাইবোংবা খোইমোম লাইয়িংথৌবু শাইওনবা শেলবি তেথাউ লালথাবা-ও তৌনা কৌয়ে। নাবান অথৌববু কায়না হুল্লে তুবি সনা মচুংশেনগী মিংওনখিয়ে। লাইবেল মৈদিংঙু থোংনাং বসকোন য়িমচং য়ানবা শিংতাপোৎ নারন ফাবা মোইবুং পোৎতমলোই লিককোন খাউচাউলোই গ্বা য়াচুলোইবু লোইচনবাও তৌনা কৌয়ে। *-নি: লম্বু:-৩৩০ / ৩৩৩*

৩। **মৈদিংঙু থাঙবাই নিংথৌ মুংয়াম্বা :** লাইবেল মৈদিংঙুনা লোইবী মাখান নিংথৌ মৈচান লানথৌয়াংসু লাংপন চীংশাং খোইথিবা হুয়েল চামাইঙাং অথৌববু কাযনা হুললে। তুবী মাথাং মথৌমনগীবু মিংওনখিয়ে। লোইবী মাখান ঙমবা মাইঙাং লানথৌযাংবু মাইচম অথৌববু কায়না হুনব-ও তৌনা কৌযে। *-নি: লম:/২৭১*

**মোংবা যুমতাংশাং**

মোংপা য়ীমমিঙতুং নাকতৈ ১তা।। লাকথা চাওখোংমাথা নায়ে।। মইতেংঙু সেলবী খাকেমপানা [১]।। লিলবাই পালচুমপা য়ুমলেল য়াই। থোংনাং খুলঙম য়ুম।। ময়াং লালচাই য়ুমনে।। হুয়েল লালনীকিতী।। থোংনাং ময়াং প্রতাপ নারন লালথৌয়াঙপুনা সানাচকফি থানা য়ুমনে।। থোংনাং মাপারি পাতাকোল লালথৌয়াঙপু।। য়ুমচীন চাকো নারেংথোংনা য়ুমনে।। থোংনাং মায়াং তেকানারল লালথৌয়াঙপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। তাখেল নিংথৌ আরাইচামপীয়াতী ব্রুরেপ চাখিলনায়ে।। থংকান নিংথৌ খাব্রোনপতী মোংপা নাকতইমা।। থাঙ্ঙ য়ুমচাওমতা ।।

---

**মোংবা যুমতাংশাং**

মমিং নাইববুদি মোইমিৎ লৈচুনৈয়ে।। মাখান নিংথৌ আনারাংবু মোংবা য়ুমগী য়ুমনীংতুং থাঙ্ঙা য়ুমদি য়ুমচি অমদা লাকথা চাওখোং মথানায়ে। মোলথৌ খামলাংপাতী মোংবা য়ুমনিঙতুঙ নাকতৈ অমদা লাকথা চাওখোং মাথানায়ে। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা লিলবাই পালচুমবা তেলদম তেলকাপা তেলপালচুমবনা লৈরম্বা অথোইবা য়ুমনে। য়ুমসিদা লৈঙৈদা থোংনাং খুলবু ঙমঙৈগী য়ুমনে, ময়াং লালবু লালচাই ঙম্বা য়ুমনে হুয়েল লালবু লালদাঙৈদা থোংনাং ময়াং প্রাতাপানারন লান্দা থোইনা লালজং থৌববু ফারকতুনা সনা চকফি থানহনখিবা য়ুমনে। থোংনাং মপারি পাতাকোল লালজং থৌবাবু চংনা ফানা য়ুমগী য়ুমচিমদা চাকো নারেংথোংনখিবা য়ুমনে। থোংনাং ময়াং তেককানাবল লাঞ্জং থৌববু মোইমীৎ লৈচুনহনখিয়ে। তখেল নিংথৌ আরাইচামপীয়াদী চংনা ফানা উরেপকুম য়ুংনা ব্রুরেপ চাখিননখিয়ে। থাংকান নিংথৌ

---

১। **মৈদিংঙু খাগেম্বা ১সুং ময়াংলান :** হৈয়োংখোংজম মোনশংগী কুম শক ১৫২৮ ইবুংঙো শানোংবনচিংদুনা য়াংকোইবোমদা ময়াং লাকএ হায়দুনা চংএ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলৌএ। শানোংবসুং খামলৌএ। শামু ৩ লোংমৈ ১০০০ পাঙন পায়া ১০০০ থাঙ শাবা, কোন শাবা খুৎহৈবা, পৈরে কুংতোং, কাপে শাবা, ধোবী শগোল শেনবা শামু শেনবা অসি খৈবিক লোকলৌএ। পাঙন অচঙবা খৈবিত্তি লোয়শঙ অমা লিংলৌএ। লান্দি ১০০০ ফায়এ। মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফাবদি ফানলৈতাও গা মাইকা তাওগা সনা পুথিগা তেক্করাজ কৈরুংবগা পোনচেংখাগী মিংনাইবা ৬ ফায়এ।
-চৈ:কু:-৩৩

লাকথা চাওখোং মাথানায়ে। যীতোক নিংথৌ খমচেং আথৌপাতী।। মোংবা য়ুমচিমা থাঙ্ঙা নাকতইমাতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। ব্রুরূপ মাকতিংসা।। পানবা কইয়েকলাতী।। য়ুমমাঙ ৭সেলযানয়ে।। সাইপু সেলতোপনায়ে।। থোংনাং ময়াং লালু ১০০০ তী য়ুমমাঙ থোঙলেল চামু চানেৎনায়ে।। মোংপা য়ুমনীঙ তুং।। হুয়েন লালনীকিতী।। সেলপী সোংসুক মনিংথৌ তাখেন কামুং লালথৌয়াঙপু য়ুমনীঙ মোইমীৎ লইচুনায়ে।। পুরুম নিংথৌ লাংতেমপুতী।। মোংপা য়ুমচিমা।। থাঙঙা লাকতইমা লাকথা চাওখোং মাথানরওয়ে।। লমলেন থোংখোঙ কারালগা।। য়াওরও খুচুমমু।। কাইপীয়েক সাব্রোও।। সাব্রোও থারাইতাঙতী ৭ সেলয়াল্ নায়ে।। মাতাইরেম চইরই লাইরুরা।। ব্রাঙম লাকহিমোম সাফাপীপু

মোংবা য়ুমতাংশাং

খাওনবদি মোংবা য়ুমগী মফমমদা থাঙঙা য়ুমগী য়ুমজাও অমদা লাকথা চাওখোং মথানায়ে। য়ীতোক নিংথৌ খমচেং অথৌবদী মোংপা য়ুমগী মচি অমদা থাঙঙা য়ুমগী মফমমদা লাকথা চাওখোং মথানখিয়ে। উরুপ মাকতিং-শা পামবা কৈদি কৈয়েক লাবদি য়ুমগী মমাঙ মিৎয়েংফমদা য়াননা লৈতেংনা তরেৎ শেলগুম শেলয়ালনৈয়ে য়ুমচি শাইদাবু য়ালনা লৈতেংনৈয়ে। থোংনাং ময়াংশিংগী লালু কোক ১০০০ দি য়ুমগী মাঙ থোঙলেন অচৌবা লৈতেং ওইনা চামু চনেৎনয়ে। মোংবা য়ুমদি য়ুমনীংতুংদদি হুয়েল লালবু লান্দাঙৈদা শেলবী শোংশুক্কী নিংথৌ তখেল কামুং লাঞ্জং অথৌববু য়ুমগী মনিং থংবদা মোইমীৎ লৈচুনায়ে। পুরুম নিংথৌ লাংতেমপুতী। মোংবা য়ুমগী মচিমদা থাঙঙা য়ুমগী মতাইমদা চাওখোং মথানখিয়ে। লমলেন মফমমদানা থোংখোঙ কারল শানা কাচি কারোং শেমনা য়ারৌ শাদি খুচুমমু কাইপীয়েক-শা শওম, শওম থারৈতাঙদী তরেৎ শেল অরংবগুম্না য়ালনা লৈতেংনৈয়ে। মদাইরেমদি অচানবী লাইরুবা ব্রাংঙমলোন লাকহীমোম কাংহুজম চনু শাফবীনা

মোংবা য়ুমতাংশাং

মোংবা যুমতাংশাং

তাইরেল নারাঙপীচা মাসুংতমনা।। লাইচা খিকফেলননা নাহাই যুমনে।। লাংকোই সাকোন খোঙতাঙপাপু।। য়াংতই তাওপা পাতমনা কাঙক থাংনা।। হুইমুকুম যুমতই যুমনে।। মইতেংঙু পোইরই খুলচাওপা[১]।। থংথাখোয়নাই সেলহোঙপমসু।। খামারল খুলঙম যুমনে।। মত্রা ফানা যুমনে।। নুঙখান নিংথৌ সারইলাকপাতী।। বুরেপ চাখিল যুম।। লাংতে নিংথৌ খোমমারেংপাতী।। মোইমিৎ লইচু ফমনে।। সারোল নিংথৌ নুঙথোলপাতী।। ৭ সেলয়ালনা সাইফু সেলতোপনায়ে।। তোলসেল চাইখো নিংথৌ হুয়েল খেলপুঙপাতী।। যুমচিন চাকো নারেং থোংনায়ে।। য়ীতোক নিংথৌ খোঙথীনপাতী।। মোংপা যুমলেল্ নাকতইনা।।

মোংবা যুমতাংশাং

তাইরেন নারোঙবী চাবু খুৎতা শুনা পাইনা লাঈজা ঈশিং খিকফেলনা তরু তশেংনবা নহাইনবা যুমনিদো। লাংগোই শগোন শাদি খোঙতাঙববু য়াংলৈ তাওপা হুইগী মতৌগুম পুন্না কঙকা থাংনা হুইমুগুম লৈতেংনবা যুমনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা থংথা খোয়নাই শেল হোঙবনা খামারন খুলবু ঙমনঙৈগী যুমনে। মত্রা কৌববু ফাখিঙৈগী যুম, নুঙখান নিংথৌ শারৈলাকপবু ফানা উরেপ চাখিলনখিবা যুমনিদো। লাংতে নিংথৌ খোমমারেংবদি মোইমিৎ লৈচুনখিবা মফমনে। শারোলনিংথৌ নুঙথোলবদি, তরেৎ শেলগুম শেলয়াননা শাইফু শেলবু শেলতোপনখিয়ে। তোলশেল নিংথৌ হুয়েল লান্দা, খেলপুঙবদি ফানা যুমগী যুমচিমদা চাকোনারেং থোংনখিবা যুমনে। য়ীতোক নিংথৌ খোঙথীনবদি মোংবা যুমগী

১। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা থংথাখোইনাই শেলহোংবা:—

থৌকানাউচাম তখেনগী শক ১৫৭৫ লাংবন থাদা ইতোক নাবা চৎএ। লান্দি খারাম্নাংসুং চিংহাওপুংসুং খোংশানবসুং কোন্তেসুং সম্নাংলাংমৈবসুং ৫ মক্রচিংনা লান ৩০ ফায়এ। মখানসুং নায়এ।হাওম্রোইবম মুবগী কুম শক ১৫৭৬ ফাইরেল থাদা শারোন নায়এ। লান্দি লৌতোংবুল চিংনা লান ৫০ ফায়এ। নোংপোকপম চিংশোংগী কুম শক ১৫৭৯শদা কবো মংশা তাকএ। খুৎলাইসু তোনশেনসুংমহৌসু ঙমএ। লমদা থাদা লাংদে ঙমএ লান্দি খোম্মায়েংবা ফায়এ। -চৈ:কু: ৪২-৪৪

থাঙঙা য়ুমচিমাতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে। সলপুঙ নিংথৌ সেতাক লেল মীনুংঙাইতী থাঙঙা য়ুমচিমাতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। কাপী সাৱোমপাল।। থোঙলেল লমকারমকি।। পানবা কইয়েক লাতী য়ুমমাঙ থোঙলেল তলমু চানেৎনায়ে।। মোংবা য়ুমনীঙতুংতী।। লাংতে নিংথৌ হুয়েন ৱাংতইখমপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। মারাম তাফও নিংথৌ।। হুয়েল চোঙলেলপাতী।। য়ুমনীঙ ৭ সেলয়ালনায়ে।। মাখান নিংথৌ আচোংঙাতী।। থাঙঙা য়ুমচিমাতা।। লাকথা চাওখোংমাথানায়ে।। লোইবী অতাঙ খুলকি।। হুয়েলতুরাসেক অথৌপাতী মোংপা থাঙঙা য়ুচিমাদা লাকথা চাওখোংমাথানায়ে।। য়িংলেল চাঙৌরোককি পানবা কইয়েকলাপু।। য়ুমনীঙ তোঙলেল তলমু চানেৎনায়ে।। লোইপী মাহৌ চীঙলইমাপী হাওনু লাসংনুসাফাপীসু।। তাইরেলনারোংপীচা মাসুং তমনা।।

মোংবা য়ুমতাংশাং

য়ুমলেল মতাইমদা থাঙঙা য়ুমগী য়ুমচিমদা লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। শলপুঙ নিংথৌ শেলতাকলেল মীনুংঙাইবদি থাঙঙা য়ুমগী য়ুমচিমদা লাকথা চাওখোং মথানখিয়ে। কাইবী শওম অথোইববু থোংলেলদা লৈতেংনা পামবা কৈদি কৈয়েকলাবা থোইনা হেন্না চাওবা নিংথীজবনা য়ুমমাঙ থোঙলেল অথোইবদা তলমু উগু চানেৎনা লৈতেংয়ে। মোংবা য়ুমগী য়ুমনিংথংবা মফমদদি। লাংতে নিংথৌ হুয়েল লালতৌবা ৱাংতৈখমবু মোইমিৎ লৈচুনখিয়ে। মরাম তাফৌ নিংথৌ হুয়েল লালতৌবা চোঙলেলবদি য়ুমগী য়ুমমনিংথংবদা তরেৎ শেলগুম শেলযালনখিয়ে। মাখান নিংথৌ অচোংঙাদী থাঙঙা য়ুমগী য়ুমচি অমদা লাকথা চাওখোং মাথানখিয়ে। লোইবী অতাঙ খুলকি হুয়েল লালতৌবা তুরাসেক অথৌবদি মোংবা থাঙঙা য়ুমগী য়ুমচি অমদা লাকথা চাওখোং মাথানখিয়ে। য়িংলেল চাঙৌরোককি পামবা কৈদি কৈয়েকলা থোইনা হেন্না অচৌববু য়ুমগী মনিংথংবা থোঙলেলদা তলমু উগী পান্দমগুম চনেৎনায়ে। লোইপী মহৌ চীংগী চীংলৈমবী হাওনু লাসংনু

মোংবা য়ুমতাংশাং

লাইচা খীকফেললওনা নাহাই য়ুমনে। লোইয়ম ঙাংঙোই অহোঙপাচানু।। য়িব্রাংলোন লইমা নাইতাফপীবু।। হুইমুতমবা য়ুমতই য়ুমনে।। মইতেংঙু পোইরই খুনখোমপা[১] হোংতুং নিংথৌ ফুপারেঙতী ব্রুরেপ চাখিল্নায়ে।। পাইখু নিংথৌ লাকয়া লালথৌ য়াঙতী।। মোইমিৎ লইচুনায়ে।। সোংসুক নিংথৌ চওসেংখমতী।। ৭ সেলয়ালনয়ে।। সেলপী মাপারি লামুখমপু য়ুমচীন চাকোনারেং থোংনয়ে।। খালপোক নিংথৌ সারাওপাতী।। মোংপা নাকতইমা।। থাঙঙা য়ুমচিমাতা লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। মায়োল নিংথৌ লংসারোলপাপু। থাঙঙা য়ুমচিমাতা লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। লমলেল কংলা লাফুপোক।।। ঙাংলও হাকম ফাইকি পানপা কইনিংথৌপু য়ুমনীঙ

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

শাফবীনা তাইরেল নারোংবীচাবু লৌনা পাইনা, লাইজা ঈশিং লুপনা লাইজা খীকফেল চাইদুনা শেংদোকনা নাহইনখিবা য়ুমনে। লোইয়ম ঙাংঙোই অহোঙবা চনু ইব্রাংলোন মোইরাং চনু লৈম নাইদি নাইতাফবীবু হুইমুতমনা য়ুমতৈনবা য়ুমনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনখোম্বা মহাকথক্তা হোংতুং নিংথৌ কুপারেংবু ফানা উরেপ চাখিলনখিয়ে। পাইখু নিংথৌ লাকয়া লাঞ্জং লান্দা থৌববু মোইমিৎ লৈচুনখিয়ে। শোংশুক নিংথৌ চৌশেংখমদি তরেৎ শেলগুম শেলয়ালনৈয়ে। অব্রা শেলবী মপাবি লামুখমবু য়ুমগী মচিমদা চাকো নারেং থোংনখিয়ে। খালপোক নিংথৌ শরাওবদি মোংবা য়ুমগী নাকতৈমদা থাঙঙা য়ুমগি য়ুমচিমদা লাকথা চাওখোং মথানখিয়ে। ময়োল নিংথৌ লংশারোলববু থাঙঙা য়ুমগী মচিমদা চাওখোং মথানখিয়ে। লমলেম লমদি অথোইবা কংলা লাফুপোক মফমদদি ঙাংলৌ হাকমফাইগী পামবা কৈদি থোইনা হেন্না চাওদম শাংদমবা

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

১। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনখোমপা : মৈদিংঙু শেনবী পাইখোম্বগী অতোপ্পা মমিংনি।

থোঙলেল তামু চানেৎনায়ে।। থিংপ নিংথৌ মাবামসংপু মোংপা য়ুমনীঙতুংতা মোইমিৎ লইচুনয়ে।। সাইরেম নিংথৌ সাচুঙলেঙপু য়ুমনীঙ ৭ সেলয়ানয়ে।। অনাল নিংথৌ নোংয়িলপু অথৌপাপু।। মোংপা য়ুমলেল নাতইমতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। থোনলাং নিংথৌ।। হুয়েল চারীঙমপু।। থাঙঙা য়ুমচিমাতা।।লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। লোনলোই লওচীঙখই।। চীঙখই লমনুংসি।। সাতু কোনলোই চীঙকি।। সাৱোম সারাইতাঙবু য়ুমনীঙ থোঙলেল তলমু চানেৎনায়ে।। য়াংকোই সাকোন আঙৌপাতী।। য়াংলই তাওপা তমনা।। কংকা থাংনা হুইমুকুম য়ুমতই য়ুমনে।। লোইপী সাচুন মারইমপী।। হাওনু ফীয়িলনুপু।। তাইরেল নারেঙপীচা মাসুং তমনা লাইচা খীকফেলননা।। নহাই য়ুমনে।।

মোংবা য়ুমতাংশাং

কৈ নিংথৌবু ফানা য়ুমগী মনিংথংবা অথোইবা থোঙলেলদা তামু উগুম চনেৎনখিয়ে। থিংবা নিংথৌ মরামশাংবু মোংবা য়ুম মনিংথংবদা মোইমিৎ লৈচুনখিয়ে। শাইরেম নিংথৌ শাচুঙলেঙবু য়ুমগী য়ুমনিংদা তরেৎ শেলগুম শেলয়াননখিয়ে। অনাল নিংথৌ নোংযিলবু অথৌববুদি মোংবা য়ুমগী য়ুমলেল নাকতৈমদা লাকথা চাওখোং মথানখিযে। থোনলাং নিংথৌ হুয়েল লালদৌবা চাবীঙমপুদ থাঙঙা য়ুমগী য়ুমচিমদা লাকথাচাখোং মথানখিযে। লোনলোই লৌচিঙখৈ চীংখৈ পাংবা লমদি লমনুংসি। শাতু কোনলোই চীংগী শাওম শাদি থারাইতাঙববু ফানা য়ুমগী মনিংথংবা থোঙদি থোঙলেলদা তলমু উগুম চনেৎনৈয়ে। য়াংগোই শগোল অঙৌবদি নিংথীজববু য়াংলৈ তাওবা হুইগী পান্দমগুম কংকা থাংনা হুইমুগুম পুননা লৈতেংনবা য়ুমনে। লোইবী শাচুন মারৈমবী হাওনু ফীয়িলনুবু তাইরেল মনা লোংববু খুৎতা পাইনা লাইজা লৌনা, লাইজা খীকফেলননা নাহইনবা য়ুমনে।

মোংবা য়ুমতাংশাং

মোংবা য়ুমতাংশাং

মইতেংঙু তুপী চারাইরোংপা*।। খোইয়ম লাইমিংথোংবু সাইব্রোনপা খারম য়ীতোকঙম্নপা।। হুয়েল লমতারেঙ লালথৌয়াঙ ফানা য়ুমনে।। ব্রাকন খুলঙম চীঙকি।। হুয়েল চীঙথওরেঙ লালথৌয়াঙপু।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। তুপী কোইচায়েক।। লাইরেল য়াঙরিসোলপু তমনা ।। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনায়ে।। খুলপী নোংলইসং ফইথিংনা।। লইখাম তারইয়ালনা হেনমোই য়ুমনে।। কোমপা চাপাওরব্রাইকি।। পানবা কইচেংলাং কইরেল ব্রুকাপাপু ফমলেল সাইপু সেলতোপনানা।। ৭ সেলয়ালনায়ে।। হইরেম মইতানসোইকি।। থীঙলও ফাফইপা।। সেললই কাকানে কাতাপা। পাইরইতলকানে তল্তাপা।। ব্রোকলেল লাপা খারোনপাপু।। মাঙসোক সায়পু সেলতোপনায়ে।। কোরৌ আকুপপা।

---

মোংবা য়ুমতাংশাং

মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা। খোইয়ম লাইমিংথোংবু শাইওনবা খারম য়ীতোক ঙমবা। হুয়েল লালবু লান্দাগী লমতারেল লান্দা লাঞ্জং থৌববু ফাঙেগী য়ুমনে। রাংকন খুলঙম চাংগী হুয়েল লান্দা লাঞ্জং থৌববু ঙমনা ফানা মোইমাং লৈচুননা তুবী লাইরেলগী শঙ্কুমবু কোইনা য়েক্না লাইরেল মওং শাহন্দুনা থাঙঙা য়ুমগী মফম অমদা য়ুমগী লেতেং ওইননা য়ুমলাই থিংনায়ে। খুলপী নোংলৈসং কৌনা পামেন উগী উপালনা ফৈনা থিংনা লৈখাম কৌবা উপালনা পামেল তারৈ য়ালনা লৈতেংনবা য়ুমনে। কোমপা চাপাওরলাইকি পানবা কৈদি কৈচেংলাং কৈরেল কৈদি উকা তৈববু ফানা ফমলেল শাইপু শেলতোপননা তরেৎ শেলগুম শেলয়ালনাখিয়ে। হৈবেম মৈতানশোইকি থীঙলৌ ফাফৈবা। শেললৈ কাগনে কাদবা পাইবৈ তলগনে তলদবা ওকলেল লাবা খারোনববু মাঙশোক শায়পু তরেৎ শেলগুম

---

* তুবী চবাইবোংবা সনা হাকথক্তা অঙোম য়ুমজাও শঙ্গাই শঙলেনসি শাইএ।

-শংলোন

ব্রাঙপল অরংপা[১] তমনা য়ুমনে।। মাইপং চীঙ মাতোলকি হুয়েল সীঙপুৎ আথৌপাপু।। সনা চকফি থানায়ে।। ব্রাপা খেকব্রাই হাওনুকোনতে লওঙাকপী তাইকোল লওসঙপী।। লাংপল পুঙতিংব্রাকনা।। খোনব্রোনপীপু।। য়ুমচীন চাকোংনারেং থোংনা য়ুমনে।। লাইচা য়ীতুয়া।। তুয়াই লমনুংসিকি।। তাখেন পলচমারাই অথৌবাপু।। মোংপা য়ুমলেলমাতা।। লাকথাচাওখোং মাথানায়ে।। লাংতে লওমললাংকি।। হুয়েল কোঙঙা মিংসাংপাপু।। মোংপাথাঙঙা য়ুমচিমাতা।। লাকথা চাওখোংমাথানায়ে।। হেমপা চাওরোলচীঙকি।। লাংকোই মোইসা য়াহক চাওপাপু খাকা থানা।। লইমু সেংতাকনায়ে।। লইহাও সেংরেক্নিনায়ে। তলমু থকক্কা থোলনা তুপীনা চানেৎননা

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

শেলতোপনাযে। কোবৌ থক্তা নোংথাংনা কুপ্লাণী মতৌগুম রাংপল অরাংবদা থোকপা অবংবগুম তমনা মশেক মঙাল নাইবা যুমনে। মাইবং চীংগী মতোনগী হুযেন লান্দা থৌবা সীঙপুৎ অথৌবব্ ফানা সনা চকফীবু পুনহনখি। ব্রাবা খেকব্রাই হাওনুকোনতে লৌঙাকপী তাইকোল লৌসঙবী লাংপন পুঙতিং ব্রাকনা খোনওনবীবু যুমগী যুমচিনমদা চাকো নাবেং থোংনদুনা শাখিঙৈগী যুমনিদো।। লাইজা ঈতুযা তুযাই লর্মদি লমনুংশিগী মফমদা তখেল পলচমাবাই অথৌববু ফাবকনা মোংবা যুমলেলগী যুমচিমদা লাকথা চাওখোংমাথাযে। লাংতে লৌমললাংগী হুযেল লালদা অথৌবা কোঙঙা মিংশাংবব্ মোংবা যুমদা, থাঙঙা যুমগী য়ুমচিমদা লাকথা চাওখোং মথানৈয়ে।। হেমপা চাওবোল চীংগী লাংগোই মোইশাদি

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

১। **ব্রাংপন অরংপা তমনা য়ুম :**

মৈদিংঙু চাবাইলোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শাইওন্না মহাক থকতা শেনগী (সেঞ্জেং) য়ুম শাবে হাযবা তাকপনি। মোইনাং কোংযামবগী কুম শক ১৬২৬ ফাইবেল ২৬নি ইবাইদা শঙকাইবেন হৌএ সঙ মথোন ৩ শাএ শেন্না (শেঞ্জেং) ই ওইনা কুপএ। নোংথোনবম খোম্মাগী কুম শক ১৬২৭ শজিবু থাদি শগোলশেন্না হনএ। ২১ নি যুমশাকৈশদা শঙ্গাইবেন শঙকাযএ।

*- চৈ: কু:-৬৯*

মোংবা যুমতাংশাং

লাইরেলনা খোঙকানপা যুমনে।। মোংপাযুমনীঙতুংতা।। হুয়েল লালনীকিতী নুঙতেক মানিংথৌ ।। হুয়েল নুঙগারেঙ আথৌপাপু।। য়িমু মামই খপহুম খকতানা।। মোইমীৎ লইচুনায়ে।। তুপী কোইচায়েক।। লাইরেল য়াঙয়িসোলপু তমনা ।। থাঙঙা যুমলাইথিংনায়ে।। খুলপী নোংলই সংনা ফইথিংনাপা লইখাম তারইয়লনা হেনমোই যুমনে। সেললোই লওখোং চিথারামোই চীঙকি য়াওরও খুচুমমু।। কাইপী য়েক সাব্রোম।। সাব্রোম থারাইতাঙপু।। যুম ৭ সেলনায়ে।। কোরৌ আকুপপা। ব্রাঙপলতই আরংপাপু।। তমযুমনে।। সেলপী ৭ নমথওচীঙকি।। সোংসুক নিংথৌ চওমুচওচিরাচোংপু মোংপা যুমলেল নাকমাতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।। তাংপা চীঙমাঙনকি।। সেলচীঙ চারোং লালথৌয়াঙবু।। মোংপা থাঙঙা যুমচিমাতা।। লাকথা চাওখোং মাথানায়ে।।

---

মোংবা যুমতাংশাং

য়াহকচাওববু খাগাথানা লৈপাক তৌনহনলে, নাপী ফানহন, লম শেংনহন্না তলমু উবু থকতা থোলনা মতিক চাউবা নিংথৌ মহাক্না লাইরেল খোঙকালননা লৈরম্বা যুমনে। মোংবাযুমগী মনিংথংবদনা হুয়েল লান্দাঙৈদা ফারকপা নুংতেক্কীদি নিংথৌ হুয়েল লালজং অথৌবা নুঙগারেঙ অথৌবাবু ঈমু মমৈ খপহুম খকতানা মোইমীৎ লৈচুনানা তুবী লাইরেলগী শকতমবু হকচাংদা কোইনা য়েকনা লাইরেল শকওং শক্তম তমহন্না থাঙঙা যুমদুগী যুমলাইথিংনহনলি। নোংলৈশং কৌবা পামেল উপালনা ফৈনা থিংনা লৈখাম উপালনা তারৈনা য়ালনা থোইনা হেন্না লৈতেংনবা যুমনি, লাংমাইচিঙ শেনলোই চিথালমোই চীংগী য়াওরৌ খুচুমমু কাইপী শাদি কাইপী য়েক শওম, শওম থারাইতাঙ অচৌববু তরেৎ শেলগুম্না শেলয়ালননা লৈতেংনৈয়ে। কোরৌ নোংদোলদা নোংথাঙনা কুপঙৈদা নোংদোলথকপু লংবগুম্না থোইনা তকুপ তরংনবা যুমনে। শেলবী তরেৎনমথৌ চীংগী শোংশুকনিংথৌ চৌমু চৌচিরাচোং কৌববু ফারকতুনা মোংবা যুম অথোইবসিদা লাকথা চাওখোং মথানখিয়ে। তাংপা চীং মাঙনগী শেলচীঙ

মোংবা য়ুমতাংশাং

সাইরেময়াপীরোলকি হুয়েল সাইচঙলেঙকা মাখান লাইকা পুঙকি থোললাং নিংথৌ চারাচোংকা তাংকং খানতোময়াকি। হুয়েল মেনোঙপাকা।। মাসেন নিংথৌ সেনলিং পাকা খাপা লওতাংখুলকি।। কাওরেল সলমিনাপা।। সলতালাং আথৌপাকা লাললু ৫ থারোননা।। য়ুমনীঙ থোঙলেল্ তলমুচানেৎনা।। থোইনু আহোঙপী ঙাতাসল।। কাওরেল থোইকাপাক।। য়িংথী পামহইপা।। পানবা কইরেলফাপাপু য়াংলই তাওপা তমনা।। কঙকা থাংনা য়ুমতই য়ুমনে।। মালপী হইরোম কাও।। চীঙথংসললাই মালপা কাসোম সলচীপঙপাবু।। মাচী চীরেল য়েৎলমকিতা।। হইনা মরিলতৎতাপাপু।। য়াংনু য়াংসেং ফায়েৎননা মাচী চীরেল ৱোইরমকিতা লইখাম তারইয়ালনা হেনমোইসল।। কাওরেল থাপানপাপু।। লাঙসল্নারেংলও।। সলতংনা

---

মোংবা য়ুমতাংশাং

চাবোং লালজং থৌববু ফাবকনা মোংবা য়ুমগী য়ুমচিমদা লাকথা চাওখোং মাথানয়ে। শাইরেম যাপীরোলগী হুযেল লালতৌবা শাইচঙ লেঙকা মাখান লাইকা পুঙগী থোললাং নিংথৌ চারাচোংগা তাংকং খানতোময়াগী হুয়েল লালতৌবা মেনোঙবগা মাসেম নিংথৌ শেনলিংবগা, খাবা লৌতাংখুলগী কাওরেল শলমিনবা শলতালাং অথৌবগা লালু ৫ বু মথং মথং লোননা য়ুমগী মনীঙ থোঙলেলদা তনমু কৌবা উগা লোয়ননা চানেৎনৈ থোইনু অহোঙবী ঙাতা-শল কাওরেল শল অথোইবগা ঈথীং পামহৈবা পামবা কৌদি কৈরেল অথোইববু কাওরেল মানা ঙমখিবা কৈরেলবু থোইবা কাওরেলবু য়াংলৈ তাওবা হুইগী মতৌগুম কাওরেল ঙক্তা থৌরি কোংগোই থুনা য়ুমগী লৈতেং ওইনা লোইবা মালপী শলদি তোমথিন ওইবা শন, চীংথং সললাই মালবা কাসোম শলদি শলচী পঙববু মচি চীরেল য়েৎলম থাংবদনা হৈনা মরিল তৎতববু য়াংনু য়াংসং ফান য়েৎ মচি চীরেল ওইরম থংবদনা লৈখাম তারৈ য়ালনা থোইনা নিংথীজনা লৈতেংলবা

নারেংথাংনা।। লাইচা খীকফেল্ননা। তাইরেল নারোঙপীচা মাসুংতমনা।। নাহাই য়ুমনে।।

হায়া হে হে লিকলাই-ওা ।। লাইরেল চীঙখোঙ পুবইরেম-ওা।। মোংপা য়ীমতাংসাংপাপু।। তাইয়ুম য়ীব্রাকমানা মোংপা য়ুমলেন নাখুৎফা।। মাঙনব্রাংপা চীঙকুমপাপু হায়ালাওনা তেংথারকয়ে।। মোংপা য়ুমতাংসাং মাঙন ব্রাংপা চীঙ।। চীঙলেন পলংলনা। খোইয়ম লাইপুঙথোল আব্রাঙপা[১] অব্রাংমোংপী চীঙতাইবেম তেকপী ব্রোকখুরইনা।। কাকে কাঙমতা সাপী লাইতঙপানা।। তলকে তলঙমতাপা লাইরেল।। ঙাংঙোই

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

---

অথোইবা শল, কাওবেল থাপানবাবু লাঙশল নাবেং লৌনা শলতং নাবেং থাংনা লাকনা, য়ুমবু লৈতেংনবদা নৎতনা যাইফা লনকুনবা লাইজা ঈশিং লৌনা চাইনা তাইবেল নাবোঙবী চাবু খুৎতা পাইনা নাহাইবোল লাইশোল শোন্দুনা শেংদোকনবা তরু তনালনা থমলম্বা য়ুমলেল অথোইবা নাহাই য়ুমনে।

ভেংবানবগী মপু-ও। পূম্নমকপু শেম্নীবনা লাইথিংথৌ শিদবা মপু-ও। মোংবা য়ুমদি অচৌবা কাখন নাইনা, মযুং নাইনা, শাবম্বা নিংথৌশিংনা লৈবম্বা নিংথীজববা য়ুমশিংগী মবমদা অমুক হৌখিবা ইপা ইপুশিংনা লৈবম্বা য়ুমশিংবু নিংশিংজদুনা অখাকপা অমত্তা লৈতনা পাংদ্রবনা মথংশিংনা হাযজবক্কে। মোংবা য়ুমদি শাংদমনবা থোইনা হেন্না নিংথীজবা মঙনতবু যেংলবসু অব্রাংবা চীংগুম্না উঙমবা য়ুম, অথোইবা চীংদা শাবম্বা য়ুম, খোইয়ুম লাইবুংথৌশিংনা খুন্দাঙেদনা লৈকু শাংশানবম্বা অব্রাংবা মফম ওইবিবা অব্রাং মোংবী চীং হাযনসু

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

---

১। **খোইয়ম লাইপুঙথৌ অব্রাঙপা :** নোংথৌ সোবালেন অহুমকপু খঙনবগী ব্রানি। সোবাবেল অহুম হাযবদি। চক মবিংবা, তাং মবিংবা, মুং মবিংববুসু খঙনৈ। নোংথৌ সোবাবেল অহুমগী মতমদা শাবম্বা য়ুমবু লৈকু শংশা কৌনৈ। অসুম্না পল্লি নোংথৌ সোবাবেল অবিবা অহুমনা লৈকুৎ লৈবাইনুংদা মবাল হান্না ইনতমবনা চাইবীপুং চাইপী খুন্দাপুং। *-নিং: লম্বু:/চকপাবোল*

মোংবা যুমতাংশাং

য়োইমোংবা[1] সালথুপ চিঙকুমপা য়ুমলেল য়াইনে সেনলোই চীঙতারেঙ।। চীঙখুৎসা মঙান তারঙ ব্রাংপা য়ুমনে।। য়ুমমাঙ পুঙয়ইপাসুঙ য়ুমনীঙ নাতারাল য়ুমনীঙ পুঙয়ইপাসুঙ য়ুমমাঙ নাতারাল।। অতেনা কৌপা সুঙ অরাইনা খুমতাপারোক।। অরাইনা কৌপাসুঙ।। অতেনা খুমতাপারোক।। লোইপী কোইরেং হাওথোইতিং অকুপপা ফমনাহুলপাবু লীৎতাপারাল।। মোংপা চীঙচেংনারাল য়ীতৎতাপা ঙালখা তীনলৌ সোইপু কংতাপা য়াওরও সাকংফালপাক য়াইপাপু।। তামতাপা য়াইনে।। কচেং

---

মোংবা যুমতাংশাং

মিংগৌনবা। চীং তেকপী ওকতি নাওপুবীনা কাকে কাঙমদা শাপী লৈতাংপানসু তানকে তালঙমদবা লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবসু শাথুপঙৈদা অহানবা মোংবা য়ুমশা কৈশা হৌদোকঙৈনে। য়ুমলেল অথোইবা শেললোই লাংমাইচিং, ৩কুপ তরেংব। চীং অথোইবা চীংশাং নাপোম কয়াদা লৈতেংনবা মঙান তরঙ নোংদোন থকতা ব্রাংবা চীংগুম্বা য়ুমনে। য়ুমমাঙদা পুঙয়েবনা পুঙবু য়েবসু য়ুমগী য়ুমনিঙদা তাঙমদবা য়ুম। য়ুমনিং পুঙয়েবদসু য়ুমগী য়ুমমাঙলোমদা তাঙমদবা য়ুম, তাগববা হায়না অরাকপনা পাওকৌববু লৈরম্বনা লোইপী চীংগী লোকনুংদা লৈবাগুম্না খুমঙমদা য়ুম। লৈরম্বনা অবাকপবু তাববা হায়না উনা কৌরকপসু লোইবী চীংগী লোকনুংদা পাওকৌবগুম্বনা, হল্লকপনসু তাবা ফংদবনা পাওখুমদবা চীংগী লোকতা উনবগুম্ পাওকৌনবশু লোইবী চীংদা লৈবা কোইরেং কৌবা হাওনা লোকপা থোইদিংগুম্না চীংগী লোকতা অমগা অমগা পীক্না উননা তাম্নখিবনা মনিং-মমাঙ কৌবা, ঙাঙবা তানদা মোংবা য়ুমদি অথোইবা অরাকপা মীসু ব্রাৎতবা, লৈনবা মীশিংনসু তাদবা, পুশিনলকপসু মপান

---

১। **য়োইমোংবা য়ুম :** মোংবা য়ুমলেন কারেল৩ সুনা তাওখংপীবে ঙাংঙোই য়োইমোংবদি মোংপা চীঙনুংহত্তা চঙনা লাইরেল মতে হুইকুম সানথুপখিয়ে। লাইবে য়োইমোংপাতো মোংপা য়ুমতাংশাংপু কাবেল ৯ সুনা তাওখঙলে। ফমলোই ফমফল্লাং মইতোংলে।
*-পাখংবা লাই:*

নাইফা থাঙনা।। থোঙথিংবা ব্রাইরও পামপা নুখাম থাঙ।। কোকচা রাইচা সিয়াৎ থাঙনা পৌরোন থোঙ।। মইতেংঙু তুপী চারাইরোংপা থাঙলেল মাখুৎসু কাচেং য়াংখু য়েকতইপা।। য়েলমইরাপানা।। থাঙলেল ফইনালামনা কোলখা থোঙনে।।

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

জয়শ্রী গরিবনিব্রাজ[১] থোংনাং মায়ামপকি তুপী থাঙলেল মাখুৎসু কাচেং নোংথাঙ য়েকলাপা থাঙলেল খিং খিং মিংথাপা অব্রা চেকপন খমনাপা খামারল তেংকোল লিসিং চাইপা লাংকোই সামু সায়াম খোমপা।।

---

নাইদবা চাবীনবসু তাদবা লেমলৈ ঙাহাপফুদগী হন্না-হন্না লৌরবসু হন্না হাপপীনবসু মরৈবা, য়ারৌ শা ফাকং য়াইনবা, অয়াইবসু লৌনবা লৈবগুম ফানা পুরকনা য়াইনবসু ব্রাৎতবা,পুবকপসু ব্রাৎতবা চৎনবসু তাদবা । কাচেং নাইফা থাঙনা য়ুমগী পৌরোন ওইনা থোঙথিংনবা য়ুম । ব্রাইরৌ পামপা কৈ নুখাম থাঙ কোকচা লাইচা শিয়াৎ থাঙনা পৌরোন থোঙ ওইনবা য়ুমনে।। মৈদিংঙু তুপী চরাইরোংবা থাঙলেল মখুৎসু কাচেং য়াংখু য়েকতৈবা, য়েলবা লাবগী মমৈ নিংথীবগী মওং মান্না শাবা অথোইবা থাঙলেলনা ফৈনা লামনা থোঙঙাক ওইননবা কোলখাবা থোঙনে।।

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

জয়শ্রী গরিবনিব্রাজ থোংনাং মায়াম্বগী থাঙলেল মখুৎসু কাচেং নোংথাঙ য়েক্লাবা থাঙলেল থাংদি অথোইবা, খিং- খিং মিংবু মিংথোনবা থাঙ, থাঙসিবু শুঙৈদা

---

১। **জয়শ্রী গরিবনিব্রাজ :**

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মৈতৈ লৈমা শাৎপম চনু নুংথিলচাইবী মকক লোইখোম্বীনে হিজম চনু শেঙ্গোইঙম্বীনে থাংজম চনু থবাঙম্বীনে অহুমক পান্নদুনা মৈতৈ লৈমা নোংথিল চাইবীনা মৈদিংঙু পামহৈবা অব্রাথোংলেল লাছাবগা য়াইমবা লোইয়ম্বাম্না কৈথেল তাবগা অনিমা পোকএ। জয়শ্রী গরিবনিব্রাজ ময়াংঙম্বা মহারাজ (পামহৈবা) না ইবেম্মা অরাম্বম চনুনে, ইবেম্মা হাওবম চনুনে, ইবেম্মা ব্রায়েনবম চনুনে, ইবেম্মা চিংঙাখম চনুনে, ইবেম্মা ঙাংবম চনুনে, ইবেম্মা য়াইখোম চনুনে, ইবেম্মা লাইয়িকয়েংবম চনুনে, ইবেম্মা মাইবম চনুনে, ইবেম্মা মোইরাংথেম চনুনে, ইবেম্মা অবাম্বম চনুনে ১০ মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই।মৈদিংঙু পামহৈবসু অইবশিংনা অসুমনা শৈথাবা য়াওই - পাখংবগী ধবাদা পোকপা ইবুংঙো জয়শ্রী শ্রীগরিবনিব্রাজ দেব বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা । চরাং পাৎ কৈনে, পাওকৈ ২ সি মহাথক্তা শেম্বনি।

- *কৈরোই/শা: শালা:-১০২*

মোংবা
য়ুমতাংশাং

কৈথেল ১০ থোইপা থাঙ।। লাইরেন সানা লিকলাইরোকনা।। কোলখাপা য়ীমনে।। মোংপা য়ীমতাংসাং।। পানপা কৈনাসেলপা কইরেলথাথোক লালকুম্মপা অসিনা লাইসরা থোঙলেল লাকলেলয়িলনা।। হায়া রাওনা তেংথাচিললকয়ে।। য়ীমলেম লাইসারা থোঙলেল লাকলেন য়াইনে।। লোইপী চীঙপুরোইপা হেমপা তমপুথলপাকি।। সেলপী কাবো থোংনাং মায়াং কে কে মোইরাং নোংয়াই খুমল সেললোই লংমাই হৈরেম খুলচাল, মোইতিং মোইরা।। ৱুরোক ৱুসাই।। পুমনামা সেলপৈনা লালু ১০০ পু লাকথা কোলয়াল য়ুমনে।। হুয়েল লালনিকিতী।। অঙৌবা লোইচা ঙমপাতী।। ফানারাকনে।। য়োইরেল আতোল লওখামপানা।। পামেল সোইসিলপা।। তনলা সোইয়াম পাপু।। সুকমু লইতোলফেলনা।। কোরৌ মাচীতাক ৱাঙপল

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

অৱা চেকপন য়ৌনা অৱাশিংবু তকখাইখিবা থাঙ, খামারল তেংকোল লিশিং চাইখাইবা লাংগোই শামু শায়ামবু খোমঙম্বা কৈথেল১০ দগী হেন্না মমল লৈবা থাঙবু খুৎশু থাঙলেন ওইনা পায়না মতিক মথৌনা লৈনা মপাঙ্গল মরৌশিং উৎনা পালঙৈদা লৈরম্বা থোইনা হেন্না চাউদম শাংদম্বা মহাকথক্কী অথোইবা য়ুমলেল অসিদি কৈরেলনা য়াথোকপগুম অকন অথৌ কয়ানা থৌগল্লিবা য়ুমলেলসিগী মরমদা লাইশ্রা থোঙলেল লাকলেল ইলনা হৌখিবা ইবুথৌশিংনা লৈরম্বশিংবু নিংশিংনা মথংশিংনা তেংথারক্কে। য়ুমলেল কাদি লাইশারা থোঙলেল অথোইবা য়ুমলেল কারেল কাদি থোইনা চাওবা ময়াই কাদি লাকলেল য়াইনে। লোইপী চীংবুরোই, হেমপা তমবু থলবকি, শেলবী কাবো, থোংনাং ময়াং, কেগে মোইরাং, নোংয়াই খুমন, শেললোই লাংমাই, হৈরেম খুলচান, মোইতিং মোইরা উরোক উশাই, পুম্নমক্না তরেৎ শেলবু পৈনাবা লাললু কোক ১০০ বু লাকথা কোনয়ানবা য়ুমনে। হুয়েল লালবু লালদাঙৈদদি অঙৌবা লোইচা ঙমপদি ফারকঙৈ য়ুমনে। য়োইরেল অতোল লৌখামবা পামেল উদি

---

* মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা লাইনিংথৌ পাখংবগী শঙ্গাই য়ুমজাও লিংএ। -শংলোন

মোংবা
য়ুমতাংশাং

মানাওতাকনা।। থোংনাং ময়াংনিংথৌ।। শেলপী তেকখাও নিংথৌ।। অব্রা তোঙতোই নিংথৌ খাকি খামারল নিংথৌ থোংনাং তাখেলনিংথৌ মংকল পাসা নিংথৌ।। ফনা মংকল নিংথৌ চোইনৌ সনা চোঙলেল খালপা থাঙলেল য়ৌথও ফনপা।। সনা লইব্রোইননা মাললেম লইপাক ঙাকপসিংপু।। নিংথৌ তেংথানা পোইরই আসইননা।। মোংপা লাকথীনফমনে।। মালেম চিথেক ৪ মাইকই ৮ মাতা।। ব্রাইরা সামি কৌ।। লেমলই ঙাকৌফম।। য়াওরও সাকৌফমনে।।

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংপা মোংপা য়ুমতাসাং লোইপী চীঙসোংফালনা কুই য়ীকুম।। নামু পোংনা থোইপা লালতাপু মোংপা চৎলম ফানসাংয়িলনা। তেংথাচিল্লককে।।

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

শোইশিলবা তল্লা উবু য়ানঙমবনা মশা মরেং থাঙম্বনা মশা মরেং ফন্না হৌবা উপানবু উশা থাম্রবদা উপালনা মরু কোকনা কোরৌ মৈশা খনঙমদনা উয়ুং পানদম লৌহনবগুম্না থোংনাং ময়াংনিংথৌ শেলবী তেকখাও নিংথৌ, অব্রা তোঙতোই নিংথৌ, খাকি খামারন নিংথৌ থোংনাং তখেল নিংথৌ মংকল পসা নিংথৌনচিংববু উশা থারবা উপালগুমম্রে। মংকল নিংথৌ চোইনৌ সনা চোঙলেল খালবা খুৎসু থাংলেল অথৌববু পাইবা সনা লৈওইননা মালেম লৈপাক ঙাকপশিংনা নিংথৌ মতিক তেংথানহন পোইরৈ অশৈনহন মোংবা য়ুমগী লৈতেংনা, অকনবশিংবু খুদুম চলনা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংদা মতিক মথৌনা উৎনা মালেম চিথেক ৪ মাইকৈ ৮ মকতা ব্রাইরা শামী কৌ লেমলৈ ঙাকৌফম য়ারৌ শাকৌফম ওইনা মতিক ময়াই মথৌনা লৈনা পালম্বা মফমনে।

লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবা মহাকথক্তা হৌদোক্লম্বা মোংবা য়ুমদি ময়ুং নাইনা শাংবা য়ুম, লোইবী চীংদি চীংশাংগুম্না শাংদমনা শাংবা য়ুম, নামু পোংথোইবশিংনা লৈনরম্বা মোংবা য়ুম মহৌশাগী মতুংইন্না চৎনরকপা কয়াৎশিংগী মবমদা মথংশিৎনা হায়রক্কে।

---

* ঙাংঙোই য়োইমোংবা মহাকথক্তা মোংবা য়ুম শাবা হৌখি।

মোংবা
য়ুমতাংশাং

মোংপা থাঙঙা কারেলমাতী।। মইতইরইমা নোংপাললোন নোংমোইনু আহোঙপী কারেল য়াইনে।। মোংপা ফমলোই মীৎ।। থাঙঙা কংলামইলে ।। নোংপাললোন কাইনও চাওপোমপী থৌকম লোইয়াফমনে।। মৈতিংঙু সেলপী খাগেমপানা।। মরিং খুলকণ্ড ১০ মাপু সলতং নারেংচিং।। সেলচাওনমতাপনা।। লোইয়াফমনে।। লোইয়া পুরুম ফমসোংসুক খুলঙম ফম।। কারোঙলাং ফানাফমনে।।

মইতেংঙু পোইরই খুলচাওপাবু।। তাখেল নরাল ৫ মানা মালপী খুতপনা।। মুকমু লইতোলকোলনা।। মেনাংতলপা চীকারুকনা।। পুরুমফমনে।। তাখেন মানলং মাথোংচীন।। খমকোন মারাকচীনকি।। চসামনিক ফানাফমনে।। মোংপা থাঙা কারেলমাতী।। নোংপালোন নোংমোইনু অহোঙপী ১০ চাক চাফমনে।। নোংথৌরেল

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

মোংবা য়ুম থাঙঙা কারেল অমদি মৈতৈ লৈমা নোংপাললোন নোংমোইনু অহোঙপী মহাক্কী কারেল মফমনি। মোংবা য়ুমদি ফমথোই মীৎ, ফাললাং মৈ থাঙঙ্গ য়ুমগী মৈহৌনফমনে। নোংপাললোন কাইনৌ চাকপোমবী থৌগল লোইয়ানফমনে। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনা মরিং খুঙ্গং ১০ মকপু ঙল্লকঙৈদা শন্দংবু নারেং থাংনা চিংবগুম্না হুয়েল লালবু ঙমনালোইবু লোইপোৎ লোইহানহনখিঙৈনে। পুরুম ফমসোংসুক খুলবু ঙম্না লোইহানহনঙৈদা কাবোঙলাং ফাখিঙৈগী মফমনে।

মৈদিংঙু পোইবৈ খুঞ্জাওববু তখেল নরাল ৫ মানা মখুৎ লোননা নোঞ্জ ব্রাহৈগা লোয়ননা মেনাংতলবা হামেংনা মচী চিরেল লুকপগুম্না খুরুমখিবা মফমনে। তখেলনা চঙলকফম লম্বী খমগোল নুংশিংনা তৎতনা হুমলকফম নোংচুপ থোঙদগী চসামনিক কৌববু ফাঙৈগী মফমনে। মোংবা থাঙঙা য়ুমগী কারেল অথোইবা অমদি নোংপাললোন নোংমোইনু অহোঙবীনা ১০ চাক চাফমনে। নোংথৌরেল

---

* মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা হাকথক্তা, শক ১৫৮১ য়ুমজাও হোংএ, চবোইবন শাইএ। - চৈ:

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

তুপী চারাইরোংপাতুমু খুলঙম ফম চাপাক মেলতোংমাচা।। লনসামমাল্লই ফানাফমনে।। মোংপা কারেনমাতী।। তমপাক চীঙখোঙনাকতইকি য়োইপু লোইনাই লুমলাংসকপী কারেলয়াইনে।।

থাঙঙ কারেলমাতী।। য়াঙলা সৌপোল য়াইরেল কানে।। মইতেংঙু নাওফঙপানা[১]।। নোংপাল কাতেমসামপা য়াংখুপা য়াইরংচালপু। লাপা পুঙসিনতুহাও খাতাঙ কোইরেল য়াইপু লইনা ফোয়না।। য়াইমুলপা য়াইরংচাল য়াঙলা মাঙাইরোই৷ সৌপোল মাফেংলোইপু।। থিলথুয়াইনে।। চীঙতাইপা খুলঙমখোক আৱাং চাখুলখোক আরোল সৌপোল লোইকেল খোক।। খোক

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

তুবী চরাইবোংবনা ইমোইনুবু থৌনিনা য়ুমসিদা লৈঙেদা তুমু খুলবু ঙমনা চাপাক মেলতোংবগী মচা লশামমালনৈ কৌববু ফাঙেগী মফমনে। মোংবা য়ুমগী কারেল অথোইবা অমদি নিংথৌগী লোইনবী তম্পাক লৈমা, লৈবাক্কী লৈমা লুচীংবী লোইনাই লুমলাংশকপী লৈমা লুনা চননা তৌজবীনা লৈনবা য়ুমগী অথোইবা কানে।

মোংবা যুমগী কারেল অখোইবা অমদি য়াংলা শৌবোল য়াইরেন কানে। মৈদিংঙু নাওফঙবনা নোংবাল কাতেমশামবা য়াংখুবা য়াইরংচালবু লাবা পুঙশিন তুহাও খদাঙ কোইদি কোইরেল য়াইবু লৈনা ফোয়. য়াইমুলবা য়াইরংচাল মহাক্কা লোয়নরকপা পূম্নমকপু সৌপোল মফেৎ লোইবু থিলথুনখিনা মফমনে। চীংতাইবা খুলবু ঙমখবা খোক, অৱাং চাখুল খোক, অরোল সৌবোল লোইকেল খোক। খোক ৱাদি

---

১। **মৈদিংঙু নাওফংবা :—**

মৈদিংঙু নাওখম্বনা য়োইরুমলোন যাওরেবা চনু পান্নে। য়াওরেবা চনুনা না ওফং অহনবা য়াওবৈবা চনুনা নাওফংবা পোকএ। মৈদিংঙু নাওফংবনা কাইরৈমা চনুগা য়াওরৈমা চনু অনিমা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই। নাওফং অহনবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইখিদে মবমদি- চেংলৈ নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা পাখং মখোকলক লাংজে মকাবকপদা তালোই মকম্বী য়োইরুমলোন য়াওরৈমা চনুবু চেংলুক লমকৌসু ঙারা পাওতোংয়ান মাল্লা মসিংসু হৈকু পোৎতম শেমনা মরান লুহোং খোংদোংলবগা থাংয়ি মরাল য়াইদা য়াঙ্গোইরবদা হৈরাং মচা য়ান ঙাইবোং তাওজিং

মারোই তাংচুমপা।। থাঙব্রাই লীপুনসী কাচেং লীয়াথৌ।। ঙাইখোং তাপুং চীঙচাওলী খুরোই লীতাংসাং। হাওকু য়াইথমপোক।। চীঙসোং য়াইতাংতাল লীমিৎচুম লীতাংপালনে।। চীলপা পাললাংখোক আরোল সৌপোল লোইকেল খোকনে। লোইপী চীঙপুরোইপাপু হেমপা মাতুচুং চীঙলেল মানাক নেমনা চীংথুয়াইনে।। য়ীরোক আকুৎপাপু থোলখৎয়াই চীংসাং অব্রাংপাপু মানা নেমনা ফোয়থা য়াই।। মাকলাং কালনাচোংনা য়িংথি য়িরালথৌ অব্রা লোইখৈথেং মুংয়োং মাপাল ফুকনা পালথেং য়াই থামুং লালমিং নাই ফানা য়াই।। য়াঙলা সৌপোল য়াইরেল কানে।। থঙঙা কাপুমমতি নুংনাং কাওখঙকোল।। কাওপী

ঘোংবা
য়ুমতাংশাং

---

মরোই মতাং চুমবা খোক। অব্রাং লমগী লীদি। লীপুলশী কাচেং লীদি লীয়াথৌ ঙাইখোং তাবুং চীংচাও লী, খুরোই লীদি লীতাং-সাং হাওকু য়াইথমপোক, চীংশোং য়াইতাং তাল, লী মাদি লীমিৎ- চুম, লীতাং পালনে। চীলবা পাললাং খোক অরোল শৌবোল লোইরেল খোকনে, লোইবী চীংদা লৈবা হেনপা মাতুচুং চীংলেল মনাক নেমনা চীংথুয়াইনে, ঈরোক অকুৎপবু থোলখৎ- য়াই চীংশাং অব্রাংববু নেমনা ফোইথাবায়াই। মাকলং কালনা চোংনা ঈংথি ঈবাল থৌ। অরাং ঙমখৈ যৌনা মুংয়োং নিংথৌ থামুং লান্দা মমিং লৈববু মপান মরা ফুকপগুম্না লালঙমঙৈদা ফানা পুরকঙৈগী য়াঙলা শৌবোল য়াইরেল কানে। থাঙঙা য়ুমগী অথোইবা কা মপুম অমদি

ঘোংবা
য়ুমতাংশাং

---

মরু পাল্লম্ববু লোইদাম থা অহুম শুববগা মৈদিংঙু নাওখম্বনা তালোই তুবক খাই থংলেন ব্রারক খাইনা মুল্লবগী থাংযি খোংজ্রোম্বদি তাংজ মরু লুক, মালেম খোংবী লৈখৈ য়েংনা মদোম পাংদাং নোংজেং ওই। খবা লমনোং ওইরবগী মদোম যাইবী কলহৌনিক তিল্লাং মখোই শাওনা মরোই নোংবান কানাকপা চুমৈশাংগা শেলোই নোংমাইজিং চিংদা কাখিদুনা অব্রাং পাখং যোইবেনবগী মমোম সনা খোমদোন পেনু লৈমরেলবু থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা লৌদুনা চিংজেল নাবল পাঙ্গলবা থাঙযিতাউবুং খোংদৌবা অনীমা পোকখি। য়োইরমলোম যাওবৈবা চনুবু লাইরেল মৈদিংঙু নাওখম্বনা তুবী ফম্মোয় মিৎতা ফম্মন্নায়োইবু ফল্লাংমৈ তোংমন্নবীবু থাংযি খোংজ্রোম্বগী হৈবাং মচা যান, তাওজিং মরু পানখিবা, লোইদাম থাবুম অহুম শুখিবনা নাওফং অহনবা

মোংবা
য়ুমতাংশাং

সলথোককোল।। তাইয়ুম নাইথোক কোল য়োইপু রইমা আঙনপী চৎচিলকোল।। য়োইপু সলকল আরেমপী।। হাচিলকোল।। সেরি মাখোঙ পালতাপানা মাথানা চৎচিলকোল।। মুংপীমাসা পালতাপানা।। পাইচিলকোল।। ৱাইচিকচীক অচীকপা।। ৱাইরংকোল আকোলপানে।। মীরাইমানা সোঙনা চঙতা।। পোংলাইমানা তলফাতাপা কানে।। তুপী হইরাঙ মাৱুসা।। লাইরেল তাওচীঙ মাহইকোল।। ১০ হুকৌপা ৱাংলই য়ুথোইপা। সমচিল পুল্‌লইসাপানা।। কইথোঙ সুকমুতোল্‌না চইপীকানে চইপীতে মুতু চানু সনা লাংমইরেমপী মলকৌ থাঙ কোকচা রাইচা সিলয়ান থাঙনা।। ঙমপলকানে

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

নুংনাং কাওখঙ কোল। কাওপী শলবু শলথোক কোল। তাইয়ুম নাইবু নাইথোকনা কোল। য়োইবু লৈমা অঙনবীনা চৎচীল কোল য়োইবু শলকল অরেম্বীনা হনজিনতোল মুংবী মশা পানদবনা পাইশিনকোল ৱাইচীক চীক অচীকপা ৱাইরং কোল অকোলপানে। মীরাই অমনা পংনা চঙনদবা। পোংলাইমানা চঙনহন্দবা কানে। তুবী হৈরাঙ মউ-শা। লাইরেল তাওচীঙ মহৈ কোল। ১০ হাকৌবা ৱাংলৈ য়ুদি য়ুথোইবা শমচিল পুলৈ শাবনা কৈথোঙ শুকমুতোলনা চৈপীগনে চৈপীদে মুতু চনু সনা লাংমৈরেম্বী মলকৌ থাঙ কোকচা লাইচা শিলয়ান

---

কৌনা শাৎলে। য়োইরুমলোন য়াওরৈমা চনুনাঅমরক কোন্না শাৎপদি মৈদিংঙু নাওখম্বগী মপারি লাইরেল নাওফোংববু শাৎলক্লে। অদুগী মতুংদা মৈদিংঙু নাওখম্বদি নোঙ্গাখিরে। মৈদিংঙু নাওখম্বনা নোঙ্গাখ্রবদা নাওফং অহনবনানিংথৌ ফম্বাল তোংগে হায়রবদা পোইরৈ খুনফাংথৌ তায়মনাই ফংথৌশিংনা নাওফং অহনবু থাংয়ি চেংলৈগী ঈনি হায়না খামখি । লাইরেল মশানৌ নাওফংবদি চীংঙু ৱাঙ্গোল লৈমচা মৈদিংঙুগী ঈনে হায়না থৌখাম্ববু থাংয়ি নাওফং অহনবনা য়াবা লৈত্রবদা মৈতৈ লৈমা য়াওরৈমা চনু লৈপাক ফমনাইবশিংনা হায়রিবশিংসি অচুম্বনি ফম্বাল অনী ফমফরোই মচিল মনাও খৎনদনবা থেমজিনববু নাওফং অহনবদি অমুক্কা হেন্নদুম শাউদুনা ৱাওইনরবদা পলেম মমানা মচিন মনাও অনীবু লাইগী ৱায়েল য়েংনদুনা লেপনরো হায়খি। লম্লেম মদাইমাচেংলৈ অৱাংকোনবু নাতৈন্নানয়ু ঙাংঙোই য়োইমোংবনা শাথুপক্ষু ঙমওন্ননা খোইয়ম লাইগী পাৎ অরুবদা পারী নবিংঙাবু তুবী একয়েংন্না লাইরেলএকতৈনরুও হায়না ৱাহম খোনগী শানৌ মচিন মনাওদি লাইজা ঈদা কুম্না একয়েংনগে হায়বগী পোইরৈ

মোংবা য়ুমতাংশাং

ঙমপলতে।। ৱাকচীঙ লওতী মারাপাক।। মোংপা য়ুমতী য়ুমতাংসাং।। তিঙতা ৱাইকোই লাইকোইফমনে।। য়োইরেল আতোল লওখামপানা।। তাওরোই পুঙলেলকি আসইপ।। পলমাপাকানা।। য়ীনুং সোয়য়াইমাত।। মীৎয়েং নাওসুমতা।। খোমলেন তুমকনতা।। নোংয়াই সীঙচেপ মইরাথালনা।। থরই লেমলইঙা পাৎতোল কোলতোল ঙাপু।। ৱানচেং মাকোই ফোং।। লেমলই খেরাং থাংনা পেঙপা লুরোই কারকঅো।। লেমলই ঙাকৌফমনে।। থাংচরেমনা ৱোংচারেমনা নাকপ য়েলত্রেললেম; কইকল সাসুং লেমনা।। খাপী লংপীরেল।। য়োইরেল সায়ীরাৎ পুঙকাইপা।। মইনম নোংচেলপা কইরাৎ লালকৌপা।। অতোন লওখামপা।। য়োইরেল সললাই ৭ লেম।। আসই

---

মোংবা য়ুমতাংশাং

থাঙনা ঙমপালকানে ঙমপানদে। ৱাকচীং লৌদি মরাক পাকপা লৌগুম্বা, মোংবা য়ুমদি ময়ুং শাংবা তিঙদা ৱাইকোই লাইকোইনফমনে। য়োইরেল অতোল লৌখামবনা তাওরোই পুঙদি পুঙলেলমদা শৈশকপা পলমাবাগনা ঈনুং শোইয়াইমদা অহিং য়াতাদ খোমলেন মীকুপ অমৎতা তুমদনা অহিং তাংলৌ শীঙচেপ মৈরা থালনা। খা থংবা মাইকৈদা লৈবা ঙা ফাফম পাৎতোল কোলতোল-ঙাপু, ৱানচেং ঙাদি মাকোই ফোং লেমলৈ ঙাদি মরাং হৌনববু পেঙবা লুরোই কারক-ও হায়না লেমলৈ ঙাকৌফমনে। থাংচরেমনা, ওংচারেমনা। নাকপ য়েলত্রেললেম, কৈকল শাশুং লেমনা, খাবী লাংপীরেল য়োইরেল শায়ীরাৎ পুঙকাইবা, মৈনম নোংচেলবা কৈরাৎ লালকৌবা। অতোন লৌখামবা য়োইরেল শললাই ৭ লেম।

---

পূম্না হৌ ৱাঙম খুঞ্জা তিন্না একয়েংনববু মশাবী নাওফং অহনবদি হান্না লাইজা ঈদা কুম্না লুপখিববু খোইয়ম লাইনা য়াদবগী মতুনিক চরাং নমশাং য়ানগুম্না মশক মোৎলে। মশানৌ নাওফোংবদি তুবী ময়েক তিন্না লাইরেল ময়েক লারে। অদুনোংদগী থাংয়ি নাওফং অহনবনা লুপ্পা পাৎপু একশোই পাৎ কৌএ। মশানৌ নাওফোংবনা লুপপা পাৎপু য়েকল্লাপাৎ কৌএ।

*- চেংলৈরোল*

মোংবা যুমতাংশাং

য়িব্রাল পোংপইরেমনা।। ঙাইনাফমনে।। মোংপা সমচিনফম।। থাঙঙা কাঙলাংমইনে।। তুপী সনা মচীবেল।। চীবেলয়েৎকোই লইনা থোংনাফমনে।। পাকলোইঙাংচা থেমতাই য়েৎনাফমনে।।মইমু তোমসোল চিলননাফম।। সানা লাঙচই ২ সংসঙ থোকনা পাচেঙ সমযা খোমনাফমনে।।

মইতেংঙু লোইনাই থাব্রালথাপানা[১] আতোল ব্রাহেঙখোং আমম ইতাঙপা।। থোঙপুরেমচা।। নোংয়াই সুমুলাংসুম মানাও।। আতোল তাওচীঙ হইপামপা

---

মোংবা যুমতাংশাং

অশৈ ঈবালননা মীপুম তিংনা যৌবকনাফম ঙাইনফমনে। মোংবা যুমদি শমচিননফম থাঙঙা যুমদি কাঙলাংমৈনে। ইযু তুবী ইনিংথৌশিংনা তুবী লাইবেল মচিবেল চীবেলবু তমনা অঙাংবা ফীনা যেৎ ওযননা লৈনা কোইযেৎ পাকলোই কোকতা থোংনা যেৎনা মৈমু তোমসোল চিননাফম, সনা লাঙচৈ ২ সংসঙ থোকনা কোযেৎপু, থোনঙৈদা হেনথোকলকপা শমলাংবু পজেঙ শমযা খোমনা ফীসেৎনফমনে।

মৈদিংঙু লোইনাই থব্রালথাবনা অতোল ব্রাহেঙখোং অমমৈতাঙবা থোঙপুবেমগী মচা- নোংযাই খুমলচাঁদ শুমুলাংশুম মনাও অদোন নোংযাই তাওচীঙ হৈপামবা

---

১। **মৈদিংঙু লোইনাই থব্রালথাবা :** মৈদিংঙু হেমদৌ ঈব্রানথাবনা লিনসুবোন খুযোইঙম্বীগা অঙোম চনু হেমখুঙম্বী ২মা পান্নদুনা খুবোইঙম্বীনা খুবোম্বগা, থৌব্রাম্বাবগা, নোংথৌ পোংনাউ তাবগা, মেনম্না হামুংচাওবগা ৪ পোকএ। মৈদিংঙু থব্রালথাবনা নোংবালোন চকপ্রম চনু তৌগাইঙম্বী পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওই চহি ৩৬ পালমএ। *- চৈথা: কুম্বা: / শাগৈ শালাই ১৬*

ফানাফমনে। মইতিংঙু নুয়ামফাবা[১] কে কে মোইরাং খোইরাসিকাপুখোমপাপু ফানফমনে।। মইতেংঙু চারাইরোংপানা কে কে মোইরাং খামপী লইমা পুকইরেল লাংনুসু ফানাফমনে। থাঙব্রাই নিংথৌ ক্যামপা[২]।। লইব্রা লইকি চোমমং লইকি।। লাংকোই মইনা ঙমপী তেপী ফাপী কইথেল লোকপী।। ফানাফমনে।। মইতেংঙু নোংপোক সনাতওপা চোইনৌ সনা খমপামপানা[৩] খারম

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

কৌববু ফাখিঙৈগী মফমনে। মৈদিংঙু নুয়ামফাবনা কে কে মোইরাংগী খোইরাসি কাপুখোমববুসু ফাখিবা মফমনে। মৈদিংঙু চরাইরোংবা মহাকথক্তনা কেগে মোইরাং খামবী লৈমা পুকৈরেল লাংনুশু ফানঙৈগী মফমনে। মৈদিংঙু থাঙব্রাই নিংথৌ ক্যামবা মহাকথক্তা লৈব্রা লৈকি চোমমং লৈদি লৈপাল নিংথীবীগীদমক লাংগোই মৈনাঙমবী তেপী ফাবী কৈথেললোকপীবু ফানঙৈগী মফমনে। মৈদিংঙু নোংপোক সনা তাওবা চোইনৌ সনা খমপাম্বনা

মোংবা য়ুমতাংশাং

---

১। **মৈদিংঙু নুংয়ানফবা :** মৈদিংঙু পুনসিবগী অতোপ্পা মমিং অমা। লাইরেল মৈদিংঙুনা খেখেবেক লৈপুংমাল কেগে মুংসিরাবা লাথাকোন কামুতাক্তা খৌশাবদি হুয়েল লালনিগীদি কেগে লম্মাবি লম্মমাচাউ পুনুং ব্রানথোংবী কোংয়াং তাংখাপোই লোন্‌ থুমদাং চাইনা ঙানখা লমপোকপী চেংলৈ য়াংলৌ তাইসুং হাউচেং য়াংনমপুসু মপু হাউবা যেনথা লেন্নমপোককী কেগে মোইরাং লাংমাইবি লাংমাইবাগা কেগে পবাউ পাংখাইচামববু কাযনা হুল্লে। তুবি সনা মচুংশেলগী মীহোংখিয়ে। লাইবেল মৈদিংঙু চৈকনথেকপা মুয়ামপা-ও তৌনা কৌয়ে। *-নি: লম্বু:*

২। **মৈদিংঙু থাঙব্রাইনিংথৌ ক্যামবা :** মৈদিংঙু শেলবী মুংযান কৌদবিঙৈদা থাংঙাই নিংথৌ কিয়ামব-ও তৌনা কৌয়ে। মৈদিংঙুনা মুংয়াম্বগা চাংপোম্বী পান্নদুনা ফম্বান্দা চহি ৩৫ পাল্লময়ে, চহি ৫২ পুনশিরম্মী। *-শাগৈ শালাই-৯/চৈ: কু:-৩১*

৩। মৈদিংঙু নোংপোক সনা তাওবা চোইনৌ সনা খমপামপা :- মৈদিংঙু চীংখোং লমগাইমবা কৌদরিঙৈদি নোংপোক সনা লৌবা চোইনৌ সনা খমপামব-ওতৌনা কৌয়ে। মৈদিংঙু নোংপোক সনা লৌবা চোইনৌ সনা খমপামব- ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। শেলবী লমদাংসাং লমনুংশিদা লাইরেন মৈদিংঙুনা তোকমু লৈতম ফেম মানলেম লৈকন লৌ লৈমু মথোং হাংনা মনা চাংগা চিংনা লৌরমম। ময়িমা শেলবি মীকৌনা কেগে তেংথানবা তুংবুদি পাইও কৌয়ে।। সনাবুদি খমও কৌয়ে। অদুনোংগীবু মৈদিংঙু পরাউ হিথাবা খমলৈ মীনুংকোনগী পোংথোককা সনা তৌবা কাইলৌ সনা কমপামবা-ও তৌনা কৌয়ে। *-নি: লম্বু:-২৪১*

মোংবা
য়ুমতাংশাং

তুসোন খুলঙমফম।। তুলাই কুপপালেন মাথংপা।। মারুম লাইরেল তাওপী ফানাফমনে।। মইতিংঙু সেলবী কাপোমপা[1] পুলুম খুলঙমফমনে।। মইতেংঙু সেলপী মুংয়ামপা[2]।। মুংয়োং খুলঙমফম।। হুয়েল কইতোঙখম সনা য়েলপা সাপা ফানাফমনে।। মইতেংঙু সেনপী খাকেমপানা থোংনাং খুলঙমফম।। ময়াং লালচাইফম।। তেককানরাল ফানাফমনে।। লাংকোই থিংক্রাচেংকা প্রত্র চেংকা লাংকোই মসিঙ ৩০ সুনা লোকনাফমনে।। মইতেংঙু পোইরই খুনচাওপানা খামারাল খুলঙমফম।। মঙত্রপা ফানাফমনে।। মইতেংঙু পোইরই খুলখোমপা শেলপী পাইখোমপনা

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

খারম তুসোন খুলবু খুলঙমগৈগী মফমনে। তুলাই কুপপালেল মাথংবা মরুম লাইরেল তাওবী ফানাগৈগী মফমনে। মৈদিংঙু সেলবী কাপোমপা মহাকথক্তা হুয়েল লালবু লান্দাগৈদা পুরুম খুলবু খুলঙমগৈগী মফমনে। মৈদিংঙু শেলবী মুংয়াম্বা মহাকথক্তা মুংয়োং খুলবু খুলঙমগৈদা হুয়েল লালদা থৌবা কৈতোঙখম সনা য়েলবাশাববু ফাখিগৈগী মফমনে। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বনা থোংনাং খুলবু খুলঙমগৈ ময়াং লান্দাবশিংবু লালদা চাইখাইদুনা লান্দা থৌবা তেককানারল কৌববু ফাগৈদা লাংগোই থিংক্রাচেংক প্রাত্রাচেংকা কৌবগা লোইননা লাংকোই মশিং ৩০ সুনা লোকলকখিবা মফমনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবনা খামারাল খুলবু হুয়েল লালবু লালঙমগৈদা মঙত্রবা কৌবা ফানগৈগী মফমনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুলখোম্বা শেলবী

---

১। মৈদিংঙু শেলবী কাবোমবা : মৈদিংঙু লমকিয়াম্বানা চাখা তাংখুল ঙম্বীগা খাযোইবোন চংনিং পাবীগা ২মা পান্নদুনা চংনিং ফাবীনা নোংয়িনফাবা পোকএ নিংথৌ ওই, শোইনাইদে। চাখা তাংখুনঙম্বীনা কবোম্বা পোকএ। মৈদিংঙু কবোমবানা থিংবাঙম্বীনে লৈশাংথেম চনুনে ২মা পান্নদুনা মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা ফম্বালদা চহি ১৮ পাল্লমমে। পুন্সিদি চহি ২ নে। *-সঙ্গাই-২৪৭/ চৈ: কু:-২৮*

২। মৈদিংঙু শেলবী মুংয়ামবা :- মৈদিংঙু শেলবী মুংয়ামবা কৌদরিগৈদি থাংবাই নিংথৌ কিয়ামবা-ও তৌনা কৌযে। লাইবেল মৈদিংঙু শেলবী মুংয়ামবা ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। নুরা কারে শেনকোই তোংলে, লাইরেল মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবা মংশা ঙমবা কানচম লানমিংনাই খেনচোং লানথৌয়াংবু কায়ন হুনব-ও তৌনা কৌযে। *-নিং: লম্বু:-১৭০*

মোংবা যুমতাংশাং

মোনথই খুঙম ফমনে হুয়েল পামেলপা ফানাফমনে।। কইখু খুলঙমফম লকয়া মিংনাইপা ফানাফমনে।। মইতেংঙু তুপী চারাইরোংপানা সেলপী তেকখাও খুলঙমফম হুয়েল লোললোই থামিং নাইপা ফানাফমনে।। মোংপা সমচিলফম আয়াঙ লেমথোঙ পুঙথাফমনে।। তাওরোই পুঙলেলকি আসই পালমাপানা। লাংলেল কোঙয়াঙচই।। তাংতালপাপু পুঙচই ফইনা হায়না।। ৱাংলেন থীনকাইহও ৱাকমা মাইরোইনানা।। হিথা লালথা মাকোই ফোংনাফমনে।। খাপা লাংথংচা মাঙলললেম।। মাৱাকমালনথোইপা লাংলেনচানা য়িথাঙকুমপানা।। তেললোঙপাসিৎফমনে।। মোংপা থাঙঙা কারেলমাতী।। ৱাংলেন য়াইৱোইপা।। য়ীঙা কুমচেল পুঙ।। য়িংঙেল কুমখাই পুঙপু।। য়োইরেলসঙয়াথীকি।। ৱাংলেল পুঙকাইপানা।। আচেল লোলই হওনা।। চীঙখোঙ

---

মোংবা যুমতাংশাং

পাইখোম্বা হুয়েল লালবু লান্দাঙৈ, মোনথৈ খুলবু খুলঙমঙৈদা হুয়েল লালদা থৌবা পামেলবা কৌববু ফাখিঙৈগী মফমনে। কাইখু খুলবু ঙমঙৈদা লকয়া কৌবা লালদা মমিং লৈববু ফাঙৈগী মফমনে। মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা সেলবী তেখাও খুলবু ঙমঙৈদা হুয়েল লাললোই মমিং নাইবা ফাঙৈগী মফমনে। মোংবা যুমদি শমচিনফম অকন-অথৌনা য়ৌরকনা পোৎথানঙৈদা লোইনরকপা ঈশৈ পাম্বশিংনা পুঙলেল থক্তা লাংলেল ৱাদি কোঙয়াং- চৈ মতাং শাংনা পালবা তাংতালববু পুঙচৈ ফৈনা হায়না। ৱাংলেন পুঙদি মরোল থোকনা য়ৈননা খৎনা লোয়নরকপা খঙনা চানবা পুমনা হিথা-লালথানা অৱা পোৎথোকনা শৈশকনফম মফমনে। খাবা লাংথা-চা মাঙল ললেমপা শৈহেক শৈদা লনথোইবা লাংলেলচানা য়িথাঙ কুমবানা তেললোংপা সিৎনফমনে। মোংবা থাঙঙা যুমগী অথোইবা কারেল অমদি । ৱাংলেল য়ৈনা পুঙদি য়াই ওইবা, ঈঙা থাদা য়ৈনা ঈঙা থাগী কুমদম পাওখঙহননা তাকনাপুং ঈঙেল কুমখাই পাওবু পুং য়ৈনা খঙহন পুঙ, অমাইবা- অমাইবী নমনেমপু য়োইরেল শঙদি শঙয়াথীগী ৱাংলেল পুংদি পুংয়ৈবদা হুমাং লৈরিক কানা ৱাংলেন পুঙবু য়ৈনা থিননা

---

* য়ীঙা থাদি মালেম লৈতাই, কোরৌ নোংদাইনা তরা চাকনি, লাইজা য়ীনি থানি। থা:

মোংবা যুমতাংশাং

পাওকৎপুও ব্রাংলেল য়াইহ্রোইপাপু।। তওরাং ফকচা খললনা ব্রারিকানে।। কাসা য়ীরাংফমনে য়েনত্রেন তেংমায় থীনপা সিঙচেপ মইরা হাইচাওরোইনা থোঙলেলনা পৌরোননা থৌখাম থোঙনে। খোইমোম য়াকারই মায়াকা।। নিংথৌ কারেল য়াইনে।। অমাই পুরিথোকনাফমনে।। আপোক চাতা লাইহুইফমনে।। মোংপা কারেলমাতী।। য়োইহই ঙাকলপী।। ব্রাংকোল কইকাহলপী লাইচা য়ীরালহইপী।। ব্রুসোঙ লইরালরোই।। চইরই ফিরুংহলবী।। লইরক তেললপুমথীপী।। খুৎচুপ তেললিকিপী নেমবী তলখাই-য়ই।। খাপী মাসুং অোইনা।। মানু লাইহোতালপী।। সঙতীঙ ফিরুহলপী।। কারেল য়াইনে।। মোংপা কারেলমাতী।। ব্রাংঙমলোন লইমা লাইরোকলেমপীকস।। লইরুমচেংপীসুঙ।। লইরুমলাংপীসুঙ।। মেৎপী লাইপী* সুঙ।। মাখোই ৪ মানা

---

মোংবা যুমতাংশাং

লৈবাক পাওজেন পূং ব্রাংলেন পূংদি য়াইওইববু তৌবাং ফকচা খলনা ঈীনা থম্নফম কানি। কাসা ঈরাৎ থৌনিফম কানে। য়েনত্রেন তেংমাই থীনবনা শিংচেপ মৈরা অচৌববু খুৎতা পায়না ঙাকনা থোঙলেল মাবু পৌরোননা থৌখামনবা থোঙনে, খোইমোম লাইসু লৈবা কা, নিংথৌ ওইবশিংগীসু অথোইবা ময়াই থংবা কা, অমাই পুথোকনা মংদমনবা পাওখঙনফম। অপোক শঙগুম্নফম চাদা নাওদা লাইহুইনফমনে। মোংবা য়ুমগী অথোইবা কারেল অমদি নিংথৌগী য়োইবু তালোই ইবেম্মশিংগী ব্রাংগোল অঙাং উনঙৈদা চাবু চাবোকহৈবী উশোঙ লৈরাললোই। চবৈ ফীশা-লোনশা তাকপী-তমবী ঙমনা থোইনা হেন্না হৈবী, চরৈ ফীরুংহনবী লৈরক তেনবুম থিনবী, ফীশা তেমথেং যৈনা ফীশা হৈবী, খাবী পাওতাকপসু ওইরিবী, নমু শরোই লালোই লাইবু তাননা তানঙম্বী, শদিং লঙবু তিংনা ফীশা থোইবী, ফীরুংহনবীগী কারেল কাদি অথোইবা কানে। মোংবা য়ুমগী অথোইবা কারেল অমদি নিংথৌ চনু নিংঙোল পোকচবী লাইরোক লেমবীগা লৈরুমচেংবী লৈরুমলাংবীগীসু

---

* মেৎপী লাইপীগী থৌ অসি য়োইবেল শঙনা পুই। (অশৈবা, মাইবী, অমাইবগী অপুনবা শঙবু 'য়োইবেল শঙ' হায়বগসু খঙনৈ।)

মোংবা য়ুমতাংশাং

য়াতাতারিঙই। তমপা ব্রাঙমলোন।। মাপালথোইনা পালপী।। পালথোইপী[1] মাতুথোইনা ব্রাংপী ব্রাংঙমলোন। ব্রাংঙম সইসকতারিঙই।। ব্রাংঙম সইসকপী।। তমপা থাতারিঙই মাতোম তোমত মপাথাপী।। চীঙলাই রইমা কাচেংঙালপা চানুনা হালনা য়াতা কানে।। মোংপা থাঙঙা নিঙঙোল কানে ।। মোংপা কারেনমাতী।। থাঙঙা লপয়ালকা।। লাংলেল্ সারোঙ পুঙমাইখা খাইচা মীতমনা কানে।। লইনুং য়াইপীরোক।। চাখা নোংলোনবী।।

---

মোংবা য়ুমতাংশাং

মেৎপীলাইবীগীসু মখোই মরিমক্না য়াতাদরিঙে । নিংথৌগীদি মমোমলোই কেনা নৌনা মনিং মখা তৌনা পানবী পাম্ভোইবী মতিক মঙাল চাওবী থোইনা হেননা লুবী নিংথৌগীদি মমোমলোই, তাইবং কনা শৈশকতরিঙে হান্না শৈশক হৌখিবী শৈশকপী, কনানা তমপা থাতরিঙে মতোম মথন্তা মপাথাবী চীংলাই লৈমা কচেংঙালবা চনুনা হান্না যাতানবা কানে, মোংবা য়ুমগী থাঙঙা নিঙোল কানে। মোংবা য়ুমগী অথোইবা কারেল অমদি থাঙঙা য়ুমগী লপয়াল কৌবা কানিদো। লাংলেল শারোঙ খায়শা মীতম কানে। লৈনুং যাইবীরোক চাখা নোংলোনবী

---

১। পাম্ভোইবী :

লাইবেল তাউরোয়নাইনা লাইরেম্মা লাইনামুংবী ( নোংথাং লৈমা) পান্নদুনা পাম্ভোইবী পোকই। মৈদিংঙু খুয়নিংঙোনবসুং থোইয়ুম শংশঙ ফাওবনিকিনা। পোইবৈ সনা পুং। ব্রায়রা সাথোংশিন। হুয়েল লাম্ভোং অচৌবনা। পোইবৈ পনথেংলবদা। লাম্মী অথৌ লিচা হেপপাবু। লালপুক মলাও হৌনবা। যোইপু হুয়েল লাললৈমাবু। মৈনাং তনবা (হামেং) তুবেঙকায় অঙৌবা। ক্ষেরৌ নোংফালসা। শিঙলেন পাংকোংদে অঙৌবা। কজেং থাঙয়াল তম য়ীমু লাকব্রোইসানা। অরে মেবা মীকৌথাদা য়োইপু হুয়েল লাললৈমাপু চাওরেল ইরাৎ তমএ। (পাম্ভোইবীবু হুয়েল লাললৈমা হায়না খঙনৈ।) মৈদিংঙু চাবাইরোংবগী হাকথক শাইরোন মানশৈগী কুম শক ১৬২১দা পোইনু থাদি লংমাইচিংনা হনএ ৬নি ইরাইদা পাম্ভোইবী মুর্ত্তি হৈগদবগী অহৈবা হঞ্জবা তারিনা লৈমি তমএ ১১নি য়ুমশাকৈশদা পাম্ভোইবী মুর্ত্তি হৈএ। নিংঙোম্বম মাইজৌগী কুম শক ১৬২২ ইংঙা থা ১৪নি য়ুমশকৈশা পাম্ভোইবী ফুরা শঙকায়এ। *-পা: নো:/চৈ: কু:*

পাম্ভোইবীবু অসুম্না শৈথাই 'য়োইবু তমপা ব্রাংঙমলোন মৈতেংঙু চনু পলেম পীনাইতাপী পম্ভৌ পানায়তাপী, নপল লাইরেল তাউরোয়নাই, অসৈ ব্রাংপী লাই, তুপী থিংকোক লাইরেম্মপু লায়রেল চিঙয়া ফৈথিংপা, তুপী কোন্তমপা, লাইরেল ফৈতমপানা তমপা নতোম শাৎমাপী নমা য়োয়পু খোইমোম লাইরেম্ম লাইনামুং, নামুংপী মালেম তম্পাক লৈরেল হনপী খূনপী সল্লাই হনপীনা লাংপল চেঙকুমনা তৌপকুম য়োয়পু নতোম তোমশাংপী, লাংপল কাওখা নানমা তোনকানপী তমপা চাকোক অখৈপী, নূকি নুরম তাপী, পাকি পারম শকপী, লুমাঙ শমলাং চকো-লয়. ... অসিনচিংবা। *-পাম্ভোইবী খো:*

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

নুয়ানসাফাপীনা।। য়ীহুইরোন লাইসারা খোইয়ম লাইনাসাবীঅো[১] ।। য়ুমফমলেল অচৌবা।। য়ীফমলেল অৱাংপা হায়বতী অসিনে। নঙ সিললওরো হায়না সিললও কানে।। লাইসারা খাইরককোল তুপী য়োইনোংতা।। নোংতা লাইরেল পাখংবা ফমতোংখোংনে। কোরৌ লালসাফম।। ৱাঙপল পাওফাফমনে। আসই পোৎথোকফম।। আমাই হিথাংফমনে।। মরোই ঙাইপা মসেল।। পাচা সললাই ঙাইপা। সেলকু পাইরই ঙাইপা।। নুৱোক তানফম ঙাইপা।।

---

**মোংবা য়ুমতাংশাং**

নুংয়াম শাফাবীনা ইহুইরোন লাইশ্রা খোইয়ম লাইনা শাবী-ও য়ুমফমলেল অচৌবা য়ীফমলেল অৱাংবা হায়না খঙনঙৈগীদি অসিনে। নঙ শিলহৌররো হায়না শিলহৌ কানে। লৈমা লাইশ্রা খাইরক্কোল তুবী লাইবেলগা পানমীন্নঙে। নোংদা লাইরেল পাখংবা মহাক্কা কংলৈ ফমপাল তোংনা খোংনে। কোরৌ লালশাফম ৱাঙবল কাওফা ফমনে। অশৈনন' হৈজ পুমবা পুথোকনা শক্লফম। 'অমাই হিথাংনফমনে। মরোই লোয়নবা ঙাইনবা মশেল, মরময়ৌনা খোঙলোই ঙাইবা মশেল, মপাচা মরী-মতা মপা-মতোন মচিল-মনাও সললাই লুপ ঙাইনবশিং। শেল তোনখিবা পুনখিবা পীনখিবা ঙাইবশিং।

---

১। **পাখংবা লৈন্না ফিশেৎফমঃ**

সঙলাংমৈদি পাখংবগা লাইস্নাগা অনিমকনা ফিসেৎ লৈথোমফম্লে। নিংথৌ লৈমা আননা ফিসেৎ তম্না মোইমিৎ লৈচুনৈএ। অয়েক অখোৎ তম্না শাবা অদুগী সঙলাংমৈ কৌই।

**পাখংবা ফিসেৎঃ** পাখংবগী ফিসেৎ অহানবদি লৈক মথক্রে নিঙখমনে। ফিবেল লুসেৎনে। লোল্লেনে। সমজিন লেংখাংনে। ফুরিৎ কোনখানে। ফিহাই নিঙখমনে অসিদি পাখংবগীনে। অহিংনা মাইমু তোমসোল নুংথিলনা সমপ্রেৎ লোলয়ামবা সেৎলে।

**লাইশ্রা শেৎপদি ঃ** লাইশ্রা ফীশেৎ লুরেন লুচাউ কুমসং ফানিক কাব্রং কানক, কাব্রং খাওন, ফৈসা লেংখাং, ফুরিৎ সংপারেন (সমপ্রেৎ) ফিরেন কানক থারোন ফনিক সমজিনসি খানীক খাংখা, পুমথিৎ সায়বা, নায়ান সাবেন কমথাঙ, খোংলী, খাঙবম, হৌমন্নরকএ... ফিসেৎ অসি খৈবি ক শেৎনবা মফমনে ফিসেৎ অসি তম্না মোইমিৎ লইচুনৈএ। অয়েক অখোৎ তম্না সাইএ অদুগী সঙলাংমৈ কৌই।

*-লৈহৌ নোংহৌ-৩৯-৪০*

মোংবা
য়ুমতাংশাং

লিরৌ পাইরৌঙাইপা।। হইকোং লাকোং ঙাইপা মাসেল।। কে কে মোইরাং পুঙসুং। নোংয়াই খুমল পুঙসুঙ্ থাঙঙা কমপোং পুঙসুঙ্।। চেংলই ফালতেক পুঙসুঙ।। হইরেম খুলচাল পুঙসুঙ থাঙঙা য়ৌখান পুঙসুঙ।। হাওরোক কোনথৌ পুঙসুঙ।। সেললোই লাংমাই পুঙসুঙ।। নোংপাল অঙোম পুঙসুং নুংপাল লুৱাং পুঙসুঙ্।। মালতিংমরা পুঙ্।। বুরোক নোংসা পুঙসুঙ্।। খুলফম ঙাংচেং পুঙসুঙ্ লোকখা হাওখা পুঙসুঙ।। হাওকপ চীঙসাং* পুঙসুঙ।। খুলপী লোললাং পুঙসুঙ।। ৱাংলেন পুঙ্ ১৬ মাপু লাওখায় তিলচিলফমনে।। অতেনা কৌপাসুঙ।। অরাইনা খুমতরিঙই।। খুমলওকানে অরাই কৌপাসুঙ আতেনা খুমতারিঙই।। খুমলও কানে।। কোরৌ নোংতুফম।। মাললেম লইতুফমনে।। থাঙঙা লপয়ালকা কাসা য়ীরাৎফমনে।।

---

মোংবা
য়ুমতাংশাং

লৌনগদবা, পীনগদবা, পীথোক-পীশিননা পানগদবা ঙাইনবশিং। হেঞ্জিন্না লৌখিবা, ৱাৎনা লৌহৌবা, ৱাফংননা শেংদোক্লবা ঙাইনবশিং। ৱাংকোং-শেলকোং হৈকোং লাকোং ঙাইনবা মশেলশিং।। কেগে মোইরাং পুঙসু, নোংযাই খুমল পুঙসু, থাঙঙা কমপোং পুঙসু, চেংলৈ ফালতেক পুঙসু, হৈরেম খুলচাল পুঙসু, থাঙঙা য়ৌখাল পুঙসু। হাওরোক কোন্থৌ পুঙসু। শেললোই লাংমাই পুঙসু নোংবাল অঙোম পুঙসু, নুংবাল লুৱাংপুঙসু। মলতিং মরা পুঙসু। উবোক নোংশা পুঙসু। খুলফম ঙাংচেং পুঙসু। লোকখা হাওখা পুঙসু। হাওকপ চীংশাং পুঙসু। খুলবী লোললাং পুঙসু। ৱাংলেল পুঙ ১৬ মকনা অমত্তগা ওইনা তিলশিন্নফম পুনশিন্নফমনে। অৱাকপনা উনা কৌরকপবু লৈরম্বনা পাওখুমদরিঙৈদা তরামনা ওকনা খুমলম্বা কানে। লৈরম্বনা কৌববু হৈনজিনলকপনা পাওখুমদারিঙৈ হান্না পাওখুমলবা কানে। থাঙঙা য়ুমদি লপয়াল-কা অপোক কাশা ঈরাৎফম মফমনে।

---

* হাওকপ চীংশাং হাযনগা লাঙ্গোল চীংবু খঙনৈ। চীঙ্গোইবোল

মোংবা যুমতাংশাং

যীব্রাকমানা কংলই পুঙলোন যামপা।। ঙালপা লইতোঙ হকপা।। লইবকসিলসু তেংথাযামপা।। খোংপাল লইতোই আসই হক মোংপা চৎলম ফালসাংয়িলনা।। আসই তেংথাচিললকযে।। নতাইবেম লোইযমঙৌ লুব্রাং যীব্রাকমানা নোংথৌবেল তুপী চাবাইবোংপা।। লাইরেল লাইপাখং অতেংপা নঙকি তামকপু।। পুলসি যীব্রাল লইপু মোংপা চৎলম ফালসাংযিলনা হাযা তেংথাচিললকযে।। লাইবেল নঙপু লোইতাম থামই চাওচিলিনা যীবেং মাললই কোল্‌চিল্‌নাপাপু।। মোংপা থাঙঙা কাপুম মাপু।। হাঙতানা চালোন ৫ পুলসী যীব্রাল লইপু তাইযুম যীমাই নোংলেম লাইনা পাংবাবম থোঙলেল নামাল যীমাল কৌপা চীঙথাং লা পাংপাবমতা।। হাযি চা হাযা বাওনা কোলচিললমকে। হাযিচা হাযা হে হে হবিও।।

---

মোংবা যুমত্যাংশাং

ঈব্রাকমানা কংলৈ পুঙলোন যামবা। ঙালব লৈতোঙ হকপা। লৈবক শিংসু তেংথা যাম্বা খেংবাল লৈতোই অশৈ হক মোংবা চৎলম ফালসাং ইলনা অশৈ তেংথা চিল্লকযে। নদাইবেম লোইযমঙৌ লুব্রাং যীবাকমানা নোংথৌবেল তুবা চবাইবাংবা লাইবেল লাই পাখং অতেংবা নঙগীদমকপু। পুলসি ঈব্রাল লৈপু চৎলম ফালসাং ইন্না হযা তেংথাচিল্লকযে। লাইবেল নঙবু লোইদাম থামৈ চাওশিলনা ইপা-ইপুশিংবু কোলশিন্নববু। মোংবা থাঙঙা যুমগী কা পুম্ববু হাংদনা। চাবোল ৫ পুলসি ঈবাল লৈবু ননাইনা ইমাই নোংলেম অনাং পাংবা মকমদা থোংলেল নমাল ঈমাল কৌবা চীংথাংলা পাংবানমদা হায-চা হাযা লাওনা কোলশিল্লমগে- "হাযি চা হাযা হে হে হবি-ও।

**লোইরবা**

## ব্রাহয় খঙহনবা

### লমায় ১

**ময়াই সুপতোংপাল**— মৈতৈ কংলাগী মমিং অমা।

**লাংকোই সারোক পুঙ**— মৈতৈ কংলাগী মমিং অমা

**তেংথারককে**— তেঙনা থারককে, অখাকপা অমত্তা লৈতনা হায়রককে।

**চকথাঙ**-- থাংগী মমিং অমা।

**খুলতা**— খুলতারমবা।

### লমায় ২

**মরাল হালনা য়ুমতমপা**— য়ুম হান্না শাবা হৌরম্বা।

**চাইবীপুঙ চাইপী খুলতা পুঙ**— মৈতৈ কংলাগী মমিং অমা।

**পুঙলিং ব্রাই**— পুঙ লিংখৎলম্বা মফম।

**পুঙখঙ ব্রাই**— পুঙ খঙবা মফম।

**মালপী**— শন

**য়ারেল খোংচি** — শা, শলগী ময়া, য়াপংগী অরোইবা শরুক ফাওবগী মফম।

**কংলৈ সুপতোংপাল**— মৈতৈ কংলাগী মমিং অমা।

### লমায় ৩

**মরোই**— মমান্নবা, মরুপ; হৌমীন্নরকপা।

**মেনাংতলবা**— হামেং।

**হয়েল** — লাল।

**য়োইময়াই লাইরেল তাওতলপা**— নুমিৎকী মমিং অমা।

**তাওরোইনাই আঙালপা**— নুমিৎকী মমিং অমা।

### লমায় ৪

**য়োইময়াই লাইরেল তাওদনবা**— অহানবা নোংমগী মপুং ফানা উবা নুমিৎকী মমিং, অয়ুক্তা থোকপা নুমিৎ।

**তাওরোরোইনাই অঙালপা**— নুমিৎয়ুংবা মতমদা উবা নুমিৎকী মমিং।

**মাললেম লাংচাখে অখেবা**— চাইথরকপদা উবা নুমিৎকী মমিং অমা।

**সনা খোমাতোল আতোলপা**— তারমদাইদা উবা নুমিৎকী মমিং অমা।

### লমায় ৫

**কোঙয়াঙ খরা সা**— ব্রানা শাবা থোঙ্গ্রা (খারা)।

**মাওপী** — ব্রা মখল অমগী মমিং।

**ব্রুনিং**— অচৌবা ব্রাদগী মতাং ১ ককলগা শেম্বা মখুম পানবা পোৎ হাপনবা অমা।

**তাওচীঙ**— হৈ।

**থেমথা**— পোকপা।

**অয়াঙ**— অথৌবা।

**মাতাইরেম**—মনাই অথোইবা

**মোংখাঙ সমচিলনপা**— কোকয়েৎ কোকতা য়েৎপা।

**লাইপাক তালবা**— লাইবক পাকনা উবা।

**অয়াঙ লমথাফম**— নিংথৌ মনাই

অকন অথৌশিংগী চাংয়েংননবা লমথাবকপা মফম।

### লমায় ৬

**থোংনাং**— ময়াং, তখেল, কশাবি।

**চোইনৌ**— সনা

### লমায় ৭

**ঙাংঙোই**— মোইবাংগী লম অমগী মমিং।

**লৈকোই লাংকোই সেমপা**— লৈপাকপু শেম শাবা।

**সারোঙ পুঙমাই তাওপা**— শারোঙ পুঙ কৌবা মফমবু শেমবা।

**য়ুমলাই কাইলাই সাকা তমহৈবা**— য়ুমকৈ শাবা হৌদোকনা য়ুমবু শারম্বা।

### লমায় ৮

**মালেম**— লৈপাক

**য়ুমতাংসাং**— ময়ুং থোইনা শাংবা।

**য়াইরাৎ**— য়াই লাৎপা।

**কুপীবা**— থৌজানবীবা।

**কোরৌ**— লৈপাক্কী মথক অহাংবা শরুক/অতিয়া।

### লমায় ৯

**খাপী**— মাইবী।

**তাওচীং**— হৈ।

**য়াইতইফম**— য়াই তাইনফম, য়াই লাৎনফম।

**তানলোই অখুপী**— নুপী অতোনপী।

**য়োইহৈরোইনাই**— নিংথৌগী মনাউ ইবেম্মা ফমথোন কাদবীশিংগী লোইনবী মনাই।

**লমতু লওহোঙপী**— লৌ কুম্বী, খুলং।

### লমায় ১০

**হোংখু**— অঙৌবা।

**নাসি**— নাদা শিবা/য়ানবা।

**য়ীললুম**— য়েমপাক

**কোঙয়াঙ**— চৈশু ওইনবা ব্রা।

**লোকলৌ সায়ী তৈবা**— হুমাং শৌবা।

## লমায় ১১

**লেংনা তিল**— পূন্নমক পুনবা

**য়েলবা তুসেকসাপা** — য়েল লাবাগী অশাংবা মতু মানবা।

**লৈরাং খেকলোই থেংনা**— লৈ চিনবা।

**খানলৈ**— লৌ, লৌবুক ।

**থাঙঙা**— যুম ।

**কারেল**— কা অচৌবা/অথোইবা কা।

## লমায় ১২

**য়াওরও সরাল**— শা চৎথোক চৎশিন তৌবা লম্বী, শাবম।

**সচীফু লমঙাক তানবা**— শজিবু থাদা ইবাৎ থৌনি পাঙথোকপা।

**থোঙলেন কাকফই থাঙই** — থোঙগী পৌবোল লোনবা, থোঙ লোনবা।

**য়াওরও সামি কৌনাফম**— শা ফানবা ইবাৎনবা মফম।

## লমায় ১৩

**সায়াকোৎ**— লাইশোল অমগী মমিং, লাইদা কৎনবা শা থম্নবা মফম অমা।

**খোইমোম**— লাই নুপী/লাইবেম্বী।

**মাঙসোক**— য়ুমগী ফমমেলদগী অৱাং থংবা শকক খবা।

**মৈরা তলতুম ৱোইনা**— মঙাল পীঙমবা, ৱাখল লৌশিং পীঙম্বা।

**ৱাঙনপী**— অথোইবী।

**মোংপা য়ুময়াইঙাকপী**— য়ুমগী ময়াই থংবা কাদা লৈদুনা য়ুমবু ঙাকতুনা লৈবী।

**য়ুমচিন লৈমা পাওতোইবী**— লৈমবেলগী মমিং অমা।

**লাকথা লৈমা পাওয়ামপী**— নাকথদা লৈবী লৈমবেলগী মমিং।

**ফুরেপ লৈমা লুচাওবী**— ঈশাইফুদা লৈবা লৈমবেলগী মমিং।

**মালফম লইয়েংপী কোলফম লইতকপী**— লালফমদা লৈবী ইমা লৈমবেলগী মমিং। পান্থোইবী ওইনসু খঙনৈ।

## লমায় ১৪

**হুয়েল লাললোইনবী**— লালদা লোইনবী।

**ফীমরোল ফাপী**— নিংথিবা ফীসেংশিংনা লৈতেংবী।

**লোইপী** — চীং।

## লমায় ১৫

**খোইমোম লাইরইমা** — লাই নুপী।

**ফৈথা**— নিংথৌখনবগী ফম অমগী মমিং; নিংথৌগী তালোয ১সুং নুপী পাননবা ফমনাইবা ফমগী মমিং।

**হাওনু**— য়ুমগী য়ুম্বুরেম্বী নুপী।

**য়ীরালব্রাই**— য়ুমদা হনলকপা।

**লমায় ১৬**

**চৎলম ফানসাং হেনপী**— হৌনা লোনচৎ খঙবী, হৌনা লোনচৎ খঙনা ঙাকনা কাইদনা চৎলিবী নুপী।

**খোঙকা-য়োমপী**— চৎনলোনদা খোঙ খলনা চৎপা।

**লুকা খুমপী**— মকোক মরু খুম্বী।

**পুমলাং**— ঈশিং হাপ্লা য়াবা লৈপাকনা শাবা অচৌবা চফু মখল অমা।

**পোলবী**— য়ুমদা য়োকপা উচেক।

**চেক্লা**— লমদা চাকতাবা উচেক।

**য়াতাকা**— তুমফম কা।

**লমায় ১৭**

**নোংপাললোন**— অঙোম চনু ওইবী অঙোম সল্লাইদা পোকপী নুপীশিং।

**সালব্রোন**— মশক ওনবা, শাইওন।

**লাইচা য়ীনৌ কনপাতা** — অনৌবা ঈশিং হেনগৎলকপা (ইনৌ তাবা)

**খুমন**— মৈতৈগী সলাই ১গী মমিং।

**লাইচা**— ঈশিং।

**হুপনৌ খাঙতপব্রায়না**— হুপ পাম্বী ময়াই চপুক য়ৌনা থুমবা ওইবা।

**পানবা কইথিল**— কৈ লৈরে খঙহনবা।

**হুয়েল লালথিলহনপী**— লাল লাকলে খঙহনবী।

**লমায় ১৮**

**লাংকোই সায়াঙথকতা**— শামু, শগোল লালশাগী ময়াংলেল মথক্তা।

**ব্রাকচিং**— থা ১২গী মনুংদগী ১০সুবা থাগী মমিং।

**য়োইবু**— অহেনবা, নিংথিবা ফজবা।

**মেনোং** — হামেঙ।

**থাঙঙা** — য়ুম।

**সাপী** — মব্রা মপূরোইবা, ময়াম্বা।

**সানৌ**— মনাও ইবেম্মা, মনাও।

**নাওব্রা** — অঙাং।

**নাওব্রা মাখুঙই** — অঙাং চাওদরিবা, অঙাং ওইরিবা।

**ফমমোইমিৎ** — ফম্বাল, নিংথৌ ফম্বাল।

**লমায় ১৯**

**ফাললাংমই তোংতরিঙই**— নিংথৌ ফম্বাল কাদুনা নিংথৌ ওইদরিঙৈ।

**য়োইকোলনুং কোলনুং আচম্বাপাতা** — নিংথৌ পালদুনা লৈরিবা কংলা, নিংথৌ সঙ্গাই।

**ফইরা** — ফৈগল।

**খায়োইরোল** — খুমল য়েক ওইবী নুপী।

**অঙৌবা** — অঙোম নিংথৌ।

**১০ চামাংদা** — চাকশেং চাবা।

**ব্রাংলৈ** — য়ু।

### লমায় ২০

**খোংলেল** — অথোইবা খোং।

**লাইচা য়ীপাকথকত্র** — ঈশিং মথক্তা।

**তিলাং হাইসীৎননা** — মতিনশিৎনা।

**লেমলই ঙামি কৌ** — ঙা ফানবা ঙাকৌদুনা হোৎনবা।

**য়ীনফুই মাইরং সোল** — ঈল চিংবা।

**লইরাই মুংবী থকতা** — লৈরাই মপালগী মথকতা।

**চইপুল তরাল সুনা** — পোং হোনবদা শিজনবা অশাংবা খুৎচাবা ব্রা/পৌ পাইবা।

**লাংলেন** — থোইনা হেননা ফজবা মপুং ফাবা ব্রা।

**লইকু সেংসৌনা** — লৈবাইদা ঙাকপা/সৌবা।

### লমায় ২১

**লাইচা য়ীমিহৌরে** — ঈশিংগী ইপোম হৌরে ।

**লেমলই খেরাংথাংপা** — ঙানা ঈশিংদা চেল-চোংনা মোংবা।

**লেমলই নীঙনাতেনা** — ঙানা তৃমিন্না মোংদনা লৈখিবা।

**কাওসুঙ কওরানুংতা** — ঈশিং মনুংদা লৈবা উরা ব্রারাশিংদা।

**সালথুপখিয়ে** — তৃমিননা মফম অমদা লৈবা/লোৎপা।

**ব্রাব্রোইখিয়ে** — অওইবা ব্রা ওইনা হায়খি, চৈখিবা।

**লেমলই চাসীৎ ফালারোইয়ে** — ঙা চরা ফানা ফাবা ঙমলরোইয়ে।

**লুকলাং মানীঙ কোয়তারাপাতী** — ঙা ফাদুনা হাপনবা তুংগোল মনিং যৌনা কোয়না য়ৌদরবদি।

### লমায় ২২

**লাললোই মীঙাথোক** — লৈবাক নিংথৌ লুচিংবা।

**ব্রাতাথিরকানে** — চৈবা, চৈবাগনে।

**ব্রানচেং কাপোক পোকপা** — ঙা মখৈনা চোং চোংনা মোংনা চাবা।

**চইরৎখিয়ে** — চৈনা তৌবিবা থবক লেপখিবা, থবক তৌদবা।

**মোমনু** — নুপীজা ওইবী, নুপী।

**খুৎচেং হংচিলাকনা** — ঈল শোলবদা হংকেন পৌবা ১সুং ঈল পুম্না পাইবা।

**থাপী**— নুমিৎ।

**থাপী মতাং তেনপা**— নুমিৎ তারমদাই।

## লমায় ২৩

**সঙলেল মাখুৎফা**— মাগী অথোইবা য়ুম।

**য়াকা সঙ**— অঙম্বশিংগী তিন্নফম ওইবা য়ুম।

**মিংনাইপা**— মমিং লৈরবা, মমিং চৎলবা।

**তুম্বী**— লাইরেল, মতিক চাওবা নিংথৌ।

**য়োইনোংতা**— থোইনা হেননা পানলিঙৈ মতমদা।

**থৌখামপা**— থবক পাংদনবা থিংবা।

## লমায় ২৪

**লৈনুং থারুক আসৈপা**— পেনা খোংবা।

**চিঙখোঙ য়াহৌসঙ**— অহিং তুম্নবা য়ুম।

**য়োইহই-সংকল মাফেৎলোই**— মহারানী, লৈমা লৈমরেনবীগী লোয়নবী মনাইশিং।

**কাকলেল সাহমপী**— মমিৎ মনা শিংনা থবক তৌঙম্বা মখোঙ মখুৎ য়াংবী।

## লমায় ২৫

**থাঙয়ি ফওরাং রোং**— ফও ফৌবদা শন্দোকপা।

**লোইমোম ফওরাং মইকুমপী**— ফও ফৌরাদা ওৎনা ওৎনা ফও ফৌবা।

**সঙকাই নুংলাংপাল**— শঙ্গাইগী মনুং মপাল।

**হেকঙায়**— নিংথিনা লৈতেংলবা।

**সঙনুংঙোন**— পূক্লিং হুঙম্বা য়ুম।

## লমায় ২৬

**সঙলেলয়াই**— অথোইবা শঙ্গাই য়ুমগী মফম।

**মিংনাইপা ফানা শঙ**— মমিং চৎনা শকখঙলববু ফাখিঙৈগী য়ুম।

**য়ীকৌ তেলহইপা**— তেল কাপতুনা শাফাবা ঙম্বা।

**লিলব্রাই পালচুমপা**— তেলকাপ তেলবাল চুমনা পালহনবা ঙম্বা।

## লমায় ২৭

**চাখাপা ব্রুয়োক কোলকি পানবা লাচুমসকপা**— চাখাপা উয়োক কোলদগী নিংথীজবা অচুম্বা ফজবা উ।

**হেকঙাই সঙ**— লৈতেংবা য়ুম।

**খুৎহইপা**— শেম শাবা হৈবা।

**পাইচা থাঙচিললও থেঙকু নীংথৌয়ইনা**— থেংকুনা পাইসা মমিংদা য়ৈদুনা উ হুৎপা।

**সঙলেল মাথোলতই**—যুম মথোল নাইনা শাবা।

**তারেং**— মকওইবা যৃম্বী।

**খেনচঙ**— মাঙ্গোল।

**তাওখঙবা**— শাবা।

**সিঙচঙ লইতোইচল**— শিঙজংনা উ শাবা, শেম্বা।

## লমায় ২৮

**ফেলতিল**— য়ুম শাবদা শিজন্নবা খৃৎলাই অমগী মিং।

**হেনমোইবা**— লৈতেংনবা।

**মিৎয়েং নানীরোঙপা**— পবিং মপা অনী চানহননা লৌঙম্বা।

**মুকমই নারিল সোলনা**— মপা পবিং যেকনা থমনা।

**খোইয়ম**— লাই।

**লাইসক তমপা**— লাইগী মওং শাবা।

**তময়োনতাপা**— শোইবা লৈতবা, মানবা।

**যাওরও**— শা।

**হিংঙোল**— হিগোক মচুদা ব্রাওবা, মচু ওইনা তৈবদা শিজন্নবা পোৎশক অমা।

**চামেল**— হঙ্গাম মপাল মচু ওইনা তৈবদা শিজিনবা পোৎশক অমা।

**খেপাল**— অমুবা মচু, অমুবা মচু ওইনা তৈবদা শিজিন্নবা মচুগী পোৎ অমা।

**চোইনৌ**— সনা।

**কোরৌ অকুপপা**— নোংথাং।

**ব্রাঙপল আরংপা**— নুমিৎ।

**পামেল অরেমপা**— থোইনা নিংথিবা ফজবা উ।

## লমায় ২৯

**মাললেম**— লৈপাক।

**ব্রাঙপল ঙমলোননাপা**— নোংদোলথক্তা ব্রাংখৎপা।

**চনেৎনা** — মখা থানা নলদুনা থম্বা।

**কোনলোয়** — মিং।

**তেৎনৌ**— যোৎ ।

**তেংনৌসা**— খেৎতোকলবা উ থোৎনা উবা ।

**থওবী মিতমচিংবা**— ফুনদ্রে খেৎনবা চিংবা।

**তললা কুরোল হুপা**— উ মকু খোকপা, হিবা।

**য়ুমপী খঙচেৎ খেৎপা**— যৃম্বী খেৎনা-হিনা ফজনা শাবা।

**পামেল তেংনৌ সানা**— উনাম তানা খেৎপাদা অনৌবা উগুম উবা।

**তনলা অরেমপা**— থোইনা হেননা ফজবা অচৌবা উ।

**তনলা মোইরেং আচুমপা**— উগী উমাই য়েংবদা অচুম্বা, নিংথিজবা অচুম্বা উ।

## লমায় ৩০

**য়িময়াঙ নারিল সোল**— য়ুমগী য়াংদা থুঙনা হাপতুনা য়াং পুরিবা অশাংবা উ।

**খাঙনাপু মিতম হাপপা**— য়ুম থুংনা হাপ্পা যাংদগীনা য়েং ওয়দা শাংনা হাপ্পা উশিংগী মমিং।

**লাংলেন খাইপীলও**— অফবা ব্রাদগী ব্রাচেৎ খাইবা।

**লোকলৌ পারৈভা**— পায়া চাং মাননা পুনবা।

**য়োৎপী হুইকা থা**— য়োৎপী থাদুনা শাবা য়ুম।

**তেৎনৌ পারইবা সঙ**— য়োৎপী থাদুনা শাবা য়ুম।

**তলা মাসেল খাচিকনা**— উগা উগা উচল চানা য়ৈশিনবা।

**খোয়মা লিরেল তোলনা পাফনতই**— লিনা লাইরেল পাফনগী মওং তমনা লৈতেংনা শাবা।

**খোইয়ম লাইসকতমপা**— লাইগী মশক শাবা।

**তময়োনতাবা**— শোয়দবা।

**য়েকসোইতাপা**— য়েকপা শোইদবা।

**থোঙলেন মারোল য়ামপা**— থোঙ য়াম্না পানবা য়ুম।

## লমায় ৩১

**নামুপোংথোক**— মী থোকফম।

**তুপী কোয়চা য়েকলা**— অচৌবা লাইরেলগী মওং য়েকপা।

**নামু পোংশক তমপা**— মীগী শকতম মাননবা শাবা।

**সংসঙ য়েকতমবা**— অয়েকপনা তমদুনা য়েক্লিবা পোৎশক তুমক মান্না উহনবা ঙস্বা।

**সেলচানা য়িতাই ৱোইনা য়ুমকুপনাপা সঙ**— শেঞ্জেংনা ঈগী মহুৎ শিনদুনা কুপ্পা য়ুম।

**অপানবানা পোলপী কোয়চায়েক** — ফজবা উচেক্কী শক্তম কোইনা য়েকপা।

## লমায় ৩২

**অরাই সংকুপা চেক** — ব্রাহোং।

**সঙলেল ময়াই লাংনা** — য়ুমগী ময়াইদা উহনবা।

**কোনলোই কুপতুম কুপপা ব্রাঙ** — থোইনা হেন্না ব্রাঙ চাওবা।

**কোরও অঙানবা**— নুমিৎ।

**সিঙলেন**— মউ অচৌবা উপালদা লৈশাৎ তম্বা লৈ।

মৈরাং— মউ অনেম্বদা লৈশাং তমজবী লৈ।

হেমোইবা— লৈতেংবা।

## লমায় ৩৩

য়াইকাই— হৌদোকপা।

লাইজা— ঈশিং।

থৌতু— নূং।

নোংলেম লাইনা পাংনা— অৱাং মাইকৈ ওননা।

তাওতলপা খেলকারম— নুমিৎনা খোকলকপা মাইকৈ।

তাইখঙ - শাবা।

সনা চুবা য়ালপা— সনা মচু মানবা।

হেনবা — ফজবা।

লমঙালবা— তেন্না ফজবা।

য়োইময়াই তাওতলপা— নুমিৎ, নুমিৎ যুংবা মতমদা উবা নুমিৎ।

থৌতু নুঙৌ লৈরোইনা— নুঙৌ থাবা।

## লমায় ৩৪

তারেং— যুমগী মকুওইবা যুম্বী।

হিংঙোল পাকতৈনা— হিগোক মচু অৱাওবা (অতিয়া মচু) তৈবা।

চেকলা— লমগী উচেক।

খোইমোম লাইসকতম— লাইগী মওং মাননা য়েকপা শাবা।

লোইতাম থানিংথৌ— থাবুং পুর্নিমা।

## লমায় ৩৫

শেলবী— অৱা, কবো।

ৱুত্রা— কংলাগী হোচং যাওনা শাবা কংলা মনুংগী শঙঅমা।

মালং নোংসীৎথোঙ— মনিংথোং।

নাওৱা— অঙাং।

## লমায় ৩৬

অঙৌপা-- অঙোম।

চনু— নিংঙোল।

সোইনাইতাপী— মচা পোকতবী।

লমলোইরম— শেম শাবন্বা মফম।

য়াওবইমা— মৈযেংবম চনু।

খুলখাম— উবিংখিনবম চনু।

তেকপী— ওক।

সনা নামুং— চাহৈদবা শা।

## লমায় ৩৭

ৱাইখৎখিরে— হুমখৎখিরে।

ৱারোঙনখিয়ে— নিংঙাই শাংদনবা।

মেলনাং তলপা— হামেং।

নামুং— তৌহৈদবা।

হইচানরিঙৈনে— হুরাললিঙৈনে, লোৎশিনবা।

নাওথীনাখিরে— অকনবা ৱা ঙাংনবা, চিনদা পাওদানবা।

তাঙচা তমনা লমফমনা — মকোক লামনবা শমফোইনবা।

**নাথেংনাখিয়ে**— লুমদুনা য়েংনা শেনবা।

## লমায় ৩৮

**মীৎয়েং সানকইরে**— মমিৎনা উরে।

**লৈরাং অতিংঙা**— অরেমবা কানদবা ব্রা।

**য়াহৌনখিয়ে**— হৌদোকনখিয়ে।

**মুকমু হাইমইচো** — শনমোক, শন।

**মালপী**— শন।

**শাখৌথেংনা**— শাগী মখৌরিদা লেনথংপা।

**সারেল লইতোয়য়াৎ**— শাতুম ককপা।

**সাকু ব্রাললোং**— শা থোংবা য়াবা, মখা লাওবা লৈপাকনা শাবা উয়ান।

**থাঙচী মাসেল তিলনারকয়ে**— শাথোংবা মুল্লে।

**সুঙমাই**— শুমাং, লমপাক, অহাংবা।

## লমায় ৩৯

**খোংখইখিয়ে**— চংখিয়ে, তাইখিয়ে।

**সংলও**— য়েনশাং।

**লমলি কৌসাংথক**— সগাই মথক্তা।

**ব্রুপল**— উ মখল অমগী মমিং।

**ব্রাকমপোঙ**— উচেক মখল অমা।

**ফুংকা লাইরু**— য়ুমগী মৈ হৌদুনা শিজন্নরিবা য়ুময়াইগী মফম অমা।

**চেকলা**— লমলকতা লৈবা উচেক।

**তাওতং**— নুংশিং ।

## লমায় ৪০

**হুমপু নারেঙ সুপী**— মহৈগী লাইরেম্বী।

**কাসা য়ীরাংফম**— অপোকপা খুরমনফম।

**থাঙয়ী চেংলইসু**— চেংলৈ সল্লাইগী যেক চা।

**হুয়েল**— লাল।

**সাপল লালথোঙসিনপাপু সংতে** — মচা নিপা অমংতা পোকতবা।

**য়ীমোম**— ইচানুপী।

**তমপা ব্রাংঙমলোল**— নিংথৌ লৈমগী মচানুপী।

**পোইরই চাতোলনা**— পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী তুংগী মীরোলনা।

**কোলোই**— মিং।

## লমায় ৪১

**থৌতু**— নুং।

**থৌনেক**— থবক তৌবনা হায়বা।

**থৌতু লেপনা য়ুংবা**— নিংশিং নুং য়ুংবা।

**সুমসঙ** — কৈসুম শঙ।

## লমায় ৪২

**খোইমোম** — লাইবেমমা।

**লাংকোই** — লান্দা শিজনবা শা, শগোল শামু।

**চীনফুরোন**— চেংলৈ শল্লাই ওইবা নুপী, নিংঙোল।

**হাওরোকসু**— কোম্ব্রৌজম চাদা নাওদা, কোম্ব্রৌজম নিংঙোল।

**ব্রুয়ীল**— উ মখল অমা।

## লমায় ৪৩

**নোংপাললোল** — অঙোম চনু নিংঙোল।

**খুৎতোল খুৎতাংহাপ**— জগোই শাবগী মখূৎ থেক নৌবা।

**লাংমই পুঙলেনচিল**— লাংমৈদোং কৌবা উচেক মখল অদুগী মতু লৈতেং ওইনা থেৎপা।

**সামমই সমতোল য়োম**— ফজনবা মওংদা শমবুন পুনবা।

**ব্রাংলেন**— পুঙ।

**পুঙখৎতইবা**— পুঙ য়ৈবা

**নোয়না ঙমতমফম**— জগোই শাফম।

**হাওরইমা**— য়ুম্বুবেম্বী।

**অয়াঙ**— অকন অথৌ।

## লমায় ৪৪

**মোংপা**— য়ুম।

**তোকপা**— শা মখল অমা।

**য়াতাফম**— তুমফম, লৈফম।

## লমায় ৪৫

**লমথক সারোকপুঙ**— কংলৈগী মমিং অমা।

**লৈমু সেংথাকনা**— লৈবাক তৌনহনবা।

**লৈহৌতমনা সেংব্রোইনবা**— য়ুমগী য়ুম্ফম থোননহনবা।

**লৈমুতমনা সেংথাকনায়ে**— পুখ্রি তৌনহনবা।

## লমায় ৪৬

**মোইমীৎ লইচুনায়ে**— মমিং কোৎপা, মীৎতা য়েক খোৎপা।

**লালমিংনাইপপু**— লান্দা মমিং চৎপবু।

**নারইনায়ে**— শাহনবা।

## লমায় ৪৭

**তুপী কোয়চা য়েক**— লাইবেলগী মওং কোইনা য়েকপা।

**লাইরেল য়াঙয়িসোলপুঙ তমনা**— লাইরেল মওং মালহননা।

**৭ শেলয়ালনায়ে**— শেন পুনহনবা।

**কোরৌ অকুপপা**— নোংথাং।

**চরই ফীরাল খাননায়ে**— নুংশা খলনহনবা।

**লাইচা থীফেলননা**— ঈশিং চাইবা।

**নাহইসঙ**— লাইশোন শোননা শেংদোক্লবা য়ুম।

## লমায় ৪৮

**থীকসেং থাসেংনফম**— ইরু শানতেংনফম/ইরুজফম।

**চীনফু মাইতাফম**— মাই-মিৎ, চিন-খা শেংথোকনফম।

**কাবো**— অৱা।

**লিয়োং**— তুম্বাগুম্বদা মথক্তা কুপ্লগা লি নৎত্রেগা কনমনা লোন্দুনা য়োম্লবা ঈশিং হাপপা য়াবা মখল অমা।

**সাবুল হাইকাপফম** — শউন্না লিরি ওইবা তেন কাপ্লফম।

## লমায় ৪৯

**অচঙপা**— অহিংবা।

**সনা য়াচুসাইপভী**— ময়া সনাতোপ্লদি।

**কুচু**— ৱায়েল শঙ।

**লাললু** — অককপা মকোক, কোক।

## লমায় ৫০

**অয়াঙ ৱারেপফম**— অকন অথৌশিংনা অরেপ্লা ৱা ঙাংনফম।

**হায়ীঙইকি**— হৌখিঙৈ, নহাল কুইখ্রবগী, থাইনঙৈগী।

**তাওতন**— নুমিৎ।

**তাওহুইরেং**— নুমিৎ।

## লমায় ৫১

**লোইপী**— চীং।

**হেমপা**— অথোইবা।

**য়ীরোক আকুৎপাপু**— চীংগী লোক।

**মাকলং কাললাচোং**— নুংশিৎকী মমাঙথানা/য়াংনা চোংবা।

**য়িংথী য়ীরান**— ঈশিং খোংলম ইরানবা।

**কাওপী সলথোককোল**— শনকোল, শননা মচা চাদানা নুংঙাইন' লৈবা মফম।

## লমায় ৫২

**সেরি মাখোঙপালতাপানা**— ৱাচৎ ৱানোম শেল।

**মুংফি**— লৈরুমফী, ফী মখল অমা।

**মিরায়মানা চঙতা**— অচেৎপা ৱাতানফম।

**পোংলাইমানা য়ৌতাকানে**— মীতোপ অমা চঙহন্দবা কা মফম।

**তারা**— চাক।

**লাইচা য়ীয়াইথোইপা**— থকনবা অয়োকপা ঈশিং।

**মলকৌ থাঙ**— হৈখোকপদা খুৎলোইবা থাঙ, হৈজ্রাং।

**আসৈ পলমাপাকনা** — ঈশৈ শকমিনবা।

**য়ীনুং সোইয়াইমতা** — নুমিদাং অহিং নোংয়াই চবুকতা।

**মীৎয়েং নাওসুমতা**— অহিং তুমদবা।

**য়ীনুং সিঙচেপ মই হাইচৌথাল**— অহিং মৈ লিংবা, থাবা।

## লমায় ৫৩

**লেমলই**— ঙা।

**পাৎতোল কোলতোল ঙা**— পাৎতা লৈবা ঙা।

**ব্রালচেং মাকোই ফোংতা**— ঙা চাদবা।

**লেমলই ঙাকৌফম**— ঙা ফাফম।

**খাপী লংপীরেমা**— মাইবী।

**পাকলোয় ঙাংচা থেমতাই য়েৎনফম**— কোক্কী কোকয়েৎ য়েৎনফম।

## লমায় ৫৪

**সানা লংচই সংচঙ থোকন**— ফী হোংনফম/ফীশেৎফম।

**মোইমীৎ লইচুসঙ**— মীৎতা য়েক খোৎপা, মাইদা হকচাংদা অকে-অমৌগী য়েক খোৎনবগী য়ুম্, কেফম। (মমীৎ কোৎফমগী য়ুমবুসু খঙনৈ)

**নোংলৈশং**— উ পাম্বী মখল অমা।

**হেনমোইসঙ**— লৈতেংবা য়ুম।

## লমায় ৫৫

**য়োইবু মাসানৌ**— লৈমা, নিংথৌগী লোইনবী।

**য়ীব্রাংলোন**— মোইরাং চনু নিঙোল ওইবী।

**পামেল ব্রুসোঙলৈ** — উসোঙ কৌবা উপালগী মপাল/লৈ।

**সনা কোনলাং চাল**— সনা শাফম/কোনশঙ।

**কইথেললেলনে**— অথোইবা কৈথেলনে।

**কুরাও ফালকা তোংনা**— কুরাও উনা শাবা ফালদা ফমবা।

## লমায় ৫৬

**য়োইরেল**— মাইবী।

**সারী নামুং অচেৎপা সোননফম**— অচেৎপা অরোনবা ব্রাতাননা লেপনফম/ ব্রাশকনফম।

**থেমথা য়োইথোল সঙ**— লৈমা, নিংথৌগী লোইনবীশিংগী অঙাং উনফম য়ুম।

## লমায় ৫৭

**সারী নামুং অচেৎপা**— ব্রা হায়দোক্লদনবা ব্রারেপনবা, অচেৎপা ব্রাশক্লবা।

**পানবা লাচুম সঙ**— নিংথৌ মচানুপা পোকখিবা সঙ।

## লমায় ৫৮

**থাঙগুা য়ুমলাইমিংনা সঙ**— কনা অমত্তা চঙহন্দবা য়ুম।

**পানবা কইনিংথৌ**— য়াম্না চাওবা কৈ।

**য়োইরেল সঙ নামুংনে**— চঙহৈদবা মাইবীশিংগী য়ুমনে।

**থোংনাং**— ময়াং।

**পোইরই পুমনা তীলপা**— মৈতৈ পূম্নমক তীনবা।

## লমায় ৫৯

**তালপীকুনো**— তালবীগনো।

**নাতাইরেম**— মনাই অথোইবা।

**মানাও হলালপা**— পোকমীনবা মনাও থওইদবা।

**ব্রাকতংনাসিনা**— ব্রানা নাদা সনা ওইনা য়ানবা।

**য়াইরী খাঙথোমনবা**— য়াইবী লীনা য়েৎতুনা লৈতেংবা।

**লাইথং হইয়োমসাপা**— য়োমশিন্দুনা লান্দাবা।

**তঙচা**— কোক, মাই।

## লমায় ৬০

**নোংপাললোন**— অঙোম সল্লাই নিংঙোল।

**লৈরাই মাতারম**— হিদেন।

**ফানরমনে**— ফাখিবা মফমনে।

**লাংশঙ**— নিংথৌগী লোইশঙ অমগী মমিং।

**তাংচুম**— মতাং চুমবা।

## লমায় ৬১

**থাঙলেল য়াওথৌ**— অথৌবা থাঙ।

**সনা লিকমোইরেং**— সনাগী লিক পরেং।

**কইথেললেলনে**— অথোইবা কৈথেল।

## লমায় ৬২

**সেলপী**— কবো।

**লালু কোকসোকনপা** — মকোক ককনখিবা।

**অহোঙপুঙনে**— কৈথেলনে।

**১০ চেঙচামথেলনে**— চাক থোংনবা চেং চামখিবা মফমনে।

## লমায় ৬৩

**হয়েল**— লাল।

**অহোঙ য়োইথোলপুঙ**— অথোইবা কৈথেল।

## লমায় ৬৪

**চোইনৌ সনা পোকপী**— সনা থোকফম।

**লুপা পোকপী**— লুপা থোকফম।

## লমায় ৬৭

**লেমলৈ তিঙলি তংপা**— ঙা ফানদবা।

**সোইরেল ফুমপৌনমপা**— ঙাফাফম/ ঙা ফানবা ফুমনমবা।

**ফুমপৌরোনপা ঙাতী**— ফুম মনুংদা লৈবা ঙাদি।

## লমায় ৬৮

**তেনথাফম**— তেন কাপনফম, তেন্না পাল্লুফম।

## লমায় ৬৯

**ব্রাঙম**— নিংথৌ মচা।

**অহোঙ মীয়ানফম**— কৈথেলদা লৈবা মী যান্দুনা থমফম, ব্রাবকফম।

**কাতৌনোংকিনো**— কবি তৌখিবা নোংদগীনো।

**তিলমেল**— তা।

## লমায় ৭০

**খমলাং অহোঙপা**— নহালঙৈদগা ৈলবমপা কৈথেল, অবিবা কৈথেল।

**মাঙসোকলমতা**— যুমগী ফমমেন্দগী অব্রাং থংবা মাঙ্গোলগা মফম লম।

**মাথংলেন**— মপুবোইবা, মব্রা।

## লমায় ৭১

**আোনহইতাপী**— ললোনবা হৈত্রিবী।

**ব্রোনতম**— ললোনবা হৌবা তমবা।

**তিকহইতাপী**— য়োন্নবা পোৎ লৈবা হৈতবী।

**তিকতম**— যোন্নবা পোৎ লৈবা তমবা।

## লমায় ৭২

**লইহাওতমনা সেংব্রোইনয়ে**— লম শেংহনবা, নাপী ফানহনবা।

**লইমু সেংথাকনয়ে**— পুখ্রি তৌনহনবা।

**অহোঙ য়োইথোলপুঙ**— কুম্মৈ পাঙথোক্রবা লৈপুঙ।

## লমায় ৭৩

**থেমথা য়োইথোল সঙ**— নিংথৌগী লোইনবী লৈমাশিংগী মচা পোকফম চাপোক সঙ।

**ব্রুহক সেংকমসানা**— উ যুংনা শেংগম শাবা।

## লমায় ৭৪

**অহোং খোংচিং পুঙ**— খোংচিংবা হাযবা কুম্মৈ মখল অমা পাঙথোকফম।

**পুঙলেল মাখুৎফানেল**— মানা কোইবা পালবা অথোইবা পুঙ মফম।

**নোংচুপ মবোং খোং**— কংলাগী নোংচুপথংবদা চেনবা খোং অমগী মমিং।

## লমায় ৭৫

**খোংলেন হেমতম য়াইনে**— অথোইবা খোং তৌনখিবা মফমনে।

**খুনঙম পুঙ**— খুলবু ঙমখিঙৈদা শেমখিবা মফম।

**য়োইপু লইমা মামাঙকিনা**— হৌখিবা মমাঙদা লৈমবেলবী ওইখিবশিং।

**ফমলেল য়িমচঙপী**— য়ুমবুবেলবী-লৈমা, নিংথৌগা ফম্বাল তোংমিন্নবী।

**পলেম মামা পীপুকনুংকি**— মমাদা মীবোললিঙৈদগী।

**নোংহাঙলাপাবু** — পোকলববু।

## লমায় ৭৬

**থাঙব্রাই লওকোলনুং**— অব্রাং থংবা লৌকোল।

**সেললই কাকানে কাতাপা**— শেল পীবক্কনি পীবকতবা।

**লিরেলপাক ফননা**— শনদোক তিংথোকনা থুপচিনবা যাওদনা।

**তলমুয়াঙতকনা**— তলমু কৌবা উনা য়ুমগী যাংদা হাপ্পা।

**তলহাওসাইতানা**— তলহাও কৌবা উনা য়ুমগী শাইদা হাপনা।

**য়ুমতীঙ মতাংতোই**— য়ুমজাও কাখল নাইবা।

## লমায় ৭৭

**অয়াঙ লমলইফম**— অকন অথৌনা লৈনবা মফম।

**তাখেল**— মযাং

## লমায় ৭৮

**য়োইবা**— ফজবা, হেনবা।

**খুমলপাচা**— খুলম সল্লাই পাৎ-তাবা।

**খাফম**— পানা অমগী মিং।

**তাইয়ম**— মনাই।

**নাইচারাকপা**— ফম অমগী মমিং।

## লমায় ৭৯

**মিংনাইবা**— মমিং চৎপা সকখঙনরবা।

**খমলাং অহোঙবা**— অবিবা কৈথেল।

**থাঙয়ি**— ফৌ।

**লাললু**— কোক।

**কোকসোকনাপা**— কোক ককনখিবা।

## লমায় ৮০

**লোইচাখোমপা**— মখাথাবশিংদগী লোইপোৎ লৌবা।

**সীঙয়েল লাইচাহেনপা**— উপালদা শাৎপা লৈ ফজবা।

**খোইমোম**— লাইবেন্মা, লাইবেন্বী।

**ব্রুবেল**— উ অথোইবা।

**কোনলোই**— মিং।

## লমায় ৮১

**য়োইরুমলোন**— লুব্রাং যেক সল্লাই য়ুম্নাক্কী চনু নিংঙোল।

**লাংকোই সায়াঙথকতা**— শামু মথক্তা।

**সিলহান**— থবক শুবা।

**থোংনাং**— মযাং।

**নোংপানলোন**— অঙোম যেক সল্লাই ওইবা য়ুম্নাক্কী চনু নিংঙোল।

**সেললোইনাই**— শেল ওইনা লোইপোৎ কাবা কাংবু।

**মফম তাওপা**— মফম তাকপা ঙমবা।

**খোইরু মীতম লাকপা** — খোইরুনা শাগদৌবিবদুগী হাননা পাদম মপা লৌনা শাবা।

**মইবী তোংহুনচল্লপা**— মৈ চাকনবা হুমবা উতোং য়াওনা শেম্বা মৈফম।

**কোনফু সুংবা**— কোন হৈবা।

**লমায় ৮২**

**হিয়াঙলোয়**— হিয়াঙলোই হনজবদি মারজিংনে, ফম অমগী মমিংনে লাইফম পানানি।

**য়ীমাঙলোয়** — ফম অমগী মমিংনে, লাইফম পানানি।

**য়োইরেল লোয়**— ফম অমগী মমিং যোইবেনহনবদি লাইফম পানানে, অশৈ, অমাইবী অমাইবা লোইশঙ অহুম্মদি যোইরেল কৌই।

**য়ুমনিংলোয়** — ফম অমগী মমিংনি, ইমিংলোয হাযনসু খঙনৈ, খাবম পানানে।

**য়ীপেমমালোই**— ফম অমগী মমিং।

**ব্রাইরং**— নোংপোক থংবা মাইকৈ।

**মীৎয়েং নানীলোঙপা**— মীৎযেং চুমদবা মপুকচেল লেপতবা।

**মাখোকলাং**— খোক কৌবা ব্রা মখল অমদগী শাবা মখুৎসু।

**মারোই তাংচুমবা**— মতাং চুম্বা মতাং মতা চাবা।

**কোঙয়াংমব্রাচা**— চৈশু ওইনা পাইনবা ব্রা।

**হয়েল লালপামপা**— লাল থেংনবা পামবা।

**লমায় ৮৩**

**কোঙয়াঙ পোংতোং চই**— পোং হোনবা য়াবা ব্রা।

**সিনাই নানীরোঙপা**— থবক শিন্থাদা য়াম্না চন্নবা।

**মোমনু হইকোই য়েকথীৎ ফাবা চই** — নুপীশিংনসু হৈ হেকপদা খুৎচাবা চৈ।

**চেংলই**— মী কাংলুপ অমগী মমিং।

**সিলহৈবা**— থবক হৈবা/খুৎ হৈবা।

**সাব্রা চুমপুনথাং**— হুইগং থাংবগী মওংদা পুনবা।

**চেকলা**— লমদা যারেক চাকতানা লৈবা উচেক।

**লমায় ৮৪**

**অশৈ তেবাল হইতাব্রাই**— অশৈবশিংনা মথং মথং শৈথানবম্বা মথং মথং খঙনবা ইবমবা, হাযবম্বা।

**লেমলই**— ঙা।

**লেমলৈ অকুমশোয়**— কুমমাগী ঙা ইকাখিবশিংবু অমুক হনথরকপা কুমথবকপদা ফানবা শেমবা মফম অমা।

**ব্রানচেং**— ঙা।

**ব্রানচেং অকাশোয়**— কুমমাগী ঙানা ইকায়রকপশিংবু ফানবা শেম্বা মফম অমা।

**কনহৎওনীকখিয়ে**— কম্থিথোকনা শাউবা।

## লমায় ৮৫

**কৌপা লমমাহলতা**— কৌব্রুগী মরমখৈ।

**হু তই তেল শাখিয়ে**— হু তৈবা তেন শাবা।

**মপল পলথৌ**— অপোকপা মপা।

**কাচেং**— অরংবা, নোংথাং।

**তাংখু তাংহল লী**— মতাং খুবা মখোকব্রাইগী লী।

**লইনুং হিকাপ য়াইকাপ লী**— শোইদনবা তেঞ্জেদুনা ব্রাইনা পাললুরগদবা তেলদুগী লিরি।

**লীরী থামোইতিং**— তেল কাপনবা তেলগী লিরী চিংবা।

**ব্রাইরা তেলব্রাই থারপতী**— তেল কাপলবদি।

**মাললেম**— লৈবাক।

**লাংলেন**— মপুং মরৈ ফাবা ব্রা, ব্রা মরোই চুমবা।

**কোঙয়াঙ**— চৈশু ওইনবা ব্রা।

**তনলা ব্রুরাই কং**— উ লেপকং।

**পামেল মপাল লোইরে**— উপাল মপুং ফানা কমলে, উ শিজিন্নবা য়াদনা কংবা।

**লুতুরে** — শিরে।

## লমায় ৮৬

**ফুংকা লোঙচুম**— মখোঙ অহুম ওনশিনবা।

**নোংমললে**— শিরে।

**খাপা**— মৈতৈ য়েক শল্লাই অমা।

**লুতু ব্রাই**— শিবা মফম।

## লমায় ৮৭

**তময়েকলাপা**— মীনা কীনবা।

**চীঙতারাও**— হৌনা খোঙনবা পোৎ।

**তুংথাংনা**— তুংদা য়ানবা।

**খোঙখইনবা**— চৎপা, কামনা খোংবা।

**কাইপী**— শা শওম।

**মারোং**— চুঙ, চুঙগোই।

**চুঙসুতা**— মশাগী চুঙ্গোই ১সুং তা।

**তীলমেল**— তা।

**খেরে**— তা মখল অমা।

## লমায় ৮৮

**খারা**— থোংগ্রা।

**হেনবী**— নিংথিবী।

**হুইব্রোলহলপা**— ফমগী মমিং, খাবম পানানি; মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী খোংলুপনি।

**নোংয়াই**— খুমন সল্লাই।

**য়ুমচিনচাকো**— য়ুমগী চুথেক।

## লমায় ৮৯

**অয়াঙ সামুককোল**— ফম্নাইবশিংগী লোইশঙ।

**লৈমা**— য়ুমপানবী নুপী।

**পামেল**— উ।

**পামেন ব্রুখাথা**— যূম্বী মখোং যুংবদা মখা থানা হাপচিনবা।

**কোইচা য়েক**— কোইনা য়েকপা।

**থাঙঙা য়ুমলাইথিংনা সঙনে**— অতোপ্পা শক-শা খঙদবনা চঙহন্দবা য়ুম; থোংঙাকপা লৈবা য়ুম।

**নোংলৈশং**— উ পাম্বী মখল অমা।

**লৈখাম তারই য়ালনা হেমোইসঙ** — লৈখাম কৌবা উ পামবী মখল অমবু য়ুমদা য়ালনা থেৎনা লৈতেংনবা।

## লমায় ৯০

**ব্রাংঙমলোন**— নিংথৌজা য়েক সল্লাইগী চনু নিংঙোল।

**ব্রাইরা সাকুপী**— শাদালঙৈদা শাফা তেংবাংবী, শা পীনবী লাইরেম্বী।

**খমলাং**— অবিবা, ইপা ইপু।

**খমলাং অহোঙপা**— অরিবা কৈথেল।

**লুব্রাংগ্নীকা**— লুব্রাং য়েক শল্লাইনা লৈবন্দ্বা মরমখৈদা চেনবা ঈশিং।

**তাকনা লাইরোংগ্নীকা**— তাকনা পাংতা চেনবা ঈশিং, তাকযেল পাংকী ঈশিং।

**লমফেল সোইকপ গ্নী**— লমফেল পাংকী ঙা ফানফমগী ঈশিং।

## লমায় ৯১

**চীনফু মাইতাফম**— মাই-মিৎ চিন খা তেংনা শেংদোকনফম।

**লাইচা গ্নীব্রোন খোংনে**— ঈশিং শোকনফমনে।

**তীনচা**— তিন মকাংনা নাহনবা।

**ব্রারেল**— কানদবা ব্রাহৈ ওইবোইদবা ব্রা।

**গ্নীমু মাইরোইননা**— পাংকী ঈশিংগা লোয়ননা।

**তাসু**— শিজিন্নবা মখুৎশু তা।

## লমায় ৯২

**খোংলেন হেমতও** — অথোইবা খোং তৌবা।

**মারান** — য়ুম।

**মারান অহোঙপা**— নুংঙাইবা য়ুম।

**থোঙলেলখইনে**— অরোইবা লমখৈ লমদাইনফম।

**খাঙনা**— থাদোকপা, শরুক তমবা।

## লমায় ৯৩

**সেলপীমীহীমোম**— খাকীকী হিংচাবা।

**থোনাং মীয়াইমোম**— ময়াং হিংচাবা।

**তুৰীসানা নথোঙচীন**— নিংথৌগী মফম, নিংথৌ কোনুংগী মফম।

## লমায় ৯৪

**আঙৌপা চানু**— অঙোম নিংথৌগী মচানুপী।

**সঙলেল য়াইনে**— সঙ্গাই অথোইবনে।

**লইহকপী** — লৈপাক নিংথৌনা য়াদবী নুপী।

**লইহকপা** — লৈপাক নিংথৌনা য়াদবা নুপা।

## লমায় ৯৫

**লাংমইপা** — লাংমৈদোং মতু থেৎপা।

**লইমু সেংথাকনা** — পুখ্রি তৌনহনবা।

**লইহাও শেংব্রোই**— লৈবাক মফম শেংহনবা, নাপী ফানহনবা, লুমতু শেংনহনবা।

**চাকমোম মইমিংনাপা**— মৈগী মমিং লৌদুনা মিংথোনবা।

## লমায় ৯৬

**কোরৌ**— অতিংঙা অহাংবা।

**নোংতাইফম**— নোংলাই লাৎনফম।

**মালেম লইতাইফম**— মালেম লৈখোং লাৎনফম।

**১০ চানিফম**— চাক হোংনবা লাৎনফম।

**লাইচা য়ীনিফম**— ঈশিং ফংনবা লাৎনফম, নোংকৌফম।

**তীলমেল**— তা।

## লমায় ৯৭

**চামলও**— লা।

**আয়াঙ পামফৌফম**— অকনবা ব্লারকফম।

**ব্লোকলেল**— অচৌবা ওক।

**থাঙব্লাই**— অব্লাং মাইকৈ।

## লমায় ৯৮

**থাঙয়ান পুঙ**— থাঙ য়ান্নখিবা মফম।

**চারইরোন**— মচানুপীশিং।

**পুঙফানবা**— লৈপুঙ থোনবা।

**তানথোঙ**— ময়ুঙ অশাংবা।

**লেমথোঙ**— মরাক মফে অপাকপা।

**ব্লুই**— ব্লা পাম্বী মখল অমা।

## লমায় ৯৯

**ব্লাইরা তেলসীঙ**— তেল কাপনবা লম্বা তৌবা।

**খাকা থা**— লুখা থাবা।

**ব্লাইরা তেলথা পুঙনে**— তেন কাপখিবা মফম।

## লমায় ১০০

**য়াওরও** — শা।

**খাপী য়াইহোলকী**— মাইবা।

**অমাই চইথংকি** — অমাইবা।

**কাওরেল সললুকং আকংপা** — অচৌবা শল মকোককী অকংবা শরু

সামু— খুৎ।

নোইনা ঙমতমফম— জগোই শাফম।

## লমায় ১০১

খাপী য়ুসোই শঙ— মাইবা লোইশঙ।

নাওয়োক সঙ— অঙাং য়োকনফম য়ুম।

পামেল— মউ নেম্বা উ।

তনলা— মউ চাওবা উ।

থাপী— নুমিৎ।

## লমায় ১০২

সুকনি লোইনিফম — মচা মনাই য়াম্লবা নিফম।

কাওরেল— শল লাবা।

মেরা— থা ১২গী মনুংদা ৭শুবা থাগী মমিং।

সলতুফম— শলহাৎফম।

তেংমাইথীনবা— লোইশঙগী অচৌবা, মকোক।

চইরই লেরেপৌ— ফিনা চোন চোন লাওনা শেৎ-ইনবা।

লাংবন— থা ১২গী মনুংদা ৬শুবা থাগী মমিং।

## লমায় ১০৩

কাইরই— য়েন।

কাইরই য়েলকু থীৎফপা— মশা নোইবা কনবা য়েন, কাওনা য়েন।

খুনু লুমুচললফাপা— খুনু অকনবা, তুনা খুনু।

মারোং— চুঙ্গোই/চুং।

সায়ীতাইনফম— শাগী ঈ কৎনা ইরাৎফম।

হেকঙাই মপাওচাও— মথুপ মরাং হৌবা।

থিলকাম মনিল নাইনা— ফুইনা হোনবা নিংশা।

## লমায় ১০৪

মিকোলফম— পুম্নমকপু কৌশিনফম।

মারোং মাঙয়ীননা— মমাঙদা চুঙ্গোই খলনা।

তেৎনৌ— য়োৎ।

চিঙখোঙ মিরেলখোম— লোইখোমবা।

মারোং লাংকোক ৫ ফাংপা— চুংগী মকোক মঙা পানবা।

খোমলেন — মঙ।

## লমায় ১০৫

লইহরি লাফোংগী— লাইপাও পীবী।

খোইচু তোললোঙ য়ীকনা— খোইচু লৈখাম মৈ থাদুনা ওকপা হাইদোকপা।

লইনুং আমাইপী — মঙদাবী মাইবী।

ব্রোকয়া তামইচুমপু — মমৈ চুম চুম লাওনা পানবা য়েন।

মাচেঙ কাইরইনাকতা য়েপনা— নাকনদা য়েন থম্না পায়না।

## লমায় ১০৬

আয়াঙ— অকন অথৌ।

**অয়াঙ মইনেৎক্ষম—** অকন অথৌশিংগী মথৌনা উৎনফম।

**তলমু—** উ মখল অমা।

**তলহাও—** উ মখল অমা।

**তুরেল মুংবী—** তুরেল লৈরাই।

**থোংলেন—** ঈশিং মথক্তা চৎনবা শাবা খরা অচৌবা থোং।

**লমায় ১০৭**

**পোইরই অসইপা—** কংলৈ শৈশকপা ঈশৈ শকপা।

**ব্রাংঙম তেংথাফম—** নিংথৌগী মরমদা খাকপা লৈতনা শৈথাবা।

**ব্রাকয়ই হিকারই—** হি থাফম, হিথাংফম ।

**নোইনু—** থুম।

**নোইনু থুমচা পুঙনে—** থুম থোকফম।

**লমায় ১১২**

**য়ীতাসঙ —** মাইবী লাইপাও চেলফম য়ুম।

**খাপী খাংচোংফম —** য়োইরেল শঙ, মাইবী চঙলকপশিংগী লাইয়েংনবা থমফম।

**মেনাংতলপা খুচুপ কেলতাপ—** হামেং মচি হুকথোকতরিবা।

**চীংয়ইফম—** ব্রাইফম, মচিনা য়ৈনা ব্রাইবা।

**লমায় ১১৩**

**হয়ি চকঙইতা —** নাহালঙৈদা। চক ৪গী মনুংদা অহানবা চক।

**য়ুমকা তমতরিঙই—** য়ুম শাবা হৈতরিঙৈদা।

**মিতমলাকনা—** মীগী মওং মালনা।

**তাওখঙ য়ুমনে—** শাবা য়ুমনি।

**সারোঙ পুঙমাই তাওপা—** লৈপুঙদা য়ুম্ফম শেম-শারম্বা।

**য়ুমলাই কইরাইসাক তমহইপা—** অহানবা য়ুমকৈ শাবা হৈবা।

**লমায় ১১৪**

**ফানা য়ুমনে—** ফাঙৈদা শাবা য়ুমনে।

**পাললু খুলঙম য়ুম—** পাললু খুল ঙমঙৈদা শাবা য়ুম।

**লমায় ১১৫**

**ব্রুরেপ চাখিলনায়ে—** লেপতুনা লৈহনবা/য়ুংবা।

**মোংপা নাকতইমা—** য়ুমগী মফমদা।

**থাঙঙা য়ুমচিমতা—** য়ুমগী মচিমদা।

**য়ুমনীঙতুংতা—** য়ুমগী মনিং লুকখা।

**লমায় ১১৬**

**য়ুমলেল য়াই—** অথোইবা য়ুম মনুং।

**চাকো নারেংথোংনা—** লেংদুনা য়াননা থম্বা।

**মোইমীৎ লইচুনায়ে—** মিং কোৎথোকপা, মিংকী মিংপাল য়েকশিনবা শংজিনবা।

**ব্রুরেপ চাখিলনয়ে—** ফুমনা য়ুংদুনা থম্বা।

## লমায় ১১৭

**আথৌবা**— মাযোকনবা ওন্না।

**মোংবা**— য়ুম।

**পানবা কইয়েকলা**— অচৌবা কৈ।

**য়ুমমাঙ ৭ সেলয়ানয়ে**— য়ুমগী মমাঙ থংবা শকুক্তা শেঞ্জেংনা ওইনা হাপ্পা।

**য়াওরও খুচুমমু**— শা শওম।

**কাঁইপীয়েক**— শওম কৌবা শা মখল অমা।

**ব্রাঙম লাকহিমোম**— কাঙহুজম নিংঙোল।

## লমায় ১১৮

**তাইরেল নারোঙপীচা** — তাইবেল কৌবা উপালগী মনানা মতোন থংবা অদুদা অহুম ফাংবা।

**লাইচা খিকফেলনা** — ঈশিং চাইবা।

**নাহাই য়ুম**— লাইবোলনা শেংদোক্লবা য়ুম।

**লাংকোই সাকোন খোঙতাঙপা**— সগোল মখোঙ মবিগী শকুক খবা মচু অঙৌবা চপ মান্নবা ওইবা।

**য়াংভই তাওপা**— অথৌবা হূই।

**হূইমুকুম**— হূই অমুবগুম।

**য়ুমতইবা**— য়ুমগী লৈতেং ওইবা।

**মোংপা য়ুমলেল**— অথোইবা অচৌবা লৈনবা য়ুম।

## লমায় ১১৯

**পানবা কইয়েকলাগী**— অচৌবা কৈগী।

**তলমু চানেৎনায়ে** —তলমু কৌবা উ মখল অমগী মথক্তা নলবা থাবা।

**হয়েল**— লাল।

**লোইবী**— চীং।

**চীঙলইমাপী**— চীংগী খুললাকপী।

**মাসুং তমনা**— মওংগুম্না, মওং তমনা।

## লমায় ১২০

**লাইচা থীকফেললওনা** — চাইনবা ঈশিং লৌদুনা।

**য়িব্রাংলোন**— মোইবাং যেক সলাইগী চনু নিঙোল ওইবী।

**লমলেল**— অথোইবা লম, মকুওইবা মফম।

**পানবা কইনিংথৌ**— অচৌবা অকনবা কৈশিংগী নিংথৌ ওইবা কৈ।

## লমায় ১২১

**লোনলোই**— কংলাগী নোংচূপ থংবদা লৈবা লমগী শকক; লাইবেন শজিক্তগী ইবেংবম ফাওবা।

**চীঙখই**— মাইগৈ অমগী মমিং, অব্রাংগা নোংপোক্কা থংনবা কাচিন।

**থোংলেল**— অচৌবা থোঙ।

**য়াংকোই শাকোন**— অয়াংবা শগোল।

**কংকা থাংনা**— লাংখোংচি পাননা পুনবা।

## লমায় ১২২

**সাইরোনবা**— মশক ওনবা।

**তুপী কোইচায়েক**— লাইরেল মশক হকচাংদা য়েকপা।

**লাইরেল য়াঙলিসোলপু তমনা**— লাইরেলগী মওং মালহননা।

**থাঙঙা য়ুমলাই থিংনায়ে** — য়ুম ঙাকহনবা, থোংঙাক্লহনবা।

**পানবা কইচেং লাং**— অপীকপা কৈ মখল অমা।

## লমায় ১২৩

**সনা চকফি** — নিংথৌ লৈমাশিংনা ফমনবা ফিদা মখল অমা।

**লওঙাকপী**— লৌশঙবী নুপী।

**লাংপল**— থা ১২গী মনুংদা ৬শুবা থাগী মমিং।

**মোংপা য়ুমলেলমতা**— য়ুমদোমপোক অমদা।

**লাংকোই মোইসা য়াহাক চাওপা**— শামু অচৌবা।

## লমায় ১২৪

য়িমু — পাংকী ঈশিং।

**খুলপী নোংলৈসংনা ফইথিংনাপা** — নোংলৈশং কৌবা উ মখলনা লাইসোলগা লোয়ননা থোং থিংবা।

**সেললোই**— নোংমাইজিং চীংশাংদা তাবা মীওইশিং।

**কোরৌ আকুপপা**— নোংথাং।

**ব্রাংপলতই আরংপা**— ব্রাংনা লংবা/ নোংদোন থক্কী নুমিৎ।

## লমায় ১২৫

**কাওরেল সলমিনবা** — শলমোক শলগী মমিং নৌনা থোলবা।

**পানবা**— কৈ, ফজবা, নিংথৌ।

**য়ংলই তাওপা**— অথৌবা হূই।

**মালপী**— সল।

**লাঙসলনারেংলও**— শল নারেং থাঙবা।

## লমায় ১২৬

**নাহাই য়ুমনে**— শেংদোকনবা য়ুমনে।

**হে লিকলাইজো**— পূন্নমকপু শেম্মীবা মপু-ও।

**মোংবা য়ীমতাং সাংপাপু**— ময়ুং শাংবা য়ুম।

**তাইয়ুম**— মনাই।

**য়ীব্রাকমনা**— পাংদ্রবনা, ইরীবা ঐনা, শৈথারিবা ঐনা।

**তেংথারক**— অখাকপা অমত্তা লৈতনা হায়বা।

**চীঙলেন পলংলনা**— চীংগুম্না ব্রাংবা।

**তেকপী ব্রোকখুরইনা** — ওক অমোম।

**শপী লাইতঙপা**— অনোইবা শবী অচৌবা।

## লমায় ১২৭

**সালথুপচিঙকুমপা** — শৈদাংদুনা লৈনবা চীংগুম্বা, লোৎফম লৈবা চীং।

**মঙনতারঙ ব্রাংপা য়ুমনে** — য়াম্না ব্রাংনা শাবা য়ুমনে।

**য়ুমনীঙ নাতারাল**— য়ুমগী মনিংদা লৈবনা তাবা ফংদবা।

**য়ুমমাং নাতারল**— য়ুমগী মমাঙদা তাবা ফংদবা।

**অতে**— লৈরম্বা।

**অরাই**— চনজিনলকপা।

**য়ীতৎতাপা**— মী ব্রাৎতবা।

**তীনলৌ**— খজিক খজিক লৌথোকপা।

**কংতাপা**— ব্রাৎতবা।

**য়াওরৌ**— শা।

## লমায় ১২৮

**সিয়াৎ থাঙনা পৌরোন থোঙ**— শিযাৎ থাঙকৌবা অপীকপা থাঙ মখল অমনা পৌরোন ওইনা থোঙ থিঙনবা, পৌরোন থাঙ।

**কাচেং য়াংখু য়েকতইপা**— লংনা থৌবা থাং।

**কোলখা**— থিংবা।

**খমনাপা**— লাকশিনবা ঙমখিবা, মফম য়ৌঙমবা।

**তেংকোল**— লান্মী খুৎপু অমা।

**খোমপা**— পুনশিনবা, পুশিনবা।

## লমায় ১২৯

**কোলখাকপা**— কোইনা খাজিনবা।

**পানপা কৈনাসেলপা**— অকনবশিংনা ঙাকপা, কৈনা লুম্নবা।

**তেংথাচিললকয়ে**— খাকপা লৈতনা পূম্নমক হায়রকযে।

**য়ীমলেম**— তরু তনালনা তোপ্না লৈবা য়ুম।

**লোইবী চীঙপুরোইবা**— চীংগী লুচিংবা।

**সুকমু লইতোলফেল**— শুক পায়না শুবা, ফও শুবা।

## লমায় ১৩০

**চোইনৌ** — সনা।

**চোঙলেল** — পুদুনা চৎপা যাবা মথক্তা খলনবা পোৎশক অমা (লাই নৎত্রগা নিংথৌ অঙম-অথৌদা খলদুনা শিজন্নে।

**য়ৌথও ফানবা**— অথৌবা থাঙ পায়বা।

**লইপাক ঙাকপশিং**— লৈপাক কনবশিং, ঙাকপশিং।

**আসইনা** — ঈশৈ শক্লবা, শৈথাদুনা শৈশক্লবা।

**লেমলৈ**— ঙা।

**সাকৌফম**— শাফাফম।

**নামু পোংনা থোইপা**— মীনা হেনবা

## লমায় ১৩১

**থাঙঙা কংলামই** — য়ুমগী ফুঙ্গাগী মৈ।

**থৌকম লোইয়াফম**— চেকশিন্না ঙাকফম।

**সেলচাও নমতাপনা**— শেলয়াম পুরকফম।

**মালপী খুতপনা**— মখুৎ লোলননা।

**মুকমু লইতোলকোলনা** — নোঙ্গা ৱাহৈনা ।

**মেনাংতলপা চীকারুকনা** — হামেংনা মচি লুকথবগুম ।

**পুরুমফম**— খুরুমফম।

**মাথোং চীন**— মহাক্কী মফম।

## লমায় ১৩২

**লাপা পুঙসিন তুহাও** — কোই, তু, মতু।

**খাতাঙ কোইরেল**— খদাংদা হৌবা অশাংবা কোই।

**য়াইমুলপা**— য়াই মুলদুনা লৌবা।

**য়াঙলা মাঙাইরোই**— লোইনরকপা অকনবশিং।

**থিলথুয়াইনে**— থিলখিবা মফমনে।

## লমায় ১৩৩

**খোক মারোই তাংচুমপা**— মতাং চুমবা খোক ৱা।

**কচেং লীয়াথৌ**— মচু শেংনা ফজবা, পুন্ননবা লী।

**খুরোই লীতাংসাং**— মতাং অমগা মতাং অমগা লাপনা লাপনা পানবা, মতাং খুদবা লী।

**লীমিৎচুম** — ফজনা মমিৎ পানবা।

**থোনখৎয়াই** — ৱাংহনবা মফম।

**ফোয়থা য়াই** — চিংথবা নেমহনবা মফম।

**য়িরালথৌ** — ঈশিং লানবদা খুৎলোইবা।

## লমায় ১৩৪

**সলথোককোল** — শল পোকফম, শলথোকফম, শল লৈফম।

**সেরি মখোঙ পালতাপা** — মপু লৈত্রিবা শেল, ৱানোম শেল।

**ৱাচিকচীক আচীকপা**— ৱাতানফম।

**ৱাইরংকোল** — য়ুমগী মমাঙ ওইনা লৈফম পুনফম ওইবা মফম।

**পোংলাইমানা তলফাতাপাকানে** — শকখঙদবনা চঙহন্দবা কানে।

**মাহইকোল**— মাগী হৈকোল ওইবা।

**ৱাংলই য়ুথোইবা** — অফবা থকনাবা য়ু।

**মলকৌ থাঙ**— হৈখোক থাঙ, হৈজ্রাং।

## লমায় ১৩৫

**ৱাকচীঙ**— থা ১২গী মনুংদা ১০শুবা থাগী মমিং।

**য়োইরেল**— মাইবী।

**আতোল লওখামপা**— লৌ শুবা শুবী খুলং।

**তাওরোই পুঙলেলকি আসইপা**— লবৃক্তা ঈশৈ শকপা, খুলং ঈশৈ শকলিবা মী।

**নোংয়াই সীঙচেপ মইরাথালনা**— অহিং মৈলিংবা।

**থরই**— মখা মাইকৈ।

**লেমলই**— ঙা।

**লেমলই ঙাকৌফম**— ঙা ফাফম।

**খাপী লংপীরেল**— মাইবী লুচিংবী।

**পুঙকাইপা**— পুং য়ৈবা।

## লমায় ১৩৬

**চীরেল য়েৎকোই লইনা থোংনাফম** — মতোক পানবা কোকযেৎ য়েৎনফম।

**পাকলোইঙাংচা থেমতাই য়েৎনাফম** — কোক্কী কোকয়েৎ য়েৎনফম।

**সানা লাঙচই ২ সংসঙ থোক**— ফীশেৎনফম ।

**পাচেঙ সময়া খোমনফম**— শমজেৎ হাৎফম।

## লমায় ১৩৯

**মোংপা সমচিলফম**— অকে-অমৌ লৈতেংনফম য়ুম (কেফম)।

**অয়াঙ**— অকন অথৌ।

**পুঙথাফম**— চাংযেং খোঙহৌফম (শ্বা থাফম)।

**আসই পালমাপানা**— ঈশৈ শকমিন্নবা হৈবা, ঈশৈ অৱাই অখুম হৈবা।

**লাংলেন কোঙয়াঙচই** — ফজবা ৱাদা ইৎ খোৎতুনা শেল্লবা চৈ।

**তেললোঙ**— নুংশিবা মখোল থোকহনবা য়াবা ঈশৈ শকপদা ঈশৈবু থৌগৎনবা শিজিন্নবা মখোল থোকপা পোৎশক অমা।

**ৱাংলেন**— পুং।

**ৱাংলেন পুঙকাইপানা**— পুং যৈবা মী।

**অচেল লোলই হওনা**— হুমাং তানা।

## লমায় ১৪০

**পাওকৎপুঙ**— পাওচেন খঙহনবা য়ৈবা পুং।

**তওৱাং ফকচা খলনা** — মথক্তা ফকলোল খনবা।

**কাসা য়ীরাৎফম** — ইপা ইপু অপোকপা খুরুমফম।

**য়েনত্রেল**— চৈবাপকী ফমলুপ অমগী মমিং।

**তেংমাই থীনপা**— ময়াই লেপপা/মকোক চিঙবা।

**খোইমোম**— লাইরেম্মা।

**অমাই পুরিথোকনফম**— মাইবশিংগী ফীশেৎফম।

**অপোক চাতা লাইহুইফম**— অঙাং পোকফম/চাবোকশঙ।

**য়ীরালহইপী**— ঈশিং লানবা হৈবী।

**মানু লাইহোতালপী**— মাইবীনা শারোই খাংবা।

**ফিরুহলপী** — ফি শাবা হৈবী/ফিশা লোনশাগী মকোক ওইবী।

**সঙতীঙ**— ইয়োঙ।

### লমায় ১৪১

**তমপা ব্রাঙমলোন**— পানথোইবী/ নিংথৌমচানুপী।

**ব্রাংঙম সইসকপী**— নিংথৌচা চনু নিঙোল শৈশকপী।

**তমপা থাতারিঙই**— নুপাদা থাজদবিঙে।

**তোমত মপাথাপী**— মতোমতা মপা থাপী, মহাক্কী নুপা খনজবী।

### লমায় ১৪২

**সিললওরো**— হোংবা, ওইহৌবা।

**সিললও**— ওইহৌবা লৌহৌবা।

**ফমতোংখোংনে**— ফমবাল তোংবা মফমনে।

**আসই পোৎথোকফম**— ঈশৈ শকপা হৈবশিংনা ঈশৈ শক্লা পোত্থানফম।

**মরোই ঙাইবা মশেল**— মরুপ মমান্নবা ঙাইনবশিং।

**পাচা সললাই**— শাগৈ য়ুমনাক মনুংগী মপা মচা থোক্লবশিং।

**সেলকু পাইরই**— শেল হেন্দোক হেঞ্জিল লৈনবা।

### লমায় ১৪৩

**লিরৌ পাইরৌঙাইপা**— ব্রাফংননা শেংদোক্লবা ঙাইনবশিং।

**হইকোং লাকোং**— ব্রাকোং ওইনা পিনবা হৈরা।

**অতেনা কৌপাসুঙ**— অরাকপনা কৌবসু।

**অরাইনা**— লৈবমবনা।

### লমায় ১৪৪

**কংলই পুঙলোনয়মাপা**— কংলৈ লমগী পুঙ মমিং যাম্না লৈবা।

**ঙালপা লইতোঙ হকপা**— মতিক মঙাল চাওনা মিংচৎপা।

**চৎলম ফালসাংয়িলনা**— চৎনবকপা হৌনা লোনচৎ কাইদনা।

**পুলসি য়ীব্রাল লৈ**— পুন্সি নুংশাংননবা লীচৎ, চৎনরোল।

**কোলচিললমকে**— পুম্নমক খোমজিন তাশিন্দুনা পুনশিনলমগে।



## ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

১। ঈয়েক ঈপী শকতম
২। মৈহৌবরোল শল্লাই খাইবা
৩। হাওরোক কোম্ভৌ লাইরেম্বী
৪। মপুথিবা
৫। খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা
৬। থাঙ্‌মইরোল
৭। শম্বু অমসুং খুদম তাকপা
৮। লাইকাও